# লমহল

অইবা—
এল• আই• ব্রেঝঁনেব

হন্দোকচবা—
চ• নিশান সিংতম্বা

# LAMHAL

Published by—
Numitthoi Prakashan
Tiddim Road, Ground
Kwakeithel—Imphal.

1st Edition
July—1990
Price Rs. 40-00
Price Rs. 60-00 ( Paka binding )

Written by—
L. I. Brizhnev
Translated by
Ch. Nishan Ningtamba
Near Tiddim Road, Ground.
Kwakeithel, Imphal

Printed at Lamyanba Press, Tera Keithel, Imphal.

# লমতল

মীনা হায়নৈ মতুদি মহৈ মবোং চুম্লবদি মতোমতা মশান. ঈশৈ ঙঙ্জবকই। মখোযনা অসুম্না হাযবিবা অদগী মকমদা অচ্যা। খম্নিংঙাই ব্লাকনস্ন লৈ। মহৈ-মবোং হায়বসি মতম পুম্নমক্তা তঙাইফদনা পোংখোঙ্কী মমলশিং, পুম্নমক্কী লেপফম, চাংয়েকম ওইবি। বিজ্ঞানগী অরাংবা থাক অমস্তুং টেকনিকলগী লমদা চাওখৎলবা ঐখোয়গী যুগ অসিদসু মসি বাস্ত্রিশিংগী পুন্সিগী ঙাক্লৌ নুংবী ওইনরি। মীওইবনা অপনবা কয়া কয়া নমথেক্তুনা অহাংবা, নোংদোলদা চংশিল্লি। মখোয়না ভুরেল, সমদ্র মহাসাগর কয়াবু খুদুম চনশিল্লে, মালেমগী লৈবাকনকুংদগী থাউ অমস্তুং গ্যাস চিংথোক্লে, পরমানুগী মচাকশিং খুদুম চনশিনবা ঙমলে, তৌইংঙুম্বস্তুং মহু ওইদুনেস্তু মহৈ-মবোং হায়বসিদি মহৈ-মবোংনি।

লৈবাক অসিগী লৈবাক খুদম (বাজা চিন্হ) দা মহৈ – মবোংগী চবোং য়েকলি। মফম অসিগী নাগরিকশিংনা মহৈ মবোংগী মফমদা মাংওইবা রাখলদোন অমদি মশংবা প্রকৃতিগী ইল্লন উংলি। হাযবিবা ঊংলিবা বখলদোন মসি ঐন অঙাং ওইরিবদেস্তু হুন্না উচ্ছবনি।

ঐগী পাবুংদি শিল্পী ওইবম্মী, ঐগী ইপুনা লোমা ওইবম্মী, অদুগা ঐনা কাবখান অমদি লৌবুক অনিমক্কী শিনফমদা খুংমাবম্মী। ঐ শিল্পী ওইনা থবক তৌবা হৈবম্মী, অদুবু শেলথুমনা মখোং চাদ্রিঙৈগী মতম শবক অদুদদি কারখানা মতম শাংনা থিংদুনা লৈবনা ঐনা লৌ খোইবা, উবা অমস্তুং লোকপা হৈজিনলম্মী অমস্তুং ইশাগী খুৎনা মহৈ-মরোং লোকপা হায়বসিগী করি অর্থ লৈবগে হায়বদু খঙলম্মী। ঐহাক লমওনবগী আমীন ওইবে, অদুগা ঐ কুন্স লমগী খুঙ্গংশিং, বেংলোরুস অমস্তুং উবালদা থবক তৌবম্মী, অদুগা কায়নথংদা ঐহাক অমুক হান্না

ধাতু স্থবা ওইরে। ঐহাক মতমগী থোইনশিন্না মরম ওইদুনা মহৈ-মরোংগী তৎন-থানবা য়াদবা মরিবু কাউথোক্লবগী তাঙ্গা কৈদৌউদস্লু ফংলমদে আতোপ্পা কর্নৃনিষ্ঠশিংগা লোয়ননা ঐহাক খুঙ্গংশিংদা চৎলি, খুঙ্গংগী সভাশিংদা কুলকশিংগা মরৈ য়েৎনরম্মী অমস্তুং অহোবা, অপুনবা কার্মশিং শেম্নদা মতেং পীরম্মী।

মসি হায়বা য়াই মতুদি ঐগী থবক তৌরিঙৈগী হৌরকপা চহি মরি চুপ-নদি খুঙ্গংশিংদ লেনখিরমই। অতুবু অমরোমদা খল্লূরবদি মসিস্তু হায়বা য়াই মতুদি ঐনা থবক অসিদা স্থপ্পগী চহি মরিদি লেল্লম্মী। ঐনা গয়ামগী ওইবগী হেক অহোবা ত্মিৎনক্তদা লম শিজিন্নবগী, লমংনবগী আমীনগী মংদা থবক তৌবা হৌরম্মী, অদুগা কারখানাদা হল্লক্লবা মতমদা থবক অসি মমুং তাবা মংদা মপুংফানা তৌরগী। ১৯২৭ দগী ১৯৩১ গী মরক্তা লৈবা চহিশিং লৈবাক্কী ওইবা পুন্সিদা মপুংফাবা যুগ অমা ওইরম্মী। লোগী থবক তৌমিন্নরিবশিংদা, লম য়েনলিঙৈ মতমদা ঐখোয়না খল্লি মতুদি স্থপগী ঐখোয় লমহলগী অংকায়বা লৌবুক তেমংথোকপদা নত্তে, অহোইনতুম খুঙ্গংশিংগী মরক্তা মান্নবা অমা শেম্বদা লৌমীশিংগী পুন্সিগী চহি লিশিং কয়াগী ফিভমবু অনৌবা মওংদা পূরকপদা তেংবাংখি। ঐনা অম্লুন্না হায়রিবসি মরম অসিগীদমক্তনি। ঐহাক্না শহর অমস্তু খুঙ্গং, কারখানা অমস্তুং লৌবুক, শিন্মী অমস্তুং লৌমী অনিমক্তা তৎন-থানবা য়াদবা মরি লৈনৈ হায়না খল্লি। জাপোরোজিএদা মতুম্নদি হান্না ইজথ্রবনি। ঐগা হান্না থবক তৌমিন্নরম্বা মখোয়শিংগী মরুওইবা পান্দমদি উদোগপু হান্নগুম থম্বনি অতুবু অপুম্বা কার্মগী মতাংদস্থ তক্তনা পুক্লিং চংবা তারম্মী। দনেপ্রোপেএবস্কদা ঐগী মতম শহর অমস্থং খুঙ্গংগী মরক্তা চাউমাক্লা চপমান্না খায়দোক্লম্মী। মোলদাবিয়াদা লৌউবগী অহানবা মফম লেপলে তৌইগুম্বস্থং উদ্যোগদি মফম অতুদা থাঙ্গৈশেংনমক নৌনা মকোক্তগী

শেমগৎলকপা তারম্মী, করিমত্তা পুক্কিং চংদনা থাদোকপা য়ারমদে। মতৌ অস্তুম তৌনা ঐগী যৌদাংশিংসি অতুগুম্বা মতোন মতোন চাং চপমান্নবা লৈইগী মতৌগুম্বা লোইনা কোয়ন চৎলম্মী, মসিগী মরমদা মসি হায়না খল্লি মতুদি মখোয় অনি অমগা অমগা তংনথানবা য়াদে। তৌইগুম্বস্তং ঐগী খোঁদোক্তদি মখোয় অনি তমগা অমগা মচোই মচোই তারম্মী।

অদুগা ওসিস্তু কেমলিন্দা ঐগী টৈবলদা ঐহাক বসন্তগী লৌপানগী চাওখংপা, অনৌবা থোঁদোক্কী কিভম, লৌরোক্কী মমলগী মরমদা রিপোর্ট মতম কায়দনা ফংদুনা লৈরম্মী। ঐগী হায়নগী হৈনবী অমা লৈরম্মী। ঐহাক লৈবাক্কী লম লমগী খেন্নবশিংবু পুক্কিংদা নিংশিংদুনা লৈরম্মী অদৃগা কুবান্দ নায়র, গোল্ডবিয়া, বোল্গাপ্রদেশ, অমদি সাইবেরিয়াদগী লাকপা মকুপ মপাংশিংনা শান্নবা ৱারী তারম্মী, ঐহাকস্তু মখে য়গী থোঙ্গালদগী হায়বা দুম্মী মতুদি মখোয়গী মকম অতুদা মহৈমরোংগী পোখোক করম তৌই। থুদমগীদমক্তা লমহলগী ইলাকাদা জনগী ১৫ গী মমাংদা নোং তাদ্রবদি ঐনা খওলে পোখোক সেণ্টনার কয়ামুক ককথরগনি। অতুগা থা তবোইরফাংবদা নোংনা মত দ্রবদি সেণ্টনার থরা হন্থবা তারি........। অসিগুম্বা মীকুপশিংদা ঐনা মোস্কোদা খোঙনাওগী মপান্দা য়েংথোকই অতুগা তনেবা লমগী লোইবা নাইদনা শন্দোকপা, কম্বাইন চালকশিং, লৌট শিংউবগী বৈজ্ঞানিকশিং, জিলা পাটি সমিতিগী মীওইশিং মাইথোং লাংশিনবা নক্তনা ঐহাক্তা করিমত্তা উরমদে। অতুগা তৌবগীদি ঐহাক হায়রিবা মরুপশিংদগী থাপ্পদি লৈ হায়ববু ঐহাক্তা অমুক হন্না অস্তুম্না খল্লি মতুদি ঐহাক মখোয়গী মরক্তা লৈবগুম।

লৌউশিংউবা য়াদবা লম অতুগী চাওখংহনবা ঐগী পুন্সিগী শরুকনি, পান্দমনি। মসি পুম্নমক্কী হৌরকপসি ১৯৫৪ গী জানুৱারিগী অরোইবদা মোস্কোগী উন তাবা নুমিংতা ঐবু সোভিয়েত সঙ্ঘগী কম্যুনিষ্ট পার্টিগী

কেন্দ্রীয় সমিতিদা কৌরকখি। হায়রিব সমস্যা অসিদি ঐদি হান্না খংলবনি অদুগা লমহলগী রাফম অসি ঐগীদমক্তদি অনৌবা নংলমদে; অনৌবা রাফম অমনা অসিনি ঐভোন্দা হান্নদগী হেন্না হুগী চাওখংনবগী থবক শিন্নগদৌরম্মী। লমহলগী থৌরাং লাক্লিবা য়েন্নিং মতমদা কজাখস্ত্রানদা হৌন্নবা চংকদৌরম্মী অদুগা থৌরাং থৌরম পরেং য়াম্নমক চেংলম্মী। থৌদাং অসি য়াম্নমক লুরম্মী অমস্তং কনা অমত্তনা রাফম অসিদা উংনা রাইনা খুন্নবা হোংনরমদে। তৌইগুম্বস্তং মখোয়না মসিস্ত হায়রম্মী মতুদি মতম অসিদা অতোপ্পা অসিগুম্বা থবক অমা লৈত্রবনি মসিদগী হেন্না থৌদাং চাওবা অদুনা কেন্দ্রীয় সমিতিনা মসিদগী কোক্লনবগীদমক পীং কেং পোনোকারেকো অমস্তং ঐবু থাননবগী রারেপ লৌরম্মী।

মখোয়না ঐভোন্দা হায়রম্মী। মসি য়াম্না লুবা রাফমনি মতুদি কজাখ প্রজাতন্ত্রগী ফিভম য়াম্না ফত্তনা লৈরে। মকম অতুগী লুচিংবা থায়নগী মওংদা থবক তৌরম্মী অদুনা ওইথোকপা য়াই মখোয় অনৌবা থৌদাংসি পুবা ঙমদবস্ত। অদুনা লমহল খোয়বা, পেংবা মসি য়াম্না তঙাইফদবা ওইরম্মী মতুদি হায়রিবা তাম্না-তাম্না তোংঙানবা লমশিংসিদা ঐখোয়না মপুংফানা থবক কয়া কয়া তোগদৌরিবা অদুগী ঐখোয় মশেল অমগা অমগা থবক মশক খংনবা তারমই।

ঐখোয়গী মরু ওইবা থৌদাং হায়ববু ঐখোয়না লমহলবু মাংমাংথোক্লা খংহনবা। হায়রিবা থবক অসিদা য়াম্না থুদোংথিবা মায়োক্লগনি হায়বসি হান্না ঐহাক খংলম্মী। খ্বাইদগী হেন্না লুবা রাফম অমনা অসিগুম্বা থৌদাং চাওবা থবক্তদমক অচুম্বা শেমগৎ শাগৎনিঙাই ওইবা থবক পুবা ঙমবা থিবা তাই। মসি মুপ্পগী গনতন্ত্র খুনাই অমদা মহৈ-মরোংগী পোখোক হেক্লগৎপগী থৌদোক অমা মত্তে, মুপ্পগী সোভিয়েত সঙ্ঘ অপুম্বগী অহৈ মরো সমস্যা মরু ফংনা মুখৎনবা থৌদোক অমা লাম্লোকপা তারম্মী।

লমহলদা হায়রিবা মুরত থাদা মাইহ মরোং হুনবা চংপ তাখ্রম্মী. করিমক্তা শোয়দনা য়েন্নিং মতম্মদুদা।

মতৌ অসুম তৌনা মাপল শুবা ওইনা ঐগী পুন্সিদা ইখং থংহৌদনা অওনবা অমা লাকলে।

কেন্দ্রীয় সমিতিগী অধ্যক্ষ মণ্ডলনা ১৯৫৪ গী জানুৱারী ৩০ দা কজাখস্তানগী ফিভম অমদি লমহলগী থৌরাংগা মরি লৈনবা থৌদাংশিংদা খন্না নৈনবগীদমক্তা মীফম কমখি। তুম্নিং নিনিগী মতুংদা ঐহাক তাল্মা অদক্তাদা থোংশাল্লে।

নতনা অদুদা ঐগী পুক্নিংদা কৈদৌৈদসু রাখল অসি লৈরমদে মতুংদি চহি কয়াগী মতুংদা ঐহাক ইশাগী পুন্সিগী অদুগুম্বা কাওক্তমদ্রবা থোংচংকী মরমদা মীয়ামদা হায়নিংবগী অপাম্বা লৈরক্তনি হায়বসি। ইশাগী অতোপ্পা থোংচংশিংগী মতৌগুম্মা থোংচং অদুদসু ঐনা তাক্সী অমদি নোটবুক থমলমদে। তৌনিংবগী থবক কয়াবুদি লৈরম্মী। তৌইগুম্লসুং মসি নিংওন্নকতবগী রাদি নত্রেকো।

লেনিনগী মশাগী লাইরিক লেপাক অমসু ইরাংহৌবগী রারোইশিনবদ ইরম্বদু নিংশিংলকই। মহাক্না তাংকক অমক ইপরম্মী অদুবু তশেংবমক মতুগী থবক হৌবা ওমখিদ্রে মরমদি মরক্তা ওক্তোবর ঈহৌ লাকশিন-খিরম্মী। মহাক্না খরা করেম্নবগা লোয়নননা হায়। "মতৌ অসুম্মা মমক থংপসিবু তরাম্না ওকনিংঙাইনি। "ইহৌগী রাখলদা লৈবা' অসিগী মরমদা ইবনা খুইদগী সুংঙাইবা ১সুং হেন্না কাম্নগনি।" লেনিনগী রাহৈ অসি ঐখোয় পুম্নমক্তাদমক্তদি নিংশিংনিংঙাইনি।

লমহলগী মফমদা সোভিয়েত মীয়াম লাখ কয়ানা হৌজিকসু ঈহৌগী রাখালদা লেম্নরম্মী অমসুং মতগী হৌরকপশিংবু অহৌবা ইতিহাসকী ওইবা মতম্মী

ফিভমদা খোংংলি। মখোয়মা চাওখৎলবা মান্নবা মন্নাই (সমাজবাদ) শে গী মবন্নাইগী রাখল ফলম্মী। মবম অসিনা মপুংফাবা লমহলদা কংথোক-নিংবা চহিশিংদু ঐহাক্না মতম লৈবখিবিক্না থম্মোইদুংদা চেংনা হমগনি।

অসিনা অল্মা অতাগী অহাম্বা খোংচং ওইনা ইহান হান্না মদু ইমিংনা উম্রিডৈ মখোংদা ঐগী পুরিংদা শহর অদুগী মফমদা কা হেন্না নুংশিবা পোকখিবম্মী। মসিনা ঐগী থম্মোয়দা যাম্না হান্না মশাগী মফম ফমা শেমখ্রবনি। মদুগী ঐনা কামেস্রোত, দনেপ্রোপেত্রোবস্ক অমদি জপোবোজেবু নুংশিবা অদুম্না অথাপ্পদগী মসিবু ঐনা নুংশিরমই।

লালবলদা যৌগল চংলিবা অতোপ্পা অয়াম্বা মীশিংগী মতৌগুম্না মতম কুইনা ভাইনববগী মতুংদা ঐনা ঠিকানা অদু ফংলমই অদুদা ঐগী ইমুং মনুংনা য়োকখিবা। মতম অদুদা ঐগী নুপীগী অহানবা চিঠি অদুগী ঠিকানা (৯৫, কার্ল মার্ক্স স্ট্রিট, অল্মা অতা) হায়না থারমই। লালবলদা ঐগী ইনাক য়ৌবদা থা নিপালগী অশাংবা অমম্বুং নুংশাখিবনা থম্বা চহি চংলমই। অদুগা হায়রিবা চিঠি অদুগা ঐহাক্না ঐগী ইমুং মনুংদা চংজফম পিরিবশিং — বাইবসীনোবকী ইমুং মনুংগী তুর্গেন তারাবায়েবিচ অমম্বুং মাগী নুপী কম্না য়াকলোবনা-গী মমিং থংলে। মমৈথংদা ঐনা মথোয়গা পিক্রবা য়ুম থিদুন ফংলে অয়াম্বা চাংচং ওইনা মতম অদুগী চপ মান্নবা য়ুম মথোল অমা ওইনা শাবা অল্মা অতাগী অতোপ্পা য়ুম লিশিং কয়ামুকুম্বা ভাক্লনি। লাল চথরিডৈদা ঐগী নুপীনা ঐডোম্দা ইরমই মদুদা কালেন থাগী মতমদা য়ুম অদু অশংবা অমামশিংনা কোইনা লৈ। অমম্বুং থোংনাওগী মথাদা ত্রোং-ত্রোং লাওবা ইফুং অমা চেম্থরমই অমম্বুং মরম অসি ফেব্রুয়ারী থা অদুদা ইচেল অদু থকখিরমই। উল শৌদোকপগী মতম

ওইরকল্লমই অনবু উপ ন্বী শিং ননা য়াওদ্বা নউশি দগী ঈশিগী নবিকশি তারকলগা। কবিগুন্না মবম অমদগা খংহৈদনা ঐহাক ইশাগী লালহংগা অয়াম্বা নতমশিং নৌংগৌন, নিংশিংলক্রমই। ঐহাক মনুংদা চংগদবা? অতুগা লেপ্পনক ঐহাক কজাখ ইমুং মনুং অদুবু থাগৎপনা চুশ্মী। অতুগা যুম অদুদা ইকোক অসি নোনগদবনি অদুগুম্বা নাখোং শাবা চহি অদুদা, মবিগী মহুন্না মী তরেৎমা পুন্না ন্নংঙাইনা পুন্সি লেনখিবম্মী। অদুবু ঐনা ঐগী ভুপী লাকপা ফাওবদদি ঙাইখিগে হায়না নিখি অমম্বং মতম অদুদা ওইথোক্কবদি চৎলগা মখোয়গা হাকথোং-ননা ট্রনসিবা?

ঐহাক ন্নুঙিগা লন্নকোইবগী পরি অমা চৎথবম্মী। মবনদি ঐহান্না শহব অদুদা লৈবগদৌরম্মী অমম্বং থবক তৌবগদৌবগী অ-ড্ডুনা মসিদা অহ নবা রাথল অন্না কয়াং য়াংনব গীদম ড্ডনি মসিনা খ্বাইদগী ফবা পাম্বৈ ওইবমই। ঐহাক্না কৈথেললোমদা মিংয়েং তাশিল্লমই। অসিনা রাথল লৈববা মীৎয়েংগী মমাংদা থবদি শং - শনা উই। মসিনা কবিংশ্বা ইলকংগী লনং মগী পুন্সিগী মখল অমগী চাংচৎ, মফম অদুদা কৈথিবিবগী চৎনা লেনবং ওমম্বং মহৌশাগী পথাপনিংগী নিংশেল ওই। নিল থোলচা মাবক শবক অম..ন্নচু - মবাংনা থনগবা অন্না অতা কৈথেলদগী য়াম্না হেন্না কান্নবা খঙনিংঙাই ওইনা ফংলে অতুগা শহর অদুনা মপুংফাবা নিংখিববা মচুগী মমি অমা তাহনজিবা অতুগী মফাদা ঐনা হেন্না পুক্লিং হুনা চিংশিনলি হায়না খল্লি।

ফিভমশিংদো ইমাংদা লাক্লবদা, ঐহাক মফম অদুদা মফম কয়া-মুক্তা লৈবা তাবমই। ঐহাক্কী অহানবা লৈফম শহব মপাল্লদা ঙসিগী ফাওববা মেদিবৌ স্টেটিঙ্গগী মফম ( মতমদুদা মসি শাগৎতরি ) চাওরাক্লা

কিলোমিটব বঙাবোম থাম্লদা পোথাশঙ অমা লৈবম্মী। মক্কম অসি হায়নিংঙাই লৈতন নি থিবা মক্কম ওইবম্মী। হৈকোল, খোংলম্মী, শেংলব ক্লংশিং, চিশাংদগী তেং, ল্লোং লাওনা চেম্ববকপা ইফুৎ অক্তমগ চাঁয়া নপ্পা ঐথোয়গী মায়কৈ মরিদা চেল্লম্মী। মত্বুদা শক্লবা শংবাক্লবা উমৎ অম-সুং ভগাপ তরুং লংলবা উজনা কুপ্লবা চাংদোলশিং উরম্মী। সেপ্তেম্বর ১৯৭৬ তা কক্তাখস্তামগী ঐগী মমাংগী খোংচৎ হ্না ঐহাক পোথাশং অন্থুদা চংলুরম্মী অদুগা ঐগী হাল্লগী কা অদু থিগে নিংলম্মী। ঐহাক থাজবগা লোয়ননা অনিঙ্গবা মথোন্দা য়োবে, খংথিবা থোং থিরে অদুগা ঐনা লোয়নবকপ মীশিংদা ভাক্লমই মত্থদি থোংনাংগী মথাদা ডেস্ক অমা লৈবনি অদুগী নাকলদা সোফা অমম্ব।

য়ুম শেম্মরিবনা ঐঙোন্দা হায়র্বকই "নংল্লে লিয়োমিদ ইল্যোচ অদোম থোংলোন অনিগী য়াংমদা লৈরে"।

"হায়রীবা থৌদোক অসি মীওইবগী নিংশিংবগী মপুং ফাদব অদুৎকী নল্লে হেনতুম খুমাং চাওবা খুদমনি। পোথাশংবু অমুক হন্না চেশল্লদা নল্লে, সুপ্নগী ওসিগী অল্মা-অতা পুম্নমক তারিবা শরবদগী পুমতোং তোংঙানবা অমা ওইরে। হৌজিক অসি চাওরবা অনৌবা শহর অমা ওইরে। মসিগী মীশিং চাওরাক্লা লাখ তরানি। য়েংবা মুংঙাইবা মফম অমনি। মহৌশাগী অপুন্ব নশাগীনি। মসিগী লৈচিল নোংক্লাই থাঙলবা তৌইগুম্বসুং মওং চানা থৌরাং অমগী মতুংইন্না, অদুগা ঐনা হায়নিংবদি, নিংথিনা নৌহৌনা শেমলগা শাগৎলকলিবনি। অদোম অসিগুম্বদা উরিথিরোই অম্নুম্না নিংবা কাইবনা থললবা মহাও অমত্রা ভাইরবা জিলা। অনৌবা চাওখৎপগী মশাগী ওইবা য়ুম লিংশি অদুগা করিগুম্বা অচৌবা বিলদিং অমুক হন্না অনিরক শুনা শেমনল্লে।

করিগুম্দা ঐনা মফম অদুদা ঐগী মরূপ মপাংশিংগী মনাক্তা খোংজেল থুনা ইশাগী করিগুম্বা খোংচল্লা লাকপদা মখোয়দা হায়রমই "মফম অসিদা ঐহাক অমুক য়োরক্লে, অদোমগী মরক্তা, অদোমগী ইমুং মনুংগী মীকোক অমগী মতোংগুম্বা" ঐগী ইমুং মনুং অল্মা অতাদা চংলুবা অদুদদি ঐন. পিন্নবা লোকচপ হায়না ফাওরেব। হায়রিবা লিন্নবা জিলাদুদা পিকতক্লা ঙগী লোমী মওংগী য়ুমবু ইশাগী য়ুম ওইরে। হৌজিক্তি য়ুম অদু শিদোকখরে। মমৈথংদা ঐখোয় ময়ায় ওইবা শরুক্কী জংলেল লৈদি। নুং-লৈওোই, শেক্তোগী শরুক্কা শাবা চাংয়েংশং অমদা লাক্লে। মশানা তাকচরমই নুংগী শরুক খাংলোই হায়বসি, মরমদি হৌজিক য়ুম অদু মফম অদুদা লৈতরে! অদুগুম্বা পিকতরবা খাংপোকশং অদুদা লান্নগী খেংচংদা ঐগী ইমুং মনুংনা চংজফম ফংখিরম্মী! মফম অদুদা তাম্বক নাইব, চাওরবা ঈশিংচাইবী অমা লৈরম্মী। অদুগা কুর্মানোব অমসুং কুমাগাজগা লমাংগী নুংগা মচিনতুম্বা অদুদা ডগি ফাওবা য়ুম অগাবা অদু লৈরম্মা তৌইগুম্বসুং মফম অদুদা ঐহাক অল্মা অতাদা ইশাগী থবক্কী সুপ্নগী থা খবাং মরিরমই।

ফেব্রুয়ারী ১৯৫৪ গী হৌরকপদা, অনৌবা মফমদা কোইথোক্লুনা য়েংনবগী মতম ফংদ্রিডে মমাংদা ঐহাক কজাখস্তানগী কম্যুউনিস্ট পার্টিগী কেন্দ্রীয় সমিতিগী মপু ওইব মীফমদা শরুক য়াবা তারমী। ঐনা শোয়দনা হায়গনি মীফম অদুদা ব্রা ডাংগদবা ভয়াগী আলোচক ১মুং মশাগী ব্রা শেংন হায়দোকনব ডাক্তানি। পীঃ কেঃ পোনোমারেঙ্কো অমসুং ঐনা পুক্লিংচংনা তরনই, তৌইগুম্সু ঐখোয় করিমত্তা ব্রা ডাংলমদে। মাখলগী মতম য়োশিন্নকপদা সোভিয়েত সঙ্ঘগী কমুনিস্ট পার্টিগী মীছৎ শিনবা অমনা নৌহৌনা মীফম ফমন্নবা হায়রমই মহুদা কেন্দ্র সমিতিগী

থৌরারেল কংলুপনা অয়াবদি পিরম্মী মতুদি পোনো মারেঙ্গোনু অহানবা সেক্রেটরী অমস্তুং ব্রেঝনেবপু মথং খনবা সচিব খনগদবনি।

পীঃ কেঃ পে নোমারেঙ্গো অমস্তুং ঐখোয় অনি য়ান্না পুক্কিং তিন্ননা থবক তৌমিনরম্মী। ঐখোয় অনিগী পম্থুংফম অমংতনি অতুগা অরা অনা, পোংনুম পুবদা শরুক য়াম্নিরম্মী। ঐ ফাওবগী রাকমদি, ঐনা অতুগুম্না "অচৌবা খুংমাব" অমগী মওংদা, মহাক অতুনা য়েক্লবগী লাল্লোংদা থরাই য়াওনা মীয়াম পুংগী আন্দোলনগী লালঙ্গংদা মাংজিন থাবা অমদি হৈশিলবা থৌবু অনদি থাজবা মরুপ কী মওংদা, শকতম অনিমক্তা। পোংতেলইমোন কোংগ্রাংতেয়বিরু মতম খুদিংদা ইকাই খুম্নরমই।

মীকমগী অরোইবদা মহাক্না শরুক য়ারিবশিংবু থাগৎলমই অতুগা ঐখোয় অনিগী মাইকৈদগী স্তুপা রাহি খরদং হায়রমই:

"ঐহাক্না নিংজে মতুদি ঐখোয় অদোমনা থাজবা মতুংইন্না মাইপুনবা ঙমগনি। ঐখোয় হোংনগনি অমসুং কন্না হোংনগনি। ঐনা খল্লি মতুদি মথংগী চহি অনিগী মনুংদা ঐখোয়না কেন্দ্রীয় সমিতিদা রিপোর্ট অসি পিবা ঙমগনি মতুদি কজাখস্তান পার্টী অপুনবনা শিন্নখীবা থৌদাংশিং অদু পাংথোকহনবিবা।"

অতুগা তশেংবমক চহি অনিগী মতুংদা ঐহাক্না কজাখস্তান কম্যুনিস্ট পার্টীগী কেন্দ্রীয় সমিতিগী অহানবা খোবুরেল ওইরবদা ঐনা সোভিয়েত সঙ্ঘগী কম্যুনিস্ট পার্টীগী কুনশুবা কংগ্রেসতা রিপোর্ট অসি পীরমই মতুদি লমনৌদা লৌ উবা হৌননবগী পার্টীনা মরম ওইহনা শিন্নবাখিবা অচৌবা থৌদাং ইকাই খুম্না মপুং ফানা পাংথোকচখরে।

( ২ )

ঐখোয় পুম্নমক হৌবদগী থবক্তা লুপলম্মী। ঙসি চহি অস্তুক য়াম্বসিগী মতুংদা মতম অতুগী চেবাংদা মিংয়েং তারবদা ঐহাক করিগুম্বদা

হায়নিংঙাই লৈতনা ঙল্লনই মহুদি ঐখোয় অতুক য়াম্না থবক করম্না ভৌথিবানা অমস্থুং মহু পূন্নমক মতম চানা অহুবু মনিনা তাকপদি মী ওইবগী খুংশেন অসিগুম্বা মথলদা শেমই মহুদি মহাক পুক্নিং (মানসিক) অমস্থুং হকচাংগী ওইবা অনিগী অকনবা চয়েংন্না চিংখাইনবগী মতুংইন্না মশাবু চাশিন্নব, ঙমই হায়বসি থাজদনিংঙাইনি। মফম অসিদা লাল অদো ভাগুক নিংশিংলকই। মসিদা মীশিং কয়ানা শরুক য়াথিবা মখোয়ন খাংথিবা খুথাং অহু মীওইবন খাংবা ঙম্বা ব্রাখলগী ঙমখৈনি। মখোয় তুমশিং ফানা তুম্বা কালনদা অহুগা চফম কানা চাবা ফংদে, কেন খোংবাল-নুংলং দা পুনচোং চোন্দুনা লৈরমই, নুমিং কয়ানি উন তাবা মফম অহুদা খাংবা তারমী। উনগী ইশিংদা ইরুপ্তুনা লৈবা তারমই. মহু ফাওবদস্থু য়াম্না ব্রন। কনানা লোক থংদুনা অমদি অতেপ্পা 'নিংথেম লায়ন" লায়নাশিংগা শাথেংনরমই। লমহলদস্থু অসিগুম্বা মখাগী পৌরেক থরা উরম্মী।

লমহল তেমপোকপগী হুংগী লাকজাওগা চাংদম্নবদ লালগী লালজংদা পার্টি গনস্থু প্রজান মরম ওইদুনা মায়পাকথরবা অচৌবা লালফম ঐনা হান্না চাম্নজনবানি। লালগী নিংশিংবসি ঐখোয়না লালবল পাবগী মীওইশিংগা লোয়ননা মতম খুদিংদা লৈরগনি অমস্থুং অমুক হন্না চাংদম অসি তুকোইনস্থ পন্দুনা, শেন্দুনা লৈরগনি। অতুমনদি লমহলগী ইলাকাদা নোংমৈ কাপনখিদে, বোম তাখিদে, গুলী শিজন্নখিদে অতুমনাই তৌইগুম্লং অতৈ লেমহৌরিবা পুন্নমক্তি থাঙ্গেংশেন হায়রবদা লালদা লালনি। ইহান হান্না লাম্মীগী লোমদা হায়রবদি অহানবগী থবক্তা ইশাগী পাঙ্গলশিংবু অমুক হন্না তাশিন খোমজিন্না অমস্থুং ইশাগী খোংমী লাল্মীবু পাঙ্গল কনহনবা মসি তরাই তরাইবা ব্রাদি নংলমদে।

নৌহৈনা মীয়ামগী িফম ফম্নবগী মতুংদা কজাখস্তান গী কম্যুনিস্ট পার্টিগী তরেংগুবা কংগ্রেস ফম্নমই। মতুদা ওইরিবা ফিভম অফ ফত্তা নৈন্নব পুথোক্লমই অমসুং হায়রমই, মতুদি হাম্নগী কেন্দ্রীয় সমিতি ব্যারো অমসুং সচিব মণ্ডলগী থবক পেন্দনিংঙাই মশকনি।

ঐহাক মরম হায়জগে। মহৌশানা খুৎশেমগী পান্বৈশিংনা য়াম্না চাওখৎলবা ইলাকাদা, মফম অদুদা মশিং থিঙমন্ববা অপুনবা ফার্ম লৈবাক্কী ওইবা ফার্ম অমদি মেচিন অমসুং ট্রেক্টর লেংদনা লৈরি। অসিগুম্বা ইলাকাদা লৌবুকশিংদা ট্রেক্টর লিশিং তবা অমসুং কম্বাইন থবক তৌরি, অসিগুম্বা মফমদা লৌখোইবা য়াবা লমদা নম্বুনা হেক্টর লাখ তরাগী নাপী হৌবা লমহাং অমসুং শনজাবুং, মহৈ মরোং, শামতু, লশিং অমসুং উলগী পোথোক, লাল হৌদ্রিঙৈ মমাংদগী লৈখিবা অদুদগী হেনখিদে অদুনা হিরম খরদনা তশেংনমক, অদুদগী মহৈ মরোংগী পোথোক মখাদা হুন্থখিরমই। শঙ্গোমগী পোথোক ১৯৪০ দগীদি ব্রাংলমই। মহৈ মরোংগী পোথোক্কী চাংচৎ সুপ্নগী সেণ্টনর খুদিংগী হেক্টর ৫ নত্রগা ৬ন্তা মথাইরমই। লশিং সুপ্নগী সেণ্টনর ১০ অমসুং আলুগী য়ামলবদা সেণ্টনর ৬০ রোম।

মতম অদু ফাওবদা কুবান, উক্রাইন অমসুং দোনগুম্বা লালদা মাংতান্নবা লমশিংগীদি অমুক হন্না খুন্দা লৈতাখিরমই। অদুগা মখোয়না মশাগী মহৈ মরোং অমসুং মশাগী শা-ললগী পোথোক হেনগৎহল্লমই। তৌইগুম্বসুং মতাং অসিদা, অদুদি ১৯৫৩ দা কুমনা (ঋতু) হায়নিংঙাই লৈতনা মফম অসিগী প্রজাগী মফমদা মহৌশাদগী থোইদোক্লা পুকচেল চাওরমই। শজিক্কী পুক্কে য়াৎপমা মরম ওইদুনা মখোং মরিপ্পানবা লাখ ১৫ মরাই তারমই। অকিবা ফংনা ইংলবা মতমদসু শাশিং অহাংবা

শাবলদা থৄরমই অমসুং মখোয় কোশারাগী থায়নগী চ'ঙফমদসু চংঙফম ফ'লমদে। 'ঐখোয়গী ইলমলমদা মতম থুদিংদা অসুম্না থোক্লুনা লাক্লি.' মীশিংনা হায়নৈ। ঐনা অসিথক অমুক্না হেন্না কনশিন্না হায়বা পামই মতুংদি অপুনবা ফার্মশিংগী যৌবুরেলশিংগী মনুংদা অয়াম্বনা সুপ্লগী মপী লাইরিক ক্লাওবদা তমই অতুগা ৩০০ দগী হেন্না অয়াম্বনা ময়েক্তা চংপা ঙাক্লনি।

হৌই, কজাখস্তানদা লৌ-উবা য়াদবগী পোৎশক্কী ওইবা মরমসু লৈরমী। মসিনা লৈপাক অপুংদা লম-থুমগী মরুওইবা শরুক থওইদে হায়বা মশানা তাক্চরমই। সোভিয়েত সঙ্ঘগী কমুউনিস্ট পার্টিনা কেন্দ্রীয় সমিতিগী সেপ্তেম্বর ১৯৫৩ গী মপুং ফাবা মীফমদা মসিগী অশেংবা অমসুং মচেৎ ওইনা মরোল পুথোক্লমই। অতুম্নদি ময়ামগী ওইবা মমাংগী ব্রাস্ত্র কজাখস্তানগী ফিভম নিংবা কায়নিংঙাইনি। খুদোং-থিনিংঙাই অমনা মসিনি মতুংদি মফম অসিগী লুচিংবা থরদি মাংওই। থেংনরবগী মতুংদা মপুক্লিং হনখিরমই। "অতুবু ওইথোকপা য়াই, ঐখোয় লাইবক ফব।" হায়বগী পান্দমদা থবক তৌরমই।

কেন্দ্রীয় সমিতিগী সচিব আই. আই. অফোনোব, হায়রিবা অসিনা লৌউবগী লাংজৈ পুরিবা; কংগ্রেসতা হায়রমই —অসুক চাওবা মীয়ামগী ওইবা লৈপাক পুবা, ঐখোয়গীদমক্তা য়ান্না থৌদাং চাওবনি. থৌদোক-শিংবু লাকশিনবগী মতুংদা ঐখোয় অতোমবা ফায়রমেনশিংগী মতৌগুম্না মথোং মরম খংদনা কোইচেল চেল্লি। করিগুম্বদা মফম অসিদা অমসুং মফম অংদা 'মৈ' হৌরবদি অমসুং ঐখোয়না সুংগী মতু মুৎপবা কোইচেল চেননবা। অইবা য়াথং চেসু য়াওদে। সুংগী য়াথং পীরিবতনা ঐখোয়গী লৈঙাকলোনগী য়ুমফমগী মওংনি।

অসিগুম্বা মথলগী অয়াবশিংগী মতুংদা প্রাদেশিক পার্টি সমিতিগী মাইকৈদগী হান্না লময়ানবা ব্রাংলম্বদা কনামনমক্তু ব্রানা ংকুননিংঙাইনি। অসিগুম্বা খোদোক অমা শেংদোকনবা হোৎনরবস্তু, মতু খরা কান্নবদি "মৌলিক" কী মওংদা তৌরমই। থুদম ওইনা আকন্থ্যংবিস্ক প্রদেশ তা চহি অমা মথাইগী সপ্লাই দমক্তা শক্তিক পৈশিন্নবগী লালজং চংলম্মী। অসিগুম্বা থাগৎনিংঙই ওইবা হিরম অসিবু অয়াবা তাখরে অমম্বুং পাওচেশিংদা অয়াবা অতু ফোংদোকখিরমই। অদুবু মীপুম থুদিংনা খংনরিবা কনাগুম্বা অহানবা লময়ানববু মরু ওইনা। মতুংগী পান্থৈগী, অসিগুম্বা পান্থলশিংগী মতেং লৌগদবা মখোয় অদু থবক ওইনা শিজিন্নখিদ্রিবা। মতুদতা মখোয় অদুগী মরু ওইবা মমলগী চাং লৈগদৌরিবনি। তৌইগুম্বুং আকন্থ্যংবিস্কগী মীশিংনা অতোপ্পা লম্বেল অমা লৌরমই। কনা কনাগুম্বনা মশা মশানা শরি শোনখিবগী মতুংদা কঙ্গাখ প্রজাতন্ত্রগী মন্ত্রা পরিষদা চে-পাও থারক্লমই। অমা, অমগী ব্রাকমবু লুনা থন্নদুনা থুনমক ঐখোয়দা টেক্টর ৩০০দা নত্তুনা কেরোসিন থাও টন লিশিং তরুক অম। চেংথোক চেনশিনগা গাড়ী গা থাও অদুগা গিয়রগ্রাজ অনম্বুং অতৈ মচাক পীরকলমই মতুদি ঐখোয় ইশা-গী ব্রাশক মপুংফাবা ওম্নবা। শগ লপনা হায়রবদা অদোম নসি পামবিদ্রবদি ঐখোয়না লোয়না লোয়ননা অদোমম্বু মিংচৎ থিবক ফংবীনিংদ্রবদি ঐখোয়না হেরো ওইবদা ঐখোয়বু নতেং পীনবিয়ু।

ইশাগী পার্টিগা মরি লৈন্নবা, সোভিয়েত কা মরি লৈন্নবা, লাল্মী অমদি লমথুম, লৈঙাকলোনগী অমম্বুং ইশাগী খংজবা অপুম্বা। ঐহাক ব্রাকম অসি য়াম্নমই মতুদি মীগী মথুন্তা ঙাইবগী লমচং, মীগী মপাল তাংবা, অতোপ্পা মী অমগী থবক ওম্বগী হুরানবগী লিটমস চাং তশেং তশেংনা

উরমই। অতুগা মরম অসিমক্তি ঐখোয়না লৈতাব্রিবা লৈবাকপু লৌপাম্নবগীদমক্তা তেম্মথোকপা চৎলমই অমসুং রাষ্ট্র পুম্নমক্কগী তেংবাংবা ফংগনি হায়বগী থাজবসু লৈরম্মী। মরম অসিনা অসিগুম্বা থবক হৌবসিদা মরুওইন। পুক্নিং চংনা চপষুংনা লেপ্পা তাবনি।

ঐহাক্না অয়াম্বা মতমদা থবক তৌবশিংবু য়েংশিন্নবগী ভণ্ডাইকদবা অতুদা পঙ্গমই, হোয়, মফম অসিদা ঐগী রাজ্যদি মখোয়শিং অহুনা অদুগনদি মখোয় মসি তৌবা ঙমই হায়তুনা উৎনিংলিবা। পুম্নমকপু ঙাকপীবা হায়বা অহুম লৈতরে। অশোনবা, মপুক শোংদবা মীওইশিংবু লেপ্পমক তাম্মোক্নদবনি। মফম অসিদা ঐনা উই মতুদি তোঙান তোঙান থাঙ্গা নেতা খরা অয়াম্বনা য়াম্না চান্নবা মরুপকা শকনাই য়েংদুনা ফম চওনে ংসিবু থুনমক সুংথংপা দরকার ওইরমই অমদি পীঃ কেঃ পোনামারেঙ্গা অমসুং এনা কন্না খোংথাং লৌগংলমই। ঐখোয়না রাজ্য অসি মীনাং য়োক্না অমসুং অচুম্বা মওংদা লাওথোক্লমই মতুদি কনা অমনা শেরাম্না লৌখিদনব। ঐনা (মার্চ ১৯৫৪ দা অল্লা-অতা দা মীখল তৌরিবশিংগী মমাংদা) ইশাগী অহৌবা ভাষন অমদা হায়রমইঃ

কজাখস্তান পার্টি সংগঠনগী মমাংদা য়াম্না থৌদাং চাওবা লাম্থোকইবা মখোয় অতুবু য়েংলতুনা অশেংবা থবক্কী মপুং নিয়মগী মগুন য়াম্নমক হেনগংখরে। কজাখস্তান কম্যুনিষ্ট পার্টিগী তরেং শুবা কংগ্রেসতা থবক মপুং নিয়মগা মরি লৈন্নবা থবক্তা য়াম্না কা হেম্না রাংপা অমদি অশোই অঙাম ফোংদোক্লমই মসিনা তাকপদি লুচিংবা খরনা মশাগী দায়ত্ব, রাখল মাংহলমই অমসুং শিন্নী কাংবুগী মীখল, মখোয়গী মতিক চাবা মতুংইন্না নাক্তে, সুপ্নগী মী মশাগী অপাম্বা পথাপ কী মতুংইন্না তৌবমই। ঐখোয় মসি থাংবা ওমলমদে। জনতম্রদা মমুন

ফারবা, রাখল লৈরবা মীওইশিং য়াম্না লৈ। মখোয় অদু লুচিংবা থাক্তা থম্বদা নিংথিনা মতিক চারবনি অমদি পার্টিনা মরম ওইদুনা শেমলবা থৌরম পথেং পাংথোকপদা মতিক চারবনি।

মতৌ অসুম তোনা ঐখোয়না চেংনা থাজনা লুচিংবশিংব, খনখিরগী অমসুং ইশামক মতিক চাবা খেংমী লাম্মীনি হায়না অয়াবা পীরমই অমদি লমহল খোইবা তকথইবা হোংনবগীদমক্তা পার্টিগী রাখল ওাইওমদনা ওায়দুনা লৈরমই। অদুগা ফ্রেবরারী ১৯৫৪গী হেক লোইরকপদা সোভিয়েত সঙ্ঘগী কমুনিস্ট পার্টিগী কেন্দ্রীয় সমিতিগী ঐতিহাসিক ওইবা ফ্রেবুয়ারী মার্চতা অমুক হন্না মীফম ফমলে 'মহুনা লৈবাক্কী চাথোক অমুক হেন্নবা অমদি লমহল হায়বদি লমলেম ইংখোল তকথায়বগী মরিদা লেপ্পরে।

কজাখ স্তেপ্পা (উকোল রাকোল) দা অচৌবা লালদাবা হৌরে। অরাংথংবা কজাখস্তনগী নোংপোক নোংচুপ থংবদা কিলোমিটর ১৩০০ অমসুং অরাংদগী খাদা কিলোমিটর ৯০০ পাকশন্না শন্দোক্লমই। মতুদা লৈরিবা প্রদেশ ৬ (মতম অদুদা প্রদেশ ৫ দা লৈরমই), কুস্তানাই, স্তেলিনোগ্রাদ, কোকেচতাব, তুর্গাই অমসুং পাবোদার—গী পুন্না ক্ষেত্রফল বর্গ ৬.০০.০০০ বর্গ কিলোমিটরদগী য়াম্না হেল্লি। মসি ফ্রান্সকী অপুম্বা ক্ষেত্রফলদগী য়াম্না হেল্লি। হায়রিবা পাক চাওরবা লম অসিদা ঐখোয় কিং মিং ২,৫০,০০০, লৈহাও লৈবা স্তেপী লম খোইবা থাবা তাররমই, মসি বিট্রেন অপুম্বদগীসু চাওবা হেনবা ইলাকানি।

ঐখোয়দা নত্তনা অলতাই লম ক্রাস্নোপার্স্ক গী লম, নোবোসিবির্স্ক অমসুং ওমস্ক প্রদেশ, বোল্গা, প্রদেশ, উরাল অমসুং অথাপ্পা নোংপোক থংবা লমহল দা হাল্লা শেম্বা থৌরম পরেংশিংদা থবক তৌদুনা লৈরমই।

[illegible] অমা য়াম্না খওরিবমখুনি, লৌমী [illegible] য়াম্না। লমহল অমুম হায়রবদি [illegible] লমদা থোইদোকপা খৌম্বিবা [illegible] অমুক [illegible] হেক্তর ৪২ নি। মহুগী মমুংগী কবোড় হেক্তর ২.৫ [illegible] [illegible] খৌম্বিরম্বই। অমসুং অমুক [illegible] কবোড় হেক্তর ১০৮,১৯৫৮ অমসুং ১৯৫৫ দা [illegible] খোইরম্বই।

মসি কোং ক্লোং শারুবা মশিংনি। তৌইগুবমখুং লমহলগী চাওখৎপা খোইবা থাবা কাওবনা লোইবা নত্তে। মসি চাওখৎপগী অর্থদি য়ুম ময়াম অমা মহৈশঙ কয়া, লায়েংশঙ কয়া, কিংডর গার্ডন ময়াম, নর্রা শিন্দম কয়া, কুইয়ে হুরাওগী মফম কয়া অমখুং অনৌবা লম্বেল খোং প্রেল তাকম অহুগা শাগী কার্ম কয়া, মহৈময়োং হোনবা মেচিন ময়াম, কারখানা কয়া শেম্বা শাগৎপা তারমই, শয়া হায়রবদা ময়ামগী পুন্সি অমখুং অনৌবা লৌমীগী দমকি মীকমগী অহুগুবা চংদবা য়াদবা পোং ময়াম অমা শেম্বা শাবা।

ঐহাক থৌদোকশিংগী পাক শয়া, মুমিং খুদিংগী মরোল পিরা উমরে। লমহলগী থৌরমশিং অমসুং মহুগী চাওখৎনরা লাক্লিবা খুদোং-থিবশিংগী মরমদা, অমদি মহুগী লুচিংবশিংগী পুন্সি অহুগা মদুগা হোৎনকপা পুথোকপগী মরমদা ইবা য়াবা ইথরে। ঐহাক্না ইশাগী থবক থৌরমবু সুপ্নগী মরু ওইবা ম্যাইকৈগ্রিংগী, গুসি লমহলনা ওইরিবা, মহুক চিন্নাক ওইহল্লবগীদমক্তা ঐথোয়না ল্যাললোং অমসুং শিল্লোং পাররিবা অহুগী মরমদা খনজগে। অহোবা কার্মশিং অমুক হেন্না পাক শন্না শাগোৎকখরবা অরিবা কার্মশিংদা লম শিজিন্নবগী পথাপ নাইবা, অনৌবা রাজকীয় কার্মশিংগী কেন্দ্রশিংগীদমক্তা মফমশিং খনবা, অসিগুম্বা মফম,

মফম অতুদা মী থুন্দা লৈতানা স্নুকলৈ লৈনিংঙবা, অনিগুম্বা স্বয়ংসেবক লিশিং লাখ কয়াবু তরাগ্রা একপা অমস্থং গ্রেম্নবগীদমক্তা শিনবা, রাজকীয় ফার্ম শিংগী শঙ্গোক হুনখরব, মথুংদা থুঙ্গং লিশিং কয়ামুক থুনা শেম্বা, অখঙ অহৈ লিশিং কয়ামুক থনবা, মখল মখলগী মীয়ামগী মরক্তগী অচেৎপা মওংদা অমগা অমগা লেংশিন্দুনা লিচিং অমত্নৈ অপুনবা শেম্বা অতুগা নমহল তশেংনমক থোইবা বসন্তদা মতুগা অহানবা হুনবা...., হায়রিবা থবক অসি তারম্মী অতুগা মখোয়শিং অসি অমমতা তৌগদবা নত্তে, হেক য়ারিমথৈ থুনা, শাবিনা থুন অমুক্তদা তৌবা তারম্মী।

থুদমগীদ-স্রা লমগী ওইবা লুচিংবগু শৌগংন্নবগী কয়াম য়াম্বা চাংদা থবক তৌর তারমই। অতুগা মতুম্ন য়াম্না অকক্নবা মতমগী মন্নুংদা, মসি প্যারিরশিংনা খঙম্নবগীদমক্তা ঐহাক্ন হায়ব্রগে মতুদ্রি ইথক্তা ১৯৫৪ দা ঐহাক নমহলদা থবক তৌনবগীদমক্তা জিলা পার্টি সমিতি ৫০০দগী হেম্না পার্টি শেম্নবগী শিনরেম্বশিং ১স্নুং অপুনবা ফার্ম লিশিং কয়াগী থৌবুরেলশিং, লৌউবগী অখঙ অহৈশিং, শাগী অখঙ অহৈশিং, ইঞ্জিনিয়রশিং অমস্তুং মিস্ত্রীশিংগী মরম থন্নবা অতুগা অয়াবা পিবা হায়রসিনি। অতুগা লম অতুগী চিংলেম্বা থবক পুবা কয়া অমস্থং মখোয়গী মথুংদা অয়াম্বনা নৌন। চংলকপা মীওইস্নু য়াওরমই। সোভিয়েত্ত সঙ্ঘগী কম্যুউনিস্ট পার্টিগী কেন্দ্রীয় সমিতি, সঙ্ঘীয় মন্ত্রালয়শিং অমস্থং অয়াম্বা প্রজাতন্ত্রশিং অতুগা প্রদেশশিংনা নমহলগীদমক্ত। য়াম্না পুকচেল চাওনা মশা মশাগী লাঞ্জে থারক্নমই। অমস্থং মখোয়দপী ঐখোয়না তেংবাং হায়ঙমদনা ফংই।

সোভিয়েত সঙ্ঘগী লৈবাকী ওইবা ফার্ম মন্ত্রালয়না থবক শুইনা ক্নাংলুপ থনবগীদমক মরু ওইবা শঙলেন লিংখৎলমই। মতুগী লোইশঙ

অসিদা মীয়াম অমুক্কী মতিক পাও চংথোক। চংশিন তৌই মতুদি রেলগীরে স্টেসন ময়াম অম নিংশিংলকই। ঐহাক শগুলেন অহুদা চংলগা চয়োল কয়। অহিং মোংম্বাই ফাওবা কমদুনা লৈরমই অমসুং শরুক য়াবশিংগা হাকথেংনন উন্নরমই। লমহৌল চংনিংবশিংগ। চংখোম্বা রারী শাবদা ঐহাক করিগুম্বদসু মতম খজিক ফাওব লিকসুদে। মীপুম খুদিংমক থোরাংগী খুদোংথিব। অমসুং অরুবা অতুবু থংবা অসি মরু ওইবা লালফম অমা ওইরমই। মহাক্কী মকমদা অশেংবা অপাম্বা পোকপ। অমদি মখোয় অসিগী মশাগী অপুম্বা শক্তি অমসুং মতিক চাবা সেবা তৌবা। হায়রিব। রারী রাভাইগী শরুক অসিদা ঐন। মসি খগুন্নবা হোৎনরমই মতুদি কনাগুম্বা মীওইনা মফম অদুদা চংনিংবগী অপাম্বা লৈরিগদরা নত্রগা লৈরিরোইদরা, মতোন্দা মসিগী অনুভব লৈবরা, মতুনা কয়াম য়াম্মা কন্না লৈরিবা, অমসুং মখোয়গী ইথং মনুংসু মফম অদুদা চংন্নবগী থোরাং লৈরিবরা নত্রগা লেতবরা। মসিগী পাওখুমদ। ঐখোন্দা রাফম অসি হংলবদি মসিগী মশিং তাবা নত্তে; কররা মতমদা চংকদৌরিবা মসিদা অদি রাজকীয় ফাম অদুদ লম কয়া লৈরিবা. লৈবাক্তা করম তৌরিবা, অতোপ্পা মী কদাইদা লৈরমগনি ময়াম অদুগীদমক্তা মশীন্নরী অমসুং মচাক কয়াম লৈরিবা, হৌন্নবগীদমক মশাগা লোয়ননা করি পুদুনা চংকদৌরিবা, অসিনচিংবা - চিংবা।

তাঙ্গা অসিদা মন্ত্রালয়গী থোংজিন্দা, উন্নবা লাকপশিংগী মরক্তা মতম মতুংদা ওইরক্কদরা শিনরে। মশাগী অখণ্ড অহৈশিংবু হাপ্পমই। শিনরেম্বা, মরু ওইনা লৌউ কাংলোন, মরু ওইরু ইঞ্জিনিয়ার, শেম শারা ইঞ্জিনিয়ার অমসুং মরু ওইবা লেখাকারগী অফাওবা পঞ্চগুলী মতৌ অনুম। হাপ্পমই। মমৈথংদা ঐখোয়না লৈপাক পুম্নবা থোদোকশিংগী

মথং খনবা শিনরেপ্পা অমত্তু হায়রিবা কাংলুপ অসিদা হাপচিল্লগা মতম শাকপী মফমদা তাংকনা শাহে। অনুকনবা যদি থওলে মতুংদি অসিগুম্বা অশিনবা অমা য়াওনদি লৈব-থোংলগী চুমগী করম য়াম্বা শূলোংচাবা ফংবগী মরু ওইবনা থবা সমস্যা মায়পুন্দা লুরবনি।

কেন্দ্রীয় সরকারগী লোইশঙদা কম্মাথস্তানগী চাওরবা নক্‌শা অমা করাংদা য়াররমই। লালবসদা থাম্বা মতমদা ঐহাক্না লাম্না য়ুনিটশিংগী লৈকমশিং, মখোয়গী থবক ভোফম শিনলমশিং, অমসুং লালদাবগী পরিং পরেংশিং হুত্নুনা খিন্নুনা তাক্লমই। মতৌ অসুম্না হৌজিক ঐহাক্না মানচিত্রদা মশিং থিগম্নবা কামশিং অমদি শিন-লাংবা মরোল ওইবা খন্নবা রেভুন্না তাক্লমই। মরু ওইবা হিরম অছুম্বা লৈকমশিং তাক্লমই। মকম অচুদগী লাল হৌগদবা অচুগী লৌবুক্কী খাইদগী নক্‌শা শহর, ষ্টেসন অমসুং স্টেশনগী অরোই অথম নাইদনা শন্দোক্লিবা উবা ক'বোই ক'দবোই তৌবা থুনংশিং। অশংবা, অভাংবা ফিরোলনা মমাংঙৈগী অমত্রা ওইবা অমসুং লৈবাক্কী থবক মশক তাক্লি। হায়রিবা কামশিংনসু ননহলগী লৌবুকতগী হেন্না মশাগী লৌপালনম পাক শন্না শন্দোক্লমই। অসিগুম্বা লৈবাক্কী কামশিংগী কেন্দ্রশিংগীদমক্তা অভাংবা ফিরোলসু থেৎভুনা লৈরমই। মকম অচুম্ন হৌজিক শেল্লগদবনি। ১৯৫৪গী নক্‌শাদা অভাংবা ফিরাল ৯০দি চেংথোক্লমই, ১৯৫৬ রোবা কাওবদি মতুংগী মশিং ৬৭ কাওবা য়ৌথিরমই।

শ্রীশিংনা মশাগী বাইরৌপ্রাকীদা "অম্রাবা" ওইনা উমমই মতুংদি মখোয় কমিশনা কিতমদা লৈবাক্কী কামগী শিনসেবা অমসুং মতুংদা মরু ওইনা শিন-লাংলিবনা মশাগী পুন্নিংবাওরা মশাগী থবক হাক্নগী য়াথং চে, বেষক্কী থাভাগী নবর অমা; রবর- ষ্টাম্প "হায়হনা" কায়দা তেগী

য়োয়ক্লমই। মখোয় মশা মশাগী পম্বুংকম অত্থদা য়োরকই, ফার্ম মকম থওম্নবা লৈবাক্তা উচুক থরা য়ুংই অমস্থুং থবক হৌই। মসি তশেংবমক্তি থবক তৌবগীদি অম্মুম্না তৌই। তেইগুম্বস্থুং ঐগী থায়নগী থুংফা ওইরবা তুজুংবা শরুক ইরাংলকপা মতমদা য়াম্না চংদবা য়াদবা হিরমপরেং অনা কাওথোক্লমই। মখোয় মশা মশাগী উচুক য়ুংনিংবা মওংদা নত্রে, সুপগী অচুম্বা মওংদা অয়েপ্পা মফমদা থুংলমই অমস্থুং লৈবাকী ফার্ম শিংগী শিনরেম্বা মশাগী ফুরিংথাওশিংদা য়াথং চে অমস্থুং মবর ষ্টাম্প নত্তনা মশাগা চিঠি চেরাং ফয়াস্থু লোয়নরকই। মত্থদা নক্শা য়াওই, মত্থদা মসি হাপচিনলি চনশিল্লি মত্থদি আনৌবা ফর্মবু মতৌ করম্না লম পিরিবানে। অমস্থুং মখোয় মতৌ করম্না শিজিন্নগদৌরিবানে। লমহুলগী লবুক অসি তুজুংনিঙাই য়াম্না লৈবগী মতিক খুদোংথিনি ঙাই ফয়াস্থু লৈরমই। তেইগুম্বস্থুং ফিভম অসিবু অরাইবা ওইনা থনবীরেইদবনি। ময়াম খোংলৈ থুনা স্তেপীদা য়োরক্লে অত্থগা লম থম্নবগীদমক্তা মাইকৈ মরিদা শন্দোকলিবা লনজাওদা খোইগংলকলে।

শেম শাল্লিবা ইঞ্জিনিয়ারশিংদা শত্রুং চেক্র রাখললোল অমা লৈ। মসিগী অথদি য়ুমগী মকম লেপথোক লেপশন, য়ুমকম থোন্দোক থোনশিন অমস্থুং লৈন্নুংগী ইলেক্ট্রিক লাইন তিংথোক তিংশিনগা মরি লৈনবা থবক ফাওবনি। মসি মপালগী মওংদা অত্থক য়াম্না মিং থুপত্রবস্থু য়াম্না চাওবা থবক অমনি। মসি য়ুম শাস্ত্রিঙৈগী মমাংদা তেৌবা তাবনি। লোমীদা "শত্রুং অকোইবা" না তাকপগী অর্থদি লৈবাক শিজিন্নবগী চাংয়েং, লৈবাক অত্থ মত্থগী তোঙান তোঙান্নবা হিরমগীদমক্তা য়েনথোকপগা। মরি লৈন্নবা থবক অপুন্বা। লৈবাক শিজিন্নবা চায়েং ফার্মগী মওং মরিল অমস্থুং লমচৎ, মত্থগী লবুকশিং নাপী লম্পাকশিং অমস্থুং শঙ্গাবুংগী মওং,

মতুগী শারিবা য়ুমগী মফমশিং, ঈশিং রাৎতনবা অমদি হিংনবগী অমসুং পোখোক্লী দমক্তা য়াম্না মরু ওইবা অমসুং অমুক্তম্ রাফম কয়ামুক্কী লেপ্লফম ওইরিবা মখল অমগী ইচম চম্বা থৌরাং অমা পুখোকপা তাই।

গনতন্ত্রগী পার্টি কেন্দ্রীয় সমিতিদা হৌরকপগী সুংগী মুমিৎ অতুদমক লমহলগীদমক্তা থবক্তা পুকচেল শেংনা থবক তৌবা কাংলুপ অমা ইচং থৌই থৌই হায়বসি মশা মতোমদা চোংথোকচরমই। মমৈথংদা মতুগী মখল মখলগী মমিং থোল্লে থবক শিনবা, থবক্তা পুকচেল শেংবা শঙলেন অমসুং মীওই খরনা মতুবু গনতন্ত্রগী লমহলগী শঙলেনস্থ হায়না কৌনৈ। নতুগী খোংচৎ খোংথাং তশেংনমক লল মতমগী শঙলেনবু নিংশিংহল্লি। মতুগী থবক পুন্নবগী পোৎলুম ঐগী ইথক্তা লৈরমই। হায়রিবা কাংলুপসি সরকারগী কনাগুম্বা অমত্তা মরু ওইবা মওংদ, থবক হাপ্পা মীকোক লৈতে। মসিদা য়াওরিবা মীপুম পুন্নমক মশা মশানা ওইবা ভাক্তনিঃ তৌইগুমসুং মখোয় পুন্নমক লৌ উবগা চুমদ্রিং মরি লৈনরমই। ঐহাক নত্তনা খুংপুসিদা কজাখস্তানদা লৌমীগীদমক্তা কেন্দ্রীয় সমিতিগী মীকোক ( সদস্য ) মতিক লৈরবা করীবজানো বিচ করীরজানোব, কেন্দ্রীয় সমিতিগী লৌমী অমসুং লৈবাক্কী ওইবা ফার্ম বিভাগশিং, য়াইতোবা াসংদ্রেই কোংস্তাংতিনোবিচ মোরোজোব অমসুং রাশিলী আন্দ্রোত্রবিচ লিরেং স্তোব, গনতন্ত্রগী লৌমী মন্ত্রী গ্রিগোরী আংদ্রেএবিচ মেলিনক; রাজকীয় ফার্ম মন্ত্রী মিখ্রাইল দিমত্রিয়েবিচ ব্যাসেংকো অমসুং অরাংবা থাক্কী থবক তৌবা ময়াম অমা। মতৌ অসুম তৌনা গনতন্ত্রগী কেন্দ্রীয় সমিতিদা লমহল গা মরি লৈনবা হিরমশিংবু লৌরদুনা মী লিশিং লাক্ক কয়া লাক্লই, তৌইগুমসুং ঐনা মরুপশিং অতুগী মমিং পঙ্করিবা মখোয় অরাংবা থাক্কী ভ্রাক্তরিং অসিগুম্বা মীওইশিংনা থৌদাং অচৌবা লৌদুনা থবক শিন্নমই।

খোইননগীদমক্তা লম থাইদোকপা অথুবা থৌদোক অমনি অতুগা অমুক্কী মতিক য়াম্না চাং হেন্না তৌবা তারমই মতু অঙকপগী মশক্তি। অতুগা মসি হংলবা মতুদি ঙমখৈ লৈত্রবা স্তেপীগী ইলাকাদা চৎকদৌরিবা কনান। ইঞ্জিনিয়ার হান্নবো হংলবদি বৈজ্ঞানিকনি, ঈশিং লাকপা উরুং পুরেল, লমমিং খঙবা মীওই, লৌরুং পুরেল।

লৈহাও লৈব লম মকম অতুদা পুন্দুনা লৈবা নত্তে। মতুগীদমক্তদি খিদুনা ( হুনদুনা ) নৈতুনা লৌফাৎ তম্নগা থম্বা তারমই। করম্বা মকমদা মরু-মরাং থাবা চান্নগদগে অমস্তুং করম্বনা নাপী হৌবা লমহাং শঙ্গাবুং ওইবা ফংদগে। লমমিং খঙবশিংনা কজাখস্তানগী চওরাক্লা অমা থোকপগী অহুমনি, হেক্টর ক্রোড় ১০ নৈনবা তারমই। কজাখস্তান গনতন্ত্র মথন্তগী বিজ্ঞান অকাদমীনা স্তেপীদা পুন্না লানজং থুৎপু ৬৯ ১স্তুং কাংলুপ থৌরাং তৌদুনা থারমই। লমগী মরমদা নৈনবা অমস্তুং মতুগী চাং য়েংবদা লৈনাক পুম্নমক্কী মীশিং অকামীশিং অমস্তুং সন্থান অমদি প্রয়োগিক কেন্দ্রশিংগা অখঙ অহৈশিং কয়া শরুক য়াওরমই। রুস, কজাখস্তান উক্রাইন অমস্তুং ( লোকসগী লৈবাক্কী বৈজ্ঞানিক উরুং পুরেল, ঈশিং ইঞ্জিনিয়ার, লমমিং খঙবা মীওই অমস্তুং লৌরুং পুরেলশিংনা গনতন্ত্রগী জিলা ১৭৮ দা নৈনরমই অমস্তুং অহানবা ওইনা লম হেক্টর ক্রোড় ২২,৬ খোইবা য়াবা লম ফংলে। মখোয়না অতুগুম্বা লমশিং অতু উমংনা হুপ্না কুপ্লবা লৈপাক পাক শন্নবা নকুশাশিংগী মঙং অমস্তুং মকম অতুগী য়ুম শান্নবা মচাকশিং, ঈশিং ঝাঙনবা অমস্তুং রো মেটিরিয়েল ফংবা য়াবশিং অতু মরিক চুন্না মকম মকম তারুদুনা জিলা এজেন্সিশিংগী মমাংদা অতুগা মতুগী মতুংদা প্রদেশক্কী অমস্তুং গনতন্ত্র এজেন্সিশিংগী মমাংদা পুথোক্লমই।

ঐগী নাক্তা লমম্বিং তুম্বিং ওনবগী ডিপ্লোমা লৈরমই। মরম অসিনা অম্নুক চাওরবা গনতনত্রগী কেন্দ্রীয় সমিতিগী শিনরম্বা লমম্বিং তুম্বিংঙী অখণ্ড অহৈ, হান্দম অনিমক্তা ঐহাক ছিরম পুংদা য়াম্না হেন্না। থম্বায় য়াওরম্মী। বৈজ্ঞানিকশিংন থুনমক ইশাগী মাইকৈ লেপ্পদা ঐখোয়গী ইজেং পাংলমই, গনতনত্রগী লমদম অসিদা ভশেংন। তরুক থোক্লা থায়দোক্লবা মহৌশানা লৈরবা লল-থুনগী ক্যাংলুপশিংবু থিন্দুনা তাক্লমই অমম্মুং ছিরম অসিদা ভশেংনা লৌথুপ লৌকোই লৈতনা মফম কদাইদা মহৈ মরোং থাব। য়াবগে হায়বদো রিকোমেণ্ড তৌরমই মহুন্দি কদাইদনা শা য়োকপা য়াবগে, কদাইদনা ঈশিং চিংবগা লোয়ননা চংখোম্না খোঙীব য়াগদগে।

মতম অসিদা কজাখস্তানগী মফম কয়াগী মরুপ মপীজাশিংগা ঐগা লোন্দিনরমই। কজাখস্তানগী মীশিংদা ঐহাক লালগী ইশাগী মতমসিদমক হুংশিরমই। মখোয় য়াম্নমক লৌনম লৌথুপ য়াওদব। মপোদাং খণ্ডবা অমদি থৌনা লৈবা অত্তুগা লাল্মী অমদি মকোক ওইরমই। লালনা লেপলিঙৈ মরক্তুম্ন মতম থুদিংদা মশাগী মরৈবাক্কীদমক্তা লেক লেক লাওরবা মপুং ফায়বা মনা পুংলবা পাকশন্না শন্দোক্লবা স্তেপগীদমক্তা খোৗরাংদুনা লৈরমই। করি করিগুম্বদা ঐহাক্লা কনাগুম্বা কজাখ মীওই অমনা মশাগী হুংশিরবা, অরাবমা থল্লবা শৈহেক্তা শৈহেকপা ইশৈ তাবদা ঐহাক মহুগী মনাক্তা চংতুনা হংলমই "নহাক কনাগী মরমদা ঈশৈ শক্লিবনো ?"

"স্তেপীগী মরমদা শাশিংগী মরমদা ঐনা ঐগী হুংশি শানৌ সিং-শিংলক্লমই।"

"কনাগুম্বনা মশাগী হুংশিজবী লৈত্রবদা মশাগী ময়ুম হাংবা থাঙজবা য়াই স্তেপী —অদোমগী মাইকৈ মরিদা লৈবা উক্রাইন স্তেপীদি। মসিবু মহু ফাওবা য়োন। ফত্রবরা ?"

" হোয়, কৈ তৌইগুম্বস্লুং ঐখোয়গী স্তেপী মুখগী তোঙাল্লি।"

অতুগা হৌজিক চহি কয়াগী মতুংদা ঐহাক মসি উবদ। হয়াওই মতুদি কজাখস্তানগী জাতি কয়া য়ায়া নিংখিরবা সোভিয়েতকী থবক পুবা শেমগৎলি। মখোয় অতুগী মতুংদা পার্টি অমসুং অশিন অরাংগী অরাংবা থাক্কী শিল্পী, মতিক ময়াই লৈরবা বৈজ্ঞানিক, কলা অমসুং সংস্কৃতিগী অপুনবা হিরম খুদিংদা মমুৎ তানা খঙলবা মীওই কয়া য়াওরমই।

ঐহাক্না শোইদনা হায়গনি মতুদি কজাখশিংনা অপুনবা মওংদা মখোয় ময়ামগী অপুনবা মতম চহুম শারবা নাপী, স্তেপী খোইবগী পার্টিগী ব্রারেপপু মপাল নাইদবা থৌনা অমসুং থাগৎপগা লোয়ননা তরাম ওক্লমই। লমহুলদা লবুক ওইবা কজাখশিংগীদমক্তা অরুবা সমস্যা অমনি। কজাখশিংনা চহি চা কয়াদগী শা-শন য়োক্লমই অতুগা হৌজিক মখোয়গীদমক মসি তঙাইফদবনি মতুদি স্তেপী লমদা মপুন্সিগী হায়া লে ইনরকপা শকওং শকফম অতু তুরা তুন। থুদেকপা, চাথোক থোকহল্লিবা লৌমী লৌউ মেচিনগী ওপেরেটর, মহৈ মরোংগী লমদা খঙবা হৈবা তৌইগুম্বস্লুং লমমিং খঙবা অদুবু মফম অতুগী মীশিং অস্লুক য়ায়া হৈ-শিংলমই অমসুং থৌনা লৈ মতুদি মখোয়না লমহুল খোইদোক খোইজিন্দনা য়ায়া কা হেন্না মপাঙ্গল থুদেক্না অমসুং মতিং লৈনা শরুক য়ারমই। কজাখ প্রজাগী ইতিহাসকী ঈহৌবু মপুং ফাহল্লমই। মখোয়না দেশক্কী চংদবা য়াদবশিংবু খঙই অমদি মশাগী ক্রান্তিকারীবু অন্তরাষ্ট্রীয়তাবাদী থাক্তা উৎলমই।

দীন মুহম্মদ অহমদোভিচ কুনায়েবকা ঐগা মরূপ শান্নরকপা চাওরাক্না শতাব্দী অমগী মরি থোকপা অতুবাইদগীনি। মতম অসিদা মহাক কজাখ

গনতন্ত্রগী অকাদমী কাওলোন (বৈজ্ঞানিক) গী য়াইতোংবা (অধ্যক্ষ) ওইরমই অমস্তুং মরম অহুন। ইবানি অমগা অমগা খওনবা মশানা তাবনি। অন্ন-অতাদ। ঐন। লৈবা হেক হৌরকপা মুমিং খরনিগী মন্নুংদা খওনখিবনি। মহাক লৈহাও (সোইল) গী ইঞ্জিনিয়ারগী ছাত্রনি অমস্তুং মহাক য়োংথী ধাতুশিংগী মরমদা মুম্না খওবনি। অদুবু মহাক অথুবা মিংয়োং য়েংবা মী অমদি নত্তে। মহাক্কী রাখল্লোন রাজনেতাশিংগী পুকচেল চেল্লমই। মহাক পুকলে চাওথোক্লা রাখল খল্লি অমস্তুং থৌনা লৈন। রাখল খনবা ওমই। কজাখস্তান রিফ্রোম অমস্তুং ওইবা য়াবশিংগী মরিদা, ওরিজ্জান খরা অমস্তুং অরুবা রাখল ফোংদোক্লমই। মহাক অইংবা মীগী রাখল চেনবা অমস্তুং রাখল লৈব, পুক্লিং শুমহৎপা মী তানি, রাখল থৌবা অমস্তুং পার্টিগী চৎনবী পথাপত চেংনা থাজবা মতৌনি। থুনমক মহাক গনতন্ত্রগী মন্ত্রী পরিষদকী য়াইতোংবা ওইখিরমই। ওসি মহাক্ক কজাখস্তান পার্টি সঙ্ঘগী সুচিংবগী অমস্তুং সোভিয়েট সঙ্ঘগী কম্যুউনিষ্ট পার্টি কেন্দ্রীয় সমিতিগী পোলিট ব্যুরো সদস্যনি।

দিমাশ অহমদোবিচ (ময়াম্না কৌনবা মিং, কনানম্বু মপুংফানা দীন মুহম্মদ কৌনদে) না লমহল লমদমগী মরীদা লমথিংবা অমগী মওংদা লৈপাক কাওলোন সংস্থানগী থৌবুরেল (নিদেশক) উমারবেক উম্পানোবিচ উম্পানোরবু ওইহল্লু হায়না থাংগৎলমই। অমুম্না থবক ফবা কাওলোনগী থৌবুরেলগী লমজিং মথাদা সংস্থাননা কজাখস্তানগী লৈপাক লৈহাওগা মরী লৈনবা মরু ওইবশিংদা পাক শন্না থংবা য়াবশিং থোমজিনখিরম্মী অমস্তুং মহাক্কী মেম্বরশিংনা অনৌবা রাজকীয় ফার্মশিংগা মরী লৈনবা থরক্লা য়াম্না চাওনা পিরা য়াবা তেংবাং পিখিরম্মী।

ঐগী নাক্তা গনতন্ত্রগী কৃষি মনত্রালয়গী লমওন তুওন, লম শিজিন্নবা বিভাগকী ময়ায় তাংবগ ওইরিবা বাসিগী অলেস্নাং স্রোয়িত শেরেমেত্যেবগী মরীদস্তু মুংঙাইবা নিংশিংবা অমা লৈ। মহাক অঙকপা মী অমনি। নিংথম কালেন থাত্তুনা মহাক মকোক টুপী উপতনা, লাম্মী সিফাইগী ফিজোল্দা বুট অচৌবা অমা উপলতুনা অমসুং মতম চুপ্পদা মরেংবাদ্দা লাম্মীগী লালচং খাও য়াল্লতুনা লাকথোকলাকশিন তৌরম্মী। কজাখস্তানদা মহাক্না চহি কয়া থবক তৌরমই ১সুং খোংচৎ অতুদা মহাক্না এলাকা শিনথুংনা থবক তৌরমই অতুগা স্তেপী লমদমগী মরীদা মমিং উইশিন্দুনা তাকপা ঙমলমই। রাজকীয় ফার্মশিংগী কেন্দ্রীয়গী ওইবা য়ুমশিংগীদমক্তা মফমশিং থনবগী য়াফম অমা লাক্লবদি মতম থুদিংদা মহাকপু হন্দেকানিংঙাই ওইরমদে। মহাক্কী লালজং খাও, অতু ঐঙোন্দা অতুগুম্বা ললগে ওইনা থোংখরে, হেলোইগী য়ারিশিং তাবদা য়াওবা অতুম্না। ময়াম অতুগী মসুংদা নকশা, রেখাচিত্র, নোটবুকশিং অতুদা মণীং থিজনবা তু-খোংশিং, মফম কয়া, চীশাং কয়, মীথুংকমগী মশীং য়েক্রমই, ইরমই, অমসুং লমদম অতুদা লেরিব, অনোবা মী কয়াগী মমিং তাকপা ঙম্লমই। লমগী শরুকশিং অতুবু মুম্না তশেংনা মশক থংবদোনা অনোবা ফার্মশিং লিংখৎনবগীদমক্তা করিগুম্বা কমিসন অমদা মমিং য়াওম্নবা তকশিল্লমই। কজাখ অস্তাকালগী অহল-লমমনা তরাম্না ঐখোয়গী মতেং পাংলমই।

শেরেমেত্যেবনা মসি থঙলবদা ঐহাক লম্নমিং তুম্নিংকী চাংয়েংগী মরমদা মুম্না থঙই, মহাক হরাওরতুনা করি করিগুম্বদা তেংথাংবা ওইনা লোয়নরমই। অতুগা করি করিগুম্বদা মহাক্না থবক কাতুক কারনসু তৌরমই। অতুগা ঐঙোন্দা অপিক অপিকপা থৌদোকতু অপম্ব লিরমই।

তৌরগীদি হায়রিবা থবকশিংসি ঐহাক য়াওদ্রবস্ত অদুম মহাকনা য়ারেপ লৌবা য়াবনি তৌইগুম্বস্তুং অয়াম্বনা অপনবা পিনিংঙাই ঙাক্তগী থবক ওইরমই। অদুগা মদুসু য়াম্না লুবা মওংদা। নোংমা মহাক লমম্নিং তুমিংবী লৈয়েক (নক্শা) মশেক খ্রাক্তা চপ্লহনা ঐগী লোয়শঙদা য়াম্না ফিংনা চংলক্লমই। ঐহাকনা নিংশিংবদা লৈয়েক অদু মাগী মনাক্তা কোতচেতার লমদমদগী থারকখিবনি।

"য়েংবিয়ু মখোয় ময়াম্না করি তৌরিবনা হায়বদু। মখোয়না লবুকশিংগী মরু ওইবা কয়াৎ লেপ্তুনা হাম্নগী লমশিংদা অনৌবা লবুক অমুক হাপচল্লে। ঐনা জিলা কেন্দ্রদা ফোন তৌরে অমসুং অশাওবা উৎলবত্তুদদি মখোয়না করিমত্তা হাদনা পাওথুম পিরকই। "মখোং মরম খঙদবসি করিগীনো? মসি ঐখোয়গী অহানবা চহিগী অখোয়বা লম নত্তে। বসন্ত হেক লাকপগা; উল শৌদোক্লগনি মতম অদুদা হেক্তা থংলাগনি মত্তুদি নকম কদাই কদাইদা লৌ খোইবা য়াগনি হায়বসি।

মহাকনা ময়ামগী অপুনবা ফার্ম অদুগী মরমদা য়ারী তৌরমই। লম অদু লবুক ওইন্নবা অনৌবা লম পিথোকখিরমই, মফম অদুগী মীশিং স্তেপীদা চরি কয়ামুক্তগী লৌপান্দুনা লাক্লি অমসুং মহৌশানা মখোয় মশাবু অম্নুক য়াম্না অখং অহৈনি হায়না থল্লি মত্তুদি চয়েৎ খোয়েংনবা থোকহনিংলমদে। হায়রিবা য়াথল অসি কোকহনবা মখৌ ওইরমই। ঐখোয় য়াম্না অরায়বা পথাপ্না মায়োকনবা তারমই অমসুং মসি থম্না লৈনবা তারমই মত্তুদি অনৌবা লম থরবদা মফম লৈবখিবি ক্তা কাঙলোন লোনবী ওইবা মওংদা তৌগদবনি। মত্তাং অসিদা থুনা থবক ওইনা হেক্তা পাংথোক্কদবনি হায়বসি তঙাই ফদবা লৈরমদে। অহোইনত্তুম মসি ফুদে

মান্দে পাংথোকপা তারমই মহুদি থৌদোকশিং মমুৎ তানা খন্নরগা তুং কোইনা লৈহৌনব থৌরাং শিনবা তারমই । অস্তুক থাজবা পম্বুংক্ষম, পান্দম অসি ফংনবগীদমক্তা করিগুম্বা ফিভম অমদা পাঙ্গল হনবা য়ারমদে। ঐহাক অয়াম্বা মতমদা কেনদ্রীয় সমিতিগী লোয়শঙদা অহিং থেংনা কমহুনা লৈরমই, মসিগী অহানবদা ফার্ম দর্জন কয়াগী লৈয়েক অমস্তুং থৌরম পরেং গনতনত্র মনত্রী পরিষদকী ব্রারেনা অমস্তুং সোবিয়েত সঙ্ঘগী কৃষি মনত্রালয়গী য়াথংনা মরম ওইহুন, অরোইবা মশক অমা য়ানদ্রিডৈদ; মহুগী মরমদা হন্না হন্না খিজিন-খোৎচিন্নমই।

অয়াম্বা মীয়াম্না খঙই মহুদি করিগুম্বা ১৯৫৪দা তৌববুদি মসিদ মীওই থরনা চিংস্তু চিংনরিবনি. মদুবু পুকনিংদা চিংশিন্নবদি চহি অদুদা লমহলগী লবুক্তা হায়নিংঙাই লৈতনা মহে য়াল্লমগনবনি। দেশ অপুনগী ওইনা হেক্টর ক্রোর ১.৩ গী মকমদা হেক্টর ক্রোড় ১.৯ দা থোইবা হৌরমই ১স্তুং কজাখস্তানন খোইবা থংবগী মশাগী থৌরাং পান্দমগী হেন্দোক্লমই। মসি অমুক হায়নগী মথৌ ওইখিগদরা, মনিদগী ময়ামদা কয়াম্না মথৌ হেনগৎপগে হায়নদো অমস্তুং হায়রিবা পরিযোজনা অসিদা মীয়াম কয়াম্না থাজবা ফংলিবা। সোভিয়েত সঙ্ঘগী কমুনিষ্ট পার্টিগী কেন্দ্রীয় সমিতি অমস্তুং সোভিয়েত সঙ্ঘগী মন্ত্রিপরিষদনা ঐখোয়গী অহানবা ব্রাখললোন অসিবু কুপ্পা নৈনবা অমস্তুং লৈবাক্কী তৌবা ওম্বা অত্থবু মুন্না খন্নরবগী মতুংদা "মহৈ-মরোংগী পোথোক হেনগৎনবগীদক্তা লমহল অমদি লমলেম-শিংদা অমস্তুং লৌউবগী চাং হেন্নবগী মরিদা।" অনৌবা ব্রায়েপ অমা লৌরমই। কজাখস্তানবু অমুক্তা হেন্না লৈবাক্কী পান্দমগী ওইবা অনৌবা ফার্ম ২৫০ লিংখৎনবগী থৌদাং শিন্নরমই।

অহানবদা লৈবাক্কী ফার্ম ৯০ গী দমক্তা, ১৯৫৪ দা লিংখৎখিবা অদু, য়াম্না খুদোংচাবা লমশিংদা রেলগে অমস্তুং চেনলিব। তুরেলশিং অদুদগী হেন্দোক্না নকপা মফমদা পিরে। হৌজিক ঐখোয় মপাল নাইডুবা স্তেপীগী মমুংদা খোংমাং চাওশিবা তারমই। ঐখোয়গী থৌদাং অমুক্কা হেন্না লুশিল্লমই। খোইনবগীদমক্তা লৈপাক খনবা য়াম্না লুবা থবক ওইরম্মী। মসিদগী নিংহন্নবা হায়বদি অদোম্না হায়বিনিংলগনা মসি পুকচেল তিন্নবগী মিংয়েং অম্না ওইরে অসিনি।

লম অসিগীদমক্তা লাঙ্গাও থোক্লখিবদু ঐহাক নিংশিংলি। সোভিয়েত সঙ্ঘগী কৃষি মন্ত্রালয়গী মত মতুং ইন্না হায়বদি আকত্যুবিংস্ক প্রদেশতা লৌ স্নুকখোই খোইবা য়ারোই, মরমদি মফম অদুগী লৈবাক মহৈ মরোং লোকপগী মতিক চাদে। অতোপ্পা মাইকৈ অমরোমদনা কারাগাংদা প্রদেশতা লৈরিবা মকুপ মপাংশিংনা লৈহাও চেন্দবা লৈবাক্কী ফার্ম ১৮ লিংখৎনবগী ব্রাফম থাংগৎলকপদু মখোয়গী “অথুবা খোংথাং” বু করিগুম্বা শত্ব য়াওদনা য়াথোকখিরমই। ঐনা মাস্কোদা মন্ত্রীদা ফোন তৌরমই অমস্তুং হায়জরমই, মসি তশেংনমক লাল্লবনি, তৌইগুম্বস্তুং মহাক্না হায়রমই মদুদি কারাগাংদা মীশিং মরৈবাকনিংবা অমস্তুং অনৌবা লম্বী উৎপা মীনি অদুগা লোয়নননা মহাকনা মসিমক তশেংনা উৎলমই, খুদক খুদক্কী অফিং অফাই ওইনা, অরাংথংবা প্রদেশকী নেতাশিংদা লমদম অদুদা লমনৌ তশেংমমক লৈতবা, থাইনগী চৎনবী পথাপ অমস্তুং অতোপ্পা মাগী চৎনবী লমচৎকী ফাওবদা দোষ পিশিল্লমই।

চপ চাবা মশিং তাদনা মরম থিদনা ১স্তুং করিগুম্বা দলিল য়াওদনা চুম্না চিন্নবঃ মরৈ য়েংনবদি অরেম্বা তারম্মী। ঐহাক প্লেনদা আবত্যুবিংস্ক

লমদম য়োরে। মফম অতূগী অখণ্ড অহৈশিংগা উন্নরে অতূগা নৈনরে অমসুং লেপলে মতুদি লমদম অসিন। নৈহাও চেনবা লম খরসু লৈ। ঐনা কন্না তকশিঞ্জরে কাঙলোন লোনশিংগী অপুনবা লময়ানবা খুৎপু অমা য়াম্না থুনা খোংশানবিয়ু। মখোয়না মপুং ফানা অমসুং পুকচেল শেংনা থবক তৌই অমসুং হেক্টর লাক্ষ ১৭ কা অকবা উবা য়াবা লম ফংলমই। ঐহাক কারাগাংকাদসু চৎলম্মী অতূদদি ঐহাক থাজরে মতুদি ঐখোয়না তৌরিবসি চুমই। ঐগী থাজবসি অমুক্কা চেৎশিন্নে মতুদি লৌউবগী বৈজ্ঞানিকী ওইবা মিংয়েংগী লিচিং অমা পূরক্লিবসি তৌনিংবতা তৌবা মিংয়েং দি নক্নে।

অল্প অতাদা, ঐখোয়না গনতন্ত্রগী প্রাদেশিক পার্টি সমিতিগী থৌবুরেলশিং অমসুং প্রাদেশিক কার্যকারিনী সমিতিগী য়াইতোংবশিংগী মীতিন অমা ফমলমই, কজাখস্তানগী কমুনিষ্ট পার্টিগী কেন্দ্রীয় সমিতিনা অনৌবা রাজকীয় ফার্মশিংগীদমক লম খনবগী ফসশিং খন্ন-নৈন্নবগীদমক মরু ওইনা খোংথাং অসি থাংবনি। পোলোইগী রা ঙাংবদা ঐনা মতম অতূদা ঙাংলমই (মতাং অসি ঐহাক্কা মীতিনগী অইবা অতূদগী পিজরিবনি)।

“লম য়েন্থোকপগী মরিদা ঐখোয়না হায়নিংঙাই লৈতনা থবক তৌরম্মী। চাওরাক্না হেক্টর লাক্ষ ৯০ গী লম থিরে অতূগা মতুগী ঙমখৈসু লেপ্লে।” মচেক ময়ানা অমসুং রাহৈ ওইরা অর্থদা, হিরম অসিদা লৌউ মন্ত্রালয়গা নিংঙায় শাংদানবসু য়াওরে, মসিদগী মতম অসি ঐখোর তোঙান তাবা পাম্বগী রা নত্তে। ঐখোয় ইশাগী পন্নেপফমদা লেংদনা লৈগনি অমসুং আশা তৌই মতুদি ঐখোয় ইশাগী রাফম ঙাকপা ঙমগনি।

কারাগাংদা হৌজিক ফাওবা মশাগী লম রিসোর্স লেপ্পা ঙমদরে হায়না ঐখোয়না খল্লি। রাফম অসি থাঙ্গৎখ্রবদা মতুদগী রাজকীয় ফার্ম ১৮ লিংখৎপগী রাফম। মসি য়াম্নদি উই তৌইগুম্বসুং মখোয় ময়াম অমু য়েন্থোকপগী অয়াম্বা থৌরাংদি ঙমদে, করিন। কান্নরোইদবা মতিক চাদবা লেমখাক ঙাক্লা খনজিল্লমই। লোয়নননা প্রদেশকী অয়াম্বা জিলাশিংদা ইশামকুম্মু চৎতুনা য়েংলুরমই। অসিগুম্বা লৈহাও লৈবা লমশিং লৈরি মফম অমু লৈবাক্কী ওইবা ফার্ম ওইশিনবা য়াবা।

ঐহাক্ন স্তেপীগী চাংয়েং অমসুং অমৌবা ফার্মশিংগী মফম লেংবগী মরমদা অসুক্কী মতিক শন্দোক্লা মরম অসিগীদমক্তা ইরিবনি মতুদি লমনৌ লমশিংগী লবুক্তা "গুন্দ্রং চক্র" গী য়াম্না মরু ওইবা লৈ। খোইগাদে রিবা থাগদৌরিবা লম অমুগী মরাইদক অমসুং মফম অমুগী ওইরক্কদবা পুন্সি অমু মসিদা পুমলে লেরে।

— ৩—

লমহলদা অহানবা ওইনা বসন্ত ঋতুন, ঐগী নিংশিং লকান্নুংদা হরাওবা, মায় পাক, অকনবা মুংনাংবা, খুদোংখিবশিংগী মখল মখা কয়াগী মনি তাহল্লমই। স্তেপী তারুবা পোৎ অমা থোক্লে, ইহান হান্না নাংওইননা থেংনরিবসি মসিদগী হেন্না খুদোংখিবা সুপ্পগী চহি কুমজা কয়াদগী কুইনা লৈরক্লবা নাপীশিং হৌবা লমশিং তারাগী পাংথক ওইরবা মরু-মরানা চগুংননা হৌরিবা অসুক্কী মতিক চেংনা মরা য়ৈশিন্না লৈবিরমই, অরাবনা থমথেংলবদা লাঙ্গোল তাবা য়ারমই: সুপ্পগী মসিগী মরমদগী খুদোং খিবা অমা অমুক্লা থেংনরমই মতুদি কজাখ লমনৌ অসিদা চুম্নগী বসন্ত ঋতু ওইথোকপা মওং লাক্লমদে। নিংথম থা ওইবদগী থুনা কালেন ওনশিল্লকই। মায়কৈ অমরোমদা উন শৌদোক্লমই। মাইকৈ অমরোমদনা অয়াম্বা

মতমদা অকিবা ফংলবা মুংশানা মতিক মচম ফুদোক্লমই। মে থাদা চাওরাক্লা চুফম থোকপা নোংস্থ চুদে। লৈবাক খ্রুং-খ্রুং কংখিরমই অমসুং মুংপাক ওনখিরমই। মসিদা খোইবা ভম্বা হায়বসি অমুক্কা হেন্না সুনা থোক্লমই।

অহানবা মক্লদা মফম খুদিংদা পুক্লিং মুংঙাইনা মীয়াম তিন্না খোইবা হৌরমই। অহানবা লাঙ্গোল তাবা অতৃস্থ মঙম পাংনা খোইরমই। লমহৌলদা লমমিং তুমিংকী অখণ্ড অহৈশিংনা ট্রেক্টর কাংলুপনা শোকপা ওমদ্রবা স্তেপ্পীগী শরুক, বর্গ কিলোমিটর অনি খোইদুনা, অতোপ্পা ব্রাহৈন্দা হায়রবদা হেক্টর ৪০০ গী পাক চাওবা পুখোক্লে।

ট্রেক্টর খৌবনা ফাগী তৌরক্লমই, "মসি নংগীদমক্তা নিংথিজনা খোইরিবনি। লৈচং অমুক্কা চংহনিংঙাই লৈরি, তৌবদব্ ইঞ্জিন ষ্টাট তৌরগা পকথৌদা থৌরগা থাওনা কংদ্রিবা ফাওবা লোইরেদনা।"

তৌইগুম্বসুং থুনমক মখোয় হন্না হন্না লেপ্পা তারমই। ইঞ্জিন খক খক পর্রমইঃ লাঙ্গোলগী লোংখুম তেক্লমই। কোন্দুনা খাংলমই। এস—৮০ গুম্বা লিং-চাওরবা ট্রেক্টরতনা লোংখুম মঙা ফাংবা লাঙ্গোল চিংবা ঙমই। ডীটী—৫৪ অমসুং নেমতক তৌবা থৌবগী মিৎয়েংদস্থ তৌইগুম্বসুং য়াংতক তৌবা ট্রেক্টরনা লমহমগীদমক্তদি মতিক মপা চাবা পাজল লৈবা ওইরমদে। মফম করামুক্কা মীশিংনা মাগী মাগী লাঙ্গোলদগী লোংখুম অমা অনি চোংথোক্লকলে। মসিদগী মখোয়গী করিগুম্বদা থবক পাংথোকপদদি য়াবা, লোয়নমক লমহৌলদা লৌউবগী থৌরাং পুম্নমক ময়োং ময়াই তারমই।

মরু হুঞ্জিবৈগী মমাংদা লমহল লায়েংবা অরায়বা নত্তে, মপ্তিনা ময়া কোনপাক শাবা লাঙ্গোল লুনা চংবা য়াবা কন্টিবেটরশিং কয়ারক হন্না হনগৎ হন্দা চৎপা তারমই, অতুদগী হৈরে। শিজিন্নবা তারম্মী অমস্তুং অমুক হন্না ঈশিং হাপ্পা রোলরশিংনা ঈশিং চায়রগা তকথায়বা তারমই। অতুগী মতুংদা মরু হাপ্পা রোলরশিং শিজিন্নবা তারমই। অতুমক্তি ওইরগা লৈবাক খোইবা অমস্তুং মরু হুনবগী মরুক অসি য়াম্না খন্নরবদা মুমিৎ মরি মডানিদগী হেন্না খন্নবা য়ারমদে। ঐখোয়না খণ্ডই লৈবাক্তা কংখি লাকখিবা থোক্লবদি মরু হুনবা অরেম্বদা তাগনি।

ঐহাক্না কুস্টানাই প্রদেশতা মরু হুনবগী অহানবা খোংচৎ অতু নিংশিংলি। এন, এস, খুঙ্গোব য়োরকখিরম্মী। তোবোল কেন্দ্রদা লৈরম্মী। থুনমক মফম অসিদা চাওরবা মীতিন অমা ফয়মই। মীতিন অসি মাইকুল ষ্টুদ কার্মদা পাংথোক্লমই। পী, কে, পোনোমারেঙ্কো, ঐহাক ইশামক কুস্তানাই প্রাদেশিক পার্টি সমিতিগী অহানবা থৌবুরেল (সেক্রেটরী) আই পী, গ্রামকোব প্রাদেশিক কার্যকারিনী সমিতি য়াইতোংবা আই, জী, স্লজিব, কুস্তানাই ষ্টুদ কার্মগী শিনরেম্বা (ডাইরেক্টর) (অমস্তুং হৌজিক কজাখস্তানগী লৌউ মন্ত্রী) এম, জী মোতোরিকো, অখিল সঙ্ঘীয় কৃষি যন্ত্রীকরন সঙ্খানগী কাংলোন লোন অমস্তুং অতোপ্পা মী ওয়শিং, ঐখোয় পুম্নমক ফার্ম শিনরেম্বা লোয়শঙদা লোইনমক খন্না নৈন্নবগীদমক্তা পুরমই। খন্ন নৈনবা য়াবা থবক পুম্নমক নৈনরে তৌইগুম্বস্তুং লুরিবা রাফম অমনা মতৌ করম্না খোইগদৌরিবনো অসিনি।

থবক অসিদা ঐখোয়গী ইমাংদা য়াম্না কোক শাবা লৈরমই। চুম্নগী লাঙ্গোলগী লোংখুম্না খোইদোকপদা নত্তে, নাপী য়াওবা লৈবাক্কী মচেৎ মচেৎ মখাম্না তারকউ য়ারমদে। লৈবাক য়াওবা নাপীগী লৈতুম অতুগী কারক্কম

নপশিন্দুনা লৈরম্মী। অতুনা লৈরোন লৈরোমগী লৈপাকী কুরাংবান অতু ওনখংপা ওম্মদে। অসিগুম্বা লবুক্তা ময়া কোনপাক শারবা হৈরোনা খোইবরি য়াম্না নওং চাদবা থবক ওইরমই। ঐখোয়না মীকন য়েংথোক্লমদে অতুগা মসি ফেংনবগী বারেশ লৌরনই, মতৌ করম্না মসি পুম্নমক অসি থবক ওইনা পাংথোকপা। য়াগনি হৌনা ঐখোয় ট্রেক্টর খুৎপু অমগা খোইম্নবগীদমক্তা খোংশাল্লে।

ট্রেক্টর থৌবা অতু মিপাইরনই ১স্কুং থবক চৈন্নে থ়ম্নবা লৈরমই। হেক ওম্বমখৈ হোৎনরমই লৈতংগায় অতু মথাদা ওম্থোক্লবা অতুবু ওইথোকপা য়ারমদে। ঐহাক মখোয়গী মনাক্তা চৎলে। মখোয়না শাম্নরিবা বাৱী অহৎনা য়াওরে অহৃগা খওদোক্নে, মখোয়না বাখলনা করি তৌবা ওমলিবা। মখোয়না ঐডোম্দা পাওথুম পীরমই। হৌজিক হৌজিক লৈরিবা ফিভম অসিদদি লাঙ্গোল মসিনা করিনত্তা ক্যামদে। অতোপ্পা লাঙ্গোল ময়াম হমা য়েংবা তারি :

" করম্না মঙংগীনে ?"

" ঐখোয়না নতম কুইনদগী হায়রক্লিবনি অতুবু করি কম্নরি।" অখৌবা অমনা কন্না হায়রমই। " অসিগুম্বা লাঙ্গোল অমা পুথোক্লবগী থৌরাং তৌবা, তেংকোৎ নাইবা নত্রগা হাইরপ তুংখাই তেংকোৎ—শাবা লৈপাক কোংথংলকপা য়াবা।"

ঐনা লেপ্পমক হায়বা ওমই মহুদি মকম অসিগী মনিল খজিক ফংবদা এল.এস. গ্রুস্তোব হায়নিংঙাই লৈতনা শাওরমি অহৃগ কাওলোন লোনশিংবু অকনবা অয়াকপা খোনকম্না ওাংলম্নগনি। নখোয়না মসি হাম্না করিগী মলহৌদ্রিবনো ? লেপ্পমক কারখানাশিংদা অসিগুম্বা লাঙ্গোল শাম্নবগী

পাওতাক পিবগী মতম ফংলিবনি। থবক ওইনা চথখিরমই, অমসুং থা অমগী মমুংদা অনৌবা লাম্লোল লমহুলদা য়োরক্লে।

ভৌইগুম্বসুং থা অমগী মতুংদদি ওইররে। লমহুল খোইবগী থবক অসি কন্না মিং মায় খংদনা চংথরে অহুবু ঐখোয়না অসিগুম্বা মওংগী মরমদা চংথবা তারমই মহুদি হায়। ঐখোয়না য়াংখিবা কয়াং অহুগী অহুগী মতুংইন্না। নোংমা মুমিদাংব্রাইদ। ঐনা ইশাগী হৈনবী মতুংইন্না লৈপাক্কী ওইবা কার্মশিংদা মসি খংন্নবগীদমক্তা ফোন তৌরমই মহুদি মতৌ করম্না খোইবগী থবক থৌরম চংথন্নি অমসুং মখোয়ন। করি খুদোং থিবা অপনবা থেংনব্রিব।। মহুগী শিনরেন্দ্র। এফ, পী, কুখতিননা হায়রকই, মহুদি থবক নিংখিন: চথরি অহুবু মহাক্না লাম্লোলগী লোংথুম অহেনবা খন্না থারক্লবসু হায়রক্লমই।

" লোংথুম অসি মিনিট মঙা ফাওবা চংনদে। অহুবু ঐখোয় য়াম্না খোংলৈ থুনা খোইথরী। অদোম লাকপিয়ু অহুগা ইশামক্না হাকথেংননা মিংয়েং তাবিরো লাও। "

ঐনা হংলমই মহুদি নাপী য়াওবা লৈপাক অহু তেংকোং শাব। অহুদা মতৌ করম্না খোথংলকপগে। "কজনা" পাওথুম ফংলমই। "ঐখোয়না অভাংদা নমইন নমইন ইনশিনবা অহুগুম্না নমতক নমতক তকশিল্লি"।

মথং মুমিংকী অয়ুক্তা ঐখোয়গী য়াম্না চাওরবা খুংগু ১ ওদজোনিকিদজে ন্নী কার্মদা চংলমই। সোভিয়েত সঙ্ঘগী রাজকীয় কার্মশিংগী উপমন্ত্রী এস, বী, কালচেঙ্কোব ঐখোয়না হৌরে অহুগা জিলা কেন্দ্রদা ঐখোয়না। সোভিয়েত সঙ্ঘগী কমুনিষ্ট পার্টিগী কেন্দ্রীয় সমিতিগী লমহুলগা মরি লৈরবা

মহুৎশিনবা এম; জী, রোগিনেন্তবুন্ন খোংলোই ওইরে। ঐহাক্না মিগ্রাই গ্যাগিএরিচবু ঐনা উক্রাইন্দা লৈরিঙৈ অহুদগী খংনরমই। হায়রিবা মতম অসিমক্তদা চেন্নিংগোব প্রাদেশিক পার্টি সমিতিগী অহানবা থৌবুরেল ওইরম্মী। মতমসিদা ঐ দলেপ্রোপেত্রোবস্কতা থবক তৌরম্মী। মসিগী মতুংদা ঐহাক্না মহাক্কা অহুম উন্নখিরে, অমসুং হন্দক থাজদনা উন্নরসিদা ঐহাক য়াম্না হয়াওরমই। মমৈথংদা কোকচেতাব প্রাদেশিক পার্টি সমিতিগী ইহান হানবা থৌবুরেলগী মওংদা অহুগা মহুগী মতুংদা কজাখ গনতন্ত্রগী রাজকীয় ফার্ম মন্ত্রী অমসুং লৌউ মন্ত্রীগী মওংদা মহাক্না লমহুল চাওখংনবগীদমক্তা থবক য়াম্না প্রায়খৎলমই।

ওদকোনিকিদজে রাজকীয় ফার্মগী য়েংশিনবগী খোংচৎ অসিদা অসিগুম্বা অমা থোক্নে মহুদি "করিস্থু লৈতবা রাকম অমা" গী মতু পিগদোরিবসি মহাক্কি অতুগা মহাক্কী থবক মথাদা লৈরিবা জিলা অতুগী লমহুল খোইবগী থবক নিংখিনা চখরি। লবুকশিংদা ওইরিবা মওং মতৌ অতু থৌনা পিনিংডাইগী মশক্কি। ট্রেক্টর থৌবনা ময়াগী ওইবা খুৎথৌ ভাক্না থৌরমই। অতুগা লাঙ্গোলদা অসুম্না ময়া থোনা ক্রক-ক্রক লাওরবা চগন্নরব। লমহুল অতু তৌখাইহনা ফকুনা ময়া থুম্না য়েঁশিল্লি। অসুমমনু করম্না ?

"ঐনা হান্না হায়জখিবা অতুম্না "করিস্থু লৈতবা রাকম," রোগেনেত্সনা লোমোন মোক্তুনা হায়রকই ঃ ঐথোয় নাপীনা খুংলোম্নবা লৈপাক অতু পামপা মপ্রাম ময়া সুপ্রগী মথক্কী শরুক লোথোক্কে। য়েংবিয়ু, লেংখুমগী মচিন অসি সুপ্রগী সেন্টিমীটর ৭ তা লুনা চংননবগী য়োৎলমদা থমখিরমই। সেন্টিমিটর ১১ গীদা নংখিদে, অতুম্না তৌ হায়বগী পাওতাকশী মতুংইন্না। মতৌ অতুম্না ঐথোয় মওম পাংলি। তশেংনমক ঐনা মতম অতুদা থজখিবা

অহুম্না লোংখুম্না নাপী য়াওবা লৈতুম অপাবা অমা তৌখায়রগা কৈটবেকী ময়া মচেং অনা তাহল্লি অমসুং হামব্রগী মখাদা অসুম্না উপথনা থরাক থরাক হাইহুনা লৈ, মহুদগী নাপীগী শরুক অম মখাদা লৈখিরমই। অশেংবমক " মহুগী মতৌ অহু অণ্ডাংদা নমইন নমইন ইনশিনবা অহুগুম্না।" ঐনা খল্লি মিগ্রাইলনা গ্যাঙ্গিএরিচনা ক.র্মগী অতোপ্পা মরুপশিংবু চৈবিরগনি। মহাক্না মসিদা করিগী তুমিন্না লৈশিনগদৌরিবনো ?"

রোগিনেসনা পাওখুম পিরক্লমই : " অসিগুম্বা, করিম্মু লৈতবা রাক্ষম অসিদা অদোম য়াম্না নিঙ্কি। ঐনা খল্লি মহুদি মীয়াম মশামক্না হিরম অসিদা রাখল খহুরবদি মসি করিস্মু লুবা থবক নত্তে।"

" অদোম্না হিরম অসিদা খনব্রা," ঐনা হায়রকই, " তৌইগুম্বসুং অদোম মসিমদি গুকাওম্নক কাওহিরোইদবনি মহুদি লৈপাক পুম্নমক ছপ্না লমহল লবুক্তা য়ৌরক্লবনি অহুগা মসিগী মঙ্গংদা নহারোল কয়ামুক্সু য়াওরিবনি। হাকথেংনবা ফংলবা রাখল কাম্নবশিং থুনা মাম্নকৈ মরিদা শজোকদবনি। ওইবা য়াই জ্ঞাম লৈরবা মীওইশিংনা হিরম অসিদা খন্বীরস্থু, তৌইগুম্বসুং পাওতাকী অপনবা দায়ব লৌবা মখোয় কিরবমানে। মসি ওইরবিনে, নত্রবরনে, স্তেপান ব্যাসেয়রিচ ?"

" হোই, ওইবা য়াই মখোয় কিবস্ন"; কালচেংকোংনা পাওখুম পিরক্লমই।

" মরম অসিনা য়াথং চখবিয়ু মহুদি করম্না মফমদা চহুম শাবা নাপী খুদোংথিবা লৈরিবা অহুগা লোংখুমগী কোন (এঙ্গল) অহু জম্নামাথোইগী মহুক্তা তরেং খম্বীয়ু।

" ঐ ওসিমক মইয়গে।"

মতম অসিদা ঐখোয়না। মতম পুদিংদা মিখাইল গ্যাগিংএষিচবূ কোইচিং কোইচিং চিংলমই অমস্থং মঙোপ। হায়জরগই মহুদি উক্রাইনীগী মীশিং মতম লৈবা[illegible]ক্তা ফৈটবেক লৈত্থুম চাওবদগী চাওর.। তৌবা ওমগনি হায়নঃ, তৌইগুম্বস্থং ঐখোয়নদি কৈদৌঙৈদস্থ অস্থুমা হায়া উখিদরি।

নোংমা কুম্তানাই প্রাদেশিক পার্টি সমিতিগী ব্যুরোগী মীকম অমা কমলমই। অতোপ্পা রাফম কয়ামুক্তা লোয়না লোয়নন লমহল লবুকী লম্বী শেম্বগী রাকনদস্থ থমা নৈনরম্মী। অয়াম্বা মীশিংনা গাড়ী চংথোক চংশিনগীদমক সনায়াংবী শেম্বগী মীচংদা লৈরম্মী। ওইথোকপা য়াই. মসি লুবস্থ অত্থুগা মতম য়ায়া চংবস্থ, তৌইগুবস্থং মসিদগী মতম শাংনা ওইবা য়াবা য়ুম্ফম অত্থুবু মিৎয়েংদা থমহুনা, অনৌবা লম্বীশিংগী লাংল। লংজিন শন্দোক্লব। থুনমক হৌবা হায়বসিনি। লোয়ন লোয়ননমক মক ওইব। জঙ্কশনশিংদা মহৈ মরোংগী চাওর চাওরবা এলিয়েটরশিং শাব। তারমই। অত্থুর এন, এস, গ্রূশ্চোবগীনা রাফম অসিদ। লেপ্তুনা লৈরমই মহুদি অপিকপা লাইনগী রেল লম্বী কয়া শেমহৌবন। কায়গনি। মহাক্কী দাবীনা অসিনি মহুদি লম্বীদগী হন্দোক্লা লৈবা জিলাশিংদা রেললম্বীশিং ফাওহন্দূন। মহৈ মরোং য়ৌহনখিবসিনি। হায়রিব। রাখলশিংগী ওয়-তৈনবদা কনানম্ভনা য়েংলকপা তাখিদে। মরম অত্থুনা কুম্তাম্সাইদগী উরিতস্কোয়ে ফাওবা অপিকপা লাইন অমস্থং মঙ্গী মতুংদা পেন্সিলদগী তুর্গা ফাওব। অনিগুবা লাইন তিংখিরমই। মসি অরানবনি। অনিগী মরক্তগী লাইন অমা কাওবা মহৈ মরোং হৌনবা পুব। য়াবগী মওং ওইরমদে অত্থুনা থুনা অনিমকপূ থুগাইরে।

ঐনা থুদম অসি মসি উৎনবগীদমক্তা পীবদি মত্তে মহুদি পার্টি অমস্থং রাজ্যগী থরক পুরা মী অমত্তনা। পুলপ পুথোক পুশিনগী মৃকোক্তু,

অর্থ শাস্ত্রী, ইঞ্জিনিয়ার অসিনচিংবা পুন্নমক ওইগদৌবনি। মহুৎশিন ক্রা মসি পুন্নমক ওইবগী মথৌ ওইদে তোইগুম্নসুং মহাক মরাগী ওইবা চাওখৎপগী নিয়মশিংদি মুম্না খঙগদবনি অমদি লোয়ননা অচংবা বৈজ্ঞানিক অমসুং চংনবী জ্ঞানগী থাজবা থমগদৌবনি। অদুগা, মহাকপু কল্লিগুম্বা লৈবাক্তা মশাবু মীওইবগী থবক শিন্নাগী মকম খুদিংদা অমত্তা ঙাইবা অমসুং মুৎগুম্বা মকোক থোংবা ওইনা লৌরোইদবনি।

আধুনিক অর্থশাস্ত্র, রাজনীতি, খুনাইগী পুন্সি অমুক হান্না লুই মতুংদি মতুংবু কোকহনবসি সুংগী মপাঙ্গল লৈরবা অপুনবা তর্ক-শক্তিনা মরম ওইতুনা তৌবা তমগনি। কল্লিগুম্বা মফম অমদা, অমদি ইচেলবু থম্নবগী মফম, অথও অহে অমসুং কাঙলেন লোমশিংনা মরম ওইদুনা হায়রিবা রা পুংমক্তা রাথল থম্না তঙাইফদবনি। মসি তঙাইফদবনি মতুংদি প্রজাগা রাতামমবা হায়বসি, মহুদা মরাই কাবগা লোয়ননা, চুম্না নিংখিজনা থন্দনা তৌমিংবতা তৌবা মঙংদা লৌখিবা রাংমেপশিংদা "তেমতুনা খোইতুম অমসুং ওন্থোক ওনশিন" দগী কনবা ঙম্লব। মসি ফিভম অদুদা মরু ওইনা খুদোং থিনিংঙাইনি। পুন্নমকী ভৌগোলিক লমগী লমথুম, খুনাইগী ওইব। অমসুং মহৌশাগী ওইবা চাওখৎলিবা, থায়নগী ওইবা নীতি নিয়মশিংগী অয়াম্বা অমদি তুং কোইনা শাংনা উবগী থৌদোক পুথোকপা ঙম্লবা।

কুন্তামাইদগী ঐহাক লমহৎলগী অহৎগুম্বা মখলশিং অদুদা, জিলাশিং অমসুং লৈমাকী ওইবা কার্মশিং য়েংনবা খোংশাক্লম্মীঃ মফম অদুদা শিনথুংনা পোং থারিবা।

রোসিন অমসুং অখাগামগী চৈসনশিংদা ঐনা থনা উরিবা, মতু তুংশেনদি কাজেনা লাংলবরি। হায়রিবা চৈসনশিংগী মপালদা অসি

করিগুম্বা মিংয়েং অমদা মফম অতুদা লাক্লিবা পোংকা চাংদম্নবা য়ারমদে। হায়রিবা মুমিং অসিদস্তু য়েসিলনা ফাওরিবসি লমহলগী থোংজাওগী পাংখকনি, অস্তুমংক চাওবরা স্তেপীগী ময়ায়দা য়াম্না পিকপা স্টেযননি। অম্বাসারগী জিলা কেন্দ্রদস্তু চাং কা হেনবা মণ্ডংদা পোৎ থুংলম্মী। অনেম অনেম্বা য়ুমশিং অমস্তুং অতেনবা উপালশিং হোৌবা; মলবা ঈফুল লৈখোম্না থল্লবা পিকতক তৌবা খুঙ্গং, মাইকৈ মরিদগী শিংলকপা মুংশিংকী শাফুবু খাঙলিবা, ট্রেনশিংদা শুজল শুজল নম্নবা মশীনগী মচাক, উ বীম, সীমেন্ট, হাম্না শাহুনা লৈনবা শওগী শরুক, লালশঙ, মাল গাড়ি; ধাতুশিং, পেট্রোল, চান্নবা পোৎ অমস্তুং পোৎ-চৈ থুংলরম্মী। মসি স্তুপ্পগী লমহল লমদমগী ফার্ম অহুগীতা নত্তে, অথোই অহেন লম তাইনরিবা জিলা অহুমগীস্তুনি। ট্রেনশিংদগী মাল লৌহন্নবগীদমক্তা খুঙ্গংগী মীশিং অপুম্বস্তু লালগী শেম শারম্মী।

জিলাগী পার্টি সমিতি ব্যুরোগী মেম্বের, জিলা কার্যকারিনী সমিতিগী লাংজৈ অমস্তুং নহারোল কমুনিষ্ট লীগকী থবক অশিল অরাক তৌরিবা হৈসন্দা অহিং মুংখিল ডয়ুটি পুরমম্মী, পোৎ লৌথন্নব. লমজিংহুনা লৈরম্মী, নৌনা চংলকপশিংবু ওক্লমই অহুগা মখোয়বু লম অহুগী মীশিংগী ময়ুমদা লৈম্নবা হোৎনরম্মী। অরাকপশিং অহু মফম অহুদা নিকুপ অমনা ফাওবা লৈখো হায়বা য়ারমদে। মখোয় খোকখিহুনা স্তেপীদা চৎনিংবনা খোর খোর খোৎলম্মী অমস্তুং হাইফেং নিল্লহুনা মশা মশাগী ফার্মশিংগী মমিং কোইলাও লাওরম্মী, "মারিনো বক্ষী! অম্বাসাস্কীং! দনেপ্রোপেত্রোব্স্কী! বাউমাংস্কী!" মখোয়দা মসি তাকপা তারম্মী মহুদি অহানবা খুংপু রাজকীয় ফার্মশিংনা হাম্না থাখ্রবনি অমস্তুং মখোয় মফম অহুদা খোইবা য়াম্নবা অমস্তুং তেংবাংম্নবগীদমক্তা লৈম্নবা শঙ শারি। লৈম্নরা মফম

লৈত্রিভৈদা মফম অহৃদা কা হেন্না অরাকপশিংবু থাজিনবা করিসু কান্নরোই। ঐখোয়না মসিমসু তাক্লম্মী মহুদি তুরেলশিংদা ঈশিং চাওখৎলক্লে অহুনা মতমসিদা খোংশাল্লুবা খুদোংথিনিংঙাইনি অহৃবু হায়রিবা রাকমসিনসু করিমতা কান্নরমদে। মীনা ক্রক ক্রক ইশিন্নবা মীকোক্না মথক্তা প্লেকার্ড তৌনা হাইরম্মী।"পুন্নমক রাজকীয় ফার্মদা চৎকনি।" "লমহৈলনা য়াইফরে।"

অহাসারগুম্বা ফার্ম ইশিম তুরেলগী য়েৎথংবা মপালদা লৈরিবা, ট্রেক্টরশিং, ট্রকশিংগী কনবোয়শিংদা মশীনগী মচাক অমস্তুং লোগবাগতা হৌজিক থারম্মী। তৌইগুম্বস্তুং মশীনরী খরা বসন্তগী ইচাওনা মরম ওইদুনা লেপ্পা তারম্মী। মহুবু থবক শিজিন্নদনা অরেম্বদা থম্বা পাপ ওইগনি অমস্তুং মফম অহুগী থবক পুবা মরম্না য়েৎথংবা মপালগী অপুনবা অমস্তুং রাজকীয় ফার্মশিং অমস্তুং মশীন অমদি ট্রেক্টর ষ্টেসনশিংদা মতম থরগী মওংদা শিজিন্নবা হায়বনি লেপ্পরে। তৌইগুম্বস্তুং ইখং খংহৌদনা ট্রেক্টর খুৎপু অমা থিবা হেক্তা খঙলমল্লে।

খঙলে কোন্থংদা মহুদি খুৎপুগী মকোক ওইরিবা ব্যাদীমির চেকলিননা রারেপ অসি তাররদা অহিংদা মহাক্লা মশাগী নহারোলশিংবু হৌদোক্লে অহুগা ট্রেক্টরশিংগা লোয়ননা চৎলম্মী। নহারোলশিং কোমসোমোলনা মরম ওইদুনা শিল্লরকপা দায়ত্বকী মতুং ইন্না অঙাংবা অয়ুক অপুনবা ফার্মদা চৎকদোবা ঙাক্তনি। মখোয়না মশাগী খেংশানত্রিভৈগী মমাংদা মশাবু খুৎপু অমগী মওংদা শেমলমই অহুগা মখোয় ট্রেক্টরশিং পুহনা খোংশানবনি। জিলা পার্টিগীথৌবুরেল রাসিলী ফিলিপ্লোরিচ মকারিন " অমাংবশিং থিবা খোরক্লে। ইশিন তুরেলগী মপাল্দা মহাক্লা ট্রেক্টর খরা অমস্তুং সুপ্নগী মশা মথক্তগা চেকালিনগা উন্নরে।

" অতোপ্পা খোংলোই' চৎমিন্নবা কদ।ইদা চংগ্রে ?"

" মখোয় মিনিট অমগী মতুংদা মকমসিদা য়ৌরক্লগনি।"

" অদোম, মতৌ অহুম্না থকসি খাসি থুগাইউ কনানা য়াথং পিবগে ?"

"ঐহাক থকসি খাসি থুগাইবা নত্তে। ট্রেক্টর হায়বা কনাগীনো ? অঙাংবা অয়ুক অপুনবা ফার্মগীনি। অদুগা মফম অমুদগী মখোয় পীরকপা য়াথংগী মতুংইন্না লমহল খোইন্নবা চৎকপনি। ঐখোয় মসিগীদমক্তা লানবা য়াবা হিদেন থিগনি। পার্টিগী থৌবুরেল থরায় য়াওনা হোৎনৈ তৌইগুনস্বং মখোয় থুৎপুগী লুচিংবা অহুবু থেম্বা ওমদরে, মরক অসিদা ট্রেক্টর থৌবা কয়া তুরেল মপালদা থুংলরে।

মখোয়গী মরক্তা মকোই অঙৌবা হৌবা য়াওবা উরম্বী। মখোয় অস্কাল লম অহুগীনি। হায়রিবা অহলশিংগী মমুংদগী অমনা রাকম অসি তাররবদা মহুদি করম্বা হিরমদা মরৈ য়েৎনরিবনো, মকান্নিনরোমদা ওনশিন্দুনা হায়রকই।

"উফ, শিনরেম্বা ই ংঙো, অদোম করিগী নহারোলশিংবু চৈহৎপীরিবনো ? লাল্লিবদি অদোম নশানি। নশানা হান্না করিগী মেচিন থারক্রি ? করিমত্তা খণ্ডবিত্রবরা অদোমবো উলন। শিমুংনা তাখরবা মতুংদা অচোবা ঈচাও লাকনি হায়বসি ?"

কজাখশিংনা নহারোলশিং অহুবু তুরেল লাম্হোকপা য়াবা হিদেন তারম্বী। মফম অহু তুরেলগী ইনাংগী অকনবা মুগুশানি। ট্রেক্টর থৌবশিংনা থুনমক মশা মশাগী ট্রেক্টর অহু তুরেলগী মপান্দা থৌজক্লক্লে অমসুং মুমিং অহু মখোয় অহু অপুনবা ফার্মগী থবক্তা শিজিন্নরে। অহুগী মতুংদা ওইথংবা তুরেল মপালগী অতোপ্পা লৈপাক্কী ওইনা ফার্মশিংগী

দ্‌নেপ্রোপোত্তোবক্কী, মরিনোবক্কী ১স্নুং বাউমাংস্কী দা মশীনরী থাম্নবগীদমক্তা হিদেন অহু শিজিন্নরম্মী।

মকারিননা হিরম অসি ঐরভোন্দা তাক্লবদদি মতম অহুদা মহাক ফিংগৎলম্মী অমস্নুং শাওরম্মী। মমৈথংদা খঙলবদদি মসিদা খুদোং থিবা থরা লৈরম্মী। মহাক্না শাওরিবহু থকসি খাসি থগাইবগীনি। তৌইগুম্বস্নুং পুক্নিং চংবা, থবক ফবা অমস্নুং ইচং খৌবদি উৎলিদনা। মরম অহু শুগাইমা হায়জগে "মাংখিবশিং" গী মতাংগী মতুংদা লাম্হোক্লবগী পাইরক পাইথুগী থৌম্নাং অমা তৌখিরম্মী। অম্বাসারগী মীশিংনা মশাগী হিনাও লোয়নমক শিজিন্নরম্মী অমস্নুং হি অনি হিবাক তাইশিন্নরুই অহুগা মখোয় বসন্ত কালেন থাশিংদা মী ময়াম, ট্রক ময়াম, মশীনরী, কোয়লা অমস্নুং চানবা পোৎ-চৈ পুতুনা তুরেল ব্রাংমদা থংদোক থংজিন তৌরমই। মহুম্না লালবল পরিংদি অশেংবা ব্রাখল লৈবগী খুদমনি। অহুগা লমহলগী লবুক্তা চহি অহুদা অসিগুম্বা খুদম উবা ফংলিবহুগী মফম অসিদা ঐগীদমক্তা মহু পুন্নমক পনবা ঙম্বা ওইথোক্তবনি।

অম্বাসারদগী ঐহাক মকারিনগা লোয়নননা টুর লাক্লমই। ঐখোয় ফার্ম অমদা কাংলুপ অমদগী কাংলুপ অমদা চত্তুনা লৈরমই। কজাথ স্তেপীবু বসন্ত গ্লতুদা মফম অসিদা ইহান হান্না উবদা ঐহাক য়াম্না মুংঙাইরমই। কয়াদা তাম্না পাক শম্লবা লম। মুমিৎ ফাওবদা মাইকৈ অমদগী মাইকৈ অমা ফাওবা থুংবদা চোকথরমগনি। বসন্ত মতমগী স্তেপীগী মচু মৈবুলনি। ঈচাওগী ঈশিং শংবাননা লংলমই। মুংশাদা ভথক ভথক্লবা ইংলবা মনম মুংশিরবা নাপী-শিংবী। লৈশাং জমবা লৈরাংশিংগী মক্ল পানবা শিংদ্রেল অমস্নুং লম্বীগী মফম মফমদা ইশং শংবা

অসিগী পাক শন্না শন্দোক্লবা অসিদা ইহান হান্না খোইরবা লৈপাক্কী অমুবা কাংগোই শারবা মচেংনা শিন্থ্রংনা শন্দোকখিরমই।

তৌইগুম্বস্নুং মত্তম ফানা মুংশা থোক্লবা মুমিৎ অত্থুদা ঐহাক মুংনাংবা বাখলদা ইরোইননা লুপ্পমই। পুক্নিং চংনা য়েংলবগী চৈরক অসিদা ঐহাক অসুক্কী মতিক পুক্নিং লুপশিন্নমই মহুদি নৌনা খোইরবা লৈপাক অত্থু করিমত্তা পোৎ থ্রমদ্রি। মন্না হুনবা মশানননা হান্না খোইখিব, লৈপাক্তা থবক তৌদনা লৈরম্মই। ঐহাক্লা নিংশিংলি, মফম অত্থুগী মীনা তাকপদা অসুম্না তৌবসি মতম খুদিংদা তৌহল্লবতা লাক্রি। মখোয়না হুনবগীদি মথংগী চহিদা তৌই। ঐহাক মথা অমুক তারমদরে। সুপ্নগী থুংপু অমদা মফম অত্থুগী ওইবা মীদা, নৌন লাকপা ট্রেক্টর ড্রাইভরদগা নগে, হংলমই : "মৌনা খোইরিবা লৈপাক্তা অদোম করম্না মতমদা মন্না হুনগদৌরিবনো? জুনদরাগে?"

জুন মন্না হুনবা? মহাক্না ওক্না হন্না হায়রকই "ঐখোয় শোইদে লক্লখিবা। ঐখোয়গী স্বাইদা চংনবী পাওরো অমা লৈ; জুনদা থাবা পোৎ লৈগোই উপুংদা তিন্না শিংপগা পাংথকনি।"

মকারিন অত্থাসারদা হল্লকপদা তুমিন লৈগ্রে।

খওলে মসি মত্থুদি অত্থাসার জিলা বসন্তুসিদা পোৎ থাবা কনামত্তুনা পামদে হায়বসি খংলে। করিনো? মকারিননা শেংদোক্লমই; মসি কুইরবা চংনবী অমনি; নৌনা খোইবা মফমদা মথংগী লৌতাবা মতমদা পোৎ থাবা হায়বসি, মরুদি মতম খুদিংদা থিন্না খোই, জুন মমাংদা কৈদৌঙৈদসু ওইরা ওমদে। তৌইগুম্বস্নুং থেংথরিবা করিগীনো? মরমদি মসিগী মমাংদা লৌম্নী মশাগী মরৌ হুনবদা মথৌ চিল্লমই। খোইবা হুনবা অনি তুনা

তৌবা ঙমদে। লমহল রোমদা মায় ওমশিল্লিঙৈদা হুনবগী করিসু অথ লৈতে। লৈপাক্লা মথংগী কুমা ওাইদুনা লৈ মতম অদুদা চংভুনা মথোয় মশাগী ওল্লা অমসুং ময়ামগী ওইনা অঙবা লৌরোক লোকই। মরম অসিনা থাইনদগী চংনরক্লবা তৌনরক্লবা পথাপসি অদুম হান্নদগী য়াম্নরক্লবনি। অত্থাসারগী মীশিংনা হায়বা হিরমসিদা শুগায়না মুন্না নৈরম্মী অমসুং অহানবা চহিদা পোং থাদনবা য়ারেংরে।

ঐহাক মসি শোইদনা হায়বা ঙমই মতুদি মরী লৈনবা হিরম অসিদা হান্না হায়খরে। ঐগী নাক্তা ঐগী মীচংদা মশক নাইরবা বৈজ্ঞানিকশিংগী পাওতাক লৈরমই। ঐনা লালজংসিদা কাংলুপশিংনা মরম ওইদুনা পুথোকখিবা পোংশিংগী মপৈ উরমই, মথোয়না লমহলগী চাংয়েং কয়ারক হন্না তৌবা হৌখিরম্মী। হিরম অসিদা ঐহাক অমুক হেন্না হায়বগী তাঙ্গা ফংলগনি। মতুংগী ১৯৫৫ গী লৌরোক্কীদমক্তা ঐখোয়না থুনমক হেক ওস্নমখৈ য়াম্না হেন্না লৈবাক খোইন্নবগী থৌরাং শেম্লে, মরমদি লমহল অমসুং নিংথম থাগী থালোন্নবা অনিমক্কী কালেন্দা থেংনা নত্রগা শরদ থাদা খোইরিঙৈগী হায়রিবা শরুকশিংসিদসু মতৌ অদুম্না পান্নমনিংঙাই ওই, জুনদা হুনবা অদুগুম্না। কাওলোন লোনশিংনা মসি উত্তুনা তাক্লমই মতুদি ঐখোয়গী থৌরাংশিংদা মসিগীদমক্তা থুমাং চাওশিনবা য়াম্না য়াওশিল্লমই। তৌইগুম্নসুং বসন্তগী অহানবদা লমহল, এপ্রিল অমসুং মে থাদা খোইরম্মী অদুবু মথং চহিগী নত্তে, শুম্নতগী চহি অসিগী লৌরোকীদমক্তা।

মথোয়বু তাকপা থেম্নবা মথৌ য়াম্না ওইরমই। ঐখোয় শহরদা হল্লক্লে, মী, থুদিংমক্কী মশা মশাগী রাখল লুরম্মী। ঐহাক মুকাম্নিনবী ময়ুমদা য়াগা লোয়ননা অহিং অদুমা চাক চামিন্নরে। ঐনা

লাইব্রেরিগী ওইবা শা থোংবা মালপুএগা লোয়ননা, হায়রিবসি য়াম্না থরাই তাজবা য়েঙ্খাংনি। অদুগা মতু মকারিনগী মুপী প্যোদোসিয়া কুজিমলিচনা থোংবনি, য়াউন্স অনি ছিদাক্ত মক্রে—রাউম অমনা লমহল মহৈ য়াম্না হোৌনবগীদমক্তা। মুম্রিং অদুগী মুমিদাং অদু বাসিলী ফিলিপ্পোবিচ মখল মথাগী রা হংবগী চোকথবা লৈরমদে।

“ মসি অদোম তশেংনমক থাজবরা মতুদি লমহল অসি দেশকী খ্বাইদগী চাওবা পুক্কেগী মন্নুংদা অমা ওইগনি হায়বসি ?”

“ অদোম মসিদা চিংনবিব। করম্বা লৈবগে ?”

“ ঐখোয় লম অসিগা লোয়ননা অমুম্না লালথেংনবা তারমই ....”

“ বাসিলী ফিলিপ্পোবিচ, ঐনা থাজবতা নত্রে, থোইনহুম হায়রিবা পরিয়োজনা অসিদা য়াওজবসিদা পোংজরিবনি।”

ঐহাক্না মীওই অসিবু নিংথিজনা খঙই, ঐহাক মহাকী পুক্রিংগী রা খঙই। মহাক কুইরবা মফম অদুগী থৌপুবশিংগী মন্নুংদা অমনি। মহাক্না থবক্কী চাংচৎ থৌংদা মরু ওইনা ওন্থোক ওনশিন তৌরবগী মতুংদসু ঐখোয়না মহাকপু মাগী হান্নগী থবক্তা থম্লব। থন্নরমই। অদুগা তৌরিবসি ঐখোয় লাল্লমদে। অচৌ অচৌবা উরগা মহাক অহৌবম কুন্দা য়াম্না মিপাইরমই। মকারিন অদুগুম্বা জিলা পার্টি সমিতি লিশিং কয়ামুক্কী শিনরেম্বশিং, অদুগুম্বা মতিক চাবা থৌপুবশিংগী মন্নুংদা অমমি, পার্টিগী খ্বাইদগী লুবা থবক তৌবা মহাক্না খংহাই হাইথরক্লগা মীচমগী থাক্তা থবক পুরমই। মহাক খ্বাইদগী চিক্লবা ইংলবা পিক্লবা খুন্নুং অমদা, মতু অদোম অদুক রাখল তৌবিয়ু, মহাক লৈরমই, য়াম্না থাম্না লুশানা ফুংপা স্তেপীদা থরাই য়াওনা। মহাকী পুক্নিং নিংথিজনা ইংনা তম্মা

লৈরমই। তৌইগুম্বস্নুং ১৯৫২ গী চহি য়ৌরক্লে অমস্নুং শহরদা লমহৎলগী লালজংনা মপুং ওইরক্লে অমস্নুং দেশ অপুম্বগী মিংয়েংগী মাংদা লাক্লমই। মকাম্নিনবু রাক্ম অসিগী ইকায় খুম্নবা উৎপা য়াই মহুদি মঙোন্দা লৌমীশিংগী মপু ওইবা মখল অমগী পুকচেল চাওবদা হনবা লৈতবা অমা লৈ। অদুগা খনখিবা রাখল লৈতানা খন্থবা ঙম্মই, অদুগা অচৌবা মরম অদুদা হেন্না খঙজনবা, হৈথোই শিংথোইবা শক্তিগা লোয়ননা তাম্লিবা মরম অদুগী মফম্মদা কখোকপদা হালেংলমদে।

মথংগী মুমিক্তা ঐনা হায়বদগী জিলা পার্টি সমিতিগী লোয়শঙদা রাজর্ক য় ফার্মগী শিনরেম্বশিং এ, বী, জাওদালোব, আই, জী, লিখোবাবা অমস্নুং জী; রাই, তৃতিকোববু পুনশিল্লমই। জিলা কার্যকারিনী সমিতিগী য়াইতোংবা এস, কে, গালুশ্চাক, মাগী তেংবাংবা রহীম কৈসরিন ১স্নুং অতোপ্পা মরুপস্নু য়াওরম্মী। নোংমা অমুক হুম্না ঐখোয়না হিরম খুদিংদা রাতাম্নরমই। ঐনা মীপুম খুদিংগী মতম্বু মুম্না তারে হায়রগা মমৈথংদা হায়রকই:

"য়াম্না ফব রানি. অদোম্না অসিগুম্বা চাওরবা থোরাং অসিগী মফমদা থরায় হকচাং লুপ্পা অমস্নুং খুড় শেম্না লৈরিবসি! তৌইগুম্বস্নুং লেংশিনবিরকউ, ঐখোয়না রাকম অসি য়েংসি মহুদি তর্ক-বিতর্ক তশোংনমক অদু করম্বা হিরমদনো। মপা মপুদগী লৌমী. মহু ওইরবস্নু, অন্নম্না হায়নৈ, অফবা ফিভমদমক লৈরবস্নু, লমহল থুনমক খোইবা য়ারম্মী, অদুম্নদি ঙসি ঐখোয়না তৌবা য়ারিবা? চিন্দমক রাদে। উগী লাঙ্গোলনা নত্রগা য়াম্না কা হেম্না লোংখুম নাইবা লাঙ্গোলনা মহু ইশানা খোইবা ওইরবদি মে থাদস্নু খোইবা ঙমই; তৌইগুম্নস্নুং মহাকী

মনাক্তা মৌ উম্মরগী কয়িংম্বা প্রাংগ অমত্তমক লৈরমদে। মরম অসিনা মহাক চহি চুপ্পা অমদি হেন্না ঙাইবা তারমই. হৌয়িবা নাপীগী লৈরাকী চাওর চাওরবা লৈতুম, মুংশানা, ঈশিংনা, উলনা, মথন্তা পক্তুনা মাংখিত্রিবমথৈ। ঐখোয়মা লৌমী অসিবু ইশাগী চাংয়েংকম ওইরসিরো, অমস্তুং মাগী কল্লবা অমস্তুং থাম্লোকপা যাদ্রয়। অনুভবপু হুম্না হুম্না হায়রসিরা ? ঐগী বাখল্লদদি মহু নত্তে। ওসি ঐখোয়গী নাক্ত। লৈমিরা মশীনরী অসিগী মতেংদগী ঐখোয়না মথাদাং ওল্লরা লৈবাকপু নিনি হুম্নিগী মমুংদা অথোংপা অমস্তুং স্বাই স্বাই লাওবা মক হুনরা যাবা লৈরাক শেম্বা য়াওই। অহুগা ঐখোয় চহি অসিদা ইশাগী শুজমল অফবা মহে ফংবা ঙমই। অহুনা অদোম অমুক্তা খন্থবিয়ু মহুদি কয়ি তৌরগ। খাইদগী অফবা ওইগদগে ?"

"মসিদা করি খন্থনিংঙাই লৌরি ? ঐন্না চহি কয়াদগী হায়হুনা লাক্লি মহুদি পোং থাসি হায়না।" জাডদালোবনা লাওনা হায়রকই !

"ফরে, অহু ওইররদি প্রোং থারো।"

"য়েংউ, মসিদা ঐখোয় কনান। খাম্বা অমদি খিংবা লৈত্তে। মীয়াম্না হায়বদি মসিনি তাবিয়ু, শেলমাং কুপ্পরা তৌবা তাগনি। অদোম লমসিগী মী নত্তে, অদোম লমসিগী লৈপাক মশক খংদে। অদুনা মসিদা অদোমগী পুক্নিংদা চিংনবা পোকপা মশানা তারনি।"

"ঐখোয়না হৌজিক ফাওবদা খোইদোকলুরিবসিগী লোইনা পোং থারগনি।"

মকারিননা থেমজিল্লকই। অদোম্না ঐবু ওম্লেদনা। ঐদি [illegible] [illegible]রবনি। তৌরিবসিদি ঐবু কোক-মৈ থংহন্ত্রে।"

" অত্থু ওইরবদি ময়ে, অত্থুবু য়াকম অমদি নিংশিংবিয়ু " ঐনা মখা তারম্মই, মফম অসিদা পাম্বে অসি পুথোক্লিবা মহাক কৃষি শাস্ত্রীনি অমস্তুং ভক্লিকেলনি । অত্থুগা য়াহং অসিগী রাজনীতিকগী ওইবা শক্তকী মরমদা ফরিস্থু হায়খিদে । তৌইগুম্বস্তুং ঐখোয়না অমুকস্থু য়াফমসিদা য়াখল তৌগদবনি, তৌগদৌরিবনা বসন্ত অসিগী মতুংদা নত্তে, সুপ্নগী য়েক্লিং মতমদা পোৎ থাবগী চৎনবীদা নত্তে, সুপ্নগী লেংফদনা । মসি রাজনীতিগী থৌদোক্নি । তাইবং অপুম্ববু অমুক্তং খংহল্লু মত্থুদি ঐখোয় কম্যুনিষ্ট য়াম্না অতেনবা মতমগী মনুংদা চাওর চাওরবা অওকপা তৌওমদবা থবক তৌবা ওমই । অত্থুগা মসিদা নত্তনা মসি মীওইবগী মিংয়েংদা য়াম্না মরু ওইবনি মত্থুদি লমহলগী লৌমী খুদিংমক্না মশাগী নোমজমল অত্থু চহি অসিদা ফংবা ।"

— ৪ —

ফরি ফরিগুম্বদা মীশিংনা হংই মত্থুদি লমহলদা লৌউবগী য়াখল হৌদোক্লকপা অসি কনানো । ঐনা হায়, হংলিবা য়াহং অসিমক মশানা লাল্লবনি, অত্থুগা মসিগী অর্থদি ঐখোয়গী পার্টি অমস্তুং প্রজাগী ইচম চমদবা পোথোক্কী হোংনবা অমা মীওই অমগী " মিংয়েং " অমস্তুং নিংজবনু পিম্নবগী হোংনরনি ।

লমহলগী থোং হাংদোক্লবগী য়াখললোন কম্যুনিষ্ট পার্টিনা মরম ওইহনা পুথোক্লকপা নিংথিজরবা য়াখল অমনি । মসিগী পন্দোম লোম্বদা ঐখোয়না ইতিহাসকী য়াহৈ লোন্দা চাওরাক্লা মতম অমগী দেশকী মীশিং য়াংপা, য়াম্না নাপথরবদা তৌইগুম্বস্তুং য়োহাও চেনবা নোংপোক থংবা স্তেপীবু শেল-থুম মরাং কাইবা অমস্তুং হোম হোম লাংরবা সংস্কৃতিনা চোম্না লৈরবগী শক্তমদা ওম্থোকপদা তেংবাংগনি ।

ঐখোয়না খঙনরিবহুনি, কজাখস্তান, নোংচুপ সাইবেরিয়া ১স্তুং রুসকী অরাপ্পা নোংপোক্কী পাক-শন্না মথং শিংনা তাপ্রিবা য়ুরোপকী ওইবা রুসকী লাইরবা লৌমীশিংনা তরামাপলগুবা শতাব্দীগীদমক হৌখিবনি। মতিক লৈরবা ট্রান্স-সাইবেরিয়াগী ওইরা রেলরেনা হাংদোক্লকপদগী মসিদা অমুক্কা হেন্না থুনাং চাওশিনখিরমই। তৌইগুম্বস্নুং ঐখোয়না মসিস্নু খঙই মহুদি, তুংদা করি ওইরক্লিবা। জারশাহী রুসকী থুন্দা লৈতাদবা, লম লৈজদবা, চরা হেনবা লৌমী লাখ কয়া নিংবা কায়হুনা হায়রিবা আশাসিদা মশাগী মশাগী ইমুং মনুং লোয়নন। নোংপোকলোমদা, "আশাগী লৈবাক" তন্না লাকখিবমই। মহুদি মফম অতুদা লৈফম লন ফংনবা অমস্নুং স্নুংঙাইনা লৈবা য়ানবা। মখোয় ক্রিক ক্রিক ইন্নরবা মাল গাড়ীশিংদা, চাকা অনিপানবা গাড়ীশিংদা ১স্নুং রেগানশিংদা তোংলহুনা থোকচরকখি। তুংদা থুন্নারক্কদবা মী লিশিং কয়া লমশাং শিংনা লাকশিন্নবদা রারহুনা, চবাম চদংনা অমস্নুং ন.রি শারি তৌহুনা শোরোক য়াংবীশিংদা অশিবগী মখয়াং তন্নকখি। বলা অম ং ইতিহাসনা নাটক্কী মশক ওইরবা পুয়া কয়াগী থুদম চাংদম থন্নমই। থুনমগীদমক্তা, সঙ্গেন্ট ইবানোবগী অয়েকপা লাই অশিবা থুন্দাবনু মলোরসি। লৌমী ইমুং মনুংগী মপী মপা অমা ইমুং মনুংবু থাকপা ওন্নবগীদমক অথাপ্পা স্তেপীদা চৎলহুনা মশাগী পন্থ ংফম অহুগী লম্বীদা মফম অহুদা কৈদৌংদস্নু য়োবা ওক্নরোইদবা, শিরমই। মহাক্কী মতু লুপ্রাবী মাগী মচাশিংনা করি ওইহৌরিগদবা ! মসি তাশোন্না থিনবা রাফম অমনি, মহুবু ঐখোয়না ফাওবরা অয়েকপা লাই অহুবু উবা মতমদা ইশাদা অয়াম্বদা রাহংসি হংজে।

তৌইগুম্বস্নুং মখোয় অহুগুম্ব। মীশিং অহুগী লৈমাই অসিদা কৈদৌঙেদস্নু চ্যাঙ্গাল তাদ্রিবা, শোইদ ঙামদনস্নু য়োরবা মতমদা মখোয় মশাবু অকিরা

ফিভমদা থেংনরে । মখোয়না লমজাও লমহাং ওইবা অতুগা অকনর। স্তেপীগী লমজাও থেংনবা হৌরে। মফম অদুদা লৈনবগী করিস্মু মফম লৈতে, লম্বী লৈতে, ঈশিং ফংই লৈতে, কনা অমদগী মতেং ফংফম লৈতে। শোনদম নাদমলবা শগোল অমস্মুং উতুপ্পা অমদি লৈগে নৈ রুমবদা য়োংকী লাঙ্গোল মসিখক লৈ মখোয়গী মনাক্তা "তেক্তিকেলগী পান্ত্রে" হায়ববু অসি মঙাইদনা।

ইহৌ হৌড্রিৱৈগী মমাংদা "লমহল্লা মরম ওইহনা থোং হাংদোকপা" গী হোৎনবনা রাষ্ট্রগী ওইনা খুদোংখিবা শক্তম লোরে। মতুদা খুল্লা লৈতাহনা লৈরিবগী মফমদা জারশাহীগী মকোকশিংনা থমোয় য়াওদবা, মীগীমফনদা শাগী লীচৎ চৎপনা, চেখোর কোরোলেঙ্গো অমস্মুং উম্পোংস্কীনা মহাকপু শাওনা ইরমই। গ্রেব উম্পোংস্কীনা মশাগী নিবন্ধশিংদা খুন্দারশিংনা মশাগী খোংচৎতা ফার্ম অমা খুন্ধংদা উবগী দৃশ্যদা মশাগী মওংগী অয়েকপা লাই অমা পুথোক্লমই।

"উচেক মথী অমদি অকুংবা শম্বী মপৈগী মতৌগুম্বা অসিগুম্বা করিগুম্বা পোংকী মহুত্তা পৈরিবা মপৈ অদু য়াম্না চাওদে অতুগা মচি মচিদা শন্দোক্তা তারিবা অসিগুম্বা করিগুম্বা পোৎ অমা লৈ হায়রগী শামিন ফংদে মতুগ। মফম অতুদা মীশিংনা খুন্দাই হায়বগী খুদম চাংদম ফংই হায়বগী, করিগুম্বা মফমু অমদা মী অমা ফাওবা উবা ফংদে। মসি খজিক ফাওবা ওইরোক্লমদে মতুদি লোগ-বাগ অসিদা লৈরমগনি হায়বসি। অদু ওইরবস্মু মখোয় মফম অসিদা লৈরমগনি — "

স্তেপীদা ঐখোয়না মচি মচিদা অসিগুম্বা "অমুবা মপৈ ময়াম" লৈবাক্ত শাবা য়ুমগী লৈচাক ইরমই অমস্মুং মহুনা মতম খুদিংদা ঐখোয়গী প্রক্রিংদা লমহলগী অতুগুম্বা হায়। খুন্দাবশিংগী মরাইরক থিরগী মরমদা জেরাবা রাখল পোকহল্লমই।

অসিগুম্বা খাংওমদবা মতম ফিভমদা লৌমীনা হলক্লিব। রুসকী মাইকৈদা, উক্রাইন অমস্তুং বেলোরুসকী মাইকৈদা, অসিগুম্বা নোংদম্বগী তম্পাক্তা, মসিদগী য়াংনা থম্মোয় কল্লরোই, চেল্লক্লমই। লেনিন্না খুন্দাবশিংগী মফমদা জারশাহী সরকারগী লমচৎপু অকিবা ফংনা শাওবগা লোয়ননা চৈরমই। মহাক্না হায়রমই : " পুম্নমক্কগী লাইরবা মীশিং, খ্বাই পুম্নমক্কগী মরাইবক খিবা মীশিং, মখোয়না অরৈবা পুম্নমক মাংহল্লমই অদুগা মখোয়-দুদা অকিবা ফংনা শাওরিবা, রুসতা হল্লক্লমই! সাইবেরিয়া লমগী য়াকম য়াম্না অথিরয়গনি মতুদগী খুন্দারিবা লাখ কয়াবু সরকারনা কম্না হোংনরবগী মতুং ফাওবদস্থু মফম অদুদা লৈবা ওইথোক্লরোই।" অদুগা অতোপ্পা লেখ অমদা মহাক্না ইরমই : " হলক্লিবা খুন্দাবশিংগী অচৌবা ইথক্না লৌমীশিংগী অকিবা ফাওবা ফিভম, মাংলে অমস্তুং অমাং অতা থোক্লে হায়বসি থুডই। মখোয়না সাইবেরিয়া চৎন্নবগীদমক্তা ময়ুমদগী অরৈবা পুম্নমক য়োনথোক্লমই অমস্তুং হৌজিক মাংখৈ মাংলগা অমস্তুং লোইরগা সাইবেরি-য়াদগী নিংসদনা হল্লক্লমই।"

সরকারগী থবক থৌরমশিংবু চুম্না তৌই হায়বা উৎন্নবগী, নিংবা কায়বশিংগী চাওরবা কাংলুপশিং নোংচুপতগী নোংপোক্তা অমস্তুং অমুক মফম অদুদগী হল্লকুনা মাইগ্রেশন উৎপদগী থোক্লিবা অকিবগী মশক শক্তম অদু খুমজিন্নবগীদমক্তা য়াহং অসিগী শেনজাও পায়বা ছাত্রশিংনা পথাপ অসিগী মতেং লৌরম্মী মতুদি অরানবা পুম্নমক থোকহনজরিবদি নোংপোক স্তেপী লমদমনি। মখোয়না মসিস্থু পাওহোমলি মতুদি লমদম শরুক অসি মহৌশাদগী লৈহাও লৈজদবা অমস্তুং শিজিন্নবা য়াদনা লৌশিং ওইজরকলবনি। তৌইগুম্বস্তুং রুসতবু অসিগুম্বা কনা লৈবগে মসি খঙদবা মতুদি মসি মতিক লৈরম্বা স্তেপীদা লৈখোম চাইশিনবসি চহি কুমজা কয়াদগী লৈহাও তাশিন্দুনা লাক্লিবনি হায়বর্সি?

সাইবেরিয়াগী লৈয়েক্কী অইবা এস, য়ুউ, রেমেজোবনা তরানিপাল শুবা শতাব্দীগীদমক সাইবেরিয়া অমসুং অল্লাংথংবা কজাখস্তানগী মরক্তা ইরমই; মফম অসিগী লৈবাক মহৈ মরোং য়েঙ্খাং অমসুং শায়োকশিংগীদমক্ত। কান্নগনি। নমথাক তৌরবা বৈজ্ঞানিকশিংনা মোঙ্গ্রং তৌববু করেঃ হুনা মফম অমদা লেনিননা ইরমই: "হৌজিকস্তু অহাংবা লম ময়াম.... লম ময়োন ময়াম অমা মহূ খোইদোক্কদবনি" মহাক্কী খোমজিনবা অইবশিংগী ১৩ শুবা শরুক্কী চেনা ২৫৩ দা ঐহাক্না অংকপগী মশক ওইরবা লুনা-লৈমরবা হায়রম্বা থেংনরমই। মফম অতুদা মহাক্না ইরমই মতুদি লম ময়াম অসি শিজিন্নবগীদমক্তা "মহৌশাগী ওইবা গুনশিংগী মরুমদা নত্তে— স্তুপ্পগী লৌমী খুংনাইগী মতম ফিভমগী মরুমদ . . . মতিক চান্দ্রবনি "মখোয়তুগী মরম্না টেক্নিকেলগী পথাপশিংদা তঙাইফদনা খোংচৎ থিবা থেংনরিবনি অমসুং খুন্দারিবশিং মথৌ মপাঙ্গল মশক খঙদনা, খোংনেংনবা ফিভমদা, পংনা অমসুং তেংবা লৈতনা লৈরি . . . ।"

ওক্টোবর ঈহৌনি লৌমীগী "খুনাই ওইবা মতম ফিভম" বু য়ুমফমগী মশক্তা ওস্থোক্লম্মী অমসুং মতুনা নোংচুপ থংবা সাইবেরিয়া অমসুং অল্লাং থংবা কজাখস্তান্দা, বোলগা লম অমসুং অল্লাংগী কাকেশসতা, উরাল অমসুং ঐখোয়গী অথাপ্পা নোংপোকথংবা মফম খুদিংদা অনৌব লম শিজিন্নবগীদমক্তা খুদোংচাবা ফংহল্লম্মী। ১৯৪০ ফাওবা লৈবাক্কী লৌরোক লম ১৯১৩ গা চাদম্নবদা ৩·২৪ হেক্টর ক্রোড় হেনখিরম্মী। সোভিয়েত সঙ্ঘগী লম ময়োলদা খোইবা থাবা তৌন্নবগী মুথংগী খোংথাংগী ৬ শুবা চাংচৎকী ময়ায়রাইদা হৌরম্মী। লমহুলদা মহৈ মরোং ফংন্নবগী অথুবা দরকার ওইবা মতম অদো মতম অদুদা পোল্লমই মতুদি ইতিহাসিক মিশন মপুংফান্নবগী অশেংবা খুদোংচাবা লাল্লবদা।

পার্টিনা অনৌবা লম লমশিংদা অচৌবা লালজং অসিগী হৌন্নবসি হান্না য়াম্না মাংজিল্লা থৌরাং তৌরম্মী। অহুমশুবা তাক্কী অরোইবা মুমিত্তা তাইবং ফাওরবা বৈজ্ঞানিক এন, এম, তুলাইকোবনা, মহাক্কী মনাক্তা চাওরবা রেজিস্টার ফার্মশিং শেম্নবা লমহলবু খুত্তুম চন্নবগী ওইথোকপগী মিংয়েং য়েংলম্মী। দেশকী নোংপোকথংবা প্রদেশ শিজিন্নবা য়াবা মত্তিক চাবা লমশিংগী পরিং চুন্না চাংয়েংন্নবগীদমক্তা অহানবা লালজং থোমজিল্লম্মী। মহাক্না অইবশিংদা অমদি সোভিয়েত সঙ্ঘগী কমুনিষ্ট পার্টি (বোলশেভিক) কী কেন্দ্রীয় সমিতিনা পিখিবা কোংদোকপা অমদা চংখিবা মহৈ য়ানবা লালজংগী মরমদা ইরম্মী। ১৯৩০ দা তন্নাতরুক শুবা পার্টি কংগ্রেসতা মহৈ মরোং থাবা লবুক্কী নোংপোকথংবা লমশিংদা শন্দোক্নবগী রাকমদা মরৈ য়েংনরম্মী। মতুদা পন্নমই, তুলাইকোবপু হায়রিবা কংগ্রেস অসিদা মীরেপ অমা ওইনা পার্টিদা চংহনখিরম্মী। কেন্দ্রীয় সমিতিগী লৌউ বিভাগনা মরম ওইত্তুনা “অপুনবা ফার্ম শন্দোকপা অমসুং লৌ মরিক চুন্না চাওথংপ” গী মরিদা থৌরাং তৌখিবা রিপোর্টদা পার্টিগী মিংয়েংন তশেংবা মওংদা শেমখিরম্মী। মথাদা পিরি য়াম্না মুংওাইরবা অমসুং তুংদা ওইরক্কদবা রারোল ময়ামদো :

“. . . গেহু পুত্তুনা ঐখোয় মফম অতুদা চৎপদা মফম অতুদা মসিদগী হেন্না মমল য়াম্বা ফৌদোক থোকপা ওমলোই অমসুং মফম অতুদা ট্রেক্টরনা য়ৌবদা মুংতিগী পুং ২৪ সু চংই। সোভিয়েত সঙ্ঘগী কমুনিষ্ট পার্টি (বোলশেভিক) কী অনৌবা মীরেপ ১সুং ঈকংবা লমগী লবুক্কী মরমদা তাইবংগী য়াম্না মমিং লৈরবা অখণ্ড অহৈশিংগী মসুংদা প্রোফেসর তুবাইকোবনা পাবগী মতুংইন্না কজাখস্তান্দা হেক্টর ক্রোড় ৫ দগী ৫.৫ কী

অসিগুম্বা লমনি। মসি লৌয়োক য়াই হায়না লৌবা য়াবা লমনি অমসুং মসিগী মনুংদসু চাওরাক্লা ক্রোড় হেক্টর ৩.৬ সাইবেরিয়া অমসুং উরালগা শম্নবা অয়াংগী জিলাশিং— আবত্যাবিংস্ক, কুস্তনাই, পেত্রোপাব্যোবস্ক; অকোলিস্ক, পাব্যোদার অমসুং সেমিপলাতিংস্কদা থোক্লমই। মফম অসিদা গেহুগী লৌফম পুলপপুন্না মরু হুনবা য়াবা পাক চাওবা লমগী মুপ্পগী ৫ থোকপদা মরৈগনি।

ঐখোয়না সমস্যা অসিবু মতৌ করম্না কোকহনবা পামই? মসি নিংশিংখিবু মতুদি গেহুগী সমস্যা অসি তারিবা মীশিংগী য়াম্না কুংনা তাদবা ইলাকাশিংদা, অসিগুম্বা ইলাকাশিংদা সমস্যাসি কোকহনগদবনি মফম অতুগী লমগী মওংনা ট্রেক্টর অমসুং কম্বাইননা থবক য়াম্না শুবা য়াবগী থুদোংচাবা লৈরবা।—মসিদা নত্তনা হেক্টর ক্রোড় ২ দগী ২.৫ দা গেহু থাবা হৌরবগীদমক্তা চাওরাক্লা ৭,০০,০০০ দগীনা লাখ ১০ হোস পরার ওইরবদি থবক অসি য়াররবসু ঐখোয় তৌবা ঙমগনি ১সুং মসি ঐখোই তৌফেদনা।

সমস্যা অসিগী অপুনবা চুম শোদি শিম্মী ক্লাংলুপ অমসুং শা-শনশিং হেক য়ারিবমখৈ রাংনা শিজিন্নবা, মসিদগী লৌরোক য়ারোইদরদগী কন্নবগীদমক্তা মফম অতুদা পাক শন্না লম কন্নদনবা। থুংগু থুংলাই পুন্নমক্তা নত্তনা ট্রেক্টরশিংবু, মশীনবু, মী থুদিংমকপু থবক শিজিন্নহনগদবনি। মফম অসিদা য়ুম্ফম অসিগী মশক মওং থওগদবনি মতুদি মী অমনা হেক্টর ২০০ গী থবক শুবা ওন্নবদা।”

কংগ্রেসনা হায়রিবা প্রস্তাবশিংবু য়াবিরে অমদি প্রজানা মসি শৌগৎলে অমসুং অয়াবা পিরে। কেন্দ্রীয় অমসুং মফম অতুগী পাওচেশিংনা লমহল খোইবগী দরকারশিংগী মরমদা মতম অতুদা য়াম্না ইনরম্নমই।

সোভিয়েত সম্মগী লোমী প্রজা কর্মচারীনা কজাখস্তান অমসুং সাইবেরিয়াদা হবাই চেরাই পোংথোক্কী পোংথোক্কী অহানবা রাজকীয় কার্মশিং লিংখৎপা হৌরম্মী অমসুং মমৈথংদা লমহলদা পাক শন্না লালজংগী পুনশিনবগী মতমদা মতুগী অনুভবতগী ঐখোয় মতেং কংলম্মী । তৌইগুম্বসুং রাকম অসি থুনা খন্ডনরক্লে মতুদি হায়রিবা চহিশিংদা হৌজিক স্তেপীগী পাক শন্না শক্লোক্লিবা শিজিন্নবা কোন্না মশীনদ্রী থানবা দেশতা লৈরমদে । মতুগী মতুংদগী লাল লাক্লে । তৌইগুম্বসুং লমহল অমসুং লমলেম হেক হেন্না খোইনিংবগী রাখলদি পোক্লমদরি । লৈবাকমক্কী মতৌগুম্না রাখলসু মশাগী মরাইবক্কী পুংফমগী আশাদা হিংতুনা লৈরম্মী ।

লমহল খোইশ্রুবগী কুন শুবা মংপোক কুমওনগী পাওখোকপদা অম্না অভাদা ১৯৩৪ দা সম্মেলন অমদা ইশাগী ভাবন্দা ঐন। হায়রম্মী মতুদি ঐতিহাসিক থৌদোকশিং অমসুং অচৌবা রাজনীতিক্কী ওইবা রারেপশিংগী অশেংবা মগুন অতু সাধারন ওইনা থুনা হেক্তা ফোং কাওদে । লম্বীদা য়াংনা হেক্তা ফোংদোক্লক্তে স্বপ্নগী মতুংদা উরকপা ভাক্তনি । মতম অতুদা মসি ওইথোকই মতুদি পামজনা ফংলিবা ফলগা চাংদম্লে, হায়রিবা থৌদোকশিংগী অমদি পুন্সি অসিগী মমি নত্রগা মতুগী শরুক্কী মরীদা রারেপকী অশেংবা ফলগী মগুন অতু লৌবা য়াই । ইতিহাসকী ওইবা প্রাপলিউগী লম্বী অতু ভাল্লমদে । অমদি মরু ওইবা, য়ুক্ষম য়াংলেন অতু থৌগৎলম্মী অমসুং লমহলগী মাংলমচৎকী থৌরাং অতুগী মচং ওইবা রাকমদি মসিনি মতুদি ১৯৫৪ দা পার্টিনা য়াম্না মরু ওইবনা থল্লবা অমসুং অথুবা রাষ্ট্রীয়গী ওইবা আখিক্কী থৌদাং লৌখৎলে । অতুগা হায়রিবা মরুওইবা রাকম অসিবু সোভিয়েত প্রজাল্লা মপুংফাল্লা খংলম্মী অমসুং শৌগৎলমই ।

লেংশিল্লসি, ঐখোয় তরুকশুবা তাক্কী হৌরকপা ফিভমবু নিংশিংসি। হায়রিবা কাংলুপশিংদা মহৈ-মরোংগী ফিভমবু লৌহুনা। অকবা রাখল কাওরমই। দেশকী মহৈ মরোং ময়াই ওইবা পোংথোক্কী য়ায়বদগী য়ায়বদা হেক্টর খুদিংগী সেন্টিমিটর ৯ নি। ১৯৫৩ দা ক্রোড় টন ৩.২ গী চেং হৱাইনা কোয়রম্বা হৌকিক্তি ক্রোড় টন ৩'১ অহুনগীসু খয়া হেন্না মহৈ-মরোং হাপচিল্লে। মসিনা তাকপদি ঐখোয় য়াজগী পুক্কে পোংথোক য়েংশিনবা তারম্মী।

হায়রিবা রাফমসি লায়েংবগীদমক্তা য়ুম্ফম ওইবনা রাখল তৌবা অমস্তুং খ্বাইদগী হেন্দুনা অথুবা পাম্বৈশিংগী মথৌ ওইরম্মী। অসিগুম্বা মতম ফিভমদা পার্টিনা থায়নগী লৌউবা লমশিংদা পোংথোক হেনগৎনবগী অরুবা রাফমবু পুক্রিংদগী থকতোক্লুনা লৌরোক মফমশিংদা অথম্বা অমস্তুং খোংলৈ থুনা শন্দোক্লবগী থৌদাংবু পাল্লম্মী। মসি হায়গী লমহলতগী পোংথোক্তা তাংহুনা হিংবা তারম্মী।

ঐহাক মরু ওইনা কনশিন্না হায়বা পামই মতুদি লৌরোকী মফমগী শন্দোকপা মগুননা নত্তে, চাংচৎতসু লৈরম্মী। দেশতা সুপ্পগী হৱাই চেংরাইদা দরকার নত্তে, মতুদি খ্বাইদগী মমল য়াম্বা চান্নবা গেহুগী হায়নিংঙাই লৈতনা রাংপগী মায়রোক্লরম্মী। অতুগা মহু সুপ্পগী লমহলতনা পোথোক পিবা ঙম্মই! মফম অসিদা ড্যুরম অমস্তুং চীমড় মখলশিংগী অথোইবা গেহু পুথোকপা য়ারম্মী অতুগা নিংখিজনা তৌরবদি দেশকী মহৈ মরোং চাং মান্নমা মপুং ফানা অতুগা হায়নিংবদি মতুদদি ঈহৌগী অপনবা লাকপা য়াই।

ওসি মতম্না য়ান্না শাংখ্রকসু অমস্তুং মহৈনা থুদক্তা তশেংনা উরবসু পোং খুদিংমক রাখলনা লাম্বা ফংবদা অৱাবা ওইনা থোকই। ওকসু ওকই মতুদি

করিগীদমক লমহল থৌরাং থৌরম অসি য়ানিংদ্রিবনে। ? অহুবু য়ানিংদবস্থ অহুম চোংথোক্লকই। তেইগুম্বস্নং থুনমক পার্টি বিরোধী কাংলুপ শেমগদৌরিবহুগী সদস্যশিংমক অশেংনা য়েক্কবা, য়াম্না য়েক্কবা হায়বা য়ারম্মী, লমহলগী মরমদ। করিস্তা হংলুবদ। তারমদে। মখোয়শিংসি চান্নমক অতোপ্পা মথলগী অহুগুম্বা মীওয়শিংগা চাশিন্নব। ফে, মখোয় অসি অয়ানবা রাখলদা লৈরিবা, মখোয় অসি অশেংনমক চিংনগনবা অমা নত্রগা ভাওরি ভাওরি তৌবা অমা। মখোয়বু এখোয়না ওইগদৌরিবা অমস্তং য়াংলিব। কয়াং অহু মরু ওইন। য়ানব। হোংনরম্মী। মখোয়গী মওং য়েক্কবা ফাওবগী রাখল নংলমদে। মীচং চংবা মীচং চংদবগী রাফম কয়ামুকপু অরুম অয়াং ওনবা তারম্মী, করিস্থ লৈতবগী লৈতবা ফাওবগী পোং থুদিংমক্তা রাখল থনবা তারম্মী, অমদি অথুব। অমস্তং লেপ্পমক মায় পাক্লবগী, অমস্ক অমত্তা ওইনা নাইপাক্লবগী থৌরাং শেম্বা তারম্মী।

চিংনরিবা অপুনগী য়ান্না অচংপা য়ুম্ফম লৈরম্মী। অশেংবা মহৌশাগী ওইবা ঈশিং নুংশিং অমস্তং লৌউগা মরি লৈন্নবা — মরমশিংবু মরৌরসি। অত্তেপ্পা লৈপাক কয়া অমস্তং মরু ওইনা আমেরীকাগী ওন্ন-তৈনবদ, মফম অহুদা লৌউবগী ফিভম চাওরাক্লা ফিদমনিংঙাইনি, এখোয় লৈবাক অয়াম্বা ওইনা হায়রিবা খুদোংখিব। লৌউবগী কাংলুপ্ত। লৈরম্মী। মরম অসিনা মসি মতিক চারোইদ্রা মতুদি অসিগুম্বা য়াম্বা চাংচংকী অনৌবা লৌমীগী লবুকশিং শেম্নগা, মফম অহুদা অখণ্ড অখণ্ড অহে থরগী রাভাং মতুং ইম্না লৌরোক্কী পোংথোক স্নুকওই ওইথোকলোইদবা, হায়রিব। পনলিবা হিরমসিনা তারিব। মমিবু অমুক্কা চেংশিন্না, মহৌশা থুংশেমক অহুম চংখিগদ্রা ? মহুনা ভাকপদি ইকং থোকপা, শাবনা কাহংলরা

স্তেপীদা, মকম্ম অহুদ। চহি মঙাগী ওইনা ২০০ নত্রগা তাগে ভারমদা মিলীমিটয় ৩০০ লোম নোং তাবা, হেক্টর লাখ তরামুক্ত। গেহু থাবা য়ারমই।

ময়ম অহুনবু হায়রিবা পাক চাওরবা পরিয়োজনাদা অস্পক য়াম্না কুপ্না শুগাইনা নৈনয়িবসিনি। হায়রিবা মতম অসিদা ঐঙোন্দা শেম শাবগী য়ারোল মচেং অমা তাক্লম্মী মহু কে, ঈ, বোরোশিলোবন। হাপচিল্লকপনি। মহাক লৌউ লমদমগী মশাগী অকনবা খোংচৎ অমদগী হল্লকয়ই। মহাক্না মুংনাংননা, চাওরাক্না নিংবা কায়রহুনা হল্লক্লম্মী। মসি খঙলবদা মহুদি লমহল খোইবগী য়াকমদা খন্ন নৈনরি অমস্মুং মসি মহাক্না খল্লে মহুদি মস্মিগীদমক্তা চাংদম্নিংঙাই লৈতনা শেল, মীয়ামগী পাঙ্গল, অমস্মুং মশানরী চংলমগনি; মহাক্না নিংবা কায়বগা লোয়ননা হায়রমই: “অহুগনে শ্মোলনেংস্ক গী থুঙ্গংশিংগী মকম খরদি হৌজিক ফাওবা মীশিংনা মশানা লাস্গোল চিংনরি —।”

পার্টিগী মমাংদা অসিগুম্বা মীখল তৌন্নবগী অরুবা সমস্যা লাক্লম্মী, মহু করিগুম্বা ফিভম অমদা অরায়বা ওইরমদে। মসি লালগী মতুংগী ৯ শুবা চহিনি। শোকপগী হৌজিক ফাওবা ঈ তারি। ফাসিষ্টশিংনা খুল ৭০,০০০ মৈ থারম্মী অমস্মুং থুগাইরম্মী, অপুনবা ফার্ম ৮৯,০০০ অমস্মুং রাজকীয় ফার্ম ১.৮৭৮ মাং তাকহল্লম্মী। অদুগা মখোং মরি পানবা ক্রোড় ১.৩ অমস্মুং শগোল লাখ ৭০ হোইদ্রনা পুখিরম্মী! অহুগুম্বা য়েক্লবগী মথুংতা থুদোংখিবা খাংদবা মকমশিং অহুদা মশীন অমদি ট্রেক্টর ষ্টেসন কয়া, লৈবাক্কী অমদি অপুনবা ফার্ম, উপাল য়াপাল অমস্মুং টৈক্নিকেলগী পাম্বৈ তুরা তুনা কেমহল্লম্মী। মশীন চহি কয়া চুপ্না

খোইথিরম্মী অহু ফাওবদা মখোয় অহু শেম শাবা য়াখিদরে, অমসুং লবুক পানবা য়াদনা লৈখরে। অহুগা পুম্নমক্কী ফত্তনা রাবদি মসিনি মহুদি মফম খুদিংদা মীয়ামগী ওইবা পাঙ্গল রাংলম্মী। লালদা ট্রেক্টর থৌবা, কম্বাইন আপরেটর, ট্রক থৌবা মিস্ত্রী, ইঞ্জিনিয়ার অমসুং কৃষি টেক্নিক 'লাথ কয়া' হাংখিরম্মী।

ওমখৈ লৈতনা হোংনহুনা লালগী মমাং থাগী লৌরোক্কী পোংথোক্কী থাক ফগৎহন্নে তৌইগুম্বসুং থুঙংশিংদা হৌজিকসু তেংবাংগী মখো লৈরম্মী। লৌমীগী হেনগৎলক্লিনা চিঙ্কাক্কী দরকার ওইবা অমদি শিজিন্নবগী অশংবা অহিংবা পোংকী দরকারশিংবু মপুং ফাহনবা ওন্নমদরি।

সোভিয়েত সঙ্ঘগী কমুনিষ্ট পার্টিগী কেন্দ্রীয় সমিতিগী সিতম্বর ১৯৫৩গী মপুং ফাবা মীফম্না লৌমীগী লমজিংগী অপনবা কোক্লনবগী শিনথুংবা থবক থৌরম পরেং অমা য়াররমই। লেপনমক মসি মশামক্ক নৈনবগী, শেল ফংনবগী, উপাল রাপাল টেক্লক্কী অমসুং মীয়াম পাঙ্গল পাহৈগী অরুবা ফিভম মতম অসিদা উংখংলম্মী মহুদি অরেম্বা শক্তিশিং লৌরোক লবুক্কী তাইন তাইনবা মফমশিংদা শিজিন্নৌ, মহুগী মতুং ইন্না খুদিংমক্তা ক্লান্নবা ফংম্নবা।

তৌইগুম্বসুং অহুম্মদি পার্টিগী থবক থৌরম পরেং লৌমীগী লৈরিবা মশাবু লোংথোক্লবগীদমক্তনি, অহু ওইরবসু মহুনা খুদক্কী মহৈ য়ানগনি হায়বগী থাজবসু লৈতে অমসুং তৌবসু ব্রাকম অসিগী মরু ওইবা পান্দমদি মহৈ মরোংগী পোংথোক্কা লোয়ননা তশেংনমক শিজিন্নৈ। লৌরোক অমসুং পাম্বীশী মশেল কান্নবদা হেনগৎপা ময়ামগী ওইনা শাংলবা থৌরম পরেং অমনি। মরম অসিনা খুদোংথিরবসু ঐখোয়গীদমক্তা মসি তুঙাইফদরা

ওইরম্মী মতুদি ইশাগী অরৈবা ললগে অমসুং পাণৈ কয়াগী শরুক ঐখোয় নিংদোন পোমদনা লমহৎলদা হাপচিল্লবদি আশা অসি তৌব। য়ারে মতুদি মসি খুত্তু অনতদা দেশকী মহৈ মরোংগী পুক্কে লিক্লা চেকশিননা শিজিন্নব হোৎনরিবা, অকনবা চৈরাকসু লৈরিবা, চংখোম্না হেনগৎহনগনি। তৌইগুম্বসুং পুন্নমক নিংথিনা থোক্লবদি ১৯৫৪ দা লবুককীদমক্তা লেপ্লিবা ইহান হানবা হেক্টে ক্রোড় ১.৩ লমহৎলনা ঐখোয়গী পুক্কেশিংদা শরদ থাগী কৈথেল নংনবা অথোই অহেন ক্রোড় পুদ ৮০০, ৯০০ ( পুদ অমা ০.০১৬৩৮ মেট্রিক টন, কিলোগ্রাম ১৬ গা মান্নে ) মহৈ মরোং পুথোকপা ঙমই অমসুং পার্টিনা ফিরেপ অসি লৌরম্মী। অসুম তৌরতুনা মসিনা মহৈ মরোংগী মওংদা অথুবা চংখোনবা পাম্নম অমদি ফংলে অতুগা ফংলিবসিম্তু য়াফম অসিদা তাংজরমই। মতুদি ঐখোয়না লমহৎল লমদমদা মাগী পোত্থোক "চোংথোক্লকব" গীদমক্তা মহাক্কী লৈপাক লৈহাও অতু অমুক কারক্লবগীদমক্তা চুম্নগী শেম শাতুনা চৎপদা নত্তে, সুপ্নগী তুংকে ইনা চহি শাংনা মফম অতুদা লৈংনবা চৎপা তারম্মী।

য়ারি মতাংসিদা মসি হায়হৌবনা ফগনি মতুদি গোমেণ্ট য়োরোশি লোব মখোয় মীওয়শিংগী মসুংদা অমনি। মহাক য়ায়েলবা ঙমই মতুদি দেশনা করিগুম্বা অয়াবা তারবদি মতু মতম চাবনরা নত্রগা চাদবনরা। মহাক্না লমহৎলবু শেমগৎলমই অতুগা মমৈথংদা কজাখস্তানদা চৎলগা অমসুং মায়কৈ লেপ্পা ঙমদবা গেহু উরবা মতুংদা ঐঙোন্দা হরাওনা হায়রম্মী: "ঐখোয়না মফম অসিদা লাক্লম্বসি কয়াদা ফত্রবা। বেলোরুস, শ্মোলেংস্ক অমসুং য়োলোগদাগী মীশিংবু তেংবাংনিংবা অতু মফম অসিদা পাক-শন্না শন্দোক্লিবা মহৈ মরোংগী মওংদা মহয় মপুং ফাদুনা লৈরে। অতুগা

মহু এম্বপ্রেস এম্বুলেন্স তোংহুনা লাক্লে। হোই, ঐখোয় লমহলগী মহৈ মরোং ট্রেকশিংনা নাপু মচুগী, গেহু মচুগা চান্নবা ক্রাসস্থ শাবা য়ারে....। ঐখোয়গীদমক্তা মসি মপাল নাইদবা তেংবাং, য়াম্না চাওরবা তেংবাংনি।

তৌইগুম্বস্থুং মসি পুন্নমক মমৈথংদা ওইরে। মতম অহুদা ১৯৫৩-৫৪ দা মরৈ য়েংনরমই। খ্বাইদগী খুদোংখিবশিংগী মনুংদা মসি অমনি; কনাগী দমক্তা মতম লৈবহিবিক্ত কাং-খোং চাইরবা অমস্তুং লমহাং ওইরবা স্তেপীদা, মহুগীদমক্তা করিগুম্বা খোংমী লাম্মীস্থু য়াওদবা, অস্নুক চাওবা লান-থেংনবা পোং মফমহুদা থান্নবগী রাকম খস্থবা কন্নম্না ওইথোক্কদৌরিবনো? নত্তে, খ্বাই পুমকুগী ইহান হান্ন' গুঙ্গংশিং. মহৈশঙ, লায়েশঙ, লগী, শারুরবা কারখানা অমদি দুকান, এলিরেটর ময়াম শেম শাগদবনি অমস্তুং মহুগী মতুংদা মশীন ময়াম অমা অমস্থুং শিন্মী কাংলুপ পুশিল্লক্কদবনি।

রাফন অসিগী পাওখুম পিব য়ারিবরা হায়ব? তশেংনমক ফরিবদি অসিনি মদুদি অকবা পোং পুরমক মফম অদুদা লৈবরা। তৌইগুম্বস্থুং মীওয়শিং অদুনা অসিগুম্বা রাফল থাঙ্গংলক্লিবা মখোয়না মরু ওইরিব পোং অহু মশক খঙলমদে। লমহলদগী থুনমক মহৈ মরোং দরকার ওই হায়বসি। ঐখোয়না ইলাকা অহুনা খুদাবা চংলিবা, মতুদা মী তাব য়ানবা শেন্বা অহুগা খোংলৈ অস্নুকী থুনা থবক্তা মহৈ মরোং ফংনবা হোৎনরি। সমাজবাদ লিংখৎপদা সোভিয়েত প্রজানা অয়াম্বা মতমদা মতম মাংহন্দবগী-দমক্তা চাওরাক্লা ওইদি ওইথোক্লোইদবা ফিভমদগী হৌবা তারমই। পার্টিনা মীয়ামগী পরিয়োজনা অসিদা য়াওন্নবা কৌরিবা মখোয়দা অপুন্না য়াওদনা হায়রমই: থবক অসি য়াম্না লুই, য়াম্নমক লুশিল্লককদৌরে, মসি লালজাও অমা থোককদৌরে অহুনা লালজা অমা হায়বসি থৌনা ক্ষমা

চংই। অদুগা মরৈবাক নিংবা লাখ কয়ানা হায়রিবা মিংচৎকী থবক অসি মপুংফানা উৎনবগী থুডি শেন্না থরায় য়াওনা পাম্মোম তিংলমই।

মহৌশাদগী চৎনরক্লবা অসিনি মদুদি পার্টি প্রজাগা রাতান্দবা য়ান্না অমসুং মথং ওইবা রারেপ কৈদৌউদসু লৌদে। অদুগা মসি করিগুম্বা য়োৎলম কানবগী রাফম লৈত্তে। ১৯৫৩ গী অরোইবদা অমসুং ১৯৫৪ গী হৌয়কপদা রুসী সঙ্ঘ, কজাখস্তান অমসুং অতোপ্পা গনত্ত্রশিংগী লমশিংদা অদুগা প্রদেশশিংদা মী তিন কয়া, মীফম কয়া ফমখিবা, মসিনা তাকপদি লমহুল অমসুং লমলেম থোইবগী পার্টিগী রাখলবু কমুনিষ্টশিংগী মীয়াম প্রজাগী শোৗপৎপা অমদি অয়াবা ফংবনি।

মসি অচুম্বনি মদুদি লমহুলগীদমক্তা লালজাও অদুগুম্বা মফমশিংদা তশেংনমক শোক্লগদৌরিবা, মফম অদুদসু মরৈ য়েৎনবা অমসুং চিংনবা লৈরম্মা। তৌইগুম্বসুং চিংনবসি মফম য়ামগ্রে। মীয়াম্না মসি খল্লবা মতমদা মদুগী পার্টিনা লমহুলদা ইরায় লায়না হেক্তা লান্দাম্নবগী থৌরাং শেম্বা নত্তে, অহোইনদুম মদুনা য়াম্না য়াম্বা চাংচৎকী রাষ্ট্রীয়গী ওইবা অমগী লল থুম, থৌরম পরেং য়াৎপা অদুদি মখোয়না করিমত্তা চিংদনা শোৗগৎপদনি। মীওই অমনা মরম ওইদুনা, মদুগী নোটস অসিদা হান্না ঐনা নৈনজখিবনি, লিজরিবা রারি মফম অসিগী অথোয়বশিংগী মরমদা তাক্লিবা রারিনি। মীওই অদুদি বী,এফ, মকারিন, অবতোসার জিলা পার্টি সমিতিগী শিনরেম্বা লমহুল অসিমক্তদা সমাজবাদকী নোম্বা কনবা ওইরিবা। মহাক্না মতম অদুগী মশাগী শেরাম্নবশিংগী মরমদা ইরম্বা থর অদু মখাদা পিজরি ঃ

"চহিময়াম অমা হৌখরে। অদুগা কাওবা য়াবসু কাওখরে, অমসুং অসিগুম্বা ফিভমদা কন্না অমনসু রাজাও ঙাংবা য়াই অমসুং হায়রা য়াই

মতুদি ঐখোয় পুন্নমকপু, লমহলগী মফমদা করিগুম্বা অম। নত্রগ, করিগুম্বা মওং অমদা চিংনদ্রনা পুরক্লি, থাংথুম য়াওদবা থাংশাং পায়রদুনা শগোল থৌবশিংগী মতৌগুম্না চিক্লবা স্তেপীদা লাল্দারো। অমসুং মতুদ। থুদুম চন্নবা থুউ শেল্লে হায়বা য়াই। থাজবা য়াবা হায়বগী ৱাফম্না মসিনি মতুদি ঐখোয়না মসি খঙলবা মতুদি অত্বাসারগী প্রজাবু করি হায়না লাইবক্তা তল্লিবা মতাংসিদা ঐহাক অমসুং জিসাগী লুচিংবা ঐগী মরুপলোই তৌইগুম্বসুং য়াম্না থোৎনা হায়বা তারবদি, ঙকখরে। অতুগা ঐখোয় খঙবা উবা য়াম্না লুরমদে। ঐখোয় ময়াম হায়রিবা লমনমশিংদা পোক্লিবা চাওরিবা অমসুং থবক তৌরিবা: মসি খঙই মতুদি লমহল করম্না লৈরি! ঐখোয় খঙই মতুদি মহাক কয়াম শাওনা লৌমীশিংগী মমাংদা নোম্থরক্লি। মসি করিগুম্বা তান চাবগী ৱাফম নত্তে মতুদি চহি চামদগী হেনবা মতমগী মন্নুংদা অত্বাসারগী লৌমী সুপ্নগী হেক্তর ১০০,০০০ থক লমহল খোইবা ঙমলম্মী অমসুং মতুগী অমা থোকপগী অহুমদমক থাবা ঙমলম্মী অতুগা মতুম্ন খ্বাইদগী ফবা, খ্বাইদগী মতম চাবা চহিশিংদা। তৌইগুম্বসুং হৌজিক মথংগী চহি অনিগী মতুমদা ঐখোয়গী জিলা চাওরাক্লা হেক্তর লাখ মঙাগী লম খোইনবা, চাওরাক্লা স্তেপী পুন্নমক খোইনবা অমসুং মদুদা মহে মরোং লাক্কদোরম্মী। মসি অসিগুম্বা ৱাফম খরসি মসিদা ৱাখল খন্নবা য়াবা। নত্তে, ঐখোয় মসিদা খজিক ফাওবা চিংনদে মদুদি দেশনা ঐখোয়দা মতিক চাবা কোম্নবা মেছিন পীরক্লি মতম অদু ফাওবদি মাগী মনাক্তা চাওখৎপা উদ্যোগ অমসুং লল-থুম চাওনা মতেং লৈগ্রগনি। তৌইগুম্বসুং ঐহাক্লা হংবা য়াবরা মদুদি কনানা মশীনশিং অদু শিজিন্ন-গদৌরিবনো? অসিগুম্বা মশীন পুথোকপা ঙমদরি মী য়াওদনা মথম্তনা খোয়বা, থাবা য়াবা অমসুং লৌ লোকপা ওম্বা অতুগা ডবল রোটি

শাবা ওন্বা। মী থরনা ঐওোন্দা হেন্না হায়জিবনি হায়বা পাওহৌম্বা য়াই তৌইগুম্বসুং অতুগুম্বা মতম নত্রে মখোয় হায়বা য়ানি হায়বসি। ঐখোয়না মতিক লৈবা অমসুং মশক খঙদবা থবককী পোংলুম ইরেংবান্দা থোঙ্গৎলি অতুগা মসিদা ফজরবা অমাংবগী মচাক য়াওরম্মী।

ঐগা কুইনা খংনরক্লবা বাসিলী ফিলিপ্পোরিচ মকারিননা হায়রিবসি চুম্মী। খুদোংখিবনি, অমসুং জিলা পার্টি মসি শিনরেম্বগীদমক্তা মসি তশেংনমক মতিক চাবনি মতুদি মহাক পার্টিনা মরম ওইতুনা লেপ্পা থৌদাংবু ফবদগী ফরবা মওংদা মপুং ফাহন্নবগী মরমদা য়াখল খন্নবা চুমই। থাক্লেশেং-বমক্তি মহাক য়াখল তঙাইফদনা খন্নবা পাম্মী। মসিসু চুমই মতুদি জিলা সমিতিনা অয়াম্বা মতমদা পার্টি, সোভিয়েতশিং ১সুং ফার্মশিংগী লাংজৈশিংবু খোমল্লি অতুগা মখোয় থবক পাংথোকপগী মখল মখাগী লম্বীবু প্যুংথোক্তুনা অসুক য়াম্না মরৈ য়েংনৈ মতুদি মখোয়গী মখনাও শিরম্মী।

মকারীন্না য়ারোইশিল্লতুনা ইরম্মী: "ঐখোয়না চিংনরম্বা থুনা কোক্লে। পার্টিনা অতুগুম্বা পাম্বে পুমকপু লেপলিবা অতু ঐখোয়না খনবা ওমই। মতু প্রজানা মপাল নাইদবা থাজবা, মতুগী অনিংবা নাগরিককী থাক্তা থিগৎপা, অমসুং দায়ত্ব অদুদা থাজরম্মী। থুনমক ঐখোয়গী জিল দা মশীনশিংগী ইচেল চেম্বরক্লম্মী। নহারোলশিংগী চিঠি লিশিং কয়া ফংলে মতুদা অপুনবা ফার্ম অমসুং রাজকীয় ফার্মশিং মফম কদাইদনো হুংলক্লম্মী মখোয়গী তেংবাংবগী মথৌ ওইরম্মী। পার্টিগী অপীলদা মশীং থিঙমেদ্রবা অখঙ অহৈ, মমুৎ তানা খংলবা টেক্নিক খঙবা কয়া ঐখোয়গী নাক্তা য়োৗরে। অমসুং অঙকপা ফংনা থৌনাগী থবক তৌবা হৌরম্মী।"

—৫—

মমাংঙৈগী ইংগ্রাজী শব্দকোশতা অদোম "বর্জিন লেণ্ড" (লমহল) হায়না থেংনরম্মগনি তৌইগুম্বস্মং 'বর্জিন লৈগুর' (লমহলদা লৈরিবা) হায়না অসি থেংনরম্মোই। মসি তরুক্কণ্ডবগী ১৯শুবদা মতৌ অম্মুম্না ইখিরম্মী মতুংদি অপুম্বা ওইবগী চহিশিংদা "কলেকটিব ফার্মর" (অপুনবা লৌমী) হায়বা হায়না শেমবগুম। মসি থুনাইগী ওইবা ফম অমা ওইরে মসি হায়বগী অর্থদি অৱাংবা নাগরিক ওইবগী মথৌ মশক খণ্ডবা অমম্মুং সোভিয়েত মরৈবাক লিংবা। লমহলদা লৈরিবা ইতিহাসিক শক্তম অমা ওইরে ১স্মুং থৌনা ফবগী যুগ অমা ফোংদোক্কই। হায়রিবা ফমথোন অসি মতমগী থৌইশিন্না মরম ওইতুনা শেম্বা মরু ওইবা লমচৎ তাকপনি।

নোংমা ঐনা কুম্তানাই লমগী রাজকীয় ফার্মদা থুংবা মতমদা মফম অতুদা নৌনা লাকপশিংগীদমক্তা পিকতক তৌবা য়ুম অমা শারম্মী। মীয়াম অমস্মু হৌজিক তম্মুর অমম্মুং কোমদা লৈম্মুংদা শাবা য়ুমদা লৈরম্মী। মতুংগী মতুংদা খ্বাইদগী ফবা কা অমা নহা মতৈ-মনাও হৌজিক্তা অঙাং উনরিবা অমদা পিরম্মী। মী খুদিংমক তাঞ্জা অসিদা হরাও কুম্মৈ তৌতুনা লৈরম্মী ১স্মুং হরাওবনা মপানা ঐঙোন্দা হায়রমী, "ঐখোয় মফম অসিদা য়োরকপা কুইদরি তৌইগুম্বস্মুং হৌজিক্ত অদোম্না ঐখোয়বু লমহলগী মী হায়বি:বা য়ারে।"

"নত্তে", ঐনা পাওখুম পিরম্মী; "ফার্ম লোইনমক্কী মতুংদা লমহলগী অমস্তা ওাইরবা থুন্দাবদি অঙাং অতুতনি মফম অসিদা পোকখিরা। অদোম হৌজিকস্মু মফম অসিদা মরা তারবনি। ঐনা খন্দে মতুংদি অমুক্তা থোকখিদ্রিবা থোকপনি হায়না অতুগা মসি পংনা থোকপস্মু নত্তে।"

ঐহাক য়াম্না হান্না স্তেলিনোগ্রাদ প্রদেশতা অতুগা রুসকী অম্বাসার জিলাদা – বসন্ত অঙনবদা অমসুং অতুদগী শরদ দা— শান্নখিবা য়ুরী নিংশিংলক্লম্মী। মখোয়গী খোঙ্গেলমক তশেংনা তোঙাল্লম্মী। লমহলদা য়াম্না বসন্তগী অঙনবা চৈরক্তা লাংজেশিংগী মরক্তগী য়াকৎসি তাবা ফংলম্মী মতুদি নৌনা লাক্লিংবশিং চুকপন পননিংবা লৈতে। মাল্লিনোবস্কী রাজকীয় ফার্মগী লাংজে এ,বী, জাওদালোবনা ঐঙোন্দা হায়রম্মী: "মাইকৈ অমদনা মীয়াম তিন্নরি, অমসুং অতোপ্পা অমদনা, লাম্নীগী মতৌগুম্না পুম্নমক নহা পাখং ঙাক্তনি। ঙসি লাক্লনি, হয়েং চৎখিগনি।"

"হোই, মসি সমস্যা অমনি. "ঐনা অয়াবা ফোংদোকখি।" নহারোল মতম লৈবা খিবিক্তা থৌনানা থল্লব, থবক্তা তৌগে থি। চহি ১ নত্রগা ২ দা ঐখোয়গী মনুংদা মী থরদি খোংশাল্লক্লনি। অদোম ইশামক শোইদনা উবীগনি মতুদি মখোয়গী মনুংদা অয়াম্বনা তম্বুর থনবশিংদা লৈগল্লি। মখোয় থুদোংথিবা থেংনগেতা হায়রিবনি অতুগা থরদনি মখোয়না পাম-জরিবতুদা মায় পার্কখ্রবা। হৌন্নবগীদমক্তা চংদবা য়াদবা পোৎ থুদিংমক মখোয়না শাগনি। মশাগী থবক মপুং ফানা তৌগনি, তম্বুরক্লনি অমসুং অতোপ্পা লম শরুকশিংদা থোংশানখিগনি।"

"অতুগা ঐখোয়না করি তৌগদোরিবা?"

"য়াফম অসিদা য়াখল থম্বিয়ু মতুদি অদোমনা নশাগী শিল লাংলিবশিং করম্না মপুক ফাদ্রনা থমগনি। ঐগী মিৎয়েংদা অস্নুম্না তৌন্নবগী লম্বেল অনিথক লৈ। মুপী মচা থরবু মফম অসিদা বর্ত্তেন তৌবিরো। লঙ্গোম গুম্বা ১স্নুং থিনবা, মরু হুনবা মশীন চলাইনবা, ওবা মুপীশিং। মসি হৌজিকসু মখোয়গীদমক্তা ইয়াম য়াম্বলদবা নত্তে। অতুগা, হয়েং ইলাকশিংদা

অমুক্সু মলবগী থবক ওইরোইদ্রা ? মুপীশিংবু কৌতুনা থন্নবদি মুপামচাশিং অতুম লৈজরগনি। অতুগা অতোপ্পা লম্বেল অমনা মসিনি মদ্দি মখোয় মখোয়গী ইমুং মনুং বার্তন তৌরবদি অদোম মখোয়গীদমক্তা হান্নদগী মশাগী হৌনবী ফিভমশিং শেম শাদ্দনা থম্বা তাগনি। লমদম অসিবু খুন্দা লৈতাহনবগী মসিনা অফবা মওংনি।"

ঐখোয়না তশেংনমক হিরম অসিদা য়ারী তৌজরিবসি মসিগীদমক্তনি মত্থদি মীওইবগী মুংঙাইনবগী থৌরাং। মীপুম খুদিংমক্না য়ুম অমা, মুংশিজবী, ইচাশিং ফংবা পামই। মতম অমদা "মতিক লৈবা মী" পম্নরম্মী অচুনদি রাজ্য অমস্তুং থুনাইদা কনাগুম্বা মীতা অমত্তবু ফংদে। মখোয়না য়াফম অসিগীদমক্তা হোংনগদবনি মত্থদি করিগুমবদা অফবা "মুপাশিং" গী ইলাকা অমদি মুপীশিংগী সহর ওইদনবা। অতুগা মী মশীংগা মরি লৈনবা সমস্যাশিংবু হৈশিংবা মওংদা কোকহন্নবদি পাথং লৈশাবী অমগা অমগা থুংনজগনি অমসুং মুংঙাইনা লৈমিন্নজবা ফংজগনি। অতুগা মখোয় শোয়দনা মুংঙাইগনি করিনা মসি নত্তনা লৈবাক খুন্দা লৈতাদে।

অত্যাসারমক থুনা লমহলদা মুপীমচাশিং, নহা ওইবী মুপীশিংবু কৌন্নবগী হোকম ওইরে। ১৯৫৪ গী জুলাই ১৭ দা অন্মা অতাদা হল্লকপদা ঐনা নিয়ম মখাদা সারিনোবস্কীগী রাজকীয় ফার্মগী মৌনহা মুপীশিং—রজৈসা য়েমেন্যানোরা, অলেক্সাংদ্রা জামচী, য়েলেনা ক্যেশনায়া, রালেন্তিনা নেপোচাতোরা, পোলিনা পস্কোরা অমসুং ল্যুদমিগা সেমেয়ানোরা গী চিঠি অমা পারম্মী মত্থদা দেশকী মাইকৈ অমগী মুপা মচাশিং অমসুং মুপীশিংদা অপীল অসি তৌরম্মী মত্থদি মখোয় লমহলদা লাকপিরবদি

ঐহাক য়াম্না মুংঙাইজগনি। মতু পামলুবনা করিগুম্ব খরা ওইব্রে। ঐনা লৌয়োক মতমগী শরদ দা অত্থাসারদা হল্লকপদদি জাওদালোবক। ঐগা অমুক হন্না উন্নরে। মহাক য়াম্না হরাওরম্মী অমস্থং হরাওবগী মতিক মুংনাংবস্থ।

"করম তৌরিবগে ?" ঐনা হংলম্মী।

"হায়নিংঙাই লৈতনা কৰি, ঈশ্বরগীদমক্তা, লিয়োনিদ ইল্যচী। হৌজিক ঐহাক ময়াম অসিগী শিনরেপ্পবু ওইবোই নিংলে স্থপ্নগী চিঠী পুথোক পুশিনগী মকোক ওইরবোই নিংলে। ফার্মদা মশিং থিঙমদ্রবা লৈশাবীশিংগী চিঠি লাকই। মখোয় পুন্নমক মফমসিদা খোংশান্নিংবনা লোইরে, মখোয় ময়াম অসিদা লাক্লিংই, অতোপ্পা মফম অমদগা চৎনিংবগী ব্রা লৈতে। পোৎ খুদিংমকপু করম্না পথাপ পন্নিং নাইহনগদৌরিবনো। অতৈ ফার্মস্থ য়াম্না হেন্না লৈরিবনি। নত্রবদি ফার্ম অসি রাজকীয় ফার্মদগী হেন্না মৌ নহাশিংগী মেলা ওইরগনি।"

"মুপী মচাশিংনা লান্দাবা" দগী কোক য়াম্না চিক্লরক্লে। তৌইগুম্বস্থং লমহলদা পুন্সি অয়াম্বদা উনা উনা ওনখরে। "লান্মী" অমদি "লানজং" গী পুন্সিগী মপাঙ্গল য়াম্না থুনা লোইশিনখ্রে অমস্থং মতুদা হুংঙাইবা খুদোংচাবগী ময়ামগী তোপ তোপ্পা মগুন মচাক অতু থোরক্লে। অতুগা ওসি ঐহাক অনৌবা লৈমায়দা চৎনিংবা মফমদা চৎলুবদা অসিগুম্বা শিন্মীংগা ঐগা ইতৎ-তক্তনা থেংনৈ মখোয়গী খোইরিনা মফনা মফম অসিদা তাখিরম্মী। হায়রিবা লমদমশিংদা পুন্সিনা লুনা কম্না অমস্থং চেৎনা মরা তাখিরম্মী।

সমাজবাদী নোম্বা কনবা জানস্থলতাল দেমেয়েব মচা মুপা দেমেয়েবকা লোয়ননা লবক্তা কোইনা চৎলি। লৈবাক অসিদা নিংথিজনা ফাওরবা মকোক

থোংলবা লমহলদা খুন্দারিবশিং মিখাইল দোবজিক ১ম্সুং ব্যাদীমির দিত্র্যকতগা নত্তে, মুপপগী মহাক্কী মচাশিং, অকবা লৌমী ব্যাদীমির ১ম্সুং গ্রিগরী দিত্র্যকা খণ্ডনরম্মী। ঐহাক অরাং কজাখস্তান প্রদেশকী জদানোব রাজকীয় ফার্মদা অমুকক হন্না চংলুরম্মী, অমসুং মতুংগী শিনরেম্বা মার্ক পাব্যোবিচ নিকোলেঙ্গোগস্থ উনখিরম্মী। অহল ওইরবা মুপা অসিনা থবক থাদোক্লবদা শিনরেম্বগী ফম মহাক্কী মচানুপা ব্যাদোমির মার্কোবিচ নিকোলেঙ্গোনা শিল্লে। কুস্তানাই প্রদেশকী কারাসু জিলাগী লেনিন রাজকীয় ফার্মগী কম্বাইন আপরেটর অমনগিল্ডী ইসাকোব লমহলদা সমাজবাদী নোম্বা কনবা ওইরে অমসুং মাগী মচা ব্যাদীমির হায়রিবা জিলাসিদা কোইবগর রাজকীয় ফার্মগী অথোইবা লৌমী কাওলোন লোননি। ত্সেলিনোগ্রাদ প্রদেশকী সমারা রাজকীয় ফার্মগী কম্বাইম আপরেটর ইব্রাম গ্রিগোরোবিচ কোশ্মিচদি তশেংনমক লৌমী ইমুং মচুং ওইশিনখ্রে। মহাক্কী মচানিপা মাপল লৈ মখোয়লো উবা মহৈ মরোং লোকপদা মাগা লোয়ননা থবক শুরম্মী। ঐহাক অসিগুম্বা মশীং থিঙমদরা খুদম কয়া পিবা ঙমই। পুম্নমকসি থোরাংগী মতুং ইনা তোরম্মী, অনৌবা লমশিংদা লৌউবা হোরম্মী অদুগা মীশিংসু অদুম লৈশিনম্মী।

এম, ঈ, দোবিজকগী খুৎপুনা লমহলগী তম্বুর অদুদা লৈশিল্লিবা অদু মাস্কোদা ঈহৌগী সংগ্রহালয়দা মতম কুইনা থমলুরবনি। হান্না মফম অসিদা মখোয়না তম্বুর অমসুং কোম তৌখিবা অরাবা কোক্নবা লৈরোন মুংনি, মফম অদুদা স্তেপী লমগী মশীং থিঙনদ্রবা সহর কয়া শেমখিরম্মী। ঙসি কজাখস্তানগী লমহল লমদমগী জিলাশিংগী ফার্মশিংদা মী ১২,০০.০০০ লৈরম্মী অমসুং থবক তোরম্মী। মফম অসিদা দেশকী অতৈ শেল থোক্পা মফমশিংগী মতোংগুম্না খুন্দাখরে।

অনৌবা লমদমগী অহানবা চহিশিংগী ফোটোগ্রাফনা নিংশিং কয়া নৌহলহল্লি। কাং খোং চাইরবা স্তেপী, ট্রেক্টরশিংগী হিথাংফম, উখোং অতুগা থেৎলিবা ফার্মশিংগী মনিং, তম্বুর, কোমশিংদা শারিবা লোৎনবা লৈন্নুং কোম, ক্রিক ক্রিক ইন্নরিবা ট্রেক্টর গাড়ীশিং, পাক্লবা য়ুমথক নাইবা লৈবাক্কী থাংপোকশঙ ময়াম "হিহোনবশিংগী টপী" হায়না কৌরিবা। পোৎ থুদিংমক মতম তুংকোইদবা নত্তবা, মুংঙাই খুদোংচাবশিং ফংদবা, চুম্নগী থবক ওইনবা! তৌইগুম্বস্নুং মখোয় ময়াম অতুগী মায়থোংদা অমুক্তা মিৎয়েং তাবিয়ু— মখোয় কয়াম হরাওবা, নোকখ্রিবা। মোমোন মীনোক থুদিংদা, শাথেক মুংথেক থুদিংদা থাজবা অমম্নুং আশা চাওবগী পাওজেল পিজরিবা। লমহুলদা মতম অতুদা থবক তৌরিবশিং— ঐখোয় পুম্নমক ইশাগী পাঙ্গলগী মফমদা জ্ঞান তারবা প্রজাগী আশাবাদ অসিদা পুক্নিংগী ফিভম ফোংদোক্লি। স্তেপী অতুদা ঐখোয়না পুন্সিগী মঙাল পোকহল্লি. কয়া মতিক মঙাল লৈথ্রবা? পুম্নমক লেংলম পাল্লম্মী অমম্নুং লানবল পরেং অসিদা লাক্লগা তিল্লরে, কনাগুম্বা চাওরবা লাম্নীনা লাল চংদ্রিবৈ মমাংদা ওইবগুম্না। মতম অসিদা কনাগুম্বনা লমহুলদা চংলকপা থোক্লবা, মহাক্কী অপাম্বা অমম্নুং অনিংবশিং হাপচিন তিনশিনখিবদা কনবা ঙম্বা নত্তে।

য়াফম অসি কনা অমম্তুনা হিকতোকপা ঙম্বা নত্তে মতুদি মীওই থরা লমহুল থাদোক্লগা চৎখি। মীওই থরদি অপাইবা পোম্বী, ওইজবা থিবা ওইরম্বী, অসিগুম্বা পিয়ু কয়া তাললকপা য়াদবা ঙমলোই, অমম্নুং মশামক্তা মশাগী ওইজবশিং থিবা নত্তনা করিগুম্বা য়াফম অমদা পুক্নিং চংউ হায়বা য়াবু য়ারমদে। "লুচিংবা" ("পায়ও নিয়ম") গী মহুত্তা মতুগী য়াম্নমক মতিক চপ চাবা মিংথোন্দি "ওইজবা থিবা মরূপ"

("মাইওনিয়র") থোনবা ফে, অমসুং ঐহাক্না অরাং থংবা কজাখস্তানগী ইশাগী খোংচৎ অমদা মখোয়গী মরক্তগী ১দি খরদি চৈবু চৈরম্মী। ১৯৫৪ গী বসন্ত হৌরকপদা তোরোল ষ্টেসন্দা ঐহাক ট্রেন্দগী য়াম্না য়ান নুংথরুদা। ভাইরম্মী অত্তুদা মখোল য়াকপা পাথং অমনা মীয়াম মরক্ক থায়রম্বনা ঐগী ইথক্তা চোংশিল্লকই অমসুং মহাক্না ঐঙোন্দা রাষ্টগী মরেক অমমম-ওইনা বোম থাদরক্লম্মী। ঐখোয়বু কদাইদ্দা পুরিগদৌরিবনো। ঐখোয়বু থেমজ্জনা মফম অসিদা পুরক্লগা করিগী লংথবিরিবনো? লৈননবগী মফম, অচুম অচুম্বা তলব, অরুম্বা ফি কদাইদা পিরিবা? লৈখুলদা লৈবা শনম্বত্তনা স্তেপীদা লৈবা ওমগনি।

ঐহাক করিমত্রা হাদনা তারম্মী অমুগা হায়রম্মী মফম অসিগী জয়লক্তা নখোয়বু হায়রিবা মফমশিং অসিদা লৈবা য়ানবগী মফম শেম্নবগীদমক্তা কৌরিবনি। তৌইগুম্বসুং অসিনগা মুপা মচা অহু পেনগদৌবা নংলমদে। মহাক নশাগী অমোংপা জেকেট উংলম্মী অমসুং হায়রম্মী মহুদি ঐঙোন্দা য়াও মউল জেকেট থুনা পিরকউ; তশেংবনি অসিগুম্বা মীওয়শিংগা অদোম য়েংনবা ওম্বা মত্রে—মসি মতম লৈবখিবিক্তা থুনা খংগদবনি—অমুগা মাগী রা অহু মফম অহুদা অহুম লোইশিল্লম্মী।

"নহাক্না মসি খনবরা মহুদি মফম অসিদা পোৎ থুদিংমক নহাক্কী-দমক্তা থৌরাং তৌদ্রুনা ভাইহুনা লৈরম্লগনি হায়না? জেকেট অমসুং টুপী অহু উপ্পুনা মফম অসিদা লাকপগী মতুংদা নংগী করি অপাম্বা লৈ? লমহল লমদম অসিদা নংগুম্বগী নথো লৈতে।"

"হোই, হোই, অদোমসু নশাগী করিগুম্বা কাম্নবা য়েংহনা হায়রম্বা মতমদা খঙবা হায়বহুনি," মহাক্না শোম্হাংননা হায়রম্মী।

"নত্তে, ইবুংঙো," ঐনা হায়রম্মী "ওসিদগী থা অমা নত্রগা ওইবা মাই অনি নত্রগা অতুমগী মতুংদা নংনা পিয়ু হায়বা তানব। পিগনি অতুবু য়ামদনা, অতুগা লোইনবক হেক পিবদি চহি অমগী মতুংদা ওইগনি। হৌজিক্তি মতম অসিদা ওমজবা অসি মওাইদনা। নহাক মকম অসিদা করিগীদমক্তা লাক্লিবনো ? ঐহাক্তি নঙোন্দা থাজবা থমলিবনি অতুগা হৌজিক্তি নহাক্কী ননিং থুংনবগীদমক্তা মীয়কে মরিদা থিবা তারিদনা। অতুগানে নং চেংনমক য়ারো ঐহাক থিদি থিরগনি।"

ঐহাক্কা নিংশিংবদা অঙাং অতু শুয়া শুহবগী কাংলুপকী নি। অতুগা তশেংনমক মহাক মঁয়াম চৎনবীদগী কাপ্পন তাবনি। শুয়ানা ঐগী নাক্তা তশেংনমক লোম্বা কনবা লাংজে খরদি থায়ক্লম্মী। মহাক্কা তুর্গাই স্তেপীগী ফার্মগী মমিং অশংগী শহরগী মমিংদা "শঙ্গংস্কী" হায়না থোল্লম্মী। অমসুং মসি লমহলগী থাই পুম্মক্তগী মফম ফার্মশিংগী মনুংদা অমা ওইখ্রে।

খুদোংথিবা লৈর: মসিদা চিংননিংঙাই লৈত্তে অদুগা অশেংববু লোংশিনবগী অর্থ করিসু লৈত্তে। থোনা লৈরবা তত্রাগী মনুংদা ঐখোয়গী প্রজানা তুংগী মমিংদা খরম্ভোথিদি কৎথোক্লম্মী। মখোয়না মৈগী চায়রং কয়া থাংলম্মী। করি করিগুম্বদা ঐখোয়গী নাক্তা পোৎ খুদিংমক্কী য়োংগী অমসুং কেরোসিন থাওগী, খোংউপ অমসুং ইচম চম্বা মফিশিংগী মকোক থক্কী য়ুমথক, অসি ফাওবদা মতুদি চাপ্পবা তলগী— য়াংলকপা য়াওরক্লম্মী! তৌইগুম্বসুং পার্টিনা মতম খুদিংদা মীয়ামদা থমোয় শেংনা হায়রম্মী : খুদোংথিবা কয়া অমসুং অরাংপা ময়াম অমদা, ঐখোয় পুম্না হোংনবনা মরম ওইহনা মায় পাকপা শোইদনা ফংগনি অমসুং তপ্পা তপ্পা ঐখোয়গী

পুন্সি অফবগী মথক্তা অফবনা অথোম্নরগনি। হায়রিব। অথোইবা ব্রাকম অসিনা মরম ওইহনা চহি খুদিংদা দেশনা মায়োক্নরিবা অনৌ অনৌব। মৈগী চাংয়েংসি থেংনবা তাই।

মসি অচুম্বনি মতুদি মীওই খরা ঐখোয়গী ইতিহাসকী মরু ওইবা মতম্শিং খরগী খুদোংখিবা কয়াবু থাওবা তারিবা মখোয়গী পুন্সি করিগুম্বা মওং অমদম্মু অরায়বা ওইদে, অমসুং করি করিগুম্বদা অম্মুক য়াম্না কনলম্মী মতুদি নিংবা কায়বা পোক্লম্মী। মিৎয়েং অসিদগী চারোন গুরোন খুদিংগী সোভিয়েত প্রজানা খুদোংথিবা ময়ামগী ব্রাখল খম্বা তারম্মী। ঐখোয় কনানা অগ্নি-পরিক্ষা কয়া খাওলিবা। অম্মুক য়াম্বা লৈপাক অসিদা অতোপ্পা মীনা কনাগুম্বা মীনা খণ্ডখিদ্রি। তৌইগুম্বসুং লোয়নমক্কী মওংদা ঐখোয়গী পুন্সিদা মিৎয়েং তাবিয়ু। মসি ইতং-তক্তনা চাওখৎপদা থংলিব। অসিনি। অপনব। কয়া লাক্লবদম্মু মতু ঐখোয়না মতম খুদিংদ। থেংনবা ওয়িবনি। অতুগ। ঐখোয়গী হৌজিক ওইরিবগা হৌখিবগ। অম্মুক য়াম্ন। খেনৈ মতুদি লৌমীগী গাড়ীগা নোংদোন অপাইবগা।

অতুবু অমুক্তং য়েংসি, ঐখোয় মতম অতুগী পুংথহৌরবশিংদা তুংল্লবদি অনৌবা লমগী থোংজিন হাংদোকপা মতমদা মাংদা থেংনরবশিং। মতু তশেংনমক মিকুপ খরগীনি। ব্রাফম অসি মখোয় অতুগুম্বা ওকচাওথেকপশিং অতুদা ফাওদে। মুংশিবগী পান্দমগীদমক্তা খুদোম্বী অমা থাঙৎনিংদবা। অসিগুম্বা মীওইশিংগীদমক্তদি চুম্নবা পাওরো অমা লৈ— সুপ্নগী মখোয় মশাগীতা য়েংবনি।

তৌইগুম্বসুং মকম অতুদা লৈরিবা অসিগুম্বা নহাশিংগী থৌদোক্না অতোপ্পা অমনি, অনৌব। পনখৈ অমদা মশাগী খণ্ডলিবা ওমখৈ মাংহল্লি।

মখোয়গা রারী শাবা, লৌশিং তাহল্লুবা থেমলুবা অমস্থং থরা থজিক মচাদা মুংশিবগী পুকচেল চাওবা উৎপনা মতিক চারবনি। "হোই, "অমুকথক পুকচেল চাওনা" অসিগুম্বা ফমানি মসিগী ঐহাক্না থবক পুরিবা কাংবুশিংদা থম-নৈনবা মতম্দা অয়াম্বা মর্তমদা শিজিন্নরম্মী। বাখল থেনবা পাথংবু থনা থজিক ফারুশিমকগী, দরকার শোইদন। লৈরম্মী, তৌইগুম্বম্সুং মী ফবগীম্ব চংই। ১৯৫৪ গী বসন্ত অহূদা স্তেশিনোত্রাদগী মনাক্তী অজিতর ষ্টেসন্দা ঐনা স্থুটকেস য়ানবা পাথং অমা উরম্মী। উরদদা মহাক ট্রেন কাগদৌরিবনি হায়বসি খংই।

"মহাক নয়ুমদা চংকদৌবিবরা ?"

"অহোই চংচরি।"

"মফম অসি পুন্সি য়াম্না চপল্লথরে। চুমদ্রনে ?"

" অহোই, ঐহাক ইশামক ইণাগী লমচং খণ্ডশিল্লক্তরে। ঐনা কৈদৌঙৈদম্ব থওবা ওমদে মতুদি ঐবু ইয়ুম অস্থক য়াম্না করিগী নিংশিংলক্লিবনো। মফম অদুগী ঐশিং মুংশিং যৌ। ঐহাক ইশাগী থোংমাওদগী অণ্ডকপা সমুদ্র উবা ফংই। উইহেগী উকোল, হৈপান তম্লি। মফম অসিদা স্বপ্নগী উলগী ওইবা নোং মুংশিং শিংলি। অদুগা হৌজিক নোং অকনবা....।"

ঐহাক মহাক্কী নাকংদা ফম্লে।

"হান্না হেক হৌবসি মতম থুদিংদা লুই। অদুবু অমুক্তা লালবলদা লাম্বেংনর্রিবা মশাগী চহিগী পাথংগী মরমদা অমুক্তা থন্দৌ। মখোয় ময়ুম ১স্মুং মমাদগী থাম্মস্থ লৈ, মখোয় কোংকুং কোমদা লৈ। অদুগা মসিদা নত্তনা লান্দাবা মতমদা মখোয় অশিবা মায়োক্নে। করিগুম্বা অচৌবা পোং অমত্তা তরাইনা ফংবা ওমদে। উক্রাইনদা হৈগী হৈকোল শেম্বা করিগুম্বা অরুবা অমত্তা লৈতে।" তৌইগুম্বস্থং মফম অসিদা স্তেপীদা হৈকোল অমা শেম্বা য়াম্না

চাওরবা পোখোক্লি। অদুগা মতুগী মথক্তা চহি অমা অনিদা মকম অসিদসু থুগ তাগনি অমসুং হৈকোল ওইরগনি। অরুবা রাফমদি মসিনি মতুদি নহাক নশামকসু থাজরিবরা। নহাক তুংদা হন্দোক্লগা পুন্সি থক হৌগনু।"

ঐহাক নিংশিংই, মুপামচাদো ট্রেন অদুদা তোংদরে। ঐনা মাবু মমৈথংদা লারী অমগী মতুংদা উরম্মী। ঐহাক মুপামচা অদুগী মম্নিং ঙসি ফাওবা খংদে। মহাক য়াম্না চহি য়ামদবসু নত্তে। তৌইগুম্বসুং ঐনা খল্লি, মহাক মখোয়গী মমুংদা অমনি মহাক্না মশাগী তুংকোইনা পংখঘাস স্তেপীগা শেংনা থানররোই হায়না লেপলবা।

লমহলনা কাং-খোং চাইরবদা মীওইবনা হিংবা ওইথোকত্রবনি, শেল্লাও পায়বা পাওজেল অমনা মতম অদুদা ইরক্লম্মী। "ঐখোয়না মসি লেপ্পমক য়াবা য়াই মতুদি লমহল রুসী পুক্তা তুম্বা ঙমদবা চাক চগ্রেংগী মতৌগুম্না লৈহৌরগনি।"

মতম অসিদা অসিগুম্বা মতৌগী রাফম য়াম্না চৈ থাংবগী মশক ওইরবা তুংদা ওইরক্কদবা খোল্লাও কয়া তাবা ফংলম্মী অমসুং অদুমক ওইরবসু ট্রেন্দগী স্বথং সেবকপ্পী অহানবা খেপ থৌরমগী থা অহুমগী মনুংদা স্তেপী গেতুগী অরোই অথম নাইদবা ইশং শংবা লবুক ওইরে। গনত্রগী লৌরোক লম শরুক অনি হেনগংলে অমসুং চহি অদুদা হেক্টর ক্রোড় অনি ফাওবা য়ৌখরে। অদুগা অসুম্নদি ঐখোয়বু মশাপ্পীতা খনবা মীওইশিংনা ইরম্মী. ঐখোয় লমহলগীদমক্তা "হৌদোকপা নত্তে" অদু ওইরবদি কনানো মহাক অদো মহাক্না লমদম অসিদা খোইননবা থারম্নিবা? মহাক কনানিনা মহাক্না ঐখোয়দা চহি অদুদা ২২,০০০ দগী হেম্না ট্রেক্টর ১সুং

১০,০০০ দগী হেন্না অনৌবা কম্বাইন পিরম্লিবা ? মহাক অতু কনানিনা মহাক্না ঐখোয় ট্রেন শংদা হাপ্প হাপ্পদুনা লিশিং কয়া ঐখোয়দা য়ুম পিরম্লিবা, উখোং, সীমেন্ট, পোৎ-চৈ ১স্নুং চান্নব, পোৎ থারিবা ? নত্তে, মতু নিংথিজনা রাখল খল্লবা পথাপ নাইবা লালচৎ ১নি। অদুগা "লমহল" মমিং হান্না শেম্বা অ'সি চহি চা কয়া কুইনা শাংনা কোইশিনদুনা থমবা নত্তে, সুগ্নগী খংলাক খংজিনগী লাম্দাবা অমনি, থৌনা ফনা থল্লবা লালগী লালজংমা মরম ওইদুনা মায়পাকপা অমনি।

হংবা য়াইঃ তৌইগুম্বসুং মখোয়না মপাঙ্গল লৈরবা মশীনরী পায়রদুনা অদুগা মসি খল্লদুনা ভেপীদা চংলকই মতুদি লৈবাক পুম্নমক, প্রজা পুম্না হুপ্পা মখোয়গী মতুং লৈ, অমসুং অসি ফাওবদসু রাষ্ট্রীয়গী অকন অথৌশিংগী মওংদা মখোয়গী মতিক মগুন শোম্নরক্রবা, অদুগা মখোয় মশাগী মিংচৎ উরোং হৌবদগী ফংলক্রবা অদুদদি কনা অমনসু মীহৌবা য়ারিবনি অদুদদি "লমহলদা লৈবা" হায়বা মিংথোন অমা ফংলবদি মহাক অমুক্না নিংথি-জরোইদরা ? নত্তে, য়াম্না হরাওবা নত্তে। মখোয়না তশেংনমক অংকপা উৎলম্লে।

থৌনা ফবা হায়বসি মওং কয়ামুক্তা ফোংদোকই। কনানা মথাই খুবাক্তা হাপ্তুনা অচাকপা য়ুমদা চোংশিন্দুনা চংবা ভুমই। তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা মখল অমগী থবকপু মুংতিগী তৌবদা শোম্বরকই। থৌনা ফবা অমগীদি মতু অচেংবা মিকুপ অমনি। থৌনা লৈবগী পুন্সিগী অচৎ চত্তসী অরুবা খোংচৎ অমনি মতুগী থুদম অমনা লালনি। অদুগা থৌনা ফবা অমগী নোংমগী পাংথোক্লিবা শিন্থা ওইরিবা মীয়াম্নদি চেকশিল্লবা অমসুং মরম্নাই ওইবা মওংদা অসিগুম্বা থুদোংথিবা মাইয়োক য়ারিবা

অহুদগীদি করিগুম্বা ফিভম অমদা মহাক কনবা ওম্রই। ঐগী মত্তদি লমহলগী মীশিংনা মশামকপু থৌনা লৈবা উংলে। মখোয়না অহানবা খোংচংমক্তদা নোংম নোংমগী থোক্লিবা পুন্সিগী খুদোংথিবশিংবু মায়োক্নে অমসুং অহুদগী চহি কয়া, তপ্পা ইংনা অমসুং লেংদনা নোমই অহুগা চংবা য়াদবা লম অসি মী লৈবা য়াবা মফম শেম্লে।

লমহলগী কুন শুবা জয়ন্তীগী থৌরমগী মরমক্তা ঐনা অল্মা অতাদা অভকপা মুপা অমা ইরান ইরানোবিচ হুরানোব — নৈনখিরম্মী। মহাক লেনিনগ্রাদতা পোকখিরম্মী। লালগী চৈরক অসিদা মহাক্না মশাগী পোক্লফম শহরবু কল্লম্মী, মহাক য়াম্না শাথিনা শোথরে অমসুং মখেং অনি মাংজরম্মী। মতম শাংনা লায়েংলবা মতুংদা মহাক কজাখস্তান্দা পুরক্নে। অহুদগীদি মফম অসিদা লেংদনা অহুম লৈরে। দেশ অসিবু মহাক্না মশাগী ওইশিল্লম্মী অমসুং দেশনসু মহাকপু লৌশিল্লম্মী। মহাক য়াম্না অফবা মশীন আপরেটরনি মাগী লালগী তকমালশিংগী মন্নুংদা শিম্মীগী মনাসু হাপচিল্লম্মী— অনি আর্ডর আফ লেনিন অমসুং অমনা অথৌবশিংগী সনা মচুগী থরানমিচাক।

তিনলিবা মীতিম্না পুম্নমক্না লাওথোক্লম্মী অমসুং কম্পাক অহুদগী ঐনসু। অতোপ্পা রা ভাংগদবা ভাংনবা লাকশিল্লক্নে অহুগা মখোয়গী মন্নুংদগী অমনা হায়রম্লিবা অহু ঐভোন্দা রারীগা পাংখক ওইখরে। মহুসু কম্যুনিষ্ট অমা, অমনা লেনিনগ্রাদতা লৈবা, লালগী অহল ওইরবা লাম্মীগী মরমদা হায়রম্মী, মহাক্না মখোং অনিসু মাংজখিবা, অহুদগী মহাক লমহলদা লাক্লমবা, খ্বাইদগী হৈবা টেক্টর থৌবা হৈবশিংগী মন্নুংদসু অমা অমসুং সমাজবাদী শিম্মীসু ওইরবা। তৌইগুম্বসুং রারী অসিদা মুপা অহুগী মমিং লিয়োলিদ মিথাইলবিচ কার্তুজোব।— অহুদগীদি মীপুম খুদিংমক্না খুবাক্

থুম্বা হৌরক্লম্মী অমসুং ঐহাক ঙক্লকুনা রাখল তৌরম্মী মতুংদি মসি করিগুম্বা তাঙ্গা চাবগী রাফমলা ? নক্রগা থৌনা লৈবা অমুগী অরানবা মমিং ওইরমগনি ? তৌইগুম্বমসুং মতু নত্তে, মসি ওইথোক্তবনি, ঐহাক য়াম্না নিংথিজনা নিংশিংল্লম্মি।

মরক্কী খুং থান্নবা ( ইন্টরব্রেল ) মতমদা ঐনা কার্তুজোবগী মরমদা থিগৎপদদি খওলে মতুংদি করিগুম্বা অরানবা অমত্তা য়াওদে। কার্তুজোব অমসুং ইজানোব, মখোয় অনি লমহলদা থবক তৌরম্মী, মখোয় অনিগী মরাইবক চপ মান্নরম্মী অমসুং মখোয় অনিমক ইচং থৌরম্মী। ঐহাকনা খংহৌদন থোকখিবা অসি থোকখিবা অশেংবা ওইনা হায়গনি। "লমহলদা তাবা" হায়বা ফমথোন অসি ঐখোয়গীদমক্তা থৌনা ইচং থৌবগী খুদম ওইরে, মসি মরম লৈতবা ওইরমদে।

ইশাগী পুন্সিগী খোঞ্জেলদা ঐনা অয়াম্বা মতমদা মসি উই মতুংদি ইচম চম্বা মতম ফিভমশিংদা অশেংবা ইচং থৌবা অয়াম্বা মতমদা নোল্লুকই অমসুং রাখল খনবদা অতুক হাক্লা পুক্লিং চিংলমদে। মখোয়না তৌগদবা অতুম তৌতুনা লৈ। অসিগুম্বা মীতামক ওইরম্মী। স্তেলিনোগ্রাদ প্রদেশকী দান্থী রাজকীয় ফার্মগী ট্রেক্টর থৌবা দানীল নেস্তেরেঙ্কো। ফার্মগী মমিং ("অথাপ্প।") মশানা মশাগী রা হায়জৈ। মসি প্রদেশ অদুগী খ্বাইদগী অরাপ্পা কাচিন্দা লৈ ১সুং নেস্তেরেঙ্কো মশামকপু মফম অতুদা চৎচগে লাম্হো-ক্লম্মী। উল তাবগী অইংবা ল্যোইশিল্লকদোরে ১সুং খুদোংথিবসি থোক্রে মতুংদি মহাক থবক তৌরিবা ট্রেক্টর কাংলুপ অদুদা, কেন্দ্রদগী শন্নদবা মফমদা ১সুং মনাক্তা লৈরিবা শীং(কোয়লা) লোইখিরম্মী। অতুরাই মীনা হায়রবু ওইবা য়াই জানিস্পাইকা— হায়রিবসি মফম অতুগী পিক্রবা মশীং থাদবা ভুরেলনি—

মাগী মপাল য়ানখাইরগা নাক য়েংকী ইলাকা অহু ঈশিংনা থুমহন্নবনি। ট্রেক্টর ময়াম অমা মরক অসিগী তুরেল লাম্থোক্নুনা য়োহনবা তারম্মী হায়রিবসি মফম অহু উলসু থানা তারম্মী। নেস্তেরেঙ্গোনা মহাক্কী মরুপশিংবু য়াম্নমক খুদোংথিবা থবক অসি পাংথোকপদা মতেং পাংলম্মী, অহুগী মতুংদগী মহাক মশামক ট্রেক্টর থৌরগা খোংশানখ্রে। তৌইগুম্বসুং শৌদোক্লবা উল হান্না ঈশিং তংখাইমুক থুমখিরম্মী, কায়রে .... ।

মহাক্কী মরুপশিংনা মাবু চিংহুন। মপালদা লৌখৎলকপদদি অশিবা মী অহুগী ফুরিংথাওদা সোভিয়েত সম্মগী অথৌবগী কার্ড ফংলে। মফম অহু ফাওবদি ফার্মদা কনামতুনা মসি খংলমদে মহুদি মখোয়গী মরক্তা অসিগুম্বা মীওই থবক তৌরম্মী। খঙক্লবদা মহুদি দানীল নেস্তেরেঙ্গোনা থৌনা ফবগী তকমান লালগী মরক অহু দনীপরদা খুহুম চনবগী থৌরমদা ফংবনি অমসুং মসিদগী মাগী অশিবা হকচাং অনিরক অব্রাবা ফংলে। ঐহাক দনীপর নিংশিংলি, ঐহাক কব্রবা গুলী মরক্তা মাবু লাম্থোকলিুব। অথৌবা মাবু নিংশিংলি। লেপ্পমক অসিগুম্বা থাইনগী থব্রায় থাবগী লম্বীদা, স্তেপী দেশকী পিকতক তৌবা তুরেল অমগী মতৌগুন্না কবিগুম্বা অখিংবা পিবা য়ারোই। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা অমখিরবা খুদোংথিবা অহুম মথোকই।

ব্রাফম অমা ঐভোন্দা মরু ওইনা থম্মোয়নুংদা তাশোল ওইরি। নেস্তেরেঙ্গোগী তম্বুরদা মহাক্কী মরুপশিংনা উক্রাইনী চেরীগী পাম্বী থরা উরমই। তৌইগুম্বসুং মহাক্কা উপাম্বীশিং অসি স্তেপীদা থাম্নবগীদমক্তা পুরকপা ওইরম্বা অহু ওইরবদি লেপ্পমক কজাখস্তানদা লৈথনবগীদমক্তা পুরকলম্বা য়াই। তৌইগুম্বসুং হায়রিবা উপাম্বীশিংবু চাওবা কাওবা য়েংম্নবগীদমক মহাক লৈরমদরে।

## মুমহুল

১৯৫৪ গী নিংথম অকিবগী মশক্তি অমসুং মতু হায়নিংঙাই লৈতনা লম্না লিক্লা অমসুং উন তারন্মী। লমহুলনা হৌবমক্কী মীনৌ চংলকপশিংগী চাং য়েন্থনা লৈরম্মী অমসুং মখোয়দা মশাগী চহিমা, মরূপ ওইবা য়াদবনা লান্দারম্মী। চিক চিক লাওরবা মুংশিংনা ইতং-তংতনা হু-হু হুমলহুনা শিংলম্মী অমসুং স্তেপী লাম্হোক্লবদা অচৎ অওক খুদিংমক হায়নিংঙাই লৈতনা লুরম্মী অমসুং খুদোংথিনিংঙাইসু ওইরম্মী অমসুং অতু ওইরবদসু ট্রেক্টর লিশিং লিশিং কয়া; ট্রক মশীং থিঙমদ্রবা কাফিল কয়ানা নোংলৈ অমসুং উনবু লাম্হোক্লুনা লম্বী লৈতবা প্রদেশকী অতুগুম্বা রাজকীয় ফার্মশিং ফাওবা য়োবা তারম্লিবা, হৌজিক ফাওবা তরূং মালংদনা নেমা তারমগ্রি।

স্তেপীদা উলগী নোংলৈ মুংশিং করম তৌই মসিগী কল্পনা মীশিংনা মশা মশানা অঙাং ওইরিবদা পারমলগনি পুস্কিন লাইরিক কপ্তানগী মচান্থপীদা। ঐনাম্বু উরে মতুদি স্তেপী কয়াদা শকলেন পুবী ওই। ওইবা য়াই মিকুপ অমগী মনুংদা লৈচিল লিক্লা ওইরবা আম্না উরিবা নোংদোনগী মাইকৈ অমদগী মাইকৈ অমা ফাওবা শংবানরবা অমসুং অরুংবা মুংশা থোক্লিবা, অতুদগী পুংখাই অমগী মতুংদা খাক ঙংলবা, নাহেরবা উলগী নোংলৈগী মরক্তা অদোম মিংবা লাকপা উবা নত্তে। খজিক শোইবদগী, মাতৈ চাদবদগী, ইঞ্জিল শোইনি খন্দনা শোইবা য়াই, করাগুম্বা মী স্তেপীদা য়াম্না ইংবা অমসুং য়াম্না অয়া নংহুনা চিথহোবা, করিগুম্বা চংফম খঙদনাম লৈহৌবসু য়াই।

ঐহাক নিংশিংলি মতুদি ব্যাব নির্মান সংস্থানগী পাও-চে চংনবা ছাত্র য়্যাসিকী রগুজোবনা লৈত্রবদা মীপুম তিংনা কয়াদা নিংদোন পোম্লরিবা।

মহাক কিএব রাজকীয় ফার্মদা, খ্বাইদগী হান্না য়োবশিংগী মনুংদা অমনি, অমসুং লঙলোন শাবা (ভবননির্মান) ফোরমেন ওইনা থবক তৌরম্মী। মহাক হৈশিংবা অশিন অরাং ফবা অমসুং অফবা মরুপনি, মী খোনবা অমসুং তিন্নবা মুংঙাইবা মীতানি। অহুদগী থুনমক মহাক্না মহাক্কী দকোক থোংবা লেংমান্নবশিংগা চানবা মুংশিবা ফংলম্মী। অহুগুম্বা শেংলবা লুরবা মুমিৎতা নোংমা রগুজোর ট্রক ময়াম অমগী যাত্রিক (পোৎ থাপ্পা পুবা কাংলুপ) অমগা লোয়নরমই। মহাক রাজকীয় ফার্মগী অহানবা লম্বীগীদমক্তা কিন্থরবা নিংথায়বা য়ুম মচেৎ মকাই স্টেসনদগী হোনবগী থবক তৌরম্মী, ইখংহৌদনা মহাক য়াম্না অকনবা উল তাবা নংলে, হায়রিবসি মুমিৎ কয়ানি চুপ্পা তারম্মী। চৎলিবা কাফিলা অহু লেপলে। রালিনী তেবাংনরগীদমক্তা মখোংনা থোক্কে নিংলম্মী। মহাক মৎস্তা থোর্লম্মী, লম্বী লৈতরে অমসুং শিরে। মহাক অনিংবদা থিংবা য়াদবা থরাই পাম্মুদবা মীওইনি। মাগী ফুরিৎখাওদা চিঠি অমা য়াওরম্মী, মহ্ মক্ষম অসিদা পুথোক্লি।

"মুপা অহুগী মমিংদা নোটবুক অসি ফংলম্মী। মুংশিরবা মরুপ, ইরম্লিবা অসি চানবিহুনা সেরাফীমা বাসিঙ্গেরনা রগুজোরা, ১৫ গোংচারোব লম্বী, ক্রেট ১, ক্লোব, তা য়োহনবিয়ু।"

"মুংশিরবী সেরাফীমা! পি নতারুরগনু : ঐহাক খঙই নং থম্মোয় পুবা ওমলোই, তৌইগুম্বসুং হৌজিক অসিগুম্বা মিকুপ ঐঙোন্দা লাকশিল্লবদা ঐনা নংগীদমক্তা তৌগদবসি করি তৌগনি। মক্ষম অসিদা মাইকৈ মরিদা স্তেপী নক্তনা করিমত্তা উদে; অহুগা মসিগী মাইকৈ-মরাং লৈতে। নোং মুংশিৎ চাওরাক্না লেপখরে, তৌইগুম্বসুং নোংদোন মাইকৈ লেপ্লা

ঙমদে অতুনা মাইকৈ কাদোয়া লেপ্পা ঙমখিদরে। ঐহাক্না হল্লকপা ঙমদ্রবদি নং ঐগী ইচাশিং নাওকোন্দুনা মী ওইহল্লকউ। ওহো, পুন্সি! ঐহাক কয়াম হিংনিংলিবা! অরোইবা অখম লৈতনা চুপচবা! নংগী অমত্তা ঙাইরবা, রাসিলী!"

মসি খল্লবদা শিগদোরে, মহাক্না থক থক নিত্রহুনা, খোইর খুৎশানা চিঠি অমুক্কা ইরম্মী।

" ঐগী ব্যাদীমির অমস্তুং অলেক্সান্দর রগুজোব তা।"

" মুংশিরবা ইচাশিং, বোবুস্ক অমস্তুং সাশুংস্বা! ঐহাক লমহলদা মরম অসিগীদমক্তা লাক্লিবনি মত্তুদি ঐখোয় ময়ামগী পুন্সি অমুক্কা হেন্না চাওখৎনবা, লৈরিবস্নিদগী হেনগংনবা। ঐনা পামই নখোয় ঐগী শিনফম চথবা। পুন্সিদা য়াম্না মক ওইবদি মী ওইবা! পুম্না থুপ চুপ অমা নংগীদমক্তা, ঐগী মুংশিরবা ইচাশা— নখোয়গী নপা।"

অমুম্না খনবীবা য়াই চিঠি অসি করিস্মু লৈতবা মীওইগীনি, ইমুং মনুংগী ওইবা মখল অমগীনি। তৌইগুম্বস্তুং মসিনা হিংহৌরিবা মীয়াম অপুন্বগী মমিংদা অপীল অমা ওইরে। মুৎশি মুৎশিবা ময়েক্কী চেনা অহু উরগা অমস্তুং অস্তুম অস্তুম মহু পারুরগা ঐগী খনাও চরম ফুনগৎলকই। ঐনা লৈরিবা পাওচেশিংদা কোন তৌরম্মী অমস্তুং ঐগী মত অমস্তু পিরমই মত্তুদি মহাক্কী মুপীনা য়ারবদি চিঠি অসি নমথোকউ। নমথোক্লবদি দেশ পুম্নমক্কী মীশিং লিশিং তরাদি থোনা ফংগনি। বাসিলী রগুজোব অমস্তুং মহাকগুম্বা অতোপ্পা মথোনা লৈরবা মীশিংনা মরম ওইহুনা হৌরস্বা থবক মপুং ফাম্নবগীদমক্তা লমহলনা স্বয়ং সেবকশিংগী অনৌবা কাংলুপ অমা লাক্লে। চীংনাক অহুদা বাসিলীনা লৈখিদবা অহুগী মমিং বাসিলী হ্রায়না থোনখরে।

কজাখস্তানগী লৈয়েক্কা ( মানচিত্র ) ওসি ৱাফম অসিগী খুদম ওইরি মথুদি লমহলগী থোং অসি তশেংনমক দেশ অপুম্বনা হাংদোকপনি। মসিগী ভুগোলদা রাজকীয় ফার্মশিংগী অতুগুম্বা মমিংশিং মথক্তা য়েকশিল্লি—'মাস্কো', 'লেনিনগ্রাদ'; মিংস্ক', 'পোলতানা', 'তাগিল', 'সোচী' 'পর্ম', 'য়াবোস্তালব', ,ৱোরানেজ'.... । অয়াম্বা ফার্মশিংদা স্তেপীগী মরু ওইনা খুন্দারিবা কজাখশিংদা নত্তনা অন্তরাস্ত্রীয়ত: বাদকী অশেংবা মহৈশিংনি. লৌশিংলৈবা অমসুং ৱাখল লৈবা, খুৎশাহৈবশিং, ঐখোয়গী দেশকী মীয়াম প্রজা পুম্নমকবু ঙম্নবগী অনিংবগী লল ওইরে।

অনৌবা লমগী লুচিংবা মতম লৈবা খিবিক্তা অনৌবা মীশিংনা ওই। তৌইগুম্বসুং মরু ওইবা ৱাফম লৈ। ঐখোয় অহানবা চহি মঙাগী ওইবা থৌরাংশিংগী মতমদগী য়াম্না খোমাং চাওশিনখরে! মতম অসিদা স্বয়ং সেবক্তা সপ্নগী হোরাই অমসুং ৱেলচাদ পায়রত্তুনা মগনীতকা, তুর্কসিব রেলরে দিনএপর ডাম অমদি কোম্সামোলস্বান অমুর লাক্রম্মী। লমহলদা মরু ওইনা দরকার লৈরিবা ট্রেক্টর থৌবশিং, ইলেক্ট্রিক শেম্বশিং, ট্রক থৌবশিং, মস্ত্রা ময়াম অমা অমসুং য়ুমশাবা ময়াম অমা, অতুগা সোভিয়েত সঙ্ঘগী গনতন্ত্রশিং, লমশিং অমসুং প্রদেশশিংদগী অসিগুম্বা মী ঐগী নাক্তা থারক্লম্মী। মখোয় মখুৎ-মশা হৈশিংবা ওক্তনি। মখোয় অনৌবা শেল থোক্লবগী লিখুলশিংগী য়াংলেন শরুনি।

মীনা মালেমদা ফৌ থারে অমসুং মালেম্না মীওইববু য়োক্লে-থাক্লে, মাস অম্মা হায়রবদি লমহলনা শুরিব। নোমলিবা শিল্পীশিং, মরৈবাকনিংবশিং, হৈশিংবা অমসুং কখোক্লিবশিংদা য়াম্নমক অফবা ফৌথোক পি। তৌইগুম্বসুং অম্মুদি মখোয় মশামক মশা মশাগী পিথোরকপা মনাংকা, অমুভবক্তা

অমস্থুং অপা,স্বগা লোয়ননা অপুন্বা দেশকী মফমশিংদা লাকই মরম অসিনা মখোয় মশেল অমগা অমগা মথন্তা তাশিন্না কুংশিন্না লেংশিনবা য়ারমদে অমস্থুং ঐন। মফম অসিদা খল্লি মতুদি ঐখোয়না পার্টিগী পুনশিন্নবগী অমস্থুং ৱাখলগী লংলা লংজিনবু থবক ওইনা চাওখংহনবা তাবা অতুগী মরমদা ৱাহৈ অমা অনি পনহৌবনা শোইদনা ফগনি। লমহৈলদা পার্টিগী থবক থৌওং অপুন্বা অমুক্কা ইনৌ ইনৌবা ৱাফম পুশিল্লকপা হেন্না মহৈ য়াম্না য়ান্নবগী চাওরবা অকন অথৌবগী শৈহেকপনি।

ইৱাংগী মিৎয়েংদা মতু য়াম্না চাওরবা লান্মী কাংলুপ অমগী খোংজংগী থবক ওইনা পাংথোকপগী লৈবাক ৱায়েলগী থবক্তা চাওরাক্লা করিমত্তা কাইদবগা মাম্নরম্মী। হৌরকপগী থাশিং অতুদা ঐগী মাইকৈদা মপাল নাইদবা খোংচৎ, মশীং থিঙমদবা মীফম অমস্থুং তেনতক্লা ইৱা তারম্মী। মতুদা মীশিংবু থরদং হায়বদগী হেন্না কুইনা খামতুনা থম্বা ঙমদে অমস্থুং ঐগী নাক্তা মতমস্থু ৱাংলম্মী মরমদি ঐহাক মতম লৈবা খিবিক্তা মাংদা চৎলিবমথৈ ঐহাক্লা মতম খুদিংদা খল্লম্মী মতুদি "লালবল" না ঐবু কৌরি। ঐহাক্লা মফম শিন্থুংনা য়োবা পাম্নই, অমুক্তদা মফম দর্জন কয়াদা য়োবা পাম্নই, তশেংবমক্তি ওইথোকপদি নত্তে. অতুম ওইনমক থবক ময়াম অতুদি অস্থুম অস্থুম লোইশিনখরে। মরম অসিদগী পার্টিগা মরি লৈন্নবা লৈপাক ৱায়েল থৌদাগী থবক্কী মচং ওইৱা শরুক্তি মসিনি মতুদি হায়রিবা চাওরবা মীয়াম মপৈবু লিংজেল মাম্নবদা পুনশিনবা অমস্থুং মতুবু অকনবা শিল্লম শিন্থানা পাংথোকপা অমস্থুং মাম্নবা ঙমখৈগী ময়েক লাৱা জ্ঞান তাৱা অমা পিরা।

ঐহাক নিংশিংলি মতৌ করম্না ঐহাক ইশাগী কারদা অমদি স্তেপী ল্যাম্পোতুনা খোঙনা চৎলিঙৈগী মরক্তা, অহিংনা তম্বুরদা অমস্থুং মুমিদাংদা

মৈতেক ফমদা পার্টিগী থৌবুরেলশিংগী মমাংদা। ব্রাফম অসিবু হন্না হন্না হায়রম্মী। পাওদি চাওরাক্লা মত্তৌ অসুন্ননি; কমুনিষ্টশিং হেন্না পুনশিল্লকপা, অহানবা ব্রাফম্না অসিনি মতুদি মখোয় মশেল শ্রকখণ্ডনহনবা, লৈরিবা ফিভমদা থন্ন-নৈন্নবা, অমনা অমবু খণ্ডবা জ্ঞান তান্নবা। অদুদগীদি লুচিংবা ওইবা ঙমলগনি।

" ঐখোয়গী নাক্তা পার্টি মীতিং তৌন্নবগী মফম লৈত্তে," ঐঙোন্দা হায়রম্মী।

" মসি তৌদবা য়াদবনি, " ঐনা তকশিন্নম্মী।

"মাইকে মরিদা আলোচনা খর খজিক তৌনরক্নি"— মী থরনা য়ানদে, "ঐখোয় মসি ফংদে, মখোয়না ঐখোয়গী নাক্তা মতু থারক্তে—। অদোম খংদরা, হৌবদা মসি করম তৌই।"

"থৌশারুগনু" ঐনা হায়রম্মী— মীয়াম্না তুমিন্না লৈরগনু ফিভম য়াম্না হেন্না করিসু ফরোই। মীয়াম্না পুন্নবা, ব্রারী শান্নবা, অমসুং ব্রা পুন্নমক থিরদুনা থন্নবা অদু ওইরবদি থুনমক অদোম্না খংগনি মতুদি হৌজিক মখোয় মশামক্রা লায়না পাম্বৈ পুথোকপনি। অদুগা মথং অমুক তৌখিবা খরা অদুগী রিপোর্ট অদোমদা শোইদনা পিরক্কনি। মফম অসিদা মীয়াম লৈবাক অপুম্বদগী হুপ্পা লাকপনি অদুগা মখোয় য়াম্না পুকচেল খোইজেল তিন্নরিবসি মসি য়াম্না লুবা ব্রা হায়ববু। অদুগা ঐখোয় মসিদা কান্নবা ১সু লৈ। মসি থবক তৌন্নবগী তশেংনমক য়াম্না লুবা থবক্নি অদুগা মসিদগী মসি খণ্ডই মদুদি মীওইবা করম্বা ধাতুনা শাবনো।"

অহানবা বসন্ত অদুদা ঐগী পাঙ্গল পুম্বা চাওরবা যন্ত্র অসিবু থক থক নোমদুনা চলাইনবা হোৎনবদা পুক্নিং হুকচাং লুপ্পম্মী অমসুং ঐগী নাক্তা ঙহাক লেপ্পবগী অদুগা পোথানবগী মতম লৈরমদে।

অতুগা মতুগী মতুংদগীদি লমহলদগী মহৈ মরোং হান্না পান্দমদবা লৌরোক চোন্না পান্দমলক্রে ।

—৬—

ঐহাক লমহলদা অহানবা শরদ ঋতু, ১৯৫৪ গী শরদ ঋতু কৈদৌনুংদস্ত্র কাওবা ঙম্মরোই। কোকচেতাব প্রদেশকী রুজায়েমকা জিলাগী রাজকীয় ফার্ম অমদা মীয়ান্না ঐবু লমহলগী গেহু "অম্মোলিংকা" চরোং মপুল অমা খুদোল তম্ম্রক্লহই। ঐনা চরোংগী মপুল অদু খুত্তা পায়বা মতমদা ঐগী পুক্লিংদা শিংথানিঙাই লৈতনা মুংঙাইরম্মী। ঐগী পুক্লিংদা নিংশিংবশিং ফুইনা হৌগৎলম্মী— অহানবা থোরাংশিং অমসুং খনখিবা ব্রাথলশিং, তুমখিংবা অহিং ময়াম, খন্না নৈনবা, ট্রেনশিংদা তোংবা মীয়াম, লম্বী মাংবা, উলগী নোংলৈ অরাবা কোঙ্গাই মাইয়োক্লনা লাম্থোক্লবা ট্রেক্টরশিংগী পরেং, স্তেপীদা ইহান হান্না থুংবদা টেস্তা হৌবা মৈ, লাঙ্গোলশিংগী লোংখুমশিংনা ইহান হান্না তাবা য়োৎলম— স্তেপীগী গেহুনা লেং লেং চৎলবা লবুকশিংদা শন্দোক্লবা নাপু মচু—। ঐনা খুদাপ মুক্না লুচিংবা, ইহান হান্না লমহলদা খুন্দাবশিং নিংশিংলল মখোয়না অথুবা ঈহৌগী মতুংদা হায়রিবা লবুকশিংদা লৌ উন্নবা কম্যুনশিং লিংখিরম্মী। ওংখোব অমসুং সেম্যাল্লিকোব কারখানাশিংগী অতুগুম্বা শিন্মীশিং অতুবু নৈনরহুনা মখোয়না কজাখস্তান চৎন্নবগী য়ারেপলম্মী, লেনিননা লৌমীগী প্রজা কমিসারবু নোট অমদা ইরম্মীঃ "মখোয়না হৌদোক্লিবসি য়াম্না ফৈ, মদু ঙম্বমখৈ শোগৎকদবনি।"

ইশিম স্তেপীগী খ্বাইদগী হানবা কম্যুনশিংগী মমিং পম্বা মুংঙাইনিংঙানিঃ "ঈহৌগী মশেক" "অচুম্বা মঙাল", "অনৌবা পুন্সি লম্ব।"। তৌইগুম্বসুং লমহলগী হায়িরবা পিক্ল পিক্লবা খুঙ্গংশিংগী মনাক্তা পোৎ-চৈ অতুক্কী

মতিক রাংলম্মী। খুদম ওইনা হায়রবদা, ঈহৌ মশেক কম্যুন্দা মন লাবা মরি, শনবী তয়ামাথোই, রীপর অমা, মোন্নর অমা, হৈরো মরি, গাড়ী নিপা, য়ুম মরি অমসুং কৈ অমা লৈরম্মী "স্তেপী! নহাক ঐখোয়গী মাংদা থুউ নোনবা তারিবনি। নহাক ঐখোয়বু য়োক থাকপিরিবী ওইনা লৈগদবনি।" মসি হায়বগীদমক্তা কয়াদা মশিংগা লৈবদা ১সুং মায়পাকপদা থাজবা থমগদৌরিবা ১সুং হৌজিক অতুগুম্বা পিক্ল পিক্লবা দীপ (থাঙ্গা) শিংগী মফমদা স্তেপী অপুম্বদা শন্দোক্লিবা গেহু—গেহুগী লবুকশিংগী মহাসাগরনি। মশাগী হাই হুম্নবা পন্থঘাস (নাপী মশা) গী থায়নগী রতমগী লমহাং লৈবাক্কী খ্বাইদগী চাওরবা চাকথোকফমগী মন্নুংদা অমা ওইরে। লমহলদা তৌখিবা অহানবা চহিগী থবক্কী মসিনা অহানবা মহৈনি।

গেহুগী মহাসাগরনা স্তেপীদা রাংনা রাংনা হাই হুম্নম্মী, মুংশিংনা মাগী কল্লবা শাহুম্না ইথক হৌবল্লম্মী, মুংশানা মতুদা সনা অহিংবা মচু হৈথরম্মী, অমসুং মীপুম খুদিংমক হরাও তয়াম্নম্মী। তৌইগুম্বসুং অতুক য়াম্বা মহৈ মরোং অতু য়ুমদা পূরক্নবগীদমক্তা হৌজিকসু পাঙ্গল কয়ামম্নক অমুক চংলিবা।

ওসি কজাখস্তানগী অনৌবা লমগী মনাক্তা চাওরবা এলবিটরীশিং অমসুং মহৈ-মরোং পৈন্নবগী সামিয়ানা থল্লবা চাওরবা মরী-মরী শম্নুনা লৈরম্মী। তৌইগুম্বসুং মতম অতুদা গোদাম টন লাখ কুনথ্রাতুগী হেন্না চনলমদে। মতুগী মন্নুংদা থায়নগী কোত-কৈ অমসুং মখল মখলগী লৈবাক লৈচম্না শাবা থাংপোকশং য়াওরম্মী। মসিবু লমহলদা লৈরিবা মীশিংনা "তুই য়ুম" হায়না মমিং থোল্লমই। মহৈ মরোংগী লোয়োক করিগুম্বা কিক্তম

অমদা পৈশিনবা অমসুং মফম অহুদগী শন্দোকহনবনি। লম্বী সোরোকশিং ষ্টেসনশিং অমসুং মহৈ মরোং পুথোক পুশিনগী জঙ্কশন্দা মরু ওইনা অরুবা ফিভম ওইরম্মী।

মফম অসিদা ঐহাক সুপ্নগী থৌদোক অমথক্তং হায়বা পামই। মসি মতম অহুদা থোকপা থৌদোকনি ঐহাক্না স্তেলিনোগ্রাদ প্রাদেশিক পার্টিগী অহানবা শিনরেম্বা নিকোলাই ইৱানোবিচ জুরিনগা লোয়ননা প্লেনদা অম্বাসার য়োরে! ঐখোয়না প্লেনদগী কুমথরকপদা, ঐখোয়বু ওক্লিবশিংনা অলনা রাজকীয় ফার্মশিংদা, লবুকশিংদা পুহুনা চৎপা পাম্লম্মী, মখোয়না পামলিবদি ঐখোয়বু লোক্লিবা লৌ অহু ইমিৎনা উবা ফংনবা। তৌইগুম্বসুং হায়—বার্তন অসি য়াম্লমক কম্না তকশিলু হায়রম্মী তৌবগীদি পনফম থোকপনা মফম অহুগী মচু নমফম ডিপোগী মরমদা ৱাহৈ অমত্তা পল্লমদে! অহুনা ঐখোয়না মসিবু হাম্না য়েংফম থোক্রে। কনা অমনা কল্লমক হায়রম্মী, “অদোম মফম অহুদা চৎপা য়াদে। ডাইবরনা অদোমবু মচেং মচেং শেংখ্রগনি। হায়জরিবসি তশেংবনি! ট্রকশিং মফম মফম খুদিংদা ক্রিক ক্রিক ইন্নবা চৎপা য়াদনা লৈখরে। মখোয়না মাল লৌথবদা য়ামদ্রবদা নুমিৎ নিনি ঙাইবা তাগনি।”

“ফরে, মহু য়াম্না কিনিংঙাই নত্তে,” ঐনা হায়রম্মী। “ঐখোয় হৌজিক হৌজিক্তা কোলুতোক ষ্টেসনদা চৎলুরম্মী। মফম অহুগী মীয়াম থাঙ্গেশেংনমুক অৱাবা তারবনি, মহৈ মরোং লোকপশিং অহু পৈহুনা লৈহৌরে, অহুবু হোম্নবগীদমক্তা ট্রক মতিক চানা লৈত্তে।”

ঐখোয় ডিপোদা চৎলে। মহু রেলরেদগী কিলোমিটর অমমুক্ত লাপ্লমগনি। শরদ থাগী নুমিৎ লংনা তশেং তশেংলম্মী। শহরগী

মতাইদা চাক্লবা কারবা, লালগী উৎমচুগী স্তেপীগী মরক্তা চাওয়াক্লা কিলো-মিটর অমগী পরেংদা মহৈ-মরোং হাপ্লবা মশিং খিঙমদ্রবা ট্রকশি থাব্লমই। ডিপো অসি ককচেং য়োম্লবা লৈশোৌবুংগী মতৌগুম করিগুম্বা অমা অসোঈবা থোদোক অমা য়াওবগুম্লমই। ভুং-ভুং ধু-ধু লাওবা ট্রকশিং লময়ায় অসিদা মহৈ-মরোংগী চাওর চাওরবা মপৈ ময়াম অসিগী মনাক য়োম্লবা হোৎনবদা মতুদগী ( লাকপা ) উফুল চবূল চবূল হৌরক্লমই মনাক অতুব্রাইদগী শারিবা য়ুমদগী শ্রেং-শ্রেংগী মখোল অমসুং নুংথং থাবগী মখোল তাবা ফংলমই। মফম অতুদা অনৌবা এলিরেটর শাগদৌরমই। হাম্লগী এলিরেটর য়াম্লা পিক্লমই অতুগা হাম্লা চোম্লা থম্লা লৈখিরমই। মী ময়াম অমা মচি মচিদা লেপ্লমই। মখোয় করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌনিংঙাইগী লরমদে। চাওরাক্লা নুপী কুনমুকলোম বোরাদা মরু মরাং হাপ্লমই। ময়াম অতু থাংহুনা অমসুং অচম্বা লৈবাক্কী খাংপোকশংদা পুত্থনা থম্বদগী অরাবা পোৎলুম কোরুবা, মফম অতুদা মরু মরাং থমফম ওইনবা। ট্রকশিংদগী অরৈবা মহৈ মরোং মখুৎনা হেক্তা লোৌথরমই অতুগা মতু সুপ্নগী মফম অনি-অহুদা।

ঐহাক মখোয় অতুগী মনুংদগী মফম অমদা চৎলমই অতুগা খুবাম অমা পায়রমই। মতু উবদা য়াম্না হরাওরমই : মরূ চংবা লুম-লুম লাওবা মরূ ঐগী খুত্তা সনাগী মতৌগুা ঈরুং লংলমই : মসি অঙকপা অমনি !”

ঐহাক থুনমক ডাইভরশিংনা পুমকোই কোইশিনখরে। ময়াম্লা লাংবা খুৎলাং অতু কল্লনা তৌবা ওম্বা নত্তে। মহুদা লোইনমক লুপখরে। ড্রাইবর লাওরমই, মখোয় হুমিৎ কয়ানিমরুম মফম অতুদা অতুম লৈবা তারমই, অহিং কয়া গাড়ী মমুংদা লেনবা তারমই, চাম্লবা চথোম অমা লৈতনা, হুকচাংদা তৈবা অমোংপা ফাওবা চামথোরুবা ঈশিং লৈতরা।

তৌইগুম্বস্নুং ৱাফম অসিগী চাংদম্নবদা করিস্নু লৈতে মহুদি স্তুপীদা মহৈ মরোং চীংগুম্বা পৈথিরমই। মফম অসিদা অহাংবদা মাংখ্রগনি! ঐনা মখোয়দা পুক্লংদা ফুমহনা থম্লিবা রা হায়দোক্লমই অমস্নুং হংলমই: "মসি অতিথিশিংবু ওক্লবগী অকবা নিয়মনি"

ঐহাক খঙদে মহুদি তুমিন্না লৈবনা অমদি মোমোন নোকপনা করি মখি তাবগে? তৌইগুম্বস্নুং ড্রাইবর তুমিন্না লৈখরে: কনাগুম্বা মী অমগী রা ভাবদি তাবা ফবনি।

"মরুপশা, ফিংগমু," ঐনা লেপ্তুনা হায়রমই, হৌজিকস্নু ইশামক্না মসি খঙদনা মহুদি করি তৌশিগে। "ঐখোয় অমা নত্রগা অমদি খনবা তাবনি। ঐহাক ৱাশকুনা হায়রিবসিনি — ঐখোয় মরাম্না চৎপা য়াদ্রিবসি য়াহনগনি।"

ঐনা ৱাদি ৱাশকথোকলুরে তৌইগুম্বস্নুং সমস্যা অসি করিনা কোকনি? ঐনা ডিপো কোইনা য়েংলে, নৌনা শারিবা এলব্রেটর য়েংলগা মথং লোপান য়োৗদ্রিঙৈ মমাংদা লোইবা ওম্বরোইদবা, অমস্নুং "হুইয়ুম" হু য়েংলে। মুমিৎ চুপ্পা অহুদা ঐনা ফংলে মহুদি ঐগী মিৎয়েংনা ডিপো অমস্নুং ষ্টেসনগী মরক্তা লৌশিংকী অঙকপা লমশাং অমা অহুমদি "তোঙানবা লম"— মপা থোক্লমই। মফম অহুদা হেক ওম্বমখৈ অমোৎ অকায়বা কোহিলং কারবা য়োংতেক মচেং মকায়, য়োং—কংক্রীটকী মচেং, ফল্ল-হাওদিনা থম্লমী। মহু পুম্নমক অকং-অৱাক নাপীগী থুনাম-নাম্মৈ মরক্তা পংতা তাহনা লৈরম্মী অমস্নুং মহুগী মথক্তা লৈনাংনা থোমলিবা মহু চম্ফি কয়ামুক্তগী পকুন্না লাক্লবনি।

" লম অসি কনাগীনো ?"

" রেলরেগীনি ।"

ঐনা রেলরে ষ্টেসনগী মকোক অদু উমবা হায়রম্মী। মহাক থুনা লাক্রে অমসুং মশা কনানো তাক্লহনা মফি হায়রম্মী—বৈজাক পমেংনো।বিচ পমেংনোব। মহাক য়াম্না হৌনা খঙবা লমচং কজবা মীওই অমা ওইরম্মী মশাগী মখৌ মগক খঙলম্মী অদুগা কাগী করাংসু হৈরা অমসু ওইরম্মী, মরমদি মহাক্না মখা তানা হাওরম্মী : "চানবিহুম! ইমিং শেরাম্না কৌবিরকসু। অয়াম্বা মীন। ঐবু বাজ্জাক ওইনা খল্লি। তৌইগুম্বসুং ঐহাক অইবা অমদি নত্তে। ঐহাক রেলরেগী মীনি। অদুগা ফ্রেন্সদা ওইদে সুপ্লগী অশেংবা কজাখনি।"

ঐখোয়না পাংথোক্কে হায়না খল্লিবদু য়াম্না লুরম্মী। ঐনা হৎই মতুদি মহে মরোং থাবগী থবক তৌবা থাইনগী অহল অমকা থিবা খঙবা ঙমগদ্রা ?

" ঐখোয় মখোয় থিবগী দরকার লৈতে" পমেংনোবনা পাওথুম পিরক্লমী। মখোয় মকম অসিদা, ঐখোয়গী তুংমত্তদা লেপ্পি—নিকাত্তোম গ্যার্গিপয়েবিচ সিমেংকোব। মতম অসিদা মহাক এলিরেটর অনৌবা শাস্নি, তৌইগুম্বসুং লমদমসিগী চুমনবা কাংলুপকী মকোক ওইনা তৌই। 'মহাক মশাগী শিনকমদদি প্রোফেসরনি।"

ঐখোয় থুনমক লৌশিংকী মাইকৈলোমদা চৎলে। ঐহাক জিলা কার্যাকারিনীশিংবু কজনা খই, তৌইগুম্বসুং ভণ্ডার ডিপোগী মকোক পোাবিয়ানেংকো ঐগীদমক্তদি অনৌবনি। ঐনা মঙোন্দা য়া অনি মম্নি ছায়রম্মী অদুদদি খঙলে মহাক লালগী অরিবা লাম্নীনি— ঈশিং লাম্নীগী

জহাজ থোৌবনি। তৌইগুম্বস্নং ঐনা ইশাগী অহানবা মাহং রেলবে মেন্দা হংলম্মী।

"লৌশিং মচেং অসি শেংদোকপমে অদুগা মসিদা রেলরে ব্রাঞ্চ অমা শেম্বদা মতম কয়াম কুইনা চংগনি?"

পমেংনোবনা নোটবুক অমদা থোক্তুনা হিসাব তৌরম্মী অদুগা হায়রম্মীঃ নোংমা শেংদোকপগীদমক্তা অদুগা নিনিনা লাইন তিংবদা।"

"অদোম মতম য়াম্না শাংনা লৌদেনা। করে, ঐখোয় মুমিং মঙানি হায়রসি.... জিলাদগী কৌদোক কয়াদি থুংলগনি?"

জুরিননা পাওখুম পিরম্মী— ডিপো অসিদা শিঙ্জিন্নরিবদি জিলা অমদগী অমা হেন্না শিঙ্জিন্নরি। কৌদোক মামই ১স্নং য়েসিল বক্তাশ অমস্নং কুর্গালিদজনো, জিলা পুম্নমক মশাগী কৌথোক ঐখোয়গী নাক্তা থারক্লি। অহাসারনা পুদ লাখ কুনথাদি কংগদৌরিবনি অদুগা থারকপস্ন তাবনি। ইয়াম য়ামদনা।"

"অদুম্নরনে -" ঐহাক মাস্তন লৌবা ডিপোরোমদা ওনশিল্লমই। "ঐখোয়না মফম অসি মহৈ-মরোং থাংদোক থাংজিনগীদমক্তা শিঙ্জিন্নবা য়াগত্রা?"

"লোইনমকপু শিঙ্জিন্নবিয়ু" মহাক্না পাওখুম পিরকই "অদুবু মুপ্নগী লম শেংদোকপা ওইবা য়ারোই। মহুদা য়ারোইদবা মরম খর লৈ— মসি নক্তনদি নিয়ম থওইদবা তাগনি।"

"তৌগদৌরিবদু কয়িনো?"

"মসি কান্দোক্লগা থোঙ্জিলগা অকুং অনেম মান্নবা তেমথোকপা তারি। মায়না তিলনাদগী ডাকথোকহৌদবা য়াদে। অদুগা নিয়মশিং অসি ডাক্লবদি য়ামত্রবদা মুমিং তৃরানিদি চংগনি।"

" মিকানোর গ্যাগিংয়েন্নিচ, অদোম কনা য়াম্না থেংনরক্রবনি । অতোম্না লম্বী অমা লৈত্রবয়া ?"

ঐহাক ইশাগী মতমদা কচিন কোয়া মথাদাং ওন্না থিবা তারম্মী । সিমেংকোবনা হায়রকই । " অদোম মসিদগী কনবা ওয়োই । লৈবাক মৈ থাবা য়াই । চন্না রাইন্না মপৈ অম্না লংথোকলগা মহু হেক ম্যারিবমখৈ তুম্বমখৈ থারগা লোইরে । অহুম তৌরবদি লৈবাক মুনগনি অমস্নুং মৈ হৌবগী লৈমায়গী মতৌগুম্না লৈবাক কনগনি ।"

" মহিক মতাং চেন্দনবদি করম্না ?"

" অশাবদগী মহুস্নু অহুম য়ারগনি ।"

" অহু ওইরবদি ফিজম অসিদগী কম্নবা মসি লম্বীনি "

ঐখোয় মতম ওহাক তুমিন্না লৈরম্মী । ঐখোয়না খম্নবা য়াবা হেক খম্নরবোই নিংলম্মী ! মতম অহুদা চুম নম্বা ডিপোগী মকোক অহু চংক্রম্মই ।

" নক্তে লিয়ানিদ ইল্যীচ, ঐহাক য়াবা ওমদে । ' মহে মরোং মফম অমদা লৈরবস্নু করি অকায়বা লৈবগে ? স্তেপীদস্নু অহাংবদা থম্নিবনি অহুগা মফম অসিদস্নু অহা বদা অস্নুম লৈগনি । অস্নুক য়াম্নবা মপৈশিংবু কুম্না থুংবা জিলাদস্নু তিরপাম শাবা ওমদে । মসি লোইনমক মাংবা তাবনি ।"

" ঐনা রাফম অসিমা নিংথিজনা শিনবা ওমগনি মহুদি মাল ডব্বা ময়াম ফংবা য়াদ্রবা । মহুগী দায়ত্বদি ঐহাক লোগে ।"

" মহুগী করি পাম্বৈ লৈ ?" মহাক্না খুদোম্বী নোংদোনদা থিল্লমই । " মসিগীদি অদোম দায়ত্ব লৌবিদৌরিব্রা ?

মুংশা স্বর হোনবা ওমদবা শরদ ঋতুগী মতম্নি । মুমিং তাবা নাইব্

খক লৈরমদে। লোংথকুম নোং মচেং অমা হ্মাওবা লৈরমক্কে, অমসুং ভবিষ্যবানী অদু থৌনা পিনিংঙাই ওইরম্মী। তৌইগুম্বসুং রাকম অসিগী গারন্টি কনানা পিবা ঙমগনি নোং ইখং খংদনা ভাররোই।

"অদোম খঙইদনা," পোবিয়ানেংকৌনা হায়রকই "মতুদি অহাংবদা মহৈ মরোং পৈবা সুকয়া য়াদে হায়বসি। ঐহাক অসিগুম্বা দারুষ লৌবা ঙমলোই!"

হৌনবী চংনবী ঙাতুম্না লৈবা অমসুং ফিজি কনুম্না লৈপোক্তুনা লৈবা মখোয়বু চৈবদি য়াম্না অরাইবনি। তৌইগুম্বসুং হুরাওবা হৈজবা মীশিংদা খরা লৈরিবা অদু ঐহাক পামই। মী খরনদি মসি হায়গনি মতুদি "ঐহাক শিনবিগেদা!" অদুগা তৌবদি করিসু তৌরোই (মমৈদা তাঙ্গা খুদিংদা "ঐহাক শিনবিগেদা", হায়বা মরুপ অমগী মরমদা খরদি হায়রজগে) তৌইগুম্বসুং পোবিয়ানেংকোগী মনাক্তা ভংশংনদি চীং চীংদোনা পৈরবা মহৈ মরোং য়ৌবা তাবনি অদুগা মসিগীদমক্তা ইশাগী ওইবা মওন্দা দারুষ অদু অহুম লৈরে। ঐহাক খনবা ওমই মতুদি অভোপ্পা মরুপশিংসু রাখলনা ফুল্লি ও অমুত্না মাল্লি মখোয়না হায়বা, অদোমগীদমক্তদি মসি শুমক থাজেশেংনমক অরুবনি, অদোম পাওভাক পিয়মগনি অদুগা চংপিখিগনি তৌইগুম্বসুং মতনদি ঐখোয় করি ওইগনি? নোং হায়রসি ঐখোয়না শিল্লুবা ওম্বা নত্তে, অদুম্না ট্রনশিংসুনি। তৌইগুম্বসুং মখোয় ঐখোয়গা মড়ম্নরোইদ্রা?

"অকবা রানি, ল্যাকপিরো, ঐখোয় থৌদোক অসিবু মাইয়োক্নরসি," ঐমা হায়রম্মী।

"ঐখোয়না লোক্লিবা মহৈ মরোংসি মপাম্দা অরাপ্পা লবুক লময়াইদা চুংলোক্লবদি, মসি মশাদা তাল্লবনি শিং শিংবা মাখসি। মকক অদুদা

মীশিংগী মনাক্তা গোদামসু লৈতে অতুগা লম্বীশিংসি লৈখোম থোকচল্লকনি অতুগা উম তাবা হৌজিল্লকনি, ঐখোয় মসি মপান্দা থাংদোকপা ঙমহৌরোই। পুদ লাখ কয়গী মহৈ মরোং মাংলগনি, লমহুলদা থারিবা পুম্নমক ঐখোয়না মাংহল্লগনি, অমসুং মীয়াম্না হায়গনি ঐখোয় অশিন অমাং হৈতে, অতুক তাং তৌবনি। অতুগা নখোয়না হায়রিবতু চুমগনি। তৌইগুম্বসুং অদোমগী নাক্তা লম্বী লৈরি, স্টেসন লৈরি, মাংলগী ডব্বা লৈরি। মফম অসিদা মী লিশিং কয়া লৈরি থুদোংখিবা মতমদা মহৈ মরোং মাংখিদনবা মতেং পাংগে থৌরাংলিবা। তঙাইফদ্রবদি ঐখোয় মফম অসিদা লাম্না ময়াম: মহৈরোইশিং অমসুং শিল্পী থাজিল্লকনি—থাংলুন মখোয়না মসি পুথোকখিগনি, মখোয় মতেং পাংলগনি। মসিদা খেন্নরিবা অতু, নহাক উদ্রবরা, ইরান গ্রিগোরিয়েবিচ? মহৈ মরোং কদাইদগী ডাকাশল্ল লৈগনি স্তেপীদা নত্রগ শহরদা?"

"হোই, মী থুদিং কনা মতেং পাংলমগনি," পাবিয়ানেংকে না হায়রকই, "তৌইগুম্বসুং ঐহাক চাংয়েংবা কাংবুগী মীচংদনি।"

মশানা তাকচরম্মী মতুংদি তেশংনা মতেং পাংগনি হায়না ব্রাশগ্রিবসিমা মহাক থাজাদে হায়রবসি। ঐহাক মহাক্কী থাংমোই শেংকহনবা পাংমদে, তৌইগুম্বসুং ঐহাক মহাক্কী আস্থা সম্মানবু হৌগৎপা তারম্মী।

"অহানবা মতমদা মীশিংন হায়রম্মী: লালদা কনাগুম্বনা তৌবা অতুম্না মহাক ফৌবৈদসু তৌগদবনি। লাল মতমদা অদোম্না নশানা পায়রিবা থুবাম লাম্হৌক্রমদে। মতু ওইরবদি অদোম অতুম্না তৌবদি করিগী? খুদোং খিবগী ফিভমশিং শান্তিকালদসু অসিগুম্বা মিকুপতসু লাকই, ঐখোয় ইশাবু কনবীনবা কৌবা তাম্মী: 'খ্বাং কম্না লাকশিন্দুনা লেপ্পবা' মসিদা নক্তা

ঐখোয় অদোমনা ওয়মক হংবা য়াই : অদোম হাম্না থওদ্রা লমহলদগী ফোথোক হায়নিংঙাই লৈতনা ফংগনি হায়বসি? অদোম্না মসিগী দমক্তা থা তরুক হান্না করিগী চৌরাং তৌদ্রিবনো? অদোম্না পাঙ্গল হেক লৈবমখৈ পুথোক্তুনা করিগী হোৎনদ্রিবগে? ফরে, য়ারে ঐখোয়নসু লাপ্লে হায়বসি। ঐখোয় তংথাই তংথাই লালমিংবা তারেনা। তোইগুম্বস্তং ঐখোয় লম মচেং অসিগী দমক্তদি অদোমগী দায়ত্বনি অমস্তুং কম্নামক দায়ত্বনি হায়গনি। অদোম মসি শিনবা তায় মতুদি মফম অসিদগী মহৈ মরোং অমমম এলিরেটরশিংদা শান্দোকপা তায় মফম অদুদা মসিবু য়েথোক খোত্তোকতুনা পৈফম ওইন্নবা থম্বা য়াম্নবা মমল য়াম্নবা ফৌ অসিগী দমক্তদি ঐখোয় পাওথুম পুম্নমক পিগনি।”

শেৎনা য়ান্না থৌদাং লৌনরে অমস্তুং য়েংনবা লোইশিল্লে। ইরান গ্রিগোরিয়েবিচনা মতৌ অদুগুম্না থোনা লৈতবা মায়থোংদা, হেনগৎনা করিগুম্বা রাশক অমা শক্তনা হায়রকই মতুংদি মুপা অসিগী অনম কনবা নিংঙাই অসিনা ঐহাক অমস্তুং মরু ওইনা ঐখোয় পুম্নমক থাংজিল্লু রব খোংথাংগী মগুন পুম্নমক খঙলে। মসিগী মরম অসিদগীদি ঐখোয় হন্না হন্না রাখল খল্লে, হিরম খুদিংদা ওন্দুনা য়েংবা তঙাইফদরে। অদুনা ঐনা ইশাগী মাইকৈদগী রাশক অসি শক্লম্মী মতুংদি ষ্টেসন অসিবু ঐহাক ইশাগী মিৎয়েংফমদগী রাংমদি লানহল্লম্লরোই।

মী থরনা হায়বা য়াই মতুংদি অমুক চাওবা গনতন্ত্রগী কেন্দ্রীয় সমিতিগী শিনরেম্বনা তৌবা য়াবা থবক নত্তে, মসি তৌদ ম্নাদবদগী হেন্না অপিকপা চাংগী থবকনি। মী থরনা খনবদি মতুংদি ঐ ইশামক হায়রিবা হিরম পুম্নমক খংলে হায়বদি লৌমী কাংবুগী চানা থন্নবা ১দি কোল-লিক ক্যাওরদা য়েংশিন্না

মতিক চাদে। মসি মখাগী খৌপুমশিংগী নখৌ নত্রা? মসিদা ঐনা পাওখুমজরিবনা মসিনি, চে-চাংগী চংনবা য়াবা থবক কয়াম য়াম্না টেলিফোন তৌহন্নবা, মখোয়না মীশিংগা খেংনবা ১স্তুং পুন্সিবু মশক খংবগী নফম শিনবা য়ারোই। লাইবক থিন্দগী, ঐ ইশামরা অয়াম্বা মতমদা উই মহুদি মখল কয়ামুক্তা রিপোর্ট বিভাগশিংদা কোইসেন চেনবা, অয়াম্বা মতমদা মওং কায়রম্মী। তদুগা মহুম্ম মতম খুদিংদা মাইকৈ অমত্তুদা রারেপশিংবু কাংজোই কমাং শেনজিলহুনবা পুখোকপগী মাইকৈরোমদা!

"লোয়শঙ" পানবতনা মতি চাবা নত্তে। মীয়াম তত্তুনা প্রজাগা তংনা থান্দনা লৈগদবনি, মশানা মপালদা চংলগা মমিংমক্তা মহৈ য়ানবা অমস্তুং খুদোং থিবা অনিন্দকপু য়েংগদবনি অমস্তুং দরকার লৈরবদি থবক ওন্না মওংদা খুহুম চনবা ফৈ। স্তেপী লমগী অসিগুম্বা ষ্টেসন্দা মীশিংগা লোয়নমা মরৈ য়েংনবা, ট্রেক্টর খৌবশিং কাংবুগা লোয়নমা ফম্মিন্নহুনা চামিন্নরবদি অদোম থর য়াম্বমখৈদি তম্বা য়াবগী তাঞ্জাদি ফংগনি। অনৌবা রাফম থরা তম্বা হায়বসি মতম খুদিংদা অফবা রানি, অদুগা লমহৈলগুম্বা অচৌবা থোং হাংদোকপা মতমসিদদি মসি য়াম্নমক তঙাইফদবা থৌদাংনি।

মসিদনা নত্তে, ঐনা থৌদোক অদুগী মরমদা পনজখিবা, অসিগুম্বা থৌদোকশিং অদুদা পনবা ওইনা থোকই। অয়াম্বা মতমদ, মদুগী ফলগী মশক ওইনা মরু ওইনা রারেপ মাংদা লাকই। অল্পা-অতাদা হল্লকপদা ঐনা ফোথোক মাস্কুন লৌংগী রাফম কেন্দ্রীয় সমিতি ব্যুরোগী মমাংদা থমই অমস্তুং হিরম অসিদা অরেপ্পা রাফম অমা লৌরম্মী। ঐনা সোভিয়েত সঙ্ঘগী রেলরে উপমন্ত্রী এন, এ, গুংদোবিনগা উন্নরম্মী অমস্তুং মঙোন্দা তাক্রমই মহুদি সমস্যা অসি কয়াদা হাথু হাথুরিবনো। মুমিং থরনি অদুদি মহাক্তা

মহাক্কী মতম পুন্নমক লমহুলদা মাংলম্মী অমসুং তের্সালিনোগ্রাদতা মরু ওইন লাকশিন্নবা কেন্দ্রগী ওইবা চাওরাক্লা লমজিং পাওতাক পিরম্মী। মহাক্লা তাহিং-মুথিল মাল হোনবা অমসুং ট্রাফিক য়েংহন্না লৈরম্মা অহ্নগা ঐখোয়না করিগুম্বা হায়জরুবদা থুনমক থবক অদু পাংথোক্লম্মী। মতৌ অসুম তৌনা "করিসু লৈতবা" থৌদোক্কী ইথক অসি চক্রগী মতৌগুম্বা লমহুল পুম্বদা শন্দোকখিরম্মী!

অহুবু লেংশিনবীরকউ, ঐখোয় অহ্বাসারগী থৌদোকলোমদা হল্লক্রসি। চহি অহু মুংশা মপা লৈতনা নেস্তানাবুদদা শারম্মী। চুমনমকম ডিপোদা শান্নখিবা ব্লারীগী মতুংদা অমনা মত পিরম্মী মহুদি চৎলগা ভুরেলদা হৌরুপীয়ু। তৌইগুম্বসুং মকুম অহুদসু থবক্কী মরমদা ব্লারী শান্নহন লৈরম্মী।

ঐনা জিলাগী নেতাশিংদা হায়রম্মী : অদোমগী মাংদা থুদোংথিবা লৈবিরবসু অদোম অয়োকপা অহু য়াম্না থুনা শিজিন্নথেকখিবা থুনা লেপ্তুননা ফে। অদোমসু থবক তৌবা য়াই।

অহ্বাসার জিলাশিংদা করম্না তৌরবা মহু কম্না য়েংশিনবা য়াই। ঐনা গনতন্ত্রগী মাসুন লৌবগী মন্ত্রীদা হায়বা তারম্মী মহুদি মহাক থবক ওইনা পাংথোক্লবা ফম অহুদ থুনা চৎপীয়ু। ইতং তন্তুনা কোন তৌহুনা হংলম্মী মদুদি মখোয় মহৈ মরোং কয়াম লোক্লবা, কয়াহু থাদোক্লকপ্রবা অহুগা করি মতেং পামবগে। মমল য়াম্বা মহৈ মরোং চেকশিন্না থ-থব্রা, অমসুং মমৈথংদা অহ্বাসারগী মীশিংনা মশাগী মথৌ মপুং ফাহনখিরমই (মহাক যোজনাদগী হেন্দোগ্রহুনা থবক শিনবগী অন্দোলন অমগী মপী মপা ওইখ্রে) মহাক্লা মহাক্কী হৌরাকপগী (অফবা, কান্নবা হৌদোকপা) মরমদা চাওরবা লেখ অমা ফোংদোক্লকপা অহুদা ঐহাক্লা লোয়দনমক

য়াগনি। মতুদি মতম অতুদা ঐঙোন্দা মর্শন ওপরেটরশিংগী জিলা পার্টি সমিতিগী মীওইশিংনা মাস্মুন লৌরিবশিং ১স্মুং রেলরেগী শিল্পীশিংগা লোয়না মশাগী ওইনা য়াম্না থরাই য়াওজবগী রাখল কোংদোক্লম্মী অমস্মুং মতুগী অর্থ য়াম্না লৈ।

কজাখস্তাননা ১৯৫৯গী মশাগী ইতিহাসতা ইহান হান্না দেশকী কৈশিংদা পূদ ক্রোড় ২৫ গী মহৈ মরোং নমশিল্লে। পৈতুনা মসিদগী অহানবগী খ্বাইদগী ফবা চহিগা চাংদমনবদদি পূদ ক্রোড়১৫ হেল্লি। ঐখোয় লমহলদা লৈরিবশিংদা মাই পাকপগী মুংঙাইবা অদো ফাওরম্মী।

—৭—

লমহলদা খোমাং চাওশিন্নবগী খোংচৎ মথং মথং ১৯৫৪ গী শরদ থাদা অমুক্কা হেন্না অয়াম্বা চাংচংতা হেনগংলমী। অনৌবা রাজকীয় ফার্ম ৯০ দা নত্তুনা অমুক্কসু চাওরাক্লা ফার্ম ২৫০ লিংখৎকদৌরম্মী। ফার্ম মশীং হেনগৎপগী অর্থদি ঐখোয়গী থৌদাংদসু অস্মুক্কী মতি হেনগৎপনি।

মরম অসিনা মতম অতু ফাওবা গনতন্ত্রগী পার্টি অপুনবনা লমহলগী নোংম নোংমগী থরক শিন্থাবু পায়রদা থুংলোইরক্লে অমস্মুং য়াম্না ফবা ময়েক শেংবা মতম কুইনা পাংথোকপগী থৌরম পরেং অমা হেনগৎলক্লম্মী। মতম অতুদা, ওসিদগী চাওরাক্লা শতাব্দী মরিমথায়গী মমাংদা কজাখস্তানগী ওসিগী লৌমী অয়াম্বা শরুক, মাগী কায়াৎ অমস্মুং য়ুম্বানবগী ওইবা পথাপশিং য়াৎপিরম্মী অমস্মুং অশেংবা ফীরেপ লেপ্লম্মী।

মতম অতুদা করম্বা রাফমগী ঐখোয়দা মরু ওইনা রাখল খনবগে হায়বদি, করম্বা রাহংবু মাংওইনবগে হায়বদা, ঐখোয়গী পনথৈ ফংনবগীদমক্তা

লালচং করম্না চংশিনবগে হায়বদা, হায়রিবা রাফমশিংসিগী শরুক মচেৎ ওইমা ঐগী লাইরিক সোভিয়েত সঙ্ঘগী কমুনিষ্ট পার্টিগী লৌম্নী নীতিগী য়াহং অমসুং কজাখস্তানগী লমহুল থোং হাংদোকপগী অমুক হনজিন্দনবা ঐনা স্বপ্নগী মরু ওইসা লাইন খরা, চহিশিং অহুগী শবক পরেংগী পনথে লাহোকচরি ঃ

—লমহুল অমসুং শিজিন্নদবা লমগী থোং হাংদোকপা অমসুং থায়নগী অরুবা লমদা পোংথোক-চাথোক হেনগংহন্নবা । মহি মরোংগী কজাখস্তানগী লৌমীগী মরু ওইবা মফমদা মশা করা হাংদোকপা, মফম অহুদা মহি মরোংগী পোথোক লৈহল্লগা হায়গী চাংচৎতগী য়ামদ্রবদা শরুক তরা হেনগৎহনবা অহুগা মতৌ অসুম্না গনতম্রবু অনৌবা অথোইবা ফোথোক লৈবা ওইহনবা;

—মহি মরোং লবুককী অসিগুম্বা কাওলোম লোনগী পথাপ চাওথোকহবা অমসুং লংহলদা মথং মনাও নাইনা শিজিন্নবা, মহু য়াম্না ঈশিং মুংশিংকী অরাব। মতমদা য়াম্না হেন্না ফংহনবা অমদি লৈবাকী মহৌশাগী লৈজবা লৈহাও অহুম লৈহনবা অমসুং হেনগৎহনবা;

—দেশ শিনথুংনা চাথোক হেনগৎহনবা, রাজকীয় ফার্মশিং লিংখৎপা মতমদা মহুগী মনুংদগী খুদিংমকীদমক্তা দরকার ওইবা পোৎ খুদিমংক নিংথিজনা ফোথোক লৈহনবা। চীংগী লমশিংদা অহুগা লোয়ননমক মীয়াম খুনাইগী ওইবা পুম্নমক্তা অমসুং সংস্কৃতিকী ওইবা খুদোংচাব। পাম্লেশিংগী শেমগৎ-শাগৎপা । গমতম্নগী থায়নগী রাজকীয় অমসুং অপুনবা ফার্ম পুম্নমকপু অনৌবা ফার্মগী মওংদা মপুংফানা অমুক হন্না শেমগৎপা অমসুং পাকশন্না শন্দোকপা;

—য়ামম্রবদা মতম চানা লমহুলদা, লমশিংদা রেলরে লম্বী, অচৌবা

সড়কশিং অমসুং লোয়নননক ফার্ম অমদগী ফার্মদা চৎপা য়াবা শড়কশিং অমগা অমগা শম্নহনবা ,ইলেট্রিক তার্রা তিংবা, টেলিফোন অমসুং রেডিও সংচারগী ওইবা লাইন তিংবা, কেন্দ্রীয়গী ওইবা মফমশিংদা য়ান্নবা চনবা এলীরেটর, লৌউন্নবা মশীনরী পুথোকপা অমসুং মোরামতশীদমক্তা কারখানাশিং অমসুং অতোপ্পা দর্জন কয়া শিনফম পুথোকপা, মতৌ অসুম্না কজাখস্তান অমত্তা ভাইরবা শেল থুম থোক্লবগী য়ুনিট অমগী মওংদা থবক তোরগা য়াম্না চাওখংনবা শেল থোকফম অমা ওইনা ওন্থোকপ':
– মহৈ মরোংগী চাথোক হেন্নবগী পান্দমদা অমসুং শিজিন্নত্রবা পোৎপু শিজিন্নরগা, অমদি যননা চানবা শজিক্কী পোথোক অমসুং মরু ওইনা চুজাক্কী লৌফম য়াম্না হেন্না শন্দোকহনবা মরম্না, অমসুং অথাবা নাপীগী পোথোক হেনগৎহল্লগা অমসুং নাপী থাফমশিংবু পাকথোক শন্দোকহল্লগা শায়োক্কী চিঙ্গাক ফংন্নবগী পান্থে মরা চেৎহনবা অমদি শায়োকপদা খোমাং চাওশিন্নবগী অচেৎপা থৌরাং তৌবা। মতম খেন্নবা মতুং ইন্না মখল খুদিং শাগী পোথোকসু য়ামদ্রবদা শরুক অনি হেনগৎহনবা :
—গনতন্ত্রগী খা থংবা শরুক্তা লৈবাক্কী অওনবা অমা লাকপা মরম্না, লৌ, লশিং, মুলা, য়েনশাগী মখল, উহৈ অমসুং অঙ্গুরগী পোথোক কুংনা হেনগৎহনবা ।

হায়রিবা থবক পরেং অসি অরায়বা নৎলমদে। লোয়নমক মসি খজিক খজিক ওইনা নত্তে, স্নপ্নগী পুলপ অমুক্তদা পাংথোকপা তারম্মী অমসুং তশেংনমক হৌজিক ওইরিবা খুদোংথিবশিংবু অমদি হায়রিবা খুদোংথিবশিং অচুবুসু খংজবা তাবনি, মতু ঐখোয়না হৌজিক মায়োক্লরিবা। মরম অসিনা মসি য়াম্নমক মরু ওইবা থবক্কি মহুদি থবক মখা তানা চত্থবদা। ইশাগা থেংনরিবা মীওই খুদিংবু ঐখোয়না। ইশাগী থাজবা অমসুং থরক ফবনা মরম ওইহনা থরাই হুৎপহনবা।

শায়োকপমক্কপু হেক্তা মরৌরসি। অয়াম্বা মরুপশিংনা মহৈ মরোং-গীদক্তা লালজংগী মমাংদা অমস্তুং ব্রা পুক্নমকপু নাবল থেত্তুনা চৎহনখি অমদি লৌ উবগী অতোপ্পা মরুওইবা কয়াৎ মশাশিংবু ওইরমদে।

পুদমগী দমক্তা, ঐখোয়না লেপ্লমক শায়োকপপু অমুক হন্না নৌহৌনা পায়বা হৌরম্মী। অসিগুম্বা তাঙ্গা কয়া লাক্লম্মী, ব্রাফম কয়াবু য়াম্না কা হেম্না অমুক হনবগীদমক্তা ঐহাক মীরা তাবা তারম্মী। মীনা হায়নে মত্তুদি ব্রাফম অসি হান্না য়াম্না ময়েক শেংলুরবনি অত্তুগা মত্তুগী মরমদা করিগী ব্রা ঙাংলুখিগনি? ব্রাফম অসি শেংই হায়বসি চিংননিংঙাই লৈতে, তৌইগুম্বস্তুং চাওখৎপদি তপ্পি অমস্তুং করি করিগুম্বদা তশেংনমক করিনক্তা চাওখৎপগী ব্রা লৈরমদে। মসি অসিগুম্বা লৌরোক্লি হায়রিবসি কজাথ-স্তানগীদমক্তি তশেংনমক লৌরম্মী। ঐখোয়না মমৈথংদা মহৈ মরোংগীদমক্তস্তু লৌ অসি উন্নবগী ব্রাখল তৌরম্মী তৌইগুম্বস্তুং অয়াম্বনা পোৎ থাবগী থবক অশংবা নাপী থৌরাং তৌবগী পাংথক ওইরম্মী। মসিদগী মফম অত্তুগী মরুপশিংদা মথল অমগী ব্রাঙাংদনা য়ানিংদবা পোব্ররে। অফবা লৌউ লৈবাক্তা কনামত্তুনা "নাপী" থাবা করম্না পামগনি? হন্না হন্না মরৈ য়েৎনবা তারম্মী, তকশিনবা তারম্মী, থবক ওইনা মসি উৎপা তারম্মী মত্তুদি চুজাক করম্না থাগনি, করম্না লৌ পানবা য়াগনি, করম্না লোকপা য়াগনি অমস্তুং ইশং শংনা ফনা থম্বা য়াম্নবা।

ঐহাক চাথোক্কী মমল উক্রাঙ্গন অমস্তুং মোদ্যাবিয়াদা থেংনরুবত্তুনা খঙলম্মী, তৌইগুম্বস্তুং অত্তুমদি ঐহাক লৌমীগী অথং—অহৈ অমদি নত্তে, অত্তুনা ঐনা অথঙ অহৈগা তাম্নগে হায়না লেপ্লে। ঐনা "চুজাক্কী মাইবা" এম, ঈ, ওজেংনৌদা চিঠি অমা ইরম্মী। মহাক ঐগী মরুপ্পি অমস্তুং

দনেগ্রোপেত্রোবস্ক প্রাদেশকী মিশুরিন রোগ হায়না কৌবা থুঙ্গংদা লৈরম্মী। থুনমক য়াম্না মমল য়াম্বা পাওতাক অমগীদমক্তা কুমথরম্মী। ঐনা হায়জবদগী মহাক্না মরুগী অসিগুম্বা মখল থাররক্লম্মী। থারক্লিবা অসি কজাখস্তান লমদা কোইবদা চান্নরম্মী। থবক মখা চত্থরে তৌইগুম্বস্তুং কয়ারক হন্না রাক্ষম অসিবু কেন্দ্রীয় সমিতি ব্যুরোদা পুথোকপা তারম্মী অমস্তুং চুজাক্কী মরমদা থন্ন নৈনবগী থৌরাং তৌবা তারম্মী।

অহানবা বসন্তগী চাংয়েং থবক মাই পাক্লম্মী অমস্তুং ১৯৫৫ দা ঐখোয়না ৭,০০,০০০ হেক্টরদা মহৈ-মরোং থারম্মী। শায়োক চাওখৎপগী লম্বীদা হেনগংখরে, তৌবগীদি য়াম্না থুনা হেনগংপদি নত্তে। অতোপ্পা থৌদোকশিংগী মতৌগুম্না মসিদস্তু ঐখোয়গী অপাম্বনা ঐখোয়গী তেংবাং ওইরমই। ১৯৫৫ গী মার্চতা গনতন্ত্রগী লাংজৈগী মফম অমদা ঐনা হায়রম্মী:

"অসিগুম্বা নৈনবা রাক্ষম খরা মহু ঐখোয় হন্না হন্না থাংগৎপা তারমই। মসিনা করম্বা রাক্ষম তাক্লিবা? ঐগী রাখলদি মাইকৈ অমদা দায়ৱ অহুগী চংদবা য়াদবগী মগুননি, অমস্তুং অমনা মহুবু মপুং ফাহনবদা য়াম্না খুদোংথিবগী। হায়রিবা সমস্যাশিংবু ঐখোয়না হন্না হন্না মাইয়োক্লরমই। মসি ঐখোয়গী অপাম্বশিংদগী অরুবা খুদম অমনি। ইশাগী রাখলশিংবু মাংদা হেনগৎনবগীদমক্তা ঐখোয় তুরোই ঙারোইদবা চিংনদবগী অমত্তা ঙাইরবা পম্থুংফমদি হন্না হন্না ফনশিন্না হান্নবনি। মতম অহুগুম্বা লাকখিগনি হায়রিবা সমস্যা থৌরম পরেংদগী হন্দোকখিবা অমস্তুং মতম অহুদা—অহুগা রাক্ষম অসি ঐখোয় নিংখিনা থঙই—অমস্তুং অচৌবা থৌদাং অমদি অহেনবা চাংগী অনৌবা রাহং, অনৌবা দায়ৱ থোরক্লনি।"

মরূপ থরদা রাফম অপিবু থবা ওঙ্গমদে। লমহলগী অহানবা লৌরোককা লোয়নন। মহাক্না থগ্রমই অরোইবা পম্বুংফম পন্দোনলোম্লরোই। মহাক্না থগ্লম্মী হৌজিক্তি চুংশা ম্বর থরদি হোন্দোপা ফংবা য়ারেদনা, মশাগী লাংঙৈগী মাংদা ফম ওন্থোকপা অমদি ফম চাওখৎন্নবগী অয়াবা পিনবা হোৎনদুনা লৈরম্মী। ঐগী রাযমদি অসি নত্তে মপুদি মখোয় মরূপশিংগা ম'র লৈনরিবা মখোয় ফম চাওখদা মতিক চাই চাদে। ওয়া তৈনন। ঐহাক রাজকীয় ফার্মশিংগী লমহলগী অহানবা শিনংরম্বশিংবু নিংশিংলি অমস্তুং য়াম্না ইকাই খুম্নজরি। তৌইগুম্বস্তুং তাঙ্গা অদুদা মখোয়শিংবু মখোয়গী মফমশিংদগী হন্দোক্লবগী তাঙ্গা পিরমদে।

নোংমা মখোয়গী মতুংদগী থৌ রেল অমা ঐগী ইনাক্তা লাক্লম্মী। ওইরমলিবনিনা ফ্যোদোর ত্রাফিমোবিচ মোগন। মহাক ঐগী নাক্তা রাকং অসি পুদুনা লাক্লম্মী, মহু অরাইবনি হায়বা লুরম্মী। মহাকপু য়াম্না রাংবা ফমখোন পিরম্মী তৌইগুম্বস্তুং মহাক মহু পামলমদে অমত্তুং মতুদগী নাম্থোক্তুনা চেনখনবা মশান। ওম্বমথৈ হোৎনরম্মী। ঐগীদমক্তদি মুপা অসিগী মরমদা শন্দোক্না হায়নবগী করিগুম্বা দরকার লৈরমদে মরমদি মহাক্না মমৈথংদা লমহলগা মরী লৈনবা রাথল লাইরিক্তা রাফম খুদিংমক্কী মশানা ইজরমই! মাগী রাজকীয় ফার্মস্তু অথোইবা ফার্মশিংগী মনুংদা অমনি অমস্তুং অয়াম্বা মওমদা অতোপ্পাশিংগী ময়াংদা মখোয় খুদম পুথোক্লম্মী, মতুদগী হৌজিক থৌবুরেলবু জিলা কার্যকারিনী সমিতিগী য়াইতোংবা হাপ্নবগী অয়াবা পিথিরমই। হায়রিবসি ইকাই খুম্নবগী মশক্তি মাদি অছুবু মসিনা মহাকপু য়াম্নক নিংবা কায়হল্লমই। মহাক্না পুম্নমক্কী হৌজিক হৌজিক ফার্ম ওইবা য়াবা মওংদা থমম্লই, মীয়ামগা লোয়ন্না মরূপ-মপীজা ওইনা খম্নমই, ফার্মবু অহোংবা গল্লামালগী পোথোক পিম্নবগীদমক্তা

তশেংনমক কারখানা অগী মওংদা ওইহোক্লবগী থৌরাং তৌরম্মী অমসুং হৌজিক মহাক হায়রিবা পুংমকপু থাদোকপা তারে। ঐহাক ইশানা থুং থিংজিনগা তারে। অদুগা চাওরবা সম্মেলন অমদা হায়রিবা হিরম অসিদা ওংখিবা রা অহু. মফম অসিদা পিজর :

" তোলবুংগিন রাজকীয় ফার্মগী থৌবুরেল কামরেড মোর্গননগী অতোপ্পা থবক্তা ফম ওনবগী কোকচেতাব প্রাদেশিক পার্টি সমিতিগী বুরোগী রায়েলবু ঐখোয়না য়াজব ওমজদে। মহুৎসিদমক্তা মহাক্কী মফম চাওথংহনখিবা থোরবনু। শিল্পী কাংলুপকী অসুম্মা ময়াইকাবগা লোয়নননা হোংদোক হোংজিন তৌবিগনু। মহাক্না রাজকীয় ফার্মবু চেংশিনবা, মফম অদুগী লৈবাক অমসুং ঈশিং চুংশিংকী ফিভমবু মিংয়েংফমদা থমদুনা ক্ষোথোক্কী মরমদা য়াম্না খওজিনবদা তেংবাংগদৌবনি, মখোয়না হৌদোক্লগা থবক মহু মপুং ফাহনগদৌবনি। মতম অদুদা দরকার লৈরক্লবদি মহাক হেন্না অরাংবা ফমদা থাগদৌরনি।

খুদম অমগা উৎচরি। য়েংদোক্লিন্না আন্ট্রেপেননা তাইচুকোবন। তম অদুদা লমহল লমদমদা লাকপদা, চাওরাক্লা চহি য়াথৈগীনি। তৌইগুম্বসুং মহাক মশাবা নহা ওইরিঙৈ মতমগী মথৌনা মরিংজেল অমসুং চংলিবা লমচং থক হন্নমদে অমসুং থ্বাইদগী অহেনবা অমনা কম্যুনিষ্ট অমসুং মরৈবাক নিংবগী য়াথল মহাক্কী মশাদা হেন্না লৈরম্মী। মহাক্না লৈবাক্কীদমক্তা তোবা য়াবা থরচ তৌই অমসুং তৌগদবা ময়াম অদুনা হেমলথিহন্না ঐগী নাক্তা লাক্লমই অমসুং মসিদগী ত্তেপীদা দমুলেচনী রাজকীয় ফার্মদা লৈতারা ওমখি। মহাকপু থুনমক ফজ কাহনথি তৌইগুম্বসুং মশাগী অনৌবা কনদা মতম থবা থবক তৌরবগী মতুংদা মহাক্না মথাদা ইরিবা য়াকংচে অসি থারক্লমই :

"ঐহাক্না জিলা পার্টি সমিতিগী সদস্য ময়ামদা চেৎনা থুরুমজুরি মরমদি ঐবু জিলা সমিতিগী অহানবা শিনরেম্বা কম হান্নীরিবসিদগী ঐবু থাদোকহনবীয়ু। ঐনা মখা তান। থুরুমজুরি মতুদি ঐন। থাজে ঐগী পুন্সিগী লেমহৌরিবা চহি অসি অশেংবা থবক থৌরাং অমা তৌখিগনি হায়না। মসি পার্টি অমদি মীপুমতিংনা য়াম্না তেংবাংপিবা ওইগনি।

ঐহাক্না থুরুমজুরি মতুদি ঐবু শোখহৌরবা রাজকীয় কার্মদা থাবিবা অমসুং রাশকচরি ঐনা মতুদি ঐহাক মকম অতুগী কমুনিষ্টশিং অমসুং অপুম্বা শিন্মীশিংগা লোয়নন। তিন্নরগা মতুবু স্তেলিনোগ্রাদ প্রদেশকী খ্বাইদগী অথোইবা কার্মশিংগী মন্থুংদা অমা ওইহনগনি।

অতুগা মহাক্না রাশক ঙাক্লমই, মহাক্কী লমজিং মখাদা ইজেবস্ক রাজকীয় কার্মনা তশেংনমক য়াম্না মহৈ য়াল্লমই। কেদোকিয়া আন্দ্রেয়েব্যনা অনৌবা লম, মতু মহাক্না য়াম্না পামজবা, মশাগী পুন্সিগী চহি তরাতরেৎ চুপ্পা থবক তৌরম্মী। মহাক্না শিরমদাই কমুংদা হিপ্পবা মতমদা হোসপিতালদা য়েংবা লাকপশিংদা মহাক্না সুপ্নগী বা অমথক হায়রম্মী!

" ঐগী য়োংকমগী মাইকৈ মরিদা শগুল খাবিগনু। ঐবু স্তেপীদগী তোঙান থম্বীগনু।"

অসিগুম্বা মীওইসি ঐখোয়গী দেশকী মমল য়াম্বা ললনি, পার্টি অমসুং রাষ্ট্রগী লেম্নকমনি।

ঐনা মখোয়বু অথোইবা ওইনা ইকাইখুম্নে। কজাখস্তানগী কমুনিষ্ট পার্টিগী কেন্দ্রীয় সমিতিবু থংহন্দনা কনাগুম্বা রাজকীয় কার্মশিংগী থৌবুরেল-শিং অমসুং সাংজেশিংবু লৌথোকপগী রাদি লাইরদনা, মকম হোংদোকপা রাওবা ওল্লমদে। ঐ কাওরমা জিংশিংবদা ঐখোয়না য়াম্নবদা থৌবুরেল

তরাগী মহুত্ত। অনৌবা মীওই পুশিল্লক্লম্মী, অমস্তুং মখোয় অহু অসিগুবা মীওইনি মখোয়গীদমক্তা লমহলগী অক্তম্বা মখোয়না পুবা ঙম্বদগী য়াম্না হেন্না লুম্মী। নী ভি অসি অতোম্বা থৌপুবশিংগা লোয়নননস্তু চৎলম্মী। থ্বাইদগী অথোইবা থবক পুবশিংগী ঐখোয়নঃ থবক ওইনা য়ারম্মীঃ লৌশিং লৈবগী মফমদা ঐখোয়না তপথবা অমস্তুং পুক্চেল চাওবা উৎপা অদুগা মখোয়দা কোংনা মত্তিক চাবা য়াংলবা নত্রগা করি কোমথোকচবা, মখোয় অহুবু চেৎনদক থাদোক্লম্বা।

মরাং কাইবা চাথোক্না মরম ওইহুন, মীয়ামগী য়াথল লমহলদা চিংশিনখরে, পাওচেশিংদা মাইপাকপগী খোঙ্জেলনা ঙংখরে, ঐখোয়বু থাগৎপা অমস্তুং ধন্যবাদ তৌবা চৎনবী য়া অমা ওইখরে, তৌইগুম্বস্তুং ঐখোয়না খওই মহুদি কো থোকপা হায়বদি য়াবা নত্তে। মাই পাকএ হায়হুনা মুংঙাইনা ফমদোকপগী মতম হৌজিক ওইরমদে! কর্তাখস্তানগী পার্টি অপুনবনা য়াফম অসিদা য়াম্না মিকুপ নাহুম শিংলম্মী মহুদি এলিয়েটর ময়াম, কে ময়ান থুন শেম্বা শাহোবা তাবনি অমনি নীয়াম্বু তম্বুরশিং, কোমগী যুমদগী হেক য়াবমখৈ ওইথোকপদা থুনা থোকহনবা তাই। হায়রিবসিগী পাওথুম ওইনা অকবা অমস্তুং লমসিগী সমস্যা অমা ওইবক্রি।

পোৎ থুদিংমক অমমম ওইনা হোবদগী শাবা তারম্মী। তৌইগুম্বস্তুং করম্বা পোৎকী মতেংনা? মাইকৈ মরিমক্তা জঙ্গল লৈরবদি য়াফম অসি লৈরোইদবা। মসিমক ওইরবদস্তু লমহলদা হান্না শাবা য়ুম অমস্তুং ফুরা দলালগী মচাক ফংলমই; তৌইগুম্বস্তুং ঐখোয়গী থৌরাংশিং ঐখোয়না তৌবা ঙমবদগী হেন্দোক্না লৈরম্মী অহুনা মশা তাজবনি, লমদম অহুগী ফংবা য়াবা পাম্বৈশিং হেক য়ারিবমখৈ শিজিন্নবা তাবা।

তৌইশুন্নু মীপুম খুদিংমক হৈ শিংবা য়াবা, অদুবা য়াবা মহু অতুক য়ায়দি শুকওই ওইখোয়রমদে।

করি করিগুম্বদা ঐহাক করিগুম্বা জিলা কেন্দ্রদা য়োরম্বী অমসুং হুংলম্বী মতুংদি শাবগী থবক করম্না চংখ্রি। মওং চাদেদা, মীশিংনা হায়রম্বী। করিগীনিনা? চেক লৈতে। তৌইশুবসু মতম অতুমক্তা মখোয় জিলা পার্টি সমিতিগী শিনবেশ্বগা লোয়ননা কোইদুনা সড়ক্তা থোক্লমই, অতুগা, অকনবা চেক য়ুম উরম্বী মতুংদা তাকাপ্পু হক্লনই—১৯০৪, ১৯১২.... অমসুং অদু ওইরবদসু ঐহাক্না খংলম্বী মতুংদি মসি অচুম্বনি হায়রিবা জিলা অসিদা করিগুম্বা চেক শাকন লৈতে অমসু কৈদৌউদা লৈরগসু।

"চেক য়ুম অসি করানা শাবগনে?"

"জেমসখোনা!"

"চেক অসি কদাইদগীনে?"

"মখাসিদা কোম অসিদা। মহাক্না মশাগী চেকোল ওইরম্বা মসিদা চেক ইক্লম্বী। মইশঙ অসিসু মহাক্না শাবনি।"

"অদু ওইরবনি জেমসখোনা থোরাং খুদিংমক তৌবা ওমই অতুগা, অদোম, 'জিলা পার্টি সমিতি অমসুং জিলা কার্যকারিনী সমিতিগী' মীশিংনা তৌবা ওমদে? ঐখোয় করম্বা মখলগী মেতামো? অনানবা লৈপাক মাইকৈ মরিমক্তা য়ায়া ফংই, অসিগুম্বা চেক ইক্লবা চেকোল থরা শেম্লগ, মফম থম্নদনা চেক ইকফম শেম্বা য়াই। মতু চহি চামা ফাওবদি চংকনি—"

"চেকী ভটঠা হায়বা? মতুদি ঐখোয়না তৌবা ঙম্বা শক্তিগী রাংমদা ওইগনি।"

"অদোমসু অমুক য়ায়া মাচুংদবা উরগা শাওনিংই।"

মাস্কোগী মনাক বাবিথাদা চেক্লা শাবা কোম্মুং অমদা ঐগী মিৎয়েং তারুরম্মী। মহু নহা পায়নিরশিংগী পোত্থাফম শিবির ওইরম্মী। ঐনা চেক হুমগী মরাদা হুংনহুদি মীয়াম্না হায়রকই মহু কনা কনাগুম্বী ইনাক খুনবী মুপী অমগী জাগীরগী শরুফি। ইনাকখুনবী মুপী অহুগা চেক্কোল ভমা থম্নবা য়াথং পিরম্মী, চেকশিংনা খুজংগী লৈফম অমমুং কোম্মুং অসি মশানা শারম্বনি, মহুগী মতুংদা চেক্কোল অসি য়োম্হোক্লে অহুগা শাবদা চংখিবা শেল ময়ামদা হুঞ্জিনখরে। অস্মুদি শাবগী থৌরাংসি মশামক্লা তৌবা নত্তে, মাগী মনাক্তা জ্ঞান তারবা অশিন অয়াক অমা লৈরম্মী। মতৌ অস্মুদা থবক অসি ওইখি। তৌইগুম্বস্মুং ওসি মতম অসিদা ঐখোয়গী নাক্তা অশাবা কাংবু পৈবমখে লৈরবা, জ্ঞান লৈরবা নেতা, ইঞ্জিনিয়ার, অশংবা লৈরিবা চাওর চাওরবা থবক তৌবগী অয়াবা খাংগে তেমশিংলি তৌইগুম্বস্মুং মখোয় অহুনা ইচম চম্বা চেক্কোল ভমা লিংখৎপা ভমদে। মহুদি নত্তুহুনা মখোয়না রাজ্যগী মরায় য়েংহুনা লৈরি অমস্মুং রাজকীয় বিয়োজন সমিতিদা চরখাত্ত লানশিনখি।

ঐখোয়না নিংশিংই মহুদি মতৌ করম্না লমহুলদা ঐখোয়না থায়নগী শগোলশঙ থরা ছায়রিবা চেকশিংসিনা শাবা শগোলশঙগী মচং ওইবা চেকয়ুমশিং যোৎপা তারম্মী। মশীন ১দি ট্রেক্টর ষ্টেসনশিংগী মরামত্তকীদনক্তা ঐখোয় মখোয়গী দরকার লৈরম্মী। ঐনা মীশিংদা মসিগী মরমদা হায়রম্মী, ঐনা মখোয়বু জ্ঞান তাহনবা অমস্মুং ইকাইখুম্বহুগী য়াফম থংলবদা ঐনা থুনমক থংলে মহুদি লৌশিং লৈবা, অশিন অয়াকশিংনা চেক্কী পোত্থোক মশানা পুথোকপা হৌজরে। মমৈথংদা মখোয় ময়াম্না মসিগীদমক্তা ঐবু ধন্যবাদ তৌরম্মী অমস্মুং মখোয় ওক্লমই মহুদি য়াফম অসি মখোয়না হায়া করিগী থল্লমথ্রিবমো।

মফম অহুগী য়ুম শান্নবগী মচাকশিংগী মনুংদ। অমথক লৈরম্মী মহুদি শিংনাংনি। এনা মসি থওলবদা মহুদি মথৌনা লৈবা মীওই থরনা শিংনাংনা কুংনা থ.রগা মশাগী য়ুম অকনবা শাই হায়না তারবহুদা, এহাক য়েংবা মফম অহুদা মখোয়গা চংলম্মী অমসুং লৈম্নবা শারিবা মওং অহুদা এহাক পেল্লম্মী। মসি অহোবা চহি থরা ফাওবদদি য়াম্না থবক ফনা পাংথোক্লম্মী। মনিনা তাকপদি ঐখোয় শিংনাং অসি হেক য়ারিবমখে পৈশিনগদবনি অমসুং পাটিগী পোৎথোক ওইরকদবনি। ঐনা গনতন্ত্রগী লৈয়েক য়েংলে মহুদা য়েক্লিবা মফম অহুদা শিংনাং হোবা মফম অহুগী মহোশাগী মওং অহু য়েংনবা লেপ্লম্মী। বহখাশ পাং ফাওবা তুরেল অহুগী হিদেনদা এরোপ্লেলনদা তোংহুনা চংলম্মী। মিটর চামাগী অরাংবদগী শিংনাং তাক্লা হোবা জঙ্গলগুম্বা উবা ফংলম্মী।

তুরেলশিংগী মপালদা, স্তেপী লমদমগী পাংশিংগী মপাল মপালদা, শিংনাং য়াম্না ফংবা মফমদা; চংলগা ঐখোয়না থুনা মহু শেমগৎনবা হোৎনরম্মী। কাবখানাশিংনা থুনা য়াংনা ইরার লায়না খুদোংচাবা অমসুং পুথোকপা য়াবা মশীন শারম্মী, শিংনাংবু চপখায়রগা অমসুং পাকহল্লগা অকনবা পটি (ফক) শেমই। পটি (ফক) শিংনা শানিংবা মওংগী য়ুম শাবা য়ারম্মী। তোবা মরম্না ফজবা অরূবা য়ুম শাবা য়াই। হায়রিবা থবক পরিং অসি চায়েংলবগী মতুংদা ঐখোয় অল্মা-অতাগী মনাক্তা অপুনবা ফার্মদা শিংনাংগী ফক্না শাবগী গনতন্ত্র শিংহ্‌ংনা মীফম অমা ফম্লম্মী।

কম্যুনিষ্ট পার্টিগী কেন্দ্রীয় সমিতিনা শাবগী খুদোংচাদবশিংবু খ্বাইদগী হাম্না পুথোক্লম্মী। গনতন্ত্রনা লমহল চাওখৎনবা হোৎনা মতমদা, মাগী

মনাক্তা, অফংবা অরৈবা পাথৈ ময়ামগী মরিদা সোভিয়েট সঙ্ঘগী কমুনিষ্ট পার্টিগী কেন্দ্রীয় সমিতিদা পিথিবা ঐখোয়না ফোংদোকখিবা ফাইলশিং হৌড়িকনু লৈরি। ঐখোয়গী পাঙল চাইনা লৈরম্মী : কুনথাদগী হেন্না য়ামদনা থবক তৌবা ওস্বা শেম শাবগী অপুনবা ভোভান তোঙানবা মন্ত্রালয় অমসুং বিভাগশিংগী মথাদা লৈরম্মী। পুম্না তিনি শররগা মাসী মনাক্তা কংক্রীট ময়ান তুয়ান যন্ত্র ৫৯, ট্রাবর ক্রেন, কেরিয়র ৫৮, মোটর উত্থাপক যন্ত্র ৫, অমসুং সুপ্লতগী শিপ্পী ৫,৭০০ লৈরম্মী। অনৌবা থৌরাংশিং মপুং ফারবগীদমক্তা ঐখোয় য়ামত্রবদা মসিগী শরুক ১০ গী মীশিং দরকার ওইরম্মী।

মুক্তী মপোৎ অমসুং মরু ওইনা চেক অশেংনবক য়ায়া চাওরবা, সমস্তা ওইরম্মী। ঐনা ইশাগী গনতন্ত্রগী নেতাশিংদা অপীল তৌরম্মী অত্তুগা মসি ঐনা শোইদনা হায়গনি মহুদি মখোয়দগী হায়ক্লিঙাই লৈতবা মতেং ফংই। আর্মীনিয়া, জ্যার্জিয়া, এস্তোনিয়া অমসুং অতোপ্পা মকমশিংদগী চেক লাকপা হৌরম্মী। শক্ত হায়রবদা, সমস্তানা থোক্লিবদুখৈ, মহু ভাক-থোকই অমসুং মহে য়ায়া ভাকথোকই।

কজাখস্তানগী অইবশিংগী ১৯৫৪ গী শরদদা পাংথোক্লিবা কংগ্রেস গনতন্ত্রগী সংস্কৃতিক পুন্সিগী মরু ওইবা থৌদোক অমনি।

রাজকীয় সংস্কৃতিগী মরী লৈনবা থৌদোকশিংদা ঐনা পুক্লিং চংবগী মসিনা অহানবা তাক্তা নংলমদে। মসিগী মমাংদা মোস্দাকিয়াদা ঐনা য়াসি থরম্মী। মহুদি অদোম করিগুম্বা অতোপ্পা গনতন্ত্রদা লৈবা চৎনবগী

অদোম মফম অহুগী প্রজানা চৎনরিবা অমসুং মমাংদগী চৎনবা লোনচৎকী, মখোয়গী ইতিহাস অমসুং কলাগী জ্ঞান ফংবা তাই। অসুম্না ঐনা অমা-অমা য়োবগা, ঐনা লাইরিক মপে অমা পৈশিল্লে, কজাখ অইবশিং অমসুং কলাকারশিংগা উন্নবা অমসুং হেক য়ারিমথে থিয়েটরদা চৎপা হৌরম্মী। ঐহাক কাব্য হান্নদগী য়াম্না পামজরম্মী অমসুং ঐনা কজাখকী কবিশিং মরু ওইনা অবাইগী অয়াম্বা শৈরেংশিং পাখোক্লম্মী, মহাকী ঈশৈগী শৈরেংহেক শৈথা (গীতাত্মকতা), মীগী লোশিং লৈবা অমসুং পুন্সিগী অরুবা জ্ঞাম্না ঐবু চিংশিল্লম্মী। অবাইনা কজাখ প্রজাবু তোঙাম্না নাইতোম লৈতনবা, লেংঙম শাগুমদনা লৈতনবা সুপ্নগী কুসী অমদি অতোপ্পা প্রজানা লৈজরব্রবা মশাগী সংস্কৃতিবু হোম হোম চাওনবগী মহে তন্দী। হায়রিবা পাওজেলসি হৌভিকসু হায়র্নরিবমি। করিগুম্বা রাষ্ট্রীয় সংস্কৃতি মশাগী মসুংদা লোংলিবা, মহু তওইফদনা মশানা মশাবু কান্নজহনদবনি অমসুং পৃথিবী পুম্বগী মীওইবগী ওইবা শুন মাংহনজে। লাইবক থিবদগী য়াফম অসিবু মতম লৈথিবিক্কা খঙত্র থাগৎলদে।

সমাজবাদনা মসি য়াম্না হান্না উত্তুনা তাকখ্রবনি মহুদি রাষ্ট্রগী ওইবা গনতন্ত্র খুদিংমকী অহুকী মতিক চেৎনা চাওখৎলিবা অন্তরাষ্ট্রীয়করনগী থবক-মশক তাকপনি। কজাখস্তাননা মসিগী অচুংবা খুদম ওইব য়াই। লমহলনা মসি য়াম্না হায়ভিন্দনা "লোল চানগী লম" ওইহল্লে। অমসুং কজাখ সংস্কৃত অতোপ্পা রাষ্ট্রীয় সংস্কৃতিগী অথোইবা তত্ত পুম্নমকপু মশাগী ঈশাগী ওইশল্লহন্না মাংদা হেনগৎলক্লম্মী। মহু কনগ্রা নক্লগা কল্লী ঐখোয় কম্যুনিষ্টগী পাওখুমদি অসিনিং মসি ফবনি, য়াম্না ফবনি। রাষ্ট্রী মবহৌশাকশী অমসুং মৌলিকতাগী রাহং অসিবু য়াম্না লাইহল্লোইদবনি সুপ্নগী কান্নি বিজ্ঞানগী হিরম, নোংম নোংমগী চৎলিবা চৎনবী অমসুং ইপা ইপুদগী

চংনরকপগী হিরম ওইহল্লোইদবনি : রুসতনা মসি স্পংগী ইজ্যব কোইনা শাবা জগোয় অমস্তুং কোকোশ্নিক কোয়েং অমদি কজাখস্তানদনা যুর্ভা অমস্তুং শংগোলগী শংগু অমা ওইনা লৌরোইদবনি।

ঐখোয়না কেন্দ্রীয় সমিতিগী সদস্য কলাকারশিং অমস্তুং অইবশিংবু মতম থুদিংদা তেংবাংনবা হোৎনজুনা লৈরম্মী। লমহলগী লালজংদা অরাবা খুদোংথিবা থেংনরবদা হায়রিবা মাইকৈ অসোমদা কজাখ রাজ্যনা ঈশৈ অমস্তুং জগোয় কাংলুপ পুথোকই, চেফোং কজাখ অদেবেইতী অমুক হন্না হোরে, অমদি মোস্কোদা কজাখ সাহিত্য অমস্তুং কলাগী কুমৈ মুমিং তরানি চুপ্না পাংথোক্লবা য়াম্না চাওনা থৌরাং তৌবা হৌরম্মী।

মসি মরৈ য়েংনদনদি ওইথোক্লমদে। মীওই খরনা পাম্লিবনা আকিনগী মীশিং ( ভাট ) কী মৌলিক ( ওরিজন ) কলাদা মায়পুননা ইনথংনবা তৌইগুম্বস্তুং গনতন্ত্রগী সাহিত্যদা হকচন্না মগুনগী শরুক্তা অওনব লাক্লি ! মখোয় সমাজবাদী শেম্বদা চাওখৎপা অমদি কজাখ বুদ্ধি জীবশিং থোরক্পগী মহুয়নি। অস্লম উৎপদি অসিগুম্বা অনৌবা মতিক ময়ায় লৈরবা নহারোল কয়া থোরকই। মখোয় অদু মহৌশাদগী চংনরকপা চংনবী অমস্তুং ঈশৈস্তু থংলমদে অদুগা পামস্তু পামলমদে। সোভিয়েত অমস্তুং সাহিত্যদা য়াম্না কা হেন্না খওবরা খওবস্তু নত্তে। মখোয়গী পুক্নিংদা মনিং মখা তন্না পরিং পথাপ কায়বা রাখল লৈরম্মী, মখোয় অদুবু শোগৎপা দরকার লৈরম্মী। তৌইগুম্বস্তুং মরু ওইবা রাঙ্কমদি মসিনি মহুদি কলাগী ওইবা কাংবুদা লৌশিংনা হিংলিবশিংগী মরকী ইয়াংদো ফোংদোকপা। গনতন্ত্রগী মমাংদা থোরক্লিবা অরুবা দায়ত্বশিং অদু মপুং ফান্নবগীদমক্তা দরকার ওইরিবদ মখোয়বু পুনশিনবা, মখোয়গী পাঙ্গল লাক্লি অদুবু লিচিং অমত্তদা পুনশিনবা।

বাগী মতম্ং ওইনা ঐহাক মসি হায়রবা পাম্মী মহুদি "রাষ্ট্রীয়গী মহৌশাগী চংনবী অশেংবা" ঙাক্লিরশিংগী ফিজেন্না মাংদা চোংথোক্লিবা রাষ্ট্রগী ওইবা অপুনবা লিচ্চিবু থাগৎলিবশিং অয়াম্বা মতমদা ফত্তবগী লোনচং চৎলকই অমসুং অমত্তা ওইন নাইতোম চোংথোক্লম্মী। ওম্না ভৈননা মখোয়না মশাগী য়েক্লবশিংগী করিগুম্বা মরাগনু হৈশিংনা নমথহুনা "পোপ্পগীসু হেন্না শেংবা" উৎনবা হোৎনরম্মী। কনাগুম্বা কেনেসারী কৌবা মুপা অমগী প্রার্ট লৌবদা লাংবা থুৎলাং ঐহাক নিংই। ইহান হানবদদি মহাকপু রূসকা লোয়নননা কজাত্তান পুনশিনবগী মীচংদা লৈবা চাওখৎপা মীওইনি লাওথোক্লম্মী। মমৈথংদা অসিগুম্বা চে-চাং ফংলম্মী মহুনা অাকপদি মহাক প্রতিক্রিয়াবাদী (অনৌবা য়াওন) অমা। পুন্নকপা মীওইনি অমসুং অপুনবগী মীচংদা নত্তে। ঐহাক মমাংঙৈগী ইতিহাস হোগাইরবগী অপাম্বা নত্তে, অমসুং মসিদা নহুনা ইশামকসু হায়রিবা লবুক (ফিল্ড) অসিদা মমুৎ তানা খঙ হৈবসু নত্তে। ঐনা রাফম অহুদা খজরিবা অহুগী অতোম্বা অমনি। য়াম্না রাঙাং হৈবা খরনা ইরাং তৌহল্লিবা অহুগী মরমদগী অইবা মুখতার অরেজো অমসুং অকাদমীশিংন কানীশ সভপায়েব অসিগুম্বা অথোইবা মীশিংনা গনতন্ত্র থাদোক্লম্মী।

ঐখোয়না মখোয়বু অদ্না-অতাদা হল্লকপদা তেংবাংলম্মী। কজাখ-স্তানগী চাওখৎ থৌরাংগী শক্তিশিং হেনগৎহন্নবদা চীং-লেম্নবা কাঙলোন লোন কানীশ ইমাং তায়েবিচ সভ্পায়েবপু হায়নিংঙাই লৈতবা সেবাগী হোৎনজমল ফংজরম্মী। মুতখার,উম্বরখানোবিচ অরেজোর কজাখ সাহিত্যগী শক খংলরা ক্লাসিক অইবা অমনি। ঐহাক মহাকপু, মহাকা অয়াম্বা মতমদা উট্রে, অঙম্বা মত্তে পীরে, মাগা লোয়নননা ঐমা তশেংনমক য়াম্না মী-ওইবগী মরুপ শাম্নবগী কুংঙাইবা ফংলম্মী, য়াম্নমক তৌবিমল থম্না কিংশিংবি

ইশাগী ৱারী শাবদা ঐখোয় অয়াম্বা মতমদা ৱাকম অসিদা নৈনরম্মী মতুংদি মনবা খুদিংমক অমাংবনি। প্রজাগী মুংশিরবা মৌখিক কলাবুস্ন কাওথোক্রোইদবনি। "লেনিনগ্রাদকী মীশিং ঐগী ইচাশা! জংবলগী থৱাই হাপ্না ৱাহৈপরেংশিংবু লৈপাক অপুম্বনা নিংশিংলি। আর্কনশিংগী কলা ৱাষ্ট্রীয় কজাখ অমস্থং বহুরাষ্ট্রীয় সোভিয়েত সাহিত্য মীপুংতিংনগী ইপেন্দা হিংসনু অমস্থং চাওসনু।

ঐগী পুক্নিংদা ৱাখল কয়ামুক লৈরম্মী: অইবশিং অমস্থং কলাকারশিংগী পুক্নিং লমহলগী হিরমগী কান্নবা বোংদা করম্না লৈশিনগনি? ঐনা কেন্দ্রীয় সমিতিগী লোয়শঙদা অইবশিংগী মীফম অমদা হায়রম্মী. অমুক্তা ঐখোয়গী মাংদা থোক্লিবা থৌদোকশিংদা মিংয়েং তাবিয়ু। প্রজা মৱাম ছুপ্পা থবক্তা পুক্নিং চংলি, বহুজাতীয় ময়ামগী ওইবা অপুনবা শেম্লি, অনৌবা ইমুং মচুংশিং লিংলি, লমচৎ মপুং ফানরক্লি, ঐখোয়গী যুগকী চরিতনায়ক চাংয়েংদা লেনলি ১সুং নিকুপ নাত্তুম শিংনা লৈরি। কজাখস্তানদা তল মতম চুপ্পদা অহাওবা চিঙ্গাক, মমল য়াম্নবা অচাপোৎ অমা ওইরি। মমাংগৈগী মতমদা মুন্নাশিংনা . অসুম্না হায়রম্মী : কুরান অশেংবা লাইরিকনি তৌইগুম্বসুং তল মচেৎ অমফাওবা ফংনবা হোৎনবদা কুরান খোং নেৎলত্নু. চৎপা তাই অমস্থং হৌজিক ইলাক তাসিদা তল থোকপা হেনগৎলক্লি। পুক্নিংগী কয়াং অপুম্বা হোংলক্লি, মীয়াম্না অনৌব মানসিক্তা (পুক্নিংগী ওইবা) পাম্নরক্লি। থোক্লিবা থৌদোক খরা অতুগী ৱাতিক মগুননা, মতুনা নাতক্কী ওইবা চিংশিনবা অশেংবা কলাকারবু ফজনা থৌনা ফংলোইদরা? হায়রিবা মহাখ্যান অসিবু ইতিহাসকী দমক্তা অচৌবা মওংদা য়েক্লমদ্রবদি ঐখোয়বু ঙসি কনানা খঙসু খঙবিরোই অত্তুগ মতুংদসু!

হায়রিব, ফিভম অ'সদ মসি মরু ওইরম্মী মহুদি গনতন্ত্রগী অইবশিংবু কংগ্রেস পুন্নমক 'সোভিয়েত সাহিত্যগী কুম্মৈ ওইনব। ওইনা। ঐনা মসিদা শরুক য়ান্নবগীদমক্তা মিখাইল শোলেখোব, শিযোনিদ লিয়োনোব, কামিল য়াশেন, মির্জো ং তুশু'ন জাদেহনো, মক্সীম তাঙ্ক অমসুং অতোপ্পা অফাওবা অইবশিংবু বার্তন তৌরম্মী। মসিগী মতুংদা সঙ্গীতকার, অভিনেতা ১সুং অইবা লমহলদা চৎলিনা মতম অতুদা লাকপা অতিথি ওইরে, চাক্কী লালকম্মগী হিরমদা অই-চে অমদি ব্রারিশি' ফো'লম্মী, ফিল্ম নমলে, নাটক শান্নবে অমসুং অনৌবা ঈশৈ শক্লে। মখোয় পুন্নমক চিনবা লৈতনা লেপ্পমক পার্ট লৌরম্মী।

ঐহাক্না মঙ অসি মঙলম্মী মতু'দ না'মা লমহলগী মহাখ্যান কলা-কৃতিশিংদা মতৌ অম্নমা লুনা অমসু' শাফু কয়া মমী তাহনগনি। অতুগুম্না ভগ্না চেন্থবা দোন রেম্দা গৃহ যুদ্ধ থোাকপা অমসুং লমহলনা য়াওন য়াতারকপদা কাংলুপ ময়াম পুনশিনবগী মমী ফাওরম্মী। অইবা অমসুং কলাকারশীদমক্তা লেপ্পমক প্রজাগী শিংথাবা য়াবশিংবু য়েকপনা য়াম্না থৌনা পিক্সিংঙাই ওইবা অতোপ্পা মশক অমমুক লৌতে অতুগা মহুগুম্না শিংথাবা য়াবতুসু অতুম্ম য়াওগদ্বনি লমহলদা উত্তুনাতৌখিবা।

লমহলদা ১৯৫৫ গী কুমসি "নিংবা কাইবগী চহি" থোরথরে। ঐ ঈশামক্না লেপলিবা মমলসি অতুক য়াম্না হেনমলবা ওইরোই। মেগী মতুংদা কালেন অপুম্বদা ঈশিং মরিক অমা কাওবা নোং তাখিদ্রে। জুন্দা চাং কায়দন' তাবা নোং ঐখোয়না অরেম্বদা ভাইতুনা লৈরে।

মসিগী অর্থদি মসিনি মচুদি ঐখোয় চক্লখোক থরা কাওবা লোক্লবা থৌরাং তৌতুনা লৈবা কৈ।

কনাগুম্বনা মতম অসিদা স্তেপীদা চৎলুবদা মহাক্লা মহৈ মরোংগী লবুক পানলিবা লৌমীশিংগী রাখল থওবা ওমলোই। এসি থম থেংনা অওকপা থেংনবা অমনি : বসন্তদা স্তেপী করি করিগুম্বদা ঈচাওগী সমুদ্রদা ওল্লি অমসুং মীশিংনা মশাগী থবক শুবা খুৎপু কাওবা হিদা য়ৌবা তারম্মী। অদুবু ঈচাওগী ঈশিংনা হুম্বখিবগা, ঈশিং পুমমাং মাংখিরম্মী। অয়ুক ওস্তাদগী চাকথেক্লবা মুমিংনা মশাগী মাংহন্নবগী থবক হৌরকই। ঙৌরুনবা মচু মচুগী অতিয়া তপ্পা তপ্পা পাইখিদুনা লাম্হোকখরে অমসুং মুমিদাংরাই কাওবদা মশাগী মতিং ফারবা ওমচাক্লিবা থাওমত্রবা খুংশা হৈথরম্লগা চৎখিরম্মী অদুদগী জাম মচুগী অঙাংবা মতুম লৈথোম মচুগী মৈথু মরক্তা নোংদোন পল্লা শল্লোক্লিবা অদুগী মথাদা হৈথরম্মী অমসুং মথংগী মুমিং অদুসু করিগুম্বা অমা অমুক পল্লমদনা হুম্না মহাক থোক্লক্লম্মী অমসুং লোংলি পাল্লিবশিংবু চাকথেক্তুনা শিরুম নারুম থাদোক্লম্মী। হায়রিবা অস্নুমা চয়োল অমদগী চয়োল, থা অমদগী থা লিরি নামনা চৎথরম্মী।

মরক অসিদা ঐখোয়না লৌকম অসি হৌখিবা চহিগা চাংদম্নবদা শরুক অনি হেনহল্লে। অনৌবা খোইগদবা মফমদা চাওরাক্লা হেক্টর ক্রোড় অমগী মন্নুংদা মহৈ মরোং হুনখিরম্মী। লৌপাল মতমদা হেক্টর লাখ তরামওা হেন্না থারম্মী অমসুং থাবগী থবক মমাংগী য়েল্লিং মতমদগী য়ান্না হেন্না য়াংনা, য়ান্না মতম চান্না অমসুং য়ান্না চংখোনবা মওংদা থাখিরম্মী। চহিমুক্লী মন্নুংদা গনজল্লনা লৌউবদা য়ান্না খোংমাং চাওশিল্লম্মী মীশিংনা মশান্না নোমজবগী মহয় হায়নিংঙাই লৈতনা ফজনা উজরম্মী।

অহুগা মসি খণ্ডম। অচেৎপগা লোয়ননা থবক তৌরন্মী মহুদি মখোয়দা করম্বা খুদোং থিবা লাক্কদৌরিবনে ?

ঐখোয় চিংনবা লৈতনা খঙলন্মী মহুদি প্রদেশ অসিদা কালেন অমস্তুং ঈকং অন্নিমক তরাই তরাইবা রাফম নত্রে। তৌইগুম্বস্তুং ঐখোয় হৌজিক ফাওবা স্তেপী লমদমগী পাঞ্জিকাগী চুংশি হৈতবগী মায়োক্তা লৈবত্রু খঙলমদে। চহি তরাগী মস্তুংদা অমুক্তুং হায়রিবা লমসিদা মরু ওইনা মীমুংশি খংদন। অমস্তুং অমাংবগী শরুক্তা ওইরবা ঈকং থোকপদা লৈশিনহল্লি। ঐখোয়না ইশাগী লালক্সং চংবা হৌজ্রিদৈগী মমাংক মসি হান্না অনুমান তৌরন্মী। মহুদ মহৌশা লাইরেম্বীগা লোয়ননা মাল তৌব শোইফন্দবনি। লমহলগী থোং হাংদোকপদসী শেলগী ফিভমগী হিসাব তৌরবত্রুদদি অখণ্ড অহৈশিংন্না মসি অনুমান তৌরন্মী মহুদি চহি মঙা থুদিংদা চহি অনি অকনবা ঈকং থোক্লবদস্তু ঐখোয় চহি থুদংগী উসতন ক্রোড় পুদ ৫০ দি মহে মরোং ফংফম থোকই। অস্তুম্না অনুমান তৌবসিদা চিংননিঙাইগী মরম করিস্তু লৈরমদে। ঐখোয় খঙলন্মী মহুদি ঐখোয়না করি থোক্লগদবা, তৌইগুম্বস্তু মসি খঙলবা রাফম অমনি অহুগা। অস্তুক য়াম্না নোম্না হোৎননা থোক্লিবা মমল য়াম্নবা চাথোকপু ইমিংনা মাংবা তাকপা উবা তশেংনবক অতোপ্পা রাফম অমনি।

অসিগুম্বা মতমদা মীশিংনা কয়াদা লোংগীদমক্তা থৌরাংজবা ! শিংলি নাওরি চিংনা চিংনা খাংবা ঙমমদে। থোংনাওগী মিংশেলদা থজিক্তুং কাক লাওবদা মীশিংনা অহিংদা চোংথোক্লুনা ময়ুমদগী মপাল য়োই— "লোং"! অহুবু নত্তে, থোংনাওদা অমস্তুং য়ুমথক্তা নোংজিক অমা ফাওবা তাদে। স্থপগী মসি অকংবা ফুংশিত্তা পাইরকপা লৈছে্ং মৈরিক্সি ;

স্তেপীদা চুংশা স্বর হেনবা লুরম্মী। চুংশিং মৈফমদগী থোরকপা চুংশিংকী মতৌগুম্না থবোম্বীবু চাকথেক্লম্মী। উচেক রায়া পাইদে তোংদে, করি করিগুম্বদা নিংথম ঈংলকপদা পাইদবগুম্না! উপাম্বী কংই, মখোয়গী মনাশিং কেননি অমস্তুং মখোয় অতু থুইহ্নবা উফুল ওনখি। লৈমাইদা লুরবা লৈক্রক চংলি, অস্রুক চাওনা মতুদি য়োংকী য়ুম্বী য়াংকৌবা মাল্লি। গেহু পাম্বীগী মপৈ থুকৈনা রাথাওনরম্মী অমস্তুং অমুক ওোথোরকই। শিগংনরবা চরোং ক্রেম ক্রেম লাওরম্মী, লংচাক্তা হাল্লিবা চাক অতু কৈদৌঙৈদা য়ুনবগী রাফম লৈত্রে অমস্তুং পুন্নমক্কী অরোইবা লোইশিনবগী মওংদা অশাবা নোং কুংশিং শিংং কই, লৈচেংগী নোং পাইতুন, তারাগী লাইন ফুক্তোক্তুনা অমদি য়ুমথকশিংবু ফ্যক্তোক্তুন লংঙোকই।

লৌমীন্না মসি উরবদা মতুদি পোৎ খুদিংম্রক, মহাক্কী চহি চুপ্পগী নোমুজ চৎচবগী অকবা মহয় পুন্নমক কয়াদা থম্মোয় য়াওদনা মাংহনলি, মদুদা মহাক কয়াম য়াম্না থম্মোয় করামগন্দবা; মসি কনানস্থু থওলিগবা। অতুনা চায়েং অসিবু খাংবা ওয়বগীদমক্তা য়াম্নমক অকনবা থৌন্না অমস্তুং অকনবা অনিংবা শক্তি চংই। মসি থংলবস্থু য়াম্না মতেং ওইরমদে মতুদি মথংগী য়েন্নিং মতমদা স্তেপীনা মাংখিবা অম্মাংবুশিং হনজনগনি; কম্বিগুম্বা চাথোক্ত অমহেক্তা ঙসি, হৌজিকমক পাম্মী।

ঐগী অনিংবা অমনা মসি কৈদৌঙৈদস্থু নত্তে মতুদি ওইগদৌরিবা ফিভম্ম য়াম্না লাইনা লাম্থোকচগনি, মতম অতুদা ওইরিবা ফিভম অতুদগীদি মতুনা য়াম্না ফৈ হায়গনি। থাশিং অতুদা কেন্দ্রীয় সমিতি কার্যায়দা ঐখোয়না মীশিংদা অসিগুম্বা চিঠি কংলোই মতুদা মসি ওইহল্লম্মী 'মতুদি হৌজিক করি তৌগনি, করম্না থবক মখা চৎথবা য়াগনি।

কজাখস্তান কমুনিষ্ট পার্টিগী সমিতিনা মসি লেপ্লবদা মহুদি লমহলগী পোখোক পুম্নমক ময়ামগী ওইবা মীতিন ফগ্না অমস্তুং পোৎকী ফিভমগী মখোয়গী মমাংদা পুকচেল শেংনা পুখোকপা। মীয়ামদা থৌনা খরদি পীনবা, হায়রিবা মতম ফিভমশিংদা দায়ত্ব অহানবা ফংলিবা অতুদা মখোয়গী পুক্নিংবু চিংশনবা, অমস্তুং খংহনবা মহুদি লৌউবদা চহি অমগা চহি অমগা খেন্নৈ, অমস্তুং মতম লাকখিগনি লমহলদা অফবা ফিভম ওইরকপস্তু। জিলাশিংদগী মপালদা চৎলিবশিংদা ঐনা মিংকুপ নাত্তম শিংননবা হায়রম্মী মহুদি মখোয় থৌশাদবা আশা তৌবশিংগী মতৌ৩ুম্না লমচৎ চৎতনবা। মতম অতুদ প্রজাগী মরক্তা পার্টিগী থবক্কী মসিমা মরু পইবা উদেস্য ওইরম্মী।

ঐহাক্না মসি শোইদনা হায়গনি মহুদি রাজকীয় ফার্ম খুদিংদা খোকখি ভাংনখিবা অমদি ফোংনা মরৈ য়েংনখিবা অতুগী মতুংদা লমহলদা লৈরিবশিংনা অনৌবা থৌনাগা লোয়মনা থবক মায়পুনরম্মী। মৈদোনা শায়বা কুংশা ওইরবস্তু ঐখোয় লৌরোক্কীদমক্তা থৌরাং তৌরম্মী অমস্তুং য়েন্নিংগী অয়োইবা চুমিং ফাওবদা শাশিংগীদমক্তা শক্তিক পৈশনবদা থবক চিল্লম্মী। মক ওইনা রাজকীয় ফার্মশংদা অমুকস্তু পাক শন্না অমদি থবক মতম পাংনা পোথোক পুথোরম্নগী থবক চখরম্মী। চানবা পোৎ অমস্তুং উদ্যোগকা পোং লমহল লম্দমদা অস্তুকী মতিক য়াম্না চাংচৎতা য়ৌখিরম্মী মহুদি নিংথমথা চুপ্পদা শরক শিদনা সপ্লাইগী গারন্টি তৌবা ওন্নবা।

ঐখোয় সোভিয়েত সংঘগী কমুনিষ্ট পার্টিগী কেন্দ্রীয় সমিতিদগী অয়াবা অমস্তুং মতে ফংলম্মী।

ঐহাক্না সোভিয়েত সঙ্ঘগী কমুনিষ্ট পার্টিগী কেন্দ্রীয় সমিতিগী রাজনীতিক্কী ওইবা ব্যুরোগী মেম্বরশিংবু খ্বাইদগী থম্মোয় য়াওনা থাগৎচনিংই। মখোয়না লমহলদা থুনা অমস্তুং মহৈয়ান্না খোইবা হৌনবগীদমক্তা হায়রিবা চহিশিং অহুদা থবক য়ান্না তৌরম্মী। ঐহাক অয়াম্বা মতমদা মখোয়গা উমৈ অমস্তুং রাতান্নে অহুগা মশাগী রাহংশিংগী পাওথুম চানা অরেপ্পা পাওথুম, পার্টিগী অচেৎপা অয়াবা অমস্তুং পুকচেল চাওবনা খল্লবা লমচংকী অয়াবা ফংহুনা লৈরম্মা।

অদুগ' ঐখোয়না থুদোংথিবশিং লৈরবসু ১৯৫৫ দা ইশাগী থবক থাজবগা লোয়নননা চংথরম্মী। থাজবসিগী মরি পাম্বৈ লৈ? লেপ্লমক ঐখোয় রাকম অসিদগী নিংবা কায়রম্মী মহুদ লেপাক্না ঐখোয়না নোম্বা য়াবা নোমলে মহুদগী মতিক চানা ফংবা য়াবা পোথোক ফংলমদে। তোইশুবসুং ফার্ম অতৈ কয়াদা ফংবা য়াবা নিংথিজনা চাথোক ফংলম্মী। কোকচেতাব প্রদেশকী ১৯৫৪ দা লিংখৎথিবা অদানোব রাজকীয় ফার্মনা হেক্টর ২২.৫০০ পাক চাওবদগী, হেক্টর খুদিংগী মেন্টনর ৭.৯ অমস্তুং অল্লা অতা প্রদেশকী রোস্নারা রাজকীয় ফার্মনা মশাগী হেক্টর ২০.০০০ দা হেক্টর খুদিংদগী মেন্টনর ৯.১ গী পোথোক ফংলম্মী। অহুগা অসিগুম্বা ফার্মশিংগী মশিং রাৎলমদে। ভিলা. লোইনমক হায়রদি প্রদেশ লোইনমক্তা, অরাং কজাখস্তান অমস্তুং কোকচেতাবনা অহুক য়াম্না থোকপা পোথোক অহুম্না মতম অহুদা তশেংনমক ফংল্লা তৌরমদে। ঐখোয়গীদমক্তা মকোক্তগী মতোন ফাওবা য়েংবা দরকার ওইরম্মী। মহুদি মতৌ করম্না মফম থরনা মহৈ মরোং ফংলক্লিবনো অমস্তুং কুম্লিনা মফম থরদনা লৌশিং নত্তুনা করিমত্তা লেমজ্রিবনো। ঐহাক মসিসু শোইদনা হায়বা পাম্মী মহুদি অতাবা ময়াই ওইরপকী চাংচৎকী পোথোক্তসু

গনতন্ত্রন চহি অহুদা মশাগী ফৌগী পোখোক্কী ৮০ থোকপা অমসুং লমহৎলদগী ফংলম্মী। কজাখস্তানুনা লমহৎলদা শিজিন্নবদগী হেনদোকুন্না চিঙ্গাক য়াম্মা হেন্না পৈশিল্লম্মী, টন ৮৫,০০০ দগী হেনবা শাঙ্গাম অমসুং টন ১,২২,০০ শা সপ্লাই তৌরম্মী। চাওরাক্লা টন লাখ ১৫ অশুং-অমানুগী চান্নবা, মরু ওইনা চুজাক্কী কৈ খিল্লম্মী। মসি চিংনবা লৈতনা ইচম চম্বা মহুয় য়ানবনি তৌইগুম্বসুং মসিনা তাকপাদি লমহৎলনা মহৈ মরোং অমসুং অতোপ্পা লবুক্কী পোখোক্কী চাথোক হেনগৎহনবদা মথং মথং হেনগৎপগী শক্তম অমা লৌরি অমসুং শক্তম অতু অহুম লৈখিগনি। মরম অসনা থবক তৌবা লেপকদ্রু। মসি ঐখোয়গী মস্তগী ৱাফমনি।

তৌইগুম্বসু চাথোক মাংবা, মহৈ মরোং মাংবা অসিমক্না অমসুং মসিগী মরমদগী সমস্যা কয়া কোকপা য়াহ্না লুনা থোক্লে।

ঐহাক ১৯৫৫ গী অরোইবা মতমদা মোস্কোদা পার্টি অমসুং সরকারগী মকোক ওইবশিংগী অখিল সঙ্ঘগী ওইবা মীফমদা য়াওরম্মী। অসিগুম্বা সভাদা মতম অহুদা অশেংনমক খুদোং চাদবদি কাওই, মীশিংনা মশীং খিজ্জদবা রাহং হংলকপদা, অমদি মসিগী ওন্ন হৈনবদা খঙনা খঙনা করিগুম্বা হিরম অমদা ৱারী শারগা ইশাগী তৌবিমল খঙবা উৎথোকপা। ঐনা সম্মেলনগী ফমপাক্তগী লাওথোরম্মী মতুদি বজাখস্তান মথংগী চহিদা রাজ্য অসিদা মহৈ মরোং পুদ ক্রোড় ৬০ কুপথিংকনি অহুদা হোল অপুন্না থাজবনা থল্লবা চিবোল চিবোল ভাংনখি।

মতম কয়াদা হোংখিরিবা। তৌইগুম্বসুং ওসি ঐখোয় লমহৎলগাদমক্তা চহিগী ওইনা পুদ ক্রোড় ৫০০ দগ্রীনা ৬০০ থোক্কনি নিংলুবা মতুনা য়াম্না চাওনা মায়খিবা ওইগনি। হৌজিক মতমদা ঐখোয়না কজাখস্তানদগী

চাঙরাক্না ময়ায় ওইবা চাংচত্তা চহি খুদিংগী মহৈ মরোং পুন্দ অরবুদ অনা লোক্লি।

অস্তুম্নদি আইঃ এঃ গোনচারোব গস্তী জহাজ পল্লাদানা হায়রম্মী, জপান্দা মমাংঙৈ মতমগা প্রান্তশিংগী গবর্নরগী মকোক, করিগুম্বা থৌদোক অমা থোকপদা—নোংলৈ নুংশিৎ ফুইনা চুবা নোংদে য়ুহার হাবা—মত্থুগী পাওখুমদা শৈথারম্মী। ঐখোয়গী সারদি খুদোংথিবা মান্দে, তৌইগুম্বস্নুং ১৯৫৫ গী লাইরক থিবনা থল্লবা থৌদোক পরিং অসিগী মতুংদা মীশিংনা অসিগুম্বা পোৎ থরগীদমক্তা মরাল লৈবগী অরাবা রাখল পোক্লম্মী, মতুগীদমক্তা তশেংবমক্তি ময়খোয় মরাল লৈজদবনি। ঐহাক রাখললোন অত্থুব কাওদে! অমস্তুং ঙসি ঐহাক করি করিগুম্বদা মহৌশাগী ওইবা খুদোংথিবশিং থাংলিবা জিলাশিংগী মীওইশিংবু স্নুপ্পগী মরম অসিগীদমক্তা কৌরিবনি মত্থুদ থবক পুজরিবা ময়খোয়দা থৌনা ফবগী মাহৈ অসি হায়বা ওম্নবা। নোংমা উল্যানোরস্ক প্রদেশতা বার্ত্তন তৌরম্মী "লিয়োনিদ ইল্যীচ, লেংবিরক্তুনা ঐখোয়গী মফম অসিবু মিৎয়েং তারিম্নু, ঐখোয় মহৈ মরোংগী চাথোক অঙকপা ফংনা লোক্লে।" অত্থুগা মত্থুগী মতুংদমক অচিক অরান থাগী নুংশিৎ শিংলক্লম্মী অমস্তুং অরৈবা চাথোক পুম্নমক থুইহুনা মাংখরে। তশেংবনি, প্রাদেশিক পার্টি সমিতিগী অহানবা শিনরেম্বা, তৌনিংঙাই লৈতহুনা, অঙকপা রাখলনা ইরোইনখরে। ঐনা মাগা লোয়ননা থোক্লিবা থৌদোকশিংদা ইংনা তপ্না মাতাম্নরম্মী। ঐখোয় হিরম অসিদা খম্নবা তাই মহুদি করি পাম্বৈ তৌশিংগে, অজাম্না মরুপ মপীজাশিংবু করম্না তেংবাং পিসিগে।

তৌইগুম্বস্নুং খুদোংথিবগী চহি অহুদা ঐখোয়না, মহুবু হৌবদগী লোইবা ফাওবদা মহয় য়াল্লে থাজরম্বা, মসি উৎপদা করি করিগুম্বা খুদোং

থিবা ৎইরম্মী মতুদি ঐখোয় চুন্না হায়বসি। অচৌবা সন্মেলন অমদা ঐনা এন, এস, খুশ্চব লৈরিঙৈদা লাওথোক্লম্মী মতুদি লমহল হৌজিকস্থ মশাগী অশেংবা মমল লৈবগী মশক ভাকলমখিগনি, অতুদা মহাক্না য়াম্না অয়াকপা খোনফমনা মরক থৎলম্মী : ঐখোয় অদোমগী ব্রাশকপনা পুক থনবা য়ারোই!"

তৌইগুম্বস্মং, ঐহাক য়াম্না চেৎনমক মাগী পাওখুম পিবা ওম্মী : "তৌইগুম্বস্মং মসিমক ওইনমক ঐখোয়না থাজে মতুদি থুনমক, য়াম্না থুনমক লমহলদা মহৈ মরোংনা থল্লবা চাথোক লাকখিগনি।"

ঐখোয়না অনৌবা বসন্তগীদমক্তা য়াম্না কন্না শু-নোম্নবা থৌরাং তৌরম্মী। অরান খুবমগী লম্বী অমথক লৈরম্মী, আশা অমথক লৈরম্মী, পাম্বৈ অমথক লৈরম্মী—শুবা নোম্বা। ১৯৫৬ তা হেক্টর ক্রোড় ২.৭ লমহলদা হুনগদৌরম্মী অতুগা মতুগী মনুংদগী ক্রোড় ১.২ মহৈ মরোং থাগদৌরম্মী অমস্থং অমুক্তং ঐনা পাংজরম্মী মতুদি ঐহাক পোৎ খুদিংমকপু য়েংবা, মী খুদিংমক্তা উম্নবা, থবক খুদিংমক মতম য়োদ্রিঙৈদা লোইহৌনবা।

—১০—

মহৈ মরোং, শা অমস্থং য়েনশাংগী পোখোক হেন্নবর্গীদমক্তা ঐখোয় হৌজিক বিজ্ঞান, ভৌতিক (মেতেরিইল) অমস্থং শেলগী পান্থৈ থায়দোক্লম্মী মতুগী ঐখোয় মতম অতুদা মং ফাওবা মংলমদে। হৌজিক মতমদা মশীনরী শিজিন্নরি, লৌমীবু অমুক হন্না শেমগৎলক্লি, নিংথিজবা মুওংদা পোখোকী মখল থাইদোকপা অমস্থং মকম চাবা মফমদা পৈশিল্লম্মী, অমদি অমাংঙৈঙ্গী রুসকী অমস্থং লৈবাক অমুবা নস্তুবা লমশিংগী মশক

অমা হোঙদোকপা অহুমনা পুলপ পুশিনবগী থবক পরিংদা পিরাই ঙাক্নরি। হায়রিবা লম অসি ঙসি ঐখোয়গী ইশাগী গোর থাবা লালকোমনি।

তৌইমগুম্সুং অসিগুম্বা রাক্ষম খরস্নু নৈ। মতুং ঐখোয়না নিংশিংহুনা থম্বা কৈ, রাষ্ট্রগী ওইবা শেলগী কিভমদা করিগুম্বা "চোম্বহোৱা লাম্বী পরেং" দি নত্তে। ঙসিস্নু অসিগুম্বা মরুপ থেংনরি করোড় অমসুং অরবুদকা খরচ তৌগে তেমশিংলি তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা তবাই তবাইবা রা কয়া নদি কাওথোকই। অদুগা অহু ওইরবস্নু মরু ওইনা দায়হশিংদা মসিস্নু অমনি মতুংদি ঐখোয়গী তৌবা ভম্বদা লৈরিবা থরা, দেশ অসিদা অথোকপা খর, অহুগুম্বা পোৎ থুদিংমক অহুগী ঐখোয়না চেকশিন্না অমসুং রাখল তহাদনা শিজিন্নগদবনি। অরেম্বদা চাদিং তৌবা ঙাকপিনিংঙাই লৈতে; শেল থমগী শিজিন্নফম হায়বসি কয়াদা পাক-চাওখ্রবনো, অসিগুম্না লান্না শিজিন্নবগী ফল কয়া রানিংঙাই ওইরিবা।

রাক্ষম অসি ঐনা থংবদা মতম অহুদা ঙাংনখিরম্বী ঐহাক্না লমহলদা থবক তৌহুনা লৈরিঙৈদা। মরম অসিনা ঐহাক অহুগুম্বা "ইচম চম্বা পোৎ" পু হন্দুনা হায়বা পামদে মতুদা প্রজাগী পুন্সি য়ান্না চংজনিংঙাই ওইরিবা। খুদম ওইনা, মতম অহুদা ঐহাক কজাখস্তান শিনথুংনা চংকদবা খোংচৎ অমদা, ঐহাক স্তেলিনোগ্রাদ প্রদেশতা ইজোবিনী রাজকীয় ফার্মদা থুংলম্মী। মসি অথাপ্পা স্তেপীদা সেলেতী তুরেলগী মপালদা লৈরম্মী। মফম অসি য়াম্নমক্না ফজবা মফম্নি তৌইগুম্বসুং মতম অহু কাওবদি উমং রামং ওইনা শোংহুনা লৈরম্মী। ঐহাক মফম অহুদা মসিগী মমাংদা, পুম্নমক্কী হোৱকপগী মতমদা লাক্লম্মী অমসুং পুম্নমক্কী মমাংদা ঐনা তম্বুর (পোংশঙ) মাপলথক উরম্মী। হন্দক্তি মফম অহুদা ঐনা

খুঙ্গং অমা উরম্মী। মফম অতুদা যুমগী কা অমা, হরাও তয়ান্নগী যুম, চুক্লান অমা, ইরুজ্জফম অমা, নানবাই (তল, সুব) য়োনবা তুকান, থবক শুফম, শঙলেন অমা অমস্তুং গেরেজ অমা লৈরমল্লে! মসিদা নত্তনা, অত্তুগা মসি তশেংনমক মরু ওইবা য়াফম্মি, মীশিংনা চাওরাক্লা মশাগী থাংপোকশঙ মরিফু তাকপদি মখোয় তশেংনমক অরোইবা মওংদা মফম অতুদা খুন্দারম্মী। ঐনা মখোয়গা য়ারী শারম্মী। অমস্তুং হংবা হৌরম্মী মতুদি মখোয় করি পোৎকী দরকার লৈরিব অমস্তুং থবক ইখাংনা করি করম্না চৎথরিবা। অতুনা ঐনা তারিবা য়াহু মতৌ অস্মুম্মনি:

"ঐখোয় পীপা (কৌত্তা) য়াকংলি। থবী থুম তৈনবা করিস্তু লৈতে।"

"ঐখোয় ওক অমা পাম্মী অত্তবু মতু ঐখোয়না করম্না লৈবা ত্তমশনি?"

"শম্মাও ওইরবস্নু হেন্না ফবা য়ানি...."

মসি অরেন্নগী য়াহং নংলমদে। পোৎ খুদিংমক য়াম্না হেন্না লমহলগী লবুক্তা থাতুনা হেন্না লোইখ্রবনি। অত্তুগত্তু মফম অসিদা ঐখোয়গী নাক্তা কৌত্তা য়াংলিবা অত্তুগা শাগী দরকার লৈরি। অতুমা মতুস্তু শা (মিট) কী শরুক হেনগৎনবগী য়াফম লৈতে। অহানবা য়াহংগী মরক্তা ঐনা নৌনা লাকপশিংবু মখুত্তা স্যুটকেস অমা অত্তুগা নামা অমদনা থুমোক অমা পায়তুনা লাকপা উখি। থুমোক অসিদা হুই অমগা নত্রগা হৌদোং অমদি য়াওরমগনি। জাপোরোজ্যেদগী মুপা মচা অমা পোন অমদা অহিংবা য়েনবা অমা হাপ্লতুনা য়ারোম্লব্য রাজকীয় ফার্মদা য়ৌরক্লম্মী। "স্তেপী গীদমক্তা মসি খ্বাইদগী ফত্নবা অলাম ঘড়ীনি", মহাক্না ঐঙোন্দা হায়রম্মী। তশেংননক মতু ফাগীদি ফাগীনি তৌইগুম্বস্তুং কাং থোং চাইবা লমদা য়েম্বা পুম্নমক্কীদমক হরাওম্নবগী মশক্নি। অঙাংশিংনা উলগী উচি অমদি স্তেপী লমগী উচেক য়াম্না খরস্তু য়োক্লম্মী।

হায়রিবা ৱাফম্ পুম্নমক অসিবু সুপ্নগী অঙাওবনি লৌবা ৱাই। তৌইগু:সুং পুন্সিনা ঐবু হায়রিবা পোৎশিংবু খঙবা অমসুং মাগী মফমদা ইকাইখুম্নবা থম্নবা পারা তম্বীরম্মী। ইশাগী অঙাং ওইরিঙৈগী মতমদা ইশানা ঐবু অপাইবা খুনুশিংগী শংগু য়েংবা য়াম্না পামজরম্মী। মরম অসিনা লমহলদা ঐখোয়গীদমক্তা হেক্টর লাখ তরা অমসুং পুদ অরবুদ য়াম্না মরু ওইবা পোৎনি, তৌইগুম্বসুং মসিস্তু দরকাররনি মতুদি মীশিংনা য়েনশাংগী ইংখোল কোইবা অমসুং শাশিং অমসুং য়েন্বীশিং য়োকপা হৌবদা তেংবাং পিবা। মসি৴নত্তনা লাখ কয়া অমসুং অরবুদ কয়া ফংবা য়াদে। পশুধন (শা) অমসুং মশাগী লম খজিক নত্তনা খুঙ্গংগী মী মরা য়াওদবা উপালগা পাংথক ওইখরে। হায়রিবা চহিশিংদা ঐখোয়গীদমক্তা হেক হৌবদগী মসি ফোংদোকপা মরু ওইগনি মতুদি ঐখোয় ভেন্তপীদা মতম লৈবথিবিক্তা মী তাবা য়াবা শেন্বা পাম্মী।

হিরম অসিদা নৈনরতুনা ঐনা লবুকশিং ৱাংমা লান্না য়েংলম্মী অমসুং ইথং থংহৌদনা উরম্মী মতুদি অনৌবা মী অমা লাকপা; কনাগুম্বা অচেংবা য়েংবা কৃষি শাস্ত্রীগী মতৌগুম্না অমুবা ক্বাক অমথকনা অমুবা লৌফাৎ ময়াম লাম্থোক্তুনা লেম্না ল্যাক্লি। ঐখোয় ময়াম্না খঙনরিবা, অমুবা ক্বাক লবুক্কী উচেক্লি। অমুক্তং মহাক্না লম্বী পুম্নমক ফাওনা পাইতুনা মফম অসিদা য়ৌরক্লবদি মহাক মফম অসিদা কুইনা পনবা লাক্লবনি।

ঐহাক্না ইজোবিল্লী ফার্মদা শাম্নরিবা ৱারী নিংশিংতুনা য়েংলমই অমসুং অমুক চেংচাং কয়া হাইদোক্লম্মী। ১৯৩৪ দা সোভিয়েত সঙ্ঘগী কমুনিষ্ট পার্টি (বোলশেভিক) কী কেন্দ্রীয় সমিতিনা কজাখস্তান লমগী

ওইবা পার্টি সমিতিদা খণ্ডহন-চে অমা থারক্লম্মী। মতুদা খুন্নুংগী লমশিং অমসুং ঔদ্যোগিকক্কী হিলাশিং অনিমক্তা থাবগী চাওখৎন্নবগী ৱাফমবু অমুক্তা পাক শন্না অমসুং লেপ্পমক থাংগৎলম্মী। খণ্ডহন-চে অতুদা হিরম অমমমগী হোৌবদগী লোইবা ফাওবা শিনথুংনা ইরমম্মী অমসুং প্রস্তাপ অনি থাঙ্গৎলমই মতু পার্টি অমসুং সরকারগী অফবা থবকপু অমদি অপুনবা অমদি রাজকীয় ফার্মশিং অমসুং তেংবাংবশিংগী মকোক্শিংবু হায়রিবা লৌবুক অসিদা য়াম্না হেন্না থবক য়াংশিননা অমসুং পাক শন্না মতেং পিফম থোকই। অতুগা, ইংখোল কোইহুনা চাওখৎপ্রবা অতু ওইরবদি মতুদগী ভৌতিক্কী পান্বে খরদি ফংবগী থাজবা লৈরে। তৌইগুম্বসুং চহিদগী চহি হৌজিনখরে অতুগা ইখং খংহৌদনা ময়েংসু তাশিল্লক্লে অতুনা অসুম তাশিল্লকপদগী হান্নগী ফিভমদা পোপ হনজিল্লক্লে। অমসুং অতু ওইরবসু খুদম ওইনা গনতন্ত্রনা অপুনবা মওংদা অমসুং রাজকীয় ফার্মগা চাংদম্নবদা য়েনশাংগী মশাগী লবুকশিংদগী শরুক তথাইথক আলুদা ফংহুনা লৈরম্মী।

কনা কনাগুম্বা থৌবুরেলশিংবু ৱাফম অসিদা হুন্দুনা ভাংবা মতুদি অচারম দলালী চাই, মতুগী পাওখুম ওসি ওইগনি : ঐখোয়গী নাক্তা রসন রাংলি; ঐখোয়দা রসন থা বরকউ। ৱাফম অসি য়াদবা ডান্নোই মতুদি পোখোক ময়াম অতু খুঙ্গংগী লমশিংগীদমক্তা কেন্দ্রগী ওইবা থাক্তা চাকথুং য়েন্থোক্কদবনি, তৌইগুম্বসুং আলু, কোভী, থবী অমসুং তরবুজবু য়েন্থোকপা য়াবরা? হায়রিবা পোৎশিংদি করিগুম্বা ফার্ম অমগা লাইনা থুংশন্নবা য়াই। হায়রিবা ৱাফম অতুম্না য়েকম অমসুং শজোমদম্লনি। মথায় থায়নগী লৌমীশিংনা য়েন লোইহুনা লাক্লি অমসুং য়েকম মপাক্তদা থাদোক্তুনা লাক্লিং হৌজিক মাঙ্কোগী পাওতাক মতুংইন্না করি য়েকম অমমম ফংগদৌরিবা?

ঐনা খরা ইঙ্কল্লিবসি ঙসিন্দু য়াম্না চৎনরিবা ঙাংনরিবা ঙাক্কনি। হৌজিকস্মু অসিগুম্বা লাংজ্জে য়াম্না লৈরি, মখোয় অতুনা য়েন্থোকপগী চাকথুংদা ঙাইবা নত্তুনা করিস্মু ত্তোদে, অদুনা য়াফম অসিদা হন্নক লৈথোক্তুনা খংবীবক্কা নত্তে মতুদি য়াজ্জন। হায়রিবা য়েন্থোকপগী চাকথুংসি কদাইদগী ফংগদৌরিবা। ঐখোয়গী দেশতা মসি তঙাইফদবনি মতুদি ঐখোয় ফার্মগী পোত্থোককী চাথোক হেনগৎহন্নবগীদমক্তা চানবগী মশাগী শরুক থান্নবগীদমক্তা "খজিক্তং হেন্না" তাঙ্গা ফংবা খুদিংমক্কী, লম মচেৎ খুদিংমকপু খোপনিবা করি করিগুম্বা ট্রেনগী খোংনাঙদগী মকোক মতোন খণ্ডত্রবা লমদা লৌশিংউতুনা লৈবা উবা ফংলম্মী মতুনা লবুক ওইবা য়াগে য় রবদ নাপী য়োকপা। শান্দমক্তদি য়াম্না হেন্না কান্নবা ওইবা য়াঈ। মসি পুন্নমকসি খুদমগী মশক ওইনা খা থংবদগী খম হেক থংবদ্দা য়ামেন অশিনবা অমস্তুং থবীশিং পুরকপা। মশিং থিংমদ্রবা কিলোমিটর মফম কয়াদগী য়েরুম অমস্তুং শঙ্গোম মপাল পুরকপদগীদি মফম অতুগী ফংবা পাম্বৈশিংনা হেন্না নিংথিজনা অৱাংপা ঙাকপা ঙমগনি।

পার্টিনা সরকারগী শেল-থুম অমুক ফগৎহন্নবা, অতুগা উদ্যোগকী লুচিংবশিংনা য়াফম অসি পুক্নিং চংবীগদবনি। অচৌবা অমস্তুং অপিকপা সহরশিংগী নাক য়েৎতা লৌমীগী ফিভম মওং চানা ফগৎহনবা, মরু ওইনা ইশম শন্নবা য়ুনিটশিং শেমগৎপা মখোয়গী মথৌনি মতুনা তুকানশিংদা কা হেন্না আলু, শা, শঙ্গোম, অশংবা মনা-মশিং অমস্তুং উহৈ খুদক খুদক্তা ফংনবগী থৌরাং তৌবা য়াম্নবা। স্বেদলোংবস্কদা, তুমেনদা, ইকুতস্কদা অমস্তুং সোভিয়েত সঙ্ঘগী করিগুম্বা অতোপ্পা সহর অমদা মসি মরাং কায়না থোক্কই। ১৯৭৮ গী বসন্ততা উত্তাল সাইবেরিয়া অমস্তুং অথাপ্পা ইশাগী লোংচং অমদা ঐহাক্না মফম অতুগী নেতাশিংদা য়াফম অমুক হন্না হায়বা তারম্মী।

তৌইগুম্বসুং কজাখস্তান্দা ১৯৫৫ দা রাফম অসি লেপ্পরম্মী মতুদি য়াম্না হেম্বা চাংদা মনা মশিংগী ইংথোল চাওখৎহনগদবনি, মতুদা কনাগুম্বনা মঙোন্দা লম মচেৎ পিরবসু। খুৎশু-খুৎলাই থবক ওইনা পিথগদবনি অমসুং হেক ওইথোকপা য়াবদা তেংবাংগদবনি। মশাগী ওইবা কান্নবগীদমক্তা য়েন য়োকপা অমসুং শাশিং য়োনবগী থৌদোক্তসু হায়রিব পথাপ অসি শিজিন্ন-খিরম্মী। রাজকীয় ফার্ম পুম্নমক্তা তেংবানবা য়ুনিট শেমগৎপা য়াম্না মরু ওইদবা রাফম নত্তে। মফম অসিদা অঙকপা কিভম অম ওইরক্লম্মী। লমহলনা হৌরকপা মতম অদু ফাওবদা অসিগুম্বা য়ুনিটশিংগী মশীং তারক্লুনা মরি থোকপদা মরৈখিরম্মী। ইশাগী অচৌবা যোজনা অমসুং অতোপ্পা পরিযোজনা (প্রিপ্লান) শিংগী মরক্তা মীশিংনা হান্না মরু ওইদবনি হায়না খনবা পোৎশিং থাদোক্লম্মী।

মফম অসিদা মশীং থিঙমদবা থবক খরদি পাংথোক্লুনা উৎখরে। "করিসু লৈতবা" পোৎ খরা অসি মখাদা পিরিবা শক্তম অসিদা উংলি; তেংবাংল্লবা লৌফাৎ শম্বীগী মশীংদা ১২.০০০ গী, য়াওনা ১,০০.০০০ হুম্বরম্মী, খোংদ্রুম, মাইরেল হেক্টর ৩,৭০০ গী লৌরোক, মনা মশীংনা ৫,০০০ পোথোক অমসুং আলুনা হেক্টর ১১,০০০ গী পোথোক মসি কদাইদনো করম্না স্বাই মাংখিরম্মী। দেশ হৌজিক অরাবা খুদোংখিবা মতমদা লেল্লম্মী। অতুদসু অসুম্না ঐখোয় হায়নিংঙাই লৈতনা পোথোক্কী অমাংবা মাংওইনরম্মী। অথুবা পান্বে দরকার ওইরম্মী। তেংবাংবা য়ুনিট্রশিংগী পুকৈ অমসুং লম য়েম্থোক্লম্মী, শঙোম থোকপা শা-যন থারম্মী, অরুম্বা য়ুম অমসুং য়েম্বী য়োক্তবা সাথবানে (তিরপান) থল্লে, অথোৎপা উহৈগী হৈক্কোল শেরলে হায়রি পুম্নমক্কী পোথোক অসি রাজকীয় ফার্মশিংগী থৌরাংদা হাপচল্লে অমসুং মসি পুম্নমক অসি

ঐহাক মহাক্কা লোয়মন। মকম অতুগী তুকান অমদা চৎলে। মকম অতুদা থুম থাও কংলমদে। মুপী অমসু মথাদা মচা অমা পমলতুনা মশাগী অরাৰা মতৌন্দগী তাদনা নিংবা কাইবগী রাকম তাংহল্লন্মী।

"কমরেড ব্রেঝনেব, শঙ্গোমকংত্রা কংদা সুজী কংত্রা কংদা। ঐখোয়দা অমুক্তা হায়বিয়ু, অদোম্না খঙবদা অঙাংশিংসিগী মবুক অসি করম্না থমগনি! অদোমগী ইচাদি শোইদনা লৈরমগনি। অদোম মপা অমনি, মরম অসিনা অদোম ঐখোয়গী ইতং পাংবিয়ু।"

ঐনা শিম্মীশিংগী তেংবা ওইরিবা মীহুৎশিনবগা উন্নবা হায়রম্মী। মহাক্কা মিংকুপ্পা লাওথোক্লম্মী। মহুদি সুজী লোইখিবা স্থপগী নোংমতা মঙাইরি। ভৌইগুম্বসুং কিখি-কিকম তৌবা মিংয়েংনা তাকপদি মহাক মীনম্বা ঙাংলি হায়বসিনি। ঐমা মুপী অতুদা রাশক্লম্মী মতুদি ঐহাক্কা পংসারী ঙাচেং থুমচেং কংদবগী মরম য়েংগনি। ভৌইগুম্বসুং ঐহাক রাকম অসিগী হাইনিংঙাই লৈতনা ঙক্লম্মী মতুদি শঙ্গোম রাৎপগী। মতম অতুদা ঐখোয় স্তেপ্যাককা লোয়ননা অরাম্বা রাজকীয় ফার্মশিংদা মখোয়গী শিম্মীশিং অতুমীদমক্তা শা-শন মথোং মরি পানবা পিবা লোইখিরম্মী। মতুগী মতুংথরেং ওইনা য়োকপা পায়ম্মী। ঐনা হিরম অসিদা রিপোর্ট তাল্লম্মী মতুদি শনরী কয়া, ওক, শগোল অমসুং য়েনবী অতুনা কমা কর্নারা য়েস্বোকখিরম্বা, অতুবু রাকম অতু মকম অতুদা অতুম তোকখিরম্মী। ভৌইগুম্বসুং মতম অতুদা ঐহাক্কা ফার্ম তুর চৎলিঙৈদা মীয়ামা ঐবু থুদোল হুরাও তয়ান্না শঙ তান্না পুরম্মী অমসুং ঐখোয় হিরম ময়াম অসিদা য়ারী শান্নবা কমথরম্মী।

"অদোমগী তেংবাংলিবা ফার্মশিংদা যনবী কয়া লৈবগে?"

" চাওরাক্না য়াথে।"

" অহু ওইরবদি মতিক চানা শঙ্গোম ফংলমগনি।"

" আশাদি মসি তৌবা য়াই। মখোয় অহু মফম অসিদগী বস্ত হুমফু লাপ্পদা থমখিরম্মী, মখোয় মফম অহুদা শনজেলকুংদা শেন্নরা থমখিরম্মী।"

মতম অসি ফাওবদা মখোয় থৌবুরেন্না কোবালেঙ্গোবু থিবা চংলুরম্মী। মহাক চেন্নলক্লুনা লাক্লম্মী অমস্তুং থূনমক য়াকংলম্মী।

" য়াম্না অকিবা ফিভমদা লৈ, লিয়োনিদ ইল্যাচ! ঐহাক মুপী অমখকপু থেয় খোংলহুনা শঙ্গোম শুম্মু হায়বা য়াহনবা শুমলে। মফম অহুদা কনামত্তুনা শঙ্গোম শুম্মু হায়বা য়াদে।"

" শঙ্গেলবুংদা লৈরিবৈদা মখোয়গী শঙ্গোম শুবা য়াদবয়া?"

" অহুম্না মাল্লি।"

" অদোম মসি করিমত্তা থনবীদ্রা। মহুদি অণ্ডাংশিং শঙ্গোম ফংদনা লৈরমগনি হায়বসি। অহুগা শনবীশিংস্তু কয়াদা অমাংবা ওইরিগবা?"

" করিস্তু থনবীদে হায়বা?" ঐদি কিজরি। ঐনা ফিরি মহুদি কেশকা তৌরকদ্রা হায়না! তৌইগুমস্তুং য়াখল থনবীরুগনু। ঐনা মসি থৌরাং তৌগনি .... ঐহাক্না চিঠি অমা উক্রাইন থাখ্রবনি। ঐনা মুপী মচা থরবু মফম অসিদা লাক্লবা অমস্তুং মতেং পিহুনা ঐখোয়বু কম্নরা য়ার্জন তৌবিবনি।"

মসি তাকচুরম্মী মহুদি মখোয়গী করি মতলো। অহুগা ঐহাক মুপী মুয়ামদা ওনশিল্লম্মী।

" অদোম করিগী মতেং পাংবা পামত্রিবনো? অদোম উরিবনি মহুদি কিভম করিনো?"

"ঐখোয়না অঙাংশিংগী করি তৌগনি ?" মখোয় না লাওনা কপ্পমই, "ঐখোয় পুন্নমক্না ইমুং মচুং লৈ, অঙাংশিং লৈ।"

"লৌমিসিং ঐখোয় থাশিংবু মতম খরগীদমক্তা অদোমগীদমক্তা হায়রক্লে হায়না, অদোম মখোয়বু শেন্নবা ওন্নীপদরা, মখোয় শঙ্গোম শুন্নীগদরা ?"

"চিংনবা লৈতনা, করিগী শুমদনি। ঐখোয় শুমগনি মখোয়বু অদুগা অমুক স্তেশীদা শেনগনি। অদুগা ঐখোয়গী ইপুরোইবনস্থ মখোয়গী মখোমদি শুম্না য়াগনি।"

"অদুগা, কমরেড কোয়ালেঙ্গো, অদোমগী থৌদোক অসিনা অদোম জেল চংগে থৌরাং তৌরেদবা তৌইগুম্বনসুং অদোম অসিগুম্বা ইচম চম্বা রাসি শক্তবা ওমচদ ? শনবীশিং শিন্মীশিংদা য়েন্থোকপিরো। মখোয়না শঙ্গোম মরাই শুমজরগনি অমসুং মচাশিংবু পিথকচরগনি। অদুগা মমৈশাংদা অদোম নশাগী শঙ্গোম শুম্বী মথক্তরগনি।"

"রাকম অসি কৈদৌউবেনস্থ ঐগী রাখলদা মথরমদে। ঐহাক মসিগী থৌরাং শিনগে।"

ঐহাক থৌবুরেলগা লোয়ননা খুজৈদা তুম চৎলে। ঐনা উরে মহাকি শৈগংগী থবক অশেংইবা মওংদা চৎথরম্মী। য়ুম মিংথিজমা য়ুমফম য়াওদনা নমনা শানিথৎলম্মী। ঐনা মখোয়দা রা অমা-অমি হায়রম্মী। থাজবা য়াবগী রাকম অমনা মসিনি মহুদি কোয়ালেঙ্গো, "ঐহাক মসিগী থৌরাং তৌরগে !" পাম্বৈবু হমা হমা হায়রম্মী। মহুগী মরমদগী মখোয়দা ঐগী থাজবা লৈতরে। ঐনা মখোয়বু মসি হায়রম্মী মহুদি ঐহাক হৌজিক অমুক হল্লকনি অদুগা পোৎ থুদিংমক নিংথিনা য়েংগনি। তৌইগুম্বনসু

ঐহাক্না অমুক হন্না প্রেপ্যাক ফার্মদা লাকপদদি মসি উবদা ইঙক ঙকখরে মহুদি মকম অসি ইহোং হোংলমদে! ফুকানশিং অমসুং হরাও ভয়াম্বগী য়ুমদা সরকার ওইবদগী হেন্না লৈরম্মী, তৌইগুম্বসুং মহু মমাং থাগী ল্যাকশিনখিবগী ফলনি। অতোপ্পা থৌদোকশিংদা কোরাংলেঙ্গোনা খুৎশা অমা ফাওবা লংলমদে। মীয়াম হৌজিক ফাওরা ঈশিংগী অরাংপা থেংনরি, অমুমদি মমাং থাগী খোংচৎকী মতমদা ঐনা থৌরেলদা ছায়রম্মী মহুদি ট্রেক অমদা ঈশিংগী টেঙ্কী পুন্না য়ুম য়ুম খুদিংদা ঈশিং মৌহন্নু, মসি করিস্নু লুবা রাকম নত্তে। তৌইগুম্বসুং চৈ-থাংবা খুদিংমক্কী পাওখুমদা অমুক হন্না ঐহাক্না পাম্নে অহু— "ঐহাক মহুক্কী থৌরাং তৌবিগে—" হায়রম্মী।

হৈংওম শিংজ্ঞমদে, তৌইগুম্বসুং ঐহাক মসি হায়বা পাম্বই মহুদি কোক চাওরকপী অসিগুম্না পাদৈ লৈতবা অমসুং নিংবা কাইবগী মশক ওইরম্না খুদমশিং লমহল লমদমদা তাংনা পোকপনি। ঈশাগী থৌদাংগী অতুক-মাম্না ইকাইনিংঙাই ওইবা মওংদা থওইজবা থবক তৌবশিংবু থাংবা ঙমলমদে অমসুং স্তেলিনোগ্রাদ প্রদেশিক পার্টি সমিতিগী মথংগী মপুং ফাবা অধিবেসনদা ঐহাক্না রাকম অসি কাংথোকপা তারম্মী। তুংগাইবা খুদোংচাবগী পাম্বৈশিংগী থৌরাং তৌরম্বগী অর্থদি, মীশিংগীদমক্তা থৌরাং তৌরিবা মখোয়গী নরম রাখল শনবা। মসি মতম লৈরখিবিক্তা অশেংবা লম-থুমগী কাম্লহদগী হৈনবা-থরদি লৈ। খাই পুম্নমক্কগী হেন্দুনা অসিগী নীতিগা মরী লৈনৈ, অহুগা-হাম্মরিবা রকম অসিদা অরানবা চাংনা থোক্কই। ঐখোয় ইশাগী অরানবশিংগী মকম খুদিংদা মমল চাংনা শিংবা তাক্কি আরদা মীশিংগী পুন্সিনা অমসুং শান্তি মতমদনা তৌজিক অমসুং লাম্চৎকী-ওইবা পাম্বৈশিংনা।

ঙ্কেপীবু মহিক চানা, পুন্সি পুম্বা চিংনবা অকিবা লৈতদা থংবগীদমক্তা মসি দম্বকায় ওইরম্মী মহৃদি মকম অছুগী খুজাশিংনা অসিত্তবা মীওইশিংবু থবক পুহনবা, মখোয় অহুমা হুমগী থৌরাং মপুং ফারবগী য়াবলতা থন্দবা, অহোইমত্তম লৈরিবা পোৎ ময়াম অছুগী মফমদা মথৌদাংনি থল্লিবা, মহুগা তিনশিন্নরপা মীওইবা পুন্সিগী শরুক অমা ওইরিবা। খুদমগীদমক্তা, কোম্পেতাব প্রদেশতা ঐহাক ক্রাপ্লোসা মেংয়েত্তকী অপুনবা কার্মদা য়াম্না চৎপা পাম্লমই! মসি ময়ম অসিগীদমক্তা নত্তে মকম অছুগী থবক থৌরাং য়াম্না কত্তে হুমগী মসিগীদমক্তম্নি মচাদি মখোয় অত্তকপা মহাওগী তল হোয়রম্মী। ঐনা থনবদা মহুদগী হেন্না হাওবা তল ঐনা মকম অত্তেদা মহাও তংখিদরি! মহু য়াম্না মনম হুংশিনা হাওরম্মী। মখোয়না হায়রম্মী: "ঐখোয়না শ্রেত্তকা হোয়রিত্তেদা অদোমদা লাক্লবদি মাইল অমুক লাপলিত্তেদগী মনম নম্বা ফংগনি।" ঐহাক নিংশিংলি, নোংম্না ঐনা মখোয়দগী শ্রেষ্ঠ থরা অম্না—অত্তাগী মরুপশিংদা মহাও তংম্বা অমম্ভুং মানবাই (তল, হুম ওয়োনবা) শিংজা মসি উৎয়বগীদমক্তা পিরকই হায়রম্মী মহুবা মখোয়না হোয়রিবা খুৎহৌদো মত্তৌ করমননো?

খুলশিংগী তুর চৎপদা ঐহাক্না জিংখিজবা মওংদা তৌরিবা কুহা, মওং চানা তৌরিবা থাম্নিবা উপাল উরগা হয়াওরম্মী। য়ুম হুংশিবা মীওই থয়না অমুক চেকশিনবা লৈপাম্বী অমদি উপাম্বী থায়, মহুবু উরগা ঐহাক হয়াওরম্মী, অহুগা মীওই থয়না মশাগী ময়ুমদা, তমাং অমম্ভুং খুল অপুম্বগী ফজবগী মমাংদা নিংবা কায়বা উৎলম্মী মহুদা ঐহাক ওকচাময়ম্মী।

নোংম্না ঐমা হুমিদাংদা পাখ্যোদায় প্রদেশকী মোংপোক থংবা দার্জিলিং জিলাগী খুল অমদা লৈবা (লাইবকখিবদগী ঐহাক খুলগী অমম্ভুং অপুম্বা কার্য্যগী য়াইতোংবশিংগী মখিং মহাককা লোয়নবা লৈখিবা,

কাওথোকখিরম্মী। অমুক ওস্তানা ঐহাক খুজংদা মুংশিং চাবা চংলম্মী। অহুদা য়ায়া ওরম্মী! মকম অহুদা সুপ্নগী লম্বী অনিমক্তা লৈরম্মী তৌইগুবন্নুং লম্বী অমদা য়ুম থরগী মমাংদা উপাল হৌরম্মী, অহুগা অনিশুবা লম্বীনা উপাল সুকহৌ হৌরমদে। মসি করিননো? য়াইতোংবা অহুনা ঐভোন্দা মথাদা ইরিবা য়ারী অসি লিরম্মী।

নোংমা ওয়েস্ট শহরদগী স্তেশী লমগী গবর্নররনা খুল অসি তুর তৌরম্মী। ঈহৌগী মমাংদা হৌজিক অবাং কজাখস্তানগী স্তেপী হায়রিবা লমসিগী শরক অম। ওইরম্মী। মশাগী থোংচংকী তুর অসিদা গবর্নররনা য়ুমথোং খুংমকপু য়াথং পিরম্মী মহুদি মথোয় য়ুমথোং য়ৈনা মীকোক অমগা মীকোক অমগা উ থাগদবনি। চহি অহমগী মতুংদা মহু য়েংয়বগীদমক্তা অমুক হুয়া খুজং য়েংবা লাক্লম্মী। মহুদি মহাকী য়াথং ভাক্লিবরা, ভাক্তবরা? ইনকারী তৌহনা য়েংবদা ফংলে, য়ুম থরগী মমাংদি উদি হৌই, তৌইগুবন্নুং অতোয়া য়ুমক হায়গী উ হৌদবা অহুনা মরোং মরাং ইতাক তাক্লা লৈ। মহুদা মহাক্লা য়াথং অসি পিরম্মী মহুদি খুলদা মতম অহুদগী লৈহনা লাক্লিবা মথোয় অহু য়াগী মাগী ইমুং মচুংগা লোয়ননা থোক্লক্তুনা মপালদা মযুম মত্রুম মপাদা লেপ্লরো লাও। অস্তয়া লাম্মী অমবু অরুপ্পা বকলস পানবা পেটি অমা পায়হল্লম্মী অহুগা মহাক সড়ক্তা চংলম্মী। অহুগুম্বা ইমুং মচুং অহুনা হায়া উ থাজবা মথোয় অহুবু থাগৎলম্মী অহুগা নুপামি রুবল অমম পিরম্মী, মাগী য়াথংবু লৎনবা মথোয় অহুবুনা মাগী পেট্রিনা ফুনবা য়াথং পিরে—উ থারমদবা অমমমগী খুৎযু অমমম। অহুগা চৈরাক পিবগী মতমদা গুবর্নয়না লাওরম্মী :
"বাসিলী, বকলস চাও, বকলস চাও।"

" অমস্থং মতৌ অম্থম তৌনা লম্বীশিংদা উ হৌখি " য়াইথোংবনা অরোইদবা হায়রকই, অদুগা নোক্লম্মী ।

ফাগিগী য়াদি থমখো, তৌইগুম্বস্থং মসি অরেপ্পনি মতুংদি ঐখোয়গী মতমদস্থ অনৌবা ফার্মশিংদা উ থান্নবগীদমক্তা তশেংনমক য়াম্না কন্না হোৎনহুনা লালচং অমা চংবা তঙাইফদবনি । অদুগা হৌজিক ঐখা লমহলদা চৎপ্না মতমদা খুল ইশং ইশংনা, পেদ্রেক পেদ্রেক লাওনা শংলবা উরুম লাংবা লৈকোল, মপাল শারবা সেবগী পাম্বী অমস্থং চেরা থম্বাল অভোবগী লৈপাল অমস্থং নাপু মচুগী লৈশিং, মশিং থিঙমত্রবা পুখ্রী অমস্থং পাৎশিং হৈনম লৈরম মনম নত্রবা মখোয়গী মপালদা শারিবা মুংশা অদুদা মীশিংনা লোয়বাগতা ঙা ফাবা ওম্বগী য়া লৈতে, মতুদা ঐহাক্না ওমস্কদগী লাকপা গবর্নরগী য়ারী অদু মোমোন নোকপগা নিংশিংলম্মী ।

× × ×

ঐহাক খোংচৎ য়াম্না তৌইনা চৎপা ফাম্মী, করি করিগুম্বা ঐন্দা, অয়াম্বা মতমদা, এরোপ্লেন্দা অদুগা করি করিগুম্বা খোংচৎ অমুক্তদা ঐহাক অনিক্ক তৌংবা ফাম্মী; অসিনা মতম য়াম্না লেম্মী, মতম খুদিংদা মতম কোয়রমদে । জকশিং অমদি প্রাদেশিক কেন্দ্রশিংদা অপাংবা পাড়াকশিংগী খোংচৎতা গাড়ী ঐগী হোটেলদা থবক তৌরম্মী । এরোপ্লেন অমনা ঐবু তাইহুনা লৈরবা অদু ওইরবদি মোংফদা ঐহাক ঙিলম কয়া অমাদি রাজকীয় কার্ম কয়া লেপ্পকা কোইরম্মী ।

কিএবতা এ এন—২ অমা ঐগীদমক্তা মরু ওইনা থমদুনা লৈরবনি । মতুদা মপাজন কনলবা রেডিও ট্রান্সমিটর হাপ্লম্মী অমস্থং তৌংনবা মীশিংগী চববা তরুকী সিট লৈরম্মী । অতৌপ্পা খোদোক পুম্নমক্কা মাসি থবক য়াম্না

শ.বু। শগোল গুমমই, মসি পুন্নমক খ'ই। ঐখোয় তোংবগীদম ক্রা মসি থম্লোকনিংঙাইনি। পায়লট নোংমদোম্দগী পাইথরক্কবগী পট্টা মশক থগুই অহুগা স্তেপীদা মহাক করিগুম্বা কোম, ট্রেক্টর লৈবা অমদি লব্‌ক লৈবা লালশঙ অমগী নাকলদা করিগুম্বা অমদা তাবা ঙম্মী।

প্লেনগী টেঙ্কী সেবা খুদোংচানিংঙাই শোইদনা ওই তৌইগুম্বস্নুং মসি য়াম্না চোকথহল্লি। ঐহাক অস্নুম অস্নুম হৈনরক্লম্মী, তৌইগুম্বস্নুং নোংমা ঐখোয়গী ময়াম্না পাম্নরবা ফিল্ম কুম্বা ল্যাবোব ওর্লোচা, মরীল লাদিনীল অমস্নুং নিকোলায় ক্রয় কচোব মসিদা তোংতুনা চৎপা তারম্মী। মহাক লমহলদা লৈরিবশিংদা নুংঙাইহনবা তারম্মী তৌইগুম্বস্নুং মফম অহুদা য়েংবীনব কনামক্রা লৈরমদে, মী থুদিংমক অথাপ্পা স্তেপীদা লৈরম্মী। "ঐখোয়না কুস্তানাইদা কার্যক্রম অমা উৎলম্মী" মখোয়না ঐঙোন্দা রাকৎলম্মী "ঐখোয় ইশামক লমহলদা লৈরিবশিংবু উবা পাম্মী। অদোম করিক্লম্বা চৎন্নবা পাম্বে অমা তৌতুনা ঐখোয়গী ইভে পাংবীবা ঙম্বীবরা ?"

"হোই-হোই করিগী তৌদনি ? লৈরে মসিদা ঐগী অপাইবা" ঐনা পাওথুম পিরম্মী অহুগা পামলটতা হায়রম্মী "হয়েং ঐহাক শহরদা তংতুনা লৈবা তারে, অদোম মরুপ মপাং ময়াম অসি থবক্কী মফমশিংদা অ.ুক কোইহনবীরকউ! মীশিং অহু লৈবা ভাম্না থৌরিবরো অহুগা কুমথরে।"

পায়লোটশিংনা মশানা হেক ওৎমখৈ য়াম্না হোৎনরম্মী। নোংমদা মখোয়না অনি নত্রগা ওইবা য়াই অহুরু। জিলা তাম্না পাইরমগনি। কুজম-অহু মুংশিং কল্লম্মী অমস্নুং উফুলগী মুংশিং অকিবগী মশক ওইরম্মী,

অমস্তুং অভিনেতা চোকথবুনা তিংদম্না শহরদা তম্বক্লম্মী ক্রয় কোচব মপুম থিংলবদস্থ হৌজিকস্থ মখোং খুনাল চেংনা চংলি তৌইগুম্বস্তুং মুপীশিংদি লু-ম্নাং পুমতেক তেকখরে। ঐমা মখোয়বু উরে মতুদি পায়লটবু চৈরম্মী।

" নিকোলাই, নহাক্না খরা খজিক হেক্তিনখ্রবমানে?"

" অতুদা মখোয়দি নিংভাই তৌই। অপাইবদগী মখোয় কুমথরগা কনা কুইনা পংখাগী মখাদা হিপ্তুনা লৈ, অতুদগী মখোয়গী প্রোগ্রাম লাম্হোকই অতুগা অমুক হায় ঐখোবু খরা কোয়হল্লু। য়াম্না মথোমা লৈরবা মুপীশিংনি...."

ঐনা অভিনেতাশিংবু থাগৎলম্মী অতুবু মসিমস্থ য়েংলম্মী মতুদি হৌজিক মখোয় অমুক্কী মতৌগুম্না ঐগী প্লেলরোমদা মিহৌবা মিৎয়েংনা য়েংদি য়েংক্লতেকো। অসিগুম্বা নুমিৎ কয়াস্থ য়াওরম্মী মতুদি ঐখোয় স্তেপীগী মথক্তা কোইলে লৈতুনা পুং কয়া লৈরম্মী। নোংনা পায়লটনা ঐভোন্দা হায়রম্মী:

" ঐনা য়াররদি অদোমগী মিং অসি ঐখোয়না পায়লট ওইনা ইশিল্লগে হায়না খল্লি। অদোম হৌজিক পুং চামা পাইরবনি।"

" পায়লটশিংগীদমক্তা করি জোটা লৈ?"

" চামা কুন।"

" অতু ওইরবদি হৌজিক ঐহাক পায়লট ওইবা য়াদরি।"

" মসিদি অতোপ্পা রাকম অমা লৈরি। ঐখোয় চুম্নগী পাইবা নত্রে।"

" করিনিনা চুম্নগী ওইদ্রিবদি?"

" ঐখোয়না পাইরিবসিগী অরাংবসি করিনি হায়না খনবী? মীটপ্প চামা। অতুগা কুমথম্নবগীদমক্তা পট্রী মশক খম্নবগীদমক্তা, ঐখোয় কয়াম

নেম্না পাইবা তারম্মী ? পুং অমা অসিগুম্বা মতম—ফিভমদা লৈবা অনিপা চপ মান্নে।"

ঐহাক্না অপাইবা থৌবা—কেপ্টেন নিকোনাই মোইসেয়েব, অনিশুবা পায়লট মুবিন অবিশেব ১স্থুং ফ্লাইংগা ইঞ্জিনিয়র অলেকসান্দর কুগলিকোব —য়াম্না চানলম্মী। মহাক্না মশাগী পিক্তক তোবা বিমানবু "কাং" হায়না থোল্লম্মী। মহাক কযাম য়াম্না হায়নি ভাই লৈতবা থৌনা ফবগী থবকশিংদা য়াওরম্মী। স্তেপীদা চহিদা য়াম্নবদগী য়াম্নবদা মুমিং য়াংথৈনিদা অকনবা মুংশিং শিংলমদে। মফম অতুদা পিক্রবা বিমান অসি হেক্তা নমফুল ফুল্লম্মী। অত্তুগা কংফালদস্তু মহাক পোথানিংভাই লৈরমদে : তাপ্পা কয়া অস্তুম্না লাক্লম্মী প্লেলবু পুন্দনা থংবগী দমক্তা হাপনবা লুমলবা চাওরবা ট্রক পুবা তারম্মী মতুনা মতু নোং নুংশিংতা শুজিন্দুনা অমস্তুং পুমতোই তোইদনবা। নুংশা শাগে শাও, নোং তাগে তাও, চহি চুপ্পা অমস্তুং করি করিগুম্বদা নিয়ম থুগাইহনা পাক্লবা তারম্মী। ঐখোয় মুমিং ভারবগী মতুং কাওবদা মতুদি অহিংদা তাবা, হায়বসিদি এ এন—২ গী দমক্তা শুকয়া য়াদবনি। তোইগুম্বস্তুং ঐখোয়গী খৌদাকশিংগী নিয়মশিংগা তালমেল চানদে। ঐগা মতম খুদিংদা লোয়নরবা মরুপ মশাগী শিনফমদদি য়াম্না হৈ শিংই হায়না ঐনা খল্লম্মী।

মতম অতুদা অয়াম্বা ফ্লেল থৌরনা ( হন্নারাজ ) য়াম্না খোংজেল য়াংনা ১স্থুং শাংনা পাইবা জেট প্লেন শিংগী মতৌগুম্না পায়রগী মং মংই অতুগা ওইবা য়াই : ঐগী পায়লটশিংনস্তু অস্তুম্না রাখল থনবা। তোইগুম্বস্তুং মসিগী কমিগুম্বা ভাপ্পাদি লাকথিদে। মখোয় অতোপ্পা থবক কয়া লৈ অমস্তুং মখোয় মখৌ মশক খঙনা তপ্পা পায়। ঐনা মখোয়বু সুপ্পী নোংমা অমুক্তং য়াম্না

মর্গ্গাই মুংঙাইননা, চাওরাক্লা কিখি কিরুক উরম্মী। অচুগ. ঐনা হায়রিবসি অরানবা নত্তে, মসি থোক্লিবসি তামান জিলাগী রাজকীয় ফার্মদনি। ঐখোয় অথাপ্পা ল.কশিংগী থবক শুফম কাংলুপ তমনা খোংশানলম্মী। মে থানি অমসুং নাপী শংনা হৌরম্মী। লৈচিন নোংফাই থাংলমদে অমসুং মখাদা ঐখোয়গীদমক্তা স্তেপী তলগী মতৌশুম্না লৈতেন মান্না শন্দোক্লম্মী। প্লেল তাফম থিংদা করিগুম্বা খুদোং থিবা অমত্তা লৈরমদে। ঐখোয় করিমত্তা মাদা তারে হায়বসি ঐঙোন্দা ফাওরম্মী। তৌইশুম্সুং ইঙ্কিক হেক খাম্নগা, অহানবা পায়লটনা অয়াম্বা মতমদা ঐনা কুমবা মতুংদা প্লেনদগী থোক্লকপা, য়ক ব-য়ক " ঐবু ঙাকপিয়ু " হায়রহুনা মপাল থোকপা থোংদা অয়াম্বা মতমদা চোংথোক্লম্মী।

ঐহাক মাগী মতুং ইন্না চৎলম্মী অদুদা উরে, মহাক নাপীদা চাকা লিকথুলগী মতুং ইন্দুনা ইথক থকংনা লাক্লম্মী। মহাক করিগুম্বা থরা থিরম্মী মমৈথংদা মহাক লেপ্লে, অমসুং মথুং হাইরহুনা মনাক্তা থবক তৌরিবা ট্রেক্টর থৌবশিংবু লাওনা লাওনা কৌরম্মী। মফম অদুদা মীয়াম পুনলে। ঐহাকসু মহুদা য়াওরে অম.দ শাওনা মোইসেরেবনা হায়বম্মী ঃ মসি য়েংউ!

ঐখোয়গী ওইথংবা চাকানা তারিবা লিকলমদা মীটর তংখাইমুক থাম্নদা 'নাপী মথক্তা হৈয়োে অম্না তাহুনা লৈরম্মী। মহুগীময়াদো মথকলোম্নদা ওল্লম্মী মহুবু অতিয়াদগী কনামত্তনা উবা ফংলমদে অমসুং মাইসেরেবমা প্লেল লৈমাইদা শোক্লবা মতমদা মুম্না য়েংশিল্লম্মী। :মসিনা লাইবক থিরবদি মান্না খুদোং থিনিংঙাই ওইবা থোদোক থোক্লিংঙাইদ্রি। প্লেল থৌবনা কাংলুপ অহুগী লুচিংবা অমসুং ট্রেক্টর থৌবশিংনা খুক্তুম্না

পাক পাক থাগে তৌরম্মী, ঐনা মহাকপু কয়া ব্রানা থাম্লম্মী। তশেংনমক মখোয়গী দমক্তা মসি খঙবা লুরমদে মতুদি মরু ওইনা হায়রিবা লবুক অতুদা প্লেল তাগদৌরি, অতুবু হৈরোগী থবক লোইরবদি মফম চানা থম্লনফম থোকই, মফম অতুদা অতুম হুন্দোকফম থোক্তেদনা। মসি অসিগুম্বা খুদোংথিবগী থৌদোক অমনি মসিনা তাকপদি থবক নিংথিনা শিন্দবা অমদি য়েংশিন্দবগী মরম মতম লৈবখিবিক্ত: মরাল লৈবগী খোংফমদা খোং থাংজিনলবনি।

কজাখস্তান্দগী খোংশাল্লবা মতমদা ঐনা সিমানগী কেপ্তেদগী বিদায় লৌরদুনা হায়রম্মী, মহাক্না ঐঙোন্দা হায়রম্মী মতুদি মহাক চহি অনমুক্তগী ঐগা লোয়নন, স্তেপীগী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা ৪৮০ রক প্লেল তাখ্রব ন। মহাক্না ব্রাকমসি য়াম্না নাপলগা লোয়ননা হায়রম্মী অতুবু শিনফম নাইবা প্লেল থৌবা অমগী মওংদা মাগী ব্রাখলশিংবু ঐহাক খঙলম্মী। চিং লেম্লবা পায়লট অসিগী হৈশিংবা খঙবা ওইনা ঐহাক্না সোভিয়েত সঙ্ঘগী কমুনিষ্ট পার্টিগী শিনরেম্বগী মওংদা মতুংদা লমহল লমদমদা লাক্লবদা ঐনা নিকোলাই গ্রিগোরিয়েবিচ মোইসেয়েবকা লোয়ননক প্লেল তোংলম্মী।

অতুদগীদি ঐখোয়গী পরিযোজনা শিনথুংনা মৈ হৌরম্মী। ঐহাক ইতৎ তত্তনা টূর চৎলম্মী। খজিক মতম ফংবদা ঐহাক খপ খপ চিংলম্মী, অফংবা খরা চারম্মী। নোংমা স্তেলনোগ্রাদতা ঐহাক নারে। ঐহাক্না জ্ঞান তারকপদদি ঐহাক ষ্টেচর অমদা লৈরম্মী মসিগী মমাংদা অমুকস্তু ঐহাক ব্রাম্ভুনা সেনীপলাতিংস্কদগী অল্লা—অতাদা পুরম্মী। ঐহাকপু ডাক্টরশিংদগী থৈদোক্তুনা হোষ্টপীটালদা থম্লবা হোৎনত্নুনা লৈরম্মী, য়ুম্মদা

পোখাহুনা লৈগদম্বা ঐবু। ঐহাক তাং তৌরগা হোসপীট্টালদ। লৈগদবদগী কলহোৱে। অমুক্তং অদোম্না ঐবু থেংনবা থোক্লবদি মতম খুদিংগী ওইনা থমগনি। তৌইগুম্বসুং অশেংবা ফিভমদি ঐহাক নানবগী মতম শংদে। লমহলদা অনৌবা পরিয়োজনা কয়া অমসুং সমস্যা কয়া থোর্কজিল্লম্মী। মহু অরুবা, করি করম্বা মথোং ময়ম খণ্ডবা অমসুং মতম খুদিংদা মৈচ্ঠাংগী থবক ঙাক্লবি।

চাক্লী ময়মদা লাম্হেংনবা অরেপ্পা থোংচংদা থোং থাংজিল্লম্মী।

— ১১ —

ঐহাক্না লমহুলগা ময়ী লৈন্নবা ইশাগী লৌউ-টেক্লীক্কী নিয়মগী তেস্তকপা কয়াং অমা য়াংথোকচবা পামজৈ। ঐখোয়না তৌবা থবক্তা সুমলানমক লানবা য়াওদ্রবরা? নত্তে, ঐহাক অসুম্না হায়বা ঙমদে। ঐখোয়না খণ্ডদ্রবরা মহুদি ঐখোয় মরু ওইনা খুদোং খিবনা থল্লবা লৌউগী মফমদা থোং থাংজিন্নরা তেমশিল্লিবনি? হোই, ঐখোয় খণ্ডই, অদুগা ঐখোয় মহুগীদমক্তা খুট শেল্লিবনি। ঐখোয়না অখণ্ড অহৈশিংনা চেকশিল্লু হায়বা তাদরা হায়গনি মহুদি পাক শন্না খোইরবদি স্তেপী রেগিস্তান ওনগনি? হোই, ঐখোয় তাই অদুগা পুক্লিং চংনা তাই। শম্নপ্পা লমহলগা ময়ি লৈন্নবা পার্টিগী লৌউ-শিংউগী টেক্লিক্কী নিয়ম মসিনি মহুদি স্তেপীগী থাইনগী মহৌশাদগী লৈজরম্বদা মং.ওইবনা খুৎ খিংজিনবা য়াদে তৌহৈদে হায়রবদি য়ামদ্রবদা অদুম থম্না, চাথোক্লী লবুকশিংগী ফবদগী ফবা পথাপ পরিং থম্না, অমসুং অদুগা মহৈ ময়োং থাম্নবগী নিয়ম চাওখৎহনবা নোং তাদবা মতমগী অরাবা নংবা ইলাকাদা মপুং ফানা চাশিন্নবা য়াবা। তৌইগুম্বসুং মরু ওইবা মওংদা মসিগী করি মওং ওইগনি, মসি ঐখোয় হৌরক্পদা খুঙসু খণ্ডদে অদুগা খণ্ডরসু ঙম্নদে।

মসি য়াম্না ফবা নোংপোক্কী পাওরোনি : "থেঙ্গুদসু শিংনা শিংনা পনস্থংফম য়োই।" ঈহোগী মমাং খরদা লেনিননা ইরম্মী :

"রুশী শিন্মী কাংলুপ মশাগী ঈহোগী হৌরকপদগী মশাগী মনিং মথা তম্বা ফংগনি অতুগা ইউরোপ্তা শাফু পিরগনি, মতুদা অরানবা অশোইবা ক্রয়ামুক্কা থল্লবদসু— অতুগা কুপমংভুকশিংনা মশাগী ঈহোগী লেংদবা অমাং অতা লৈরোইদবা অতুদা নাপল ত্তৌজরি।"

লেংদবা অমাং অতা লৈতবা হায়রিবা অসি কয়াদা চান্নরবা পাম্বেনো। মহৌশা খুংশেমগী পুকৈবু শোকলুদনা থাদোকপা তাইবংসিদা কয়াদা খ্বাইদগী অকায়বা থবক্লো। মসিদগী হেন্না অরানরগী রাফম অমমুক লৈররোই। অতুবু ঐখোয়না মীওইবগী লৌশিং পাঙ্গলনা অচেৎপা উইল অমগা লোয়ননা মখোয় থায়নগী স্তেপী লমদমদা খোংদারম্মী। ঐখোয়না চেংনা থাজে মতুদি রাষ্ট্রগীদমক্তা অসুক্কী মতিক মরু ওইবনা থল্লবা হায়রিবা মপাল নাইত্রবা পরিযোজনাসিগী চৈন্নক অসিদা ঐখোয়না লৈহাও লেংদনা থম্মবগী পাম্বে থিগনি অমসুং মসিগী অনৌবা পাম্বে হৌবদগী থিরম্মী।

ঐখোয়না য়াম্না থুনা মরু হুনবা হৌদ্রিভৈগী অহানবা বসন্তগী খোইবা থিংজিল্লে। মরু ওইনা ঐখোয়গী নাক্তা সে. জুন অমসুং শরদকী খোইবা উকাইতকপা তৌরম্মী। ঐখোয়না হবারোক প্রান্তশিংদা থাগী থবক চথরম্মী, উল লিতুনা থম্মবগী থৌরাং তৌরম্মী অমসুং রাফম অসি চেংনা শিন্দুনা থম্মে মতুদি অতুথক্তা মতকপা পুক্কিংনা লুম্বদা। শমল্লনা হায়রবদা, ঐখোয়না নোং ভাদবগী খুদোংথিবা লৈরবা স্তেপী লমদা লৌউবদা মরু ওইরা অবারা ওইরিবা— লৈপাক চোংহন্দুনা নিংথিজন্না

থম্নবগী সমস্তা—বু কোক্লবগীদমক্তা হেক ওন্থমথৈ হোংনরম্মী। ঐখোয়না থান্নবগী থৌরম পরেং লেপ্লে, অস্নুমদি মসি তরাই তরাইবা সমস্যা সুকই ওইরে। ওসি লমহলদা মে থাগী ময়াইগী অহানবদা থাবা য়ারমদে। হৌজিক মসি অহানবা পাম্বে ওইনা লৌগনি। তৌইগুম্বসুং মতম অসি। মফম খরদা মীশিংনা অসিগুম্বা পাওরোবু হন্না হন্না হায়রম্মী মতুদি—"লৈখোমদা হুল্লু অতুগা নিংডাইদনা লৈথোকউ" অতুগা হৈ-শিংবা খরনসু মসি তোইনা হায়জিল্লমী। মতুদি লমহলদা থুনমক হুনবগী থবক চথরি।

মরম অসিনা অতোপ্পা মিংয়েং অমসু লৈশিল্লকই, অতুগা অহানবা চহিগী অনুভবনসু মসি তশেংনা তাক্লে মতুদি মে থাদা লৌফম্নবু নিংথিজনা পোথোক ফংই। মরমদি করি ওইগনি— লৈপাক্কী অনৌ অনৌবা জীবনী শক্তি তমদি থেংনা হুনবা? ১৯৫৫ দা থেংনা মশাং থিওমদনা হুল্লম্মী মতুনা করিদি ওইরে, মখোয় শাথিবা মওংগী ঈকং খাংলম্মী। মতুনা করি তৌরে হায়বদ সমস্যা কোক্লে অতুগদি মরৈ য়েংনহুনা লৈরে। মমাংডৈগী মতমগী মরাল য়াও হায়বসিসু মরু ওইনা লুরম্মী। ক্রাশ্নোআমেংএস্ত অপুনবা ফার্মগী কাংলুপ অতুগী লুচিংবা নিকোলায়েবনা মহাক্না ঐবু য়াম্না হাওবা ব্রেড মহাও তহল্লম্বা, থৌদোকসিদা ঐখোয় য়েংনবা মখাদা ইরিবা রাস্তাংগা লোয়ননা লোইশিল্লম্মী:

"ঐখোয় মরমসিগীদমক্তা হোংনরগনি, তৌইগুম্বসুং অদোম খওলোই মদুদ ঐখোয়গী মীশিংবু খামহুনা থম্বা অরুবা ওইগনি। মখোয়না হেক উবগা মতুদি লবুক্তা হৈরো থোবা য়াই, মখোয় চেনলক্নুনা হুনবা হেক্তা হোই! মখোয় মসি হৈনরবনি।"

লোয়নননমক ১৯৫৬ কী বসন্ত ফাওবদা অনৌবা কার্ম ময়ামদা থুনমক হুনবা মতৌ অতুম্না সুপ্পগী চুয়গীদি চৎনবা ওইদবা হায়গী অথেংবদা থাবা ওইনা লৌম্নে। তৌইগুম্বসুং থায়নগী চৎনবী হৈনবী হৌ্ কুম্ নমতুনা অতুম ময়াই চেল্লি। এসোল জিলা পার্টি সমিতিগী অহানবা শিনরেপ্পা অনাতোলী রোদিয়োনোবিচনা, মহাক অসি নিংখিজবা লাংজে অনম্নু ওইরিবা, অতুগা লমহলদা সমাজবাদী শ্রমবীর ওইনা লাক্লে, নোংমা মাম্বোদা ঐঙোন্দা মসি তাক্লম্মী মতুদি মতৌ করম তৌনা মহাক্কী জিলাগী থৌবুরেলশিংগী মতুংদা অমনা মসি ফাওবদম্নু পোৎ থাবগী অনৌবা থৌরম পরেংবু থওইরমহে।

"অতুগা অদোম্না খনবীবা রাখলদা নশাবু মাগী চাওখৎপদা অচাওরম কানিংবা মসি কনানো?" নিকুলিননা রাজকীয় কার্মগী থৌবুরেলগী মমিং পনলম্মী। "ঐখোয়না হৌজিক মেগী পাংথোক্কদবা মুমিং ফাওবা পাংথোক-লমদে! অতুগা ইখং খংহৌদনা মসিনা "চেম্পিয়ন" মার্চ হায়রহুনা চংলক্লম্মী, 'কমরেড শিনরেপ্পা, কার্মনা পোৎ থাবা লোইরে' অমসুং মহাক্না সলামী তৌরদুনা অমম্নুং বুট থিল্লম্মী। ঐদি ইশাগী চৌকিদগী চোংথরম্মী: 'নহাক্না পুমাং মাংহললে। নহাক্না অমুক তহারিবা কবিগীনো?' মহাক্না হায়রকই 'মরম অসিগীনি মতুদি ঐহাক জিলাদা মকোক ওইবা পামই!' 'কৈ, মনাক্না পোথোক থোক্লবগী মহৈ মরোং লৈরমলোই! ঐনা মডোল্দা হায়রম্মী।

মহৈ মরোং অমমুক লৈতে। জিলাদা পোথোক ময়াই ওইবা চাংতা সেপ্টেম্বর ১৬ খুদিংগী হেক্টর থোক্লি। অনৌবা লম্বী থুংপসিনা সুপ্পগী সেপ্টেম্বর ৬ কী পোথোক ফংই। হায়রিবা থৌদোকসি য়াম্না হাম্না থোক্লম্মী।

অমস্যুং মতাংসিগী মতুংদা থৌবুরেম্বা অহুগী থবক্কী বেকর্ড য়াম্না ফরম্মী, অহুনা মরম অসিদগী মাগী মমিং পল্লরবনি। তৌইগুম্বস্যুং তৌখ্রবা থবক্কী রিপোর্ট পিবা অমস্যুং তশেংনমক মহুগী মপুং ফানা তৌবদা মকোক ওইম্নবগী হোৎনবগী হৈনবী কোকহনবা য়াম্নমক লুবনি, মফম অহুনা তুংদা নাপী ডাক্তা হৌরক্লবস্যু। অহুগা করি করিগুম্বদা হৌস্যু হৌরমদে।

তৌইগুম্বস্যুং মসিদগী হেন্না কস্তবা য়াস্যু ওইবা য়াই। করি করিগুম্বদা মীশিংনা নিংখিজনা খোইবস্যু য়াওই অমস্যুং থাবস্যু পথাপ পবিং মতুং ইন্না তৌই, অহুবু মমৈখংদা, লৌ লোকপা, হোনবা, পৈশিনবদা চাওবাক্লা অমা থোকপগী অহুমগী পোথোক্তি মাংই। ঙসি লৌমীগী থবক্তা অমাংববু থিংবা য়াম্না দায়ত্ব চাওই। লেপ্পমক মসি তশেংবনি মহুদি খরা থোক্রিবা অহু লৈহৌনবপীদমক্তা মহুগী পোথোক হান্নগী চাংদগী প্ল্যাঙ্গল অমস্যুং লগী দরকার ওই। মরম অসিনা নিংলিবসিগী মপুং ফাবনা য়াম্না কান্নবা ওইগনি, হায়রিবা থবক ওম্বা অসি পার্টিগী সমিতিগী মওং চাননিনি, অমস্যুং খ্বাইদগী হেনবা অমনা মীয়াম প্রজাগী য়াইফবদনি।

ঐগী পুক্নিংদা মখোয় অহুওম্বপীদমক্তা মরু ওইনা ইকাইখুম্নবা থমই মহুদি নিলদা, লাংদনা, মতম লৈবখিবিক্তা নিংলিবা অরোইবা অহুবু পুক্নিংদা থম্নহনা, ঈংনা ওম্বা লৌমী শিনফমগী মশাগী লবুক্তা মাংদা চংখংলম্মী। লৌমী শিনফমগী অসিগুম্বা লোনচৎ কয়া লৈ মতুমা লমহুলদা অমুক হন্না রাখল থনবা তারম্মী। খুদম ওইনা, ঐখোয়গীদমক্তা মসি খঙবা অহুক্কী মতিক মরু ওইরম্মী। মহুদি লুনা পোৎথাবা অহুগা মসি খঙবা তারম্মী মহুদি করম্বা মতমদা থাগদৌরিবনো। অসুম্না কাইনখংদা তাকচরম্মী মহুদি কোকচেতোব প্রদেশনা ১৯৫৫ গী ঈকংগী অতোপ্পশিংদগী

হেন্না মায়োর রন্মী, মহু করিগুম্বা খংহৌদনা থোকপা নত্তে। হুনবগী মতমদা জ্যানোব রাজকীয় ফার্মগী খোংচৎ অমদা ঐনা পুক্লিং চংলম্মী মহুদি পোৎশিংবু ইচম চমদবা মওংদা লুনা থারি। প্রাদেশিক পার্টিগী শিনরেম্বা এন, জী, য়োগিনেস্তনা অমুক হন্না "করিস্তু লৈতবা রা" হায়না শেংদোক্লম্মী।

ঐখোয়গী লৌউ পার্টিশিংনা হায় মহুদি লমহলগী নিয়মশিংগী মতুং ইন্না মক্লশিংবু অহুম নত্রগা মরিগী সেন্টিমীটর লুবদা থাগদবা নত্তে, হুম্লগী ৬ নত্রগা ৮ ফাওবগী সেন্টিমীটর লুবদা থাবা ফে।

"অস্তুক য়াম্লা লুবদি মীশিংনা চুজাক থাম্লে।"

"লাইবক থিবদগী লৌউবশিংগী মক্লিং নিংশিংদরে তৌইগুম্বস্নুং মহাক্লা শেংদোক্লম্বা রাফম ঐহাক নিংশিংল।"

"তাবিয়ু, লিয়োনিদ ইল্যীচ, ঐনা হৌখিবা চহিদা অস্তুক লুনা মমুৎ তানা খোইরগা পোৎ থারম্মী অমগা অমগা য়েংছুনা চাংদম্নবগী রা লৈত্তে হায়রিবসি ইচম চর্ম্বনি। হায়রিবা লমদম অসিগী লৈপাক অসিগী লৈরোল থূংনা কংই অমসুং মসিগী হান্না পাম্বীনা মরা তাদ্রিভৈদ্র, লৈপাক লৈত্রক চৎলকই অমসুং মহুদগী মচেৎ মচেৎ তাই। ঐখোয়গী পোথারোন্দা মরা নিংথিনা তাম্নবগী অমসুং মখা লৈখাগী অচোংপবু চিংশিনবগী তাজা কংলম্মী, অহুগা মতম অহুদা মখোয়গী মতেং ওইনবগী- দমক্লা লোং চুরকই।"

ঐহাক্লা থাবগী অনৌবা নিয়মবু হুমিং নিনি চুপ্পা য়েংন লৈরম্মী। জ্যানোব ফার্মদগী লৌউ পণ্ডিৎ মহাকা অমসুং ঐহাকা বিমানদা চেনিগোব

ফার্ম অমসুং অতোপ্পা রাজকীয় ফার্মশিংদা চংলম্মী। ঐখোয়না হুরক্পী ফন্তবশিং অদু মমুংদা লুপহল্লে, অমোংপা ফন্তবশিংগী পারেং পারেং লোয়ন লোয়ননা লেংলি লেংলি চংহনখি অমসুং মসি খণ্ডনবগীদমক্তা মহুৎ দ মক্তশিং কয়া লুনা থাবা য়াগদগে, কয়ারক রেংবগে হায়বদা লৈপাক্তা খুংশা অমুম অমুম লুপশিন্দুনা থম্বগী চাকংলক্লে। অদুগা ম'স অশেংবনি। মহুদি অকংবা মুংশিংনা শিংলক্লবা অদুদা হায়রিবা ফার্মশিংগী পান্থৌসি খ্বাইদগী মতম কুইনা অতৈপা রেংনরুরগা শাংনা লৈমবগী - রাথাংনববা মুংশানা চাকথেক্লবা দেশীগী মরক্তা অশংবা দ্বীপকুয়া। অদুমুমক মসি য়াম্না কান্নবা লৌশিং শিংবগী থবক্নি। হৌজিক অতোপ্পা মফমশিংদগী তোঙান্না লমহলদা মন্না সেন্টিমীটর ৮ লুবদা থাম্নরে। মসি পাকত্তুনা চংনব নিয়ম ওইরে।

মতৌ অসুম্না ঐখোয়না অমমম ওইনা ফো মনবগী মতৌগুম্না অনুভব তাশিল্লে। তৌইগুম্বসুং মহে য়ামবগী মরমদা অনৌবা অর্থাবা লোৎশিন্দুনা লৈরম্মী। মুংশিংনা লৈপাক ফক্তবগী মরমদা অখণ্ড অহেশিংনা ভবিষ্যবানী তৌবা চুম্লে।

ঐহাক নিংশিংলি মহুদি মতৌ করম্না পাবোসানর প্রদেশ জিলা পার্টিগী শিনরেম্বশিং ডী, এ, অসানোব অমসুং আই, এফ, কুনেংরেব্বা লোয়নবা ঐহাক্না পুম্নমক্তগী হায়া থুগাই খোগাইবা লবুক ময়াম লাম্বোকুনা অমসুং লম্বীশিংদা লৈত্তোই মপে থোমজিল্লকপা উরম্মী। মসি তশেংনমক " অমুবা নোংমৈ মুংশিংনি " ওইরম্মী মসিদা মুংশা খর হোনবা লুরম্মী অমসুং মহুগী মতুংদা শেম্বাং কাকথুর হোগংলকই

মসি পুম্নমক্তগী ঐহাক কুর্গান প্রদেশক্তা চংনবা অমসুং জাবেত্তী লোনিনগী অপুনবা কার্মদা টী, এস, ম্যালস্তেবগা উত্তাংলম্মী। তেরেংগী

সেম্যোনোবিচনা ঐখোয়বু গেহুগী নিংথিরবা পাঙ্খে খরা উহন্নরম্মী, মহুগী মরক্তা শেম্বাংকাকথুমকা য়াওনমদে, অতুগা মসিগী মরমদা মশাগী ব্রারী অসি তাহল্লম্মী। মুপা অসিগী মনাক্তা চহি কয়াগী অনুভব, শায়াম থেংনবদগী লৌশিং অমসুং লৈপাক্তা মপুক্কিং লুপচবা লৈ। মহু শম্নপা, সুত্রগী মওংদা হায়রকই।

"খোইহুনা মৈকুপ তাহনবা হায়বসি স্তেপীগী লবুক্তা মমক্. য়াম্না চাওরবা মৈরুবান। ঐগী মওং অসি অদোমগী লবুক্তা চাং য়েংবদা মতিক চাবনি। তৌইগুম্বসুং ওইবা য়াই, অদোম করিগুম্বা অফবা হকচিনবা অমসুং অতোপ্পা মশোবা পোৎ অমা পুথোকরপা কয়াস্থ।"

"লৌওনগী চাংশি খরা হুম্বরগা য়ামদনা থম্বীয়ু।" লমহুমবু খোইবিয়ু অহুগা হেক ম্নাকমখে মসি ম্নামদনা মোনবদোনা।"

"লৌশিং—মসি স্তেপীগী লৌউবদা মরু ওইবা পোৎনি। অহুগা অদোমগী লমহুল খোইবা থাবা হেক তৌত্রিবা অদোম মহৈ মরোং কংবগী ব্রা লৈতে।"

"শেম্বাং কাকথুম হেক্তা হুপ্পা হৌগৎলকনি মহুদি আশাম্নরু তৌনিংঙাইনি। মফম খরশিংদা হৌজিকস্থ গেহুগা লোয়ননা জঙ্গলী জই (যব) য়ানশিল্লক্লি। মমৈথংদা মখোয় লম জই লোক্লগনি মহুদা গেহু খরস্থ য়াওগনি। মহুলগী মী খরদি মশানা মিপাইরগনি। মখোয়না হায়, লম জই থাংবা মহুদি করি অমুক হায়রগনি? তৌইগুম্বসুং অদোম্না থওইবস্থ মতাই, শেম্বাং কাকথুম য়াম্না লৌবা পোৎনি। মসি মরক মরাগী লৌমীগীদি মুৎলোই। হৌই, মসি অফবা ব্রানি মহুদি অদোম থেংনা হুনবা। অদোম্না ঙাইবীগদবা, অমনা লম যব হায়া মপুং কানা চোহনবীগদবনি।

অহুদগী কোইছুনা মাংহনবীক্লো অহুগী মতুংদগী অদোম থানিংবা থাবা য়ারে। মহুগীদমক্তা য়াম্না শরৈ কনবা তাই। মহৈ মরোং লোকপা হায়বসি অশোনবগী থবক নত্তে।

ঐ মিং পাংলে। তৌইগুরস্নু পারিবশিংনা ঐঙোন্দা হংগনি মহুদি ফিভম অসি য়োনবা থবকী রাফমসি অস্নুক থুনা লমহৌদা করিগী শন্দোক-ত্রিবনো? ঐগী পাওথুয়া মসিনি লৈবাকী রাফম অসি শেম্বাংকাকথুম্নদগী হেন্না য়েক্লবা অমা লৈ, অমস্নুং য়েক্লরিবা অহুদি মসিনি, পুম্নমক্কী হায়জিল্লক্রিবা "রিকোমেণ্টশিং"। অসিগুম্বা "রিকোমেণ্টশিং" তৌরকপশিংগী মশিং য়্রামথরে অহুগা মখোয় অহুগী মরীদগী ঐখোয় মসি খঙবা ঙম্মদে। মহুদি লৌউবগী মহৌশাগী চংনবী অসিনি মদুদি মাগীদমক্কা মথক্কী কমান থারকপা অথিংবা লৈ, মহুগীদমক্তা দেশনা য়াম্না মমল শিংবা তারম্মী। অহুনা অহুম্নদি ঐহাক অসি শোইদনা য়াগনি মহুদি করি কদ্বিগুম্বদা ঐহাক থবকশিং "মঙম ফানা মখোং থাংজিনবা" অমস্নুং "থুজম্নবগীদমক" ঙাইঙম্মদে, অহু ওইরবস্নু ঐহাক পুক্নিং ফাজিল্লি। মসি তঙাইফদবনি মহুদি মীয়াম্বু মশানা থৌদোক অসি পাংথোকহনবগী তাজা পীবা হায়বসি, মহুনা থবকী মরমদা খঙজবগী অপুনবা মঙংদা চাওথংকনি।

মহৌশানা ঐনা পত্রকারশিংদা নোঙরম্মী মহুদি মখোয় অহুগী অথোইবা রাজকীয় ফার্মশিংগী থোরক্লিবশিংগী মরমদা শন্দোকপিউ, লোয়নদা ঐহাক্না মীফম ফয়মই অমস্নুং কেন্দ্রীয় সমিতিনা সম্মেলন কৌরম্মী। ঐখোয়না কাঙলোন লোন সংস্থানশিংগী লংলা ংলজিন অমা হেদোক্লবা, মহুবু সোস্তিয়েত ১স্নুং বিস্বগী চংনবী পথাপ পন্নিং কয়া নৈয়বা ১স্নুং দাম ঠৈপাক

মাওবান শিক্তিন্নবা থাজবা য়াবা মওং থিন্নবা অয়াংবা থাকী ব্রাখলনা অহানবা ওইরম্মী। ঐহাক এ, আই, বয়ায়েবগী লম জিংবা মথাদা, মহাক হৌজিক লেনিন মনা ফংলিবা, কাওলোনলোনশিংগী কাংবু অমনা মরম ওইনা অনৌবা থবক পুথোক্লম্মী হায়বসি শোইদনা হায়গনি। ঐহাক নিংশিংই মতুংদি মহাক্না কয়াদা ভকশিল্পকপগা লোয়ননা “ অপিকপা চাংগী ঈশিং চাইবা ”—লৈপাকপু কোইদনা থম্বা কৈ হায়রিবা—অমস্তুং মসিগুম্বা তাঞ্জা চাবগী রা লৈতে মতুংদি তুংকোইনা ফাওবা চাথোকী লৌউবগী লৈপাক মচেং অমা কয়বগী নিয়মু কজাখস্তানগী লমহুলদা থিবা ফংখিবা।

ঐ খোইদবা লম্বু কয়বগীদমক্তা ভহমখৈ হোংলৈ অতুগা হায়রিবা থবক মথা তানা চংথয়বগীদমক্তা ঐগী ইনাক্তা পুক্লিং তাবা অইষা চে-চাং কয়া লৈ। ঐগী লোইশচদা অখণ্ড অহৈশিংগী সম্মেলন অমা ফয়ম্মী। মসি জুন ৯, ১৯৫৫ গী রানি। ইকং য়ৌনা থোক্লমই। মুংশাসু অকিবা ফংনা শায়মই, লবুক চাকথেক্লম্মী, অতুনা ঐথোয় তুংগী ফিভমগী মরমদা রারী শায়রম্মী—চহি মঙাগী মতমদা কজাখস্তানগী লৌউ ফগৎনবা থৌরাংগী মরিদা সম্মেলন অতুগী থবক পাংথোকদবগী শরুক অমনি। মফম অসিদা পিরি মসিনা থওবা ভমগনি। মতম অতুদা রাফম অসি কয়য়া পাংথাকপা ভমখ্রিবনো ?

কামরেড মেল্লিক ( গনতন্ত্রগী লৌউ মন্ত্রী ) হৌজিক ঐহাক লৌয়োক পরিং অসিগী মরমদা রা হৌদোকচগনি। অতুম্দি হেক্টর লম কয়া লমহুলদা খোইথ্রবনি, মরম অসিনা ঐখোয় অয়াম্বা চাংচৎতা লৌউবা য়াবা লম খোইদনা থম্বা খনদোকদবনি। চহি অহুম ফাওবদা ঐখোয় গেহুগী লৌকমদা গেহু হুনগদবনি, ঐখোয়না মসি অসুম চথরবদি য়াগনি। অতুগা ঐখোয়

১৯৬০ ফাওবদা চহিগী ওইনা সুপ্নগী হেক্টর লাখ তরামণ্ডা খোইবা, য়াবনু থাদোক্লবা, অসুম্না হাম্না খন্নখিবা, অদু ওইরবদি ঐখোয় পুম্না খোইবা য়াবা লমগী তরুক থোকপগী শরুকগী হেম্না খোইবা য়াদবনু হন্দোক্লরোই। লৌউ টেক্নিক্কী মিংয়েংদুদি হায়রিবা রাফমসি য়ংলমদে। তৌইগুম্বসুং ঐখোয় খোইম্নাবা লম পাক্নথোক চাওখ্রোকপগীদমক্তা ১৯৭০ ফাওবদা চাওরাক্লা হেক্টর লাখ কুন লমহল থিদুনা প্যাংথোক্লবদি ঐখোয় ১৯৬০ গীদমক্তা ইশানা হৌজিক পুথোকপা ওমগুনি হায়না খল্লিবা মহৈ মরোং-গীদমক্তা অসুকমখে খোইগনি। লেপ্পগী চাংদগী খরদি ককথৎপা অরম্মী। লৌউম্নবগী কান্নবা নিয়ম পথাপ মতৌ অসুম্না লেপ্পা ওমই অদুগা হায়রিবা থবক অসি কররগুম্বা ফিভমদা পাংথোকদবনি। নত্রবদ হান্নগী চথরক্লিবা ল্লোরোক পরিং অসি তুম্না তুনা মুংগ্রগনি।

কামরেড ব্রেঝনেব : কনাগুম্বা মসিদা য়াবিনিংঙবা য়াওবগে ?

কামরেড মেল্লিক : কজাখস্তানগী কমুনিষ্ট পার্টিগী কেন্দ্রীয় সমিতি অমসুং গনতন্ত্রগী মন্ত্রী পরিষদগী রারেপপু রাফম অসিদা য়াজনিংদে। মহুদা ফৌ থাম্নবগীদমক্তা তোঙানবা হিসাব অমা লেপ্পলি। ফিভমদি মসিনি মহুদি হান্নগী রারেপ অসিবু ওন্থোকপিবা, মরমদি মতম অসিদা হোত্নুনা তাকখিবা মশীং কয়া, রাফম কয়ামুক অসিগুম্বা লৈ মহুগী মরমদগী মতম অদুদা নিংথিজনা চুম্না মশীং লেপ্পা ওমদে।

কামরেড ব্রেঝনেব : খোইদবা লমগী হিরমদা রাফম খুদিংমক অক্লক হুম্না তশেংনা হায়দোকপা কৈ। ঐহাক্না উই মহুদি ঐখোয় থবক লেপ্পগী ফিভমদা য়োরে! ঐখোয়গী রারেপ অসিগা মরী লৈনরা ?

কামরেড মেল্লিক : হোই, ঐখোয় মসিদা পুন্দুনা লৈরিবনি।

কামরেড ব্রেঝনেব : ঐখোয়না শেল হৈশিংনা শিজিন্নবদা লৈ। ঐখোয় শেল থুমগী ফিভম চংগদবা য়েংহ্নুনা মুম্না ৱাখল তৌরগা অমস্থুং চংখোননা খন্নগদবনি। মসিমস্থু থাজরে মহুদি ঐখোয় কয়া চোন্তবা হেন্দুম কয়া ফত্তবা লম য়েংশিনবা য়ারগনি। ঐনা খনবদা হায়রিবা য়ানথ্রিবা ৱাফম ভসি য়াফম থোকই মহুদি ঐখোয় অমুকস্থু বসেক লাখ হেক্টরগী লম থিবা চুম্মী। তৌইগুম্বস্থুং অপুনবা পোত্থোক্নীদি করি তৌগনি ? অদোম খোইবা থাদবগীদমক্তদি শিজিনদবা হেন্না থগ্বদি নত্তেকো ?

কামরেড মেল্নিক : নত্তে, ঐখোয় অহুন্না তৌদে প্রদেশশিংগা লোয়ননা পোৎ থুদিংদা খন্নথ্রবনি অমস্থুং য়ান্নথ্রবনি।

কামরেড অরিস্তানবেকোব ( গনতন্ত্রগী ৱাজকীয় ফার্মগী উপমন্ত্রী ) ঐখোয়না খোইবা য়াদবা লমগী শরুক অসি ১৬ তগী ১৮ গী হিংদা থমগদবনি, মহুদদা ঐখোয়না লেপ্পা পম্বুংফম য়োবা ঙমগদৌরিবনি।

কামরেড ব্রেঝনেব : অহু ওইরবস্থু মসিনা করন্না থবক ওইবা য়াগদৌরিবা ? অহুবু লৌরসি, ঐখোয়না গনতন্ত্রগীদমক্তা ১৭ থোকপগী ময়াইগী চাংচৎতা খোইবা য়াদবা লম খল্লসি, অহুনা ঐখোয় ঐখোয়না পাম্বা পোত্থোক লোইনা ফংবা ঙমগদবা নিংশিংবিয়ু, ঙম্না থোকপা পোত্থোক্নী মরীদা কজাখস্তানগী মরু ওইবা ফিরেপ অমা লৈ। পার্টি অমস্থুং সরকার মসিদা অকনবা মিৎয়ৄং থমগনি। ঐখোয়না হন্থহনবা অমস্থুং ওন্থোকপা য়ারোই। ঐখোয় খোইদবা লৌফম শোইদনা থান্দবনি অহুবু কয়াম য়ামনো ? ঐখোয়না লমহলদা থবক হৌগৎলকপা মতম অহুদগী কয়াম য়াম্না ?

কামরেড আদ্রিয়ানোবা ( গনতন্ত্রগী কৃষি মন্ত্রালয়গী বৈজ্ঞানিক মণ্ডলগী য়াইতোংবা ) ১৯৪০ দা ১৮ থোকপা শরুক্তা মরৈরম্মী। ঐখোয়গী

ইলাকাগীদমক্তা লোক্লদবা চাথোক্তী লবুক শেমগৎকদবনি। মসিদা লহুবা মতম চুপ্পদা শংহুনা লৈবা নাপীদা নৈনহুনা য়েংশি। ঐনা হায়জবদি মসিনি অহুগুম্বা লম মুংশিংক্তী খুদোংথিবা মাইরমদা লৈরিবা। হায়রিবা ইলাকাশিংদা ঐখোয়না য়াম্না কাংদনা চাথোক লোকবা হোৎনগদবনি। মহুদা লম খোইবা য়াদবা পাম্বৈগী মওংদা নপীস্থ য়াওনবীবা। অমুমান তৌবশিংগী মস্তুংদা হায়রিবা হিরম অসি পুক্লিংদা থমখিদরে। মালতেসবগী চাথোক কাংদবদা নত্তনা অসিগুম্বা পোম্খোক কাংদববা শিনবীবু মহুদা নাপীস্থ ইমাংদা শংনা লৈরবা।

কামরেড ব্রেঝনেব : রাথল অসি তশেংনমক অরুবনি.... তৌইগুম্বস্তুং খুদমগী মওংদা পাব্যোদারগী মীশিং হায়নরিবা চহিসিদা মতৌ করম্না ল্যুসর্ন ফংবা ঙম্মগনি ? মখোয় নাপীস্থ ফংলোই অহুগা লৈপাক্তী পল শাহুনা পৈশিন্নবা পাম্বে।

কামরেড আিব্রিয়ানোবা : মখোয় নাপীগীদমক্তা করিমত্তা তৌদে, তৌইগুম্বস্তুং তৌবদি তাবনি। নত্রবদি লম অস্থুক য়াম্না কর্কশিল্লক্তনি— অহুম্না কৈদৌঙৈদা ওইখিত্রিরা। ঐখোয়না মুংশিংনা লম মাংহনবা খিংহুনা কনবা ওমদ্রবদি মহুনা ঐখোয়গীদমক্তা অকিবা— মশামক্তী খুদোং থিবা ওইরগনি। হায়রিবা পাম্বৈশিংবু চহি মগাগী মতমগী ঐখোয়গী থৌরাংশিং অমস্তুং অনুমানশিংদা চলহনগদবনি।

কামরেড ব্রেঝনেব : ঐহাক অদোমগী রাকম্রশি য়ানিংই। মহুদি মসিনা সোভিয়েত সঙ্ঘগী কমুনিষ্ট পার্টিগী কেন্দ্রীয় সমিতি অমস্তুং সরকারগী মমিংদা ঐখোয়না ফোংদোকপা রাকনসি তশেং তশেংনা য়াওহনবীরকপা মহুদি গরতম্নদা মহৈ মরোংগী পোম্খোক মরু ওইবা থাক অমদা য়োরক্লবদা মফম অহুদা মহুম লেপত্রগনি। রাকম অসি তশেংবনি।

চহি অনিদা ঐখোয়না হেক্টর ক্রোড় ১.৮ গী লম পানবা গুম্রগনি অমসুং গেহগী লৌকমদা গেহ চহি অহুম চুপ্পা হুনগনি, তৌইগুদবসুং হায়রিবা অসি লিরি নানা তৌবা য়ারোই। ঐখোয়না নিংলিবসি চুম্নগী মতম শাংদবা মওংদা তৌখিবনি মহু অতূক তৌনিংবা মওংদা তৌখিবনি। তৌইগুদবসুং লম চাওথোক্লবা কা হেম্না শিজিন্নবা নত্তে সুপ্পগী লমহলদা চাওর চাওরবা লৌফম কয়া হাপচিন্নবা ওইনা।

কামরেড মেলনিক : পাও কোংদোক্লবগী মতম য়াম্না কংদ্রে সুপ্পগী নিনি নত্রগা হুমনি লৈরি।

কামরেড ব্রেঝনেব : ফরেদা, কেন্দ্রীয় সমিতিগী শিনরেপ্পা ফজিলব করীবজানোবিচ করীবজানোব মসিগী থবক পূরবনি। মহাক্না ঐখোয় ময়াম পুম্নমকপু মশাগী লোয়শঙদা পুশিনগনি অদুগা অদোম্না মসি অহিং ফুংথিল থাক্তন। চেনা অমমম তৌদুনা ইরগা লোইরেদনা।

কামরেড মেলনিক : অদুম তৌরবদি মন্ত্রালয়দি থিংবা তারেদনা।

কামরেড ব্রেঝনেব : হায়রিবা থবকসি অতোপ্পা করিগুম্বা থবক অমদগী হেম্না মমল য়াম্মী। পাও তেনরা ইরো অদুগা পাবা য়াম্নবা ইবা—ম্নিসাব অম্না পারগা অদুগা নৈনবা, লুহনগনু মরিক চুমদবসু তৌগনু। পিরিবা মরোলশিংদুদি মরেক লানা অদুগা চেনবা য়াদনবা।

চেয়োল অদু ইরে অদুগা মাস্কোদা থাখরে। মতম্মা পুরক্লম্মী মদুদি ঐখোয়না নিংলিবা চুমই হায়বা।

ফেব্রুয়ারী ১৯৫৬ তা সোভিয়েত সঙ্ঘগী কমুনিষ্ট পার্টিগী কুনগুবা কাংগ্রেসতা ঐহাক পার্টিদা রিপোর্ট অসি তৌরগী লেমজবা অদু ফংলম্মী মদুদি লমহলগী পরিযোজনা মহৈ য়াম্লে। চহি অনিদা গরতম্নগী পোং

থাম্নবগী লৌফম পাকথোকখিত্নুনা হেক্টর ক্রোর ২.৭ য়োখিরম্মী। মত্তুগী মনুংদগী হেক্টর ক্রোড় ২.৩ দা মহৈ মরোং থাত্নুনা ১.৮ হেক্টর ক্রোড়না গেহু থাম্নবা ওইরে। পরিযোজনা অসি হৌবা অত্তুদগী শরুক মরিনি। অপুন্বা লমহৎলদা লৈরিবশিংগী মাইকৈদগী ঐনা কংগ্রেসতা কজাখস্তান্দা অমুক্তম্বু পুদ অরবুদ অমা নত্রগা অমদগী হেন্নম্বু চহিগী ওইনা মহৈ মরোং পিরগনি হায়বগী থাজবা পীরম্মী।

তৌইগুম্বম্বুং অত্নুন্নদি ঐহাক মসি খন্দে মত্তুদি থবক খুদিংমক তৌরে অত্তুগা তৌত্নুনা লোইথোক্লে অমম্বুং ঐখোয়গী অন্নাবা পুম্নমক লোইরে, মরম অসিনা অমুক মখাতান। ঐনা হায়রম্মী।

কজাখস্তান পার্টিনা অপুনবা ব্রাফম অসিবু পুক্লিংদা থম্নলম্মী মত্তুদি হৌজিক গনতন্ত্রগী পোং থানবা লৌফম অমা হেক্টর ক্রোড় ২.৭ ফাওবা য়োখরে। চাথোক অমুক্কা হেন্নবগীদমক্তা লৌফম পুখোকপসি ব্রাফম অসিদা লৈরম্মী মত্তুদি পোথোক লৈহনবদা। মফম অসিদা ঐখোয়দা অন্নাংপা কয়া লৈরি। লমহৎলগী থোং হাংদোকপগী মথংশিংনা অপুনবা খুদিংমক অমদি রাজকীয় ফার্মগী মফম অত্তুগী অথোইবশিংবু কুপ্না য়েংশিনবগী ফার্মগী শিললাংবা পথাপ থোরাং তৌবা অথূবা থোদোক অমা ওইরে, মত্তুনা লৈপাক লম্বু অফবা মওংদা নিংথিজনা শিজিন্নবা য়াম্নবা অমম্বুং লৈপাক লৈহাও মাংদনা থম্বা। মসি চাওরবা প্রস্তাবনি। ঐখোয়না সোভিয়েত সঙ্ঘগী কাংলোন অমদগী, লেনিন অখিল সঙ্ঘীয় কৃষি বিজ্ঞান অকাদমী অমদি সোভিয়েত সঙ্ঘগী কৃষি মন্ত্রালয় অমম্বুং রাজকীয় ফার্মগী মন্ত্রালয়দা হায়রম্মী মত্তুদি মখোয়দা মতেং পাংবিয়ু মরমদি ফগৎন্নবগী চাওরবা থবক মহৈ য়ানবগী অরোইবদা য়োনবা।

লমহলগীদমক্তা মতিক ময়াই লৈরবা মিকুপ ১৯৫৬ তা লাক্লম্মী। কজাখস্তান স্তেপীদা হায়নিংঙাই লৈতনা চাওরবা পোখোক থোকই অহুনা হায়দোকখিবা পুদ ক্রোড় ৬০গী মফবন গস্তত্র রাজ্যদা মহৈ মরোং পুদ অরবুদ অমা পিরম্মী। মসি ঐহাক তশেংনমক থমোয় য়াওনা চুংঙাইরম্মী অহুগা চহি অহুদা কজাখস্তানদা লমহলনা মহৈ মরোং পুদ অরবুদ অমগী অহানবা খেপ ওর্ডর অমা লেনিন্দা তম্মী — মহুদগী অহানবদা অরবুদ অমগীদম ক্তা মহাক্কা লমহলগী ইজ্জৎ কনখিরম্মী। অসিগুম্বা ইজ্জৎনি মহু মতুংদা মহোশা লাইরেম্বীগী মাংনবা লীলানস্থ লেংহনবা ওমখিদে অহুগা তৌনিংবতা তৌবা য়ায়েলবু অমাংবা লীলাশিংগী ময়াইবু হেনগৎহনবা ওমখিদে।

লাইবক খিবদগী ঐহাক চাংজৌ নাইদরা লৌরোক অহু য়েংবা ফংখিদে, মহুদা য়াম্না নোমজখিবা অমস্তুং হোৎনজখিবা। কুনগুবা কংগ্রেসতা ঐহাক অমুক হন্না সোভিয়েত সঙ্ঘগী কমুনিষ্টগী পার্টিগী কেন্দ্রীয় সমিতিগী শিনরেম্বা ওইনা খল্লে!

মুমিৎ অহুগী মুমিদাংদা কুনায়েব, সৎপায়েব, জুরিন মকারিন অমস্তুং অতোম্বা কজাখ কাংরেড মোস্কিবা হোটেলদা, মফম অহুদা ঐহাক্তা লৈখিত্তৈদা থাগৎপা ময়াম অমা লাক্লম্মী। ময়াই কাবনা থল্লবা, চুংশিবনা তিল্লবা,১মস্তুং লাংতক্লবন থল্লবা বিদায় ওইরম্মী। মখোয়না ময়ুমদা চৎমিংবনা লাংতক্লম্মী: অহুগা ঐহাক ঐগী ইশাগী অনৌবা থবক্কী মরমদা থল্লুনা লৈরম্মী তৌইগুংস্তুং ঐহাক্না মসি হায়বা ওমমদে মহুদি মরূপ মপাংশিং অহুদা, স্তেপীদা, জিলাদা চুংশিজয়বা, মখোয়শিন্নদা, লমহলদা লৈরিবশিংদা, মখোয় অহু ঐগী অমুক য়াম্না লুনা চান্নবা মরূপ ওইরম্মী মহুদি কায়নবা অরাখগী রানি।

— ১২ —

লাইবক ফবদগী বিদায় অসি য়াম্না শাংবা ওইনা থোক্লমদে। লমহুল, ঐগী পুন্সিগীদি অম্মুক য়াম্না মমল য়াম্বা অমস্তুং মরু ওইবনা থল্লবা খোংচৎ অমা ওইখিরম্মী, মহাক্না ঐগী থরায় হাপ্লম্মী অমস্তুং মশারোমদা চিংশিন্দুনা লৈরম্মী। অমস্তুং মসিগী চৈরুক অসিদা, ঐহাক্না অতোপ্পা থবক অমদা তৌরবা, ঐহাক অমুক হন্না লমহুলদা মায় ওনশিল্লম্মী। সোভিয়েত সঙ্ঘগী কম্যুনিষ্ট পার্টিগী কেন্দ্রীয় সমিতিগী কোকলেন শিনরেপ্পগী মওংদা ঐগী থৌদাং ময়ামগী মনুংদা অমনি মতুংদি আই, এ, বরায়েবকী লুচিং মথাদা সোভিয়েত কাওলোন লোননা মরম ওইদুনা থৌরাং তৌবা লমহুল লম কনবা চাথোক পথাপ পুথোকপনি। হায়রিবা পথাপ অসি হৌজিক শিজিন্নখরে অমস্তুং ঐখোয়না লমহুলবু মুংশিংনা ময়েং তাহনবা অমদি থোকহনবদগী ভাকশেল্লে। ঐখোয়না মসিবু দেশকী অতোপ্পা স্তেপীগী মফমগা লোয়নন্না চাওরবা ইলাকা অমদা অতেনবা মতমগী মনুংদা পাংথোকপনা মহৈ য়ানগনি খল্লম্মী। অদুগা মতৌ অস্তুম্না বিজ্ঞানগী রিকোমেণ্ডনা চৎনবী নিয়মগী পাঙ্গলবু চৎশিনহল্লম্মী।

ওসিসু ঐহাক লমহুলগী মরমদা তক্তুনা রাখল খন্দুনা লৈ। অদুগা অয়াম্বদা কজাখস্তান চংলি। অদুনা ঐহাক্না হায়রি মতুংদি ঐহাক মফম অদুদ ইশাগী মং অমস্তুং লমহুলদা লৈরিবশিংগী মংবু অশেংবা তাইবংদা উরি।

হোই, লমহুল স্তেপীদা ফংবা য়াবা পুম্নমক ফংখিদরে অমস্তুং হৌজিকস্তু মফম অদুদা মপাল নাইদনা ফংবা ওইথোকপা য়ানা কয়া লৈরি। তৌইওম্নুং মসি তোঙানবা থিরম অমনি। ঐহাক, ফংবা য়াবা ফংলে, মহু পনবা পামই—অসিগুম্বা রাফমশিংদা থৌনা পিনিংঙাই অমস্তুং মমি ভাশিনবা, অনিমক লৈ।

কজাখস্তানগী লমহলগী পরিযোজনা য়াম্না চাওবদা নত্তে স্নগী শেল-থুমগী মিংয়েংদসু য়াম্না কান্নবা অমনি । ঐহাক মসিগী প্রমানগী মওংদা মশীং পাহনা পুথোকচগে । মমাংগী চহি ১৪ দা কজাখস্তান্না ক্রোড় টন ২৫ দগী হেন্না পুদ অরবুদ ১৫.৫ মহে মরোং য়োল্লি । ১৯৫৪ দগী ১৯৭৭ ফাওবগী মরক্কী চহিদা গনতম্না লৌউবদা পুন্না চাদিং—ঐহাক অমুক্তা খরা হেন্জিন্না হায়বা পাম্নী, মসিগী লৌফম অপুম্বদা, স্নগী লমহলদদা নক্লনা—২১.১ অরবুদ রুবল থোকই । অতোগা হায়রিবা চহিশিংদা মহে মরোং য়োনবদা কংলকপা কারবার টেক্স ২৭.১ রুবল অরবুদ লৈ, হায়বদি দেশনা ওসি ৬.১ রুবল অরবুদ কান্নবা ফংই । মসিদা নত্তে, মসি নিংশিংউ. মতুংদি ওসি কজাখস্তানগী অপুনবা অমস্তুং রাজকীয় ফার্মশিংগী লেংদবা অমস্তুং কার্যকারীগী অরৈবা শেলফম রুবল অরবুদ ১৫ নি । মতৌ অসুন্না যামদ্রবদা মতমগী মন্নুংদা থবক অপুন্বা অমস্তুং খরচ পুন্নমক কোনখরে অমস্তুং তোংসু তোংখরে । মহু মীওইবা জাতিগী ওইনা সমিতিগী ইতিহাসকা চান্নবা চাথোক্কীদমক্তা খ্বাইদগী মতিক লৈবা লালফমগী লেম্নবা মহেনি । থায়নগী স্তেপী হিংচাবগী মশক মপা লৈতবা হায়বদো হেক থোকই । মীওইবনা নোম্বনা মসিগী হকচাং মশা ওইরবদি মসিনা ঐখোয়গী লৌমী পুম্বনু তংতাবা ওইহল্রে অমদি মহে মরোংগী লেংদবা অমস্তুং সপ্লাই ওম্বনা খোইদৌ তাহল্লম্মী । অতোগা হৌজীকসু লৈপাক্তা মশাগী তৌবা ওম্বা মতিক উংলি ।

ওসিগী চাওনা শন্দোক্লিবসিগী রাংম লান্না লান্না অপাইবনা অমুক্তা পাইবিয়ু । অদোম চুজাক্কী লবুক মযামদা নত্তে, সড়ক কোইলাসক্কী অপাকপশিং, খুজংশিং, রেল লম্বী, বিজলী তারাগী ল্যাইনশিং, এলিবেটর,

উদ্যোগক্কী অপুনবা কারখানা অমসুং সহরসু উবা ফংগনি। হায়গী পন্থথাস লৈপাক্কী মপাঙ্গল কনবা চাক্না মসি পুং মকপু হিংগংহল্লি।

ঐহাক খুদম মশক ওইনা নিংশিংলি মতুংদি ঐহাক্না ইহান হায়না অক্তোল্লিস্ক চৎলুংদা মসি করম হায়না উখিবগে। লিতক লিতক তৌরবা লৈপাক্কী য়ুম, থুরবা নৈরকশিং, সুপ্নগী ৮০,০০০ মুক্না য়ুম লিংবা ....। তৌইগুবসুং ওসিদি? ওসি শহরগী মমিং থোনলি, ত্তোলিনোগ্রাদ লমহল শহর। অতুগা মফম অসিদা শরুক অহুমগী মী তারি। মসিবু অনৌবা ডিজাইনগী মতুং ইন্না পুমনৌ নৌন মকোক্তগী শেমগৎখরে। মফম অসিদা দর্জন কয়াগী ঔদ্যোগিক সংস্থান, অরাংবা থাক্কী মহৈগী সংস্থান মরি, টেক্নিকী কলেজ তারামঙা লৈ, মতুম মমাংগী চহি অহুমগী মনুংদমক ২০,০০০ চগী হেনবা অথঙ অহৈশিং ট্রেনিং ফংখিরম্মী।

লমহলনা কজাখস্তানগী পেখোককী পাঙ্গল, মাগী শেন-থুমগী লাকমম, কাওলোন অমসুং সংস্কৃতি চাওখৎহনবদা য়াম্না মপাঙ্গল কন্নবা ফুনগংহল্লক্লমই। অচৌ অচৌবা ঔদ্যোগিক পুনশিলক্লে, অনৌবা শহর মরিফুতয়া শেমলে মদুদ রাষ্ট্রীয় থাক্তা কাওরবা রুদনী, এক্কিবাস্তুজ য়েমার্ক, কেংতাও অর্কালিক অমসুং শেবচেংকো তিনশিল্লম্মী। গনতন্ত্রগী কোয়লা অমসুং থাও, য়োং অমসুং ইস্পার্ট, য়োং নহুবা ধাতুশিং খনিজগী পোখোক, আধুনিক মশীনরীগী খুৎলাইশিং, মশীনশিং অমসুং অমসুং ট্রেক্টরশিং পুথোক্লম্মী। অতুগা রাফম অসিগীদমক্তা গুরুমদে মতুং দ কজাখস্তান মতম অমদা শোখরম্মী, মফম অতুদা দ্রুত-ন্যুটন রিএক্টর পানথৎখিরম্মী।

কজাখস্তানগী থরানমিচাক শাগৈগী ওইবা গনতন্ত্রশিংগী থরানমিচাক মপৈগী মরক্তা মথং মথং অরবগীদমক্তা লংখৎলক্লি। মসিগী চাওখৎপগী

চাংগী থৌরাং লৈরি, চহি অমা অমস্তুং চহি মঙাগী মতম, তৌইগুম্বস্তুং মসি পুন্নমক্তস্থ য়াম্না নিংঙাই তৌনৈ। মখোয় অত্থবু পরিকল্পনা তৌরম্মী, মত্থদা রাখল থম্না নৈনরে। ঙসি রারী অসি তাইবংগী মমাংদা উৎলিবা মাইথোং, মত্থগী অথোইবশিংগী কয়াৎ শক্তমগী চাওরাক্লা শতাব্দী মরিগী মমাংদগী য়াৎলকপা কয়াৎনি, কেন্দ্রীয় সমিতিদা ঐহাক্কী শঙলেন বৈজ্ঞা-নিকশিং প্রোস্পেক্টরশিং ( লম থিবা ) যোজনাদগী অখণ্ড অহৈশিং অমস্তুং ডিজাইনরশিংগী পুনফম লাকফম ওইখরে। মত্থগীদমক্তা চেকর্শলহৌবা, মতম অ-স্তুং নোম্বগী চাংদনা হেল্লবনি।

হৌজিক ঐগীদমক্তা মসি হায়বগী দরকার ওইরে মত্থদি ঐনা উরিবা থরা ঐহাক কয়াম হরাওজরিবা ? ঐনা উবদদি হায়রিবা মফমসিদদি চাওরবা লৌউবগী উদ্যোগকী ওইবা অপুনবা শক্তম অমা লৌরে। মসিনা অপুম্বগী আথিককী ফিভমদা মসি য়াম্না তাহল্লি! অত্থগা লমহূলগী মহাখ্যাম্না অমস্তুং তাইবংগী মমাংদা সোভিয়েত প্রজাগী নিংথিজরবা লমচৎ, মতিক মগুনবু খঙঙান ঙানহল্লম্মী। মমি মরৈবাক লমদমগী মমল য়াওংবা সেবাগী খুদমনি, সমাজবাদী যুগকী চাওরবা মতিক মগুন লৈরবা পোথোক অমনি।





NISHAN NINGTAMBA

## The Authors Original & Translation Works

1. Khamba Thoibi (Hindi)
2. Chitralekha (Manipuri)
3. Godan "
4. Goban "
5. Shingal Manga "
6. Sava Sadan "
7. Madhabi (Hindi)
   Manipuri Lok Kathayen "
9. Manipur ki Lok Kathayen "
10. Lamhal (Manipuri)

at press

11. Nongdohnu (Hindi)
12. Jahera "
13. Sana Manik "
14. Premchandgi Wari Macha (Manipuri)